১

নুমিৎ য়ুংবা মতুংনি। পোষ্ট অফিসকী কা অমদা থবক তৌবী নূপী অনীখক চে-চাং খরা শূনা শূনা ৱারী শারকই। নূপী অমনা মী মুনং তৌই, অদুগা অতোপ্পা অদুনা ঙৌরগা মমায় পাক্তক তৌই। মী মুনং তৌবী অদুনা হায়রকই, "নন্দিনী, ঐ ঙরাংদি নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা চৎলুই। মদুদা লৈবা নহাক্কী নমান্নবী আশা হায়বীদু উন্নরকই, মহাক্তু নাদুনা লৈহৌই।"

নন্দিনী মদু তাবদা শকফম খরা হোংখ্রে। মহাক্না হংলকই, "কয়াম কন্না ঙমদবা জাৎনো?"

"খঙদে, ঐনা চৎখিবদা মহাক হীপ্তুনা লৈরম্মী, নঙবুসু হংলকই।"

নন্দিনী থবক শূবা লেপ্লগা মীকূপ অমতং ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "অদুদি ঐ হোরেনদি মাগী মনাক্তা অমুক্তং চৎলুবা তারে।"

মহাক আশানা নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা লৈখ্রবা মতুংদা মাগী মনাক্তা অমুক্তা চৎলুদ্রি।

ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরুরগা নূপী অমদুনা হায়রকই, 'নন্দিনী, নহাক্কা আশাগা অসুক লুনা তিন্নরিবসি করিগীনো ঐ ঙকই, নখোয় অনীদি ওন্থোক্লা খেন্নখ্রে।"

নন্দিনী স্বর খজিক্তং ফূইনা হোন্দোরকই, ৱাহং অদু হংলকপদা মহাক ৱাখল খরা খন্থরগা অঙৈংবা খোনফমদা হায়রকই, "সনাতোম্বী, মহাকসি নুংশিবা মী অমনি, মবুক ফৈ, মীগী ফনবা তৌগল্লি। আশ্রমদা লৈখিবদগী কনাগুম্বনা মাবু ফজদনা খনবা য়াওই, অদুবু তশেংবদি মদু অরানবা ৱাখলনি, মহাক থাঙ্গেশেংনা অফবা মী অমনি। নহাক্না খঙলিবদুনি ঐখোয় অনীদি অঙাং ওইরিঙৈদগী লাইরিক তম্মিন্নরকপনি, কুইনা তিন্নরক্লবনি। ঐ মাবু মুন্না খঙই। ঐ মাগা কায়নবা ঙমদে।"

সনাতোম্বীদু নন্দিনীগী ৱাহৈ অদুদা য়েৎপদি তৌদনা অসুম্না হায়রকই, "মহাক্না ময়াংদা ময়ূম পাল্লুরিবদুদি করিগীনো ?"

"সনাতোম্বী, মদুদি কনানা খঙগনি ? মহাক্না লংফৈদা লৈখিবনিনা ঐ করিসু

খঙহৌদে। মহাক্কা নক্কা লৈমিন্নরম্বা থোক্লবদি ঐনা মঙোন্দা করিগুম্বা ব্রা খরা হায়রম্বসু য়াবনি। অদুবু মদুগী তাঞ্জাদুদি লৈখিদ্রে। ঐসু মানা তৌখিবা অসিদা তশেংনা ঙক্লা থোকই।"

সনাতোম্বীনা হংলকই, "মহাক্তি করম তৌনা খাইনরক্লিবনো, অদুগা আশ্রমদা করম্না লৈখিবনো ?"

নন্দিনী মাগী মরূপ আশানা নোংমা মাগী মনাক্তা লাক্লুনা মঙোন্দা তমখিবা মতুং ইন্না মদুগী মরমদা খরা শন্না হায়রকই, "মাগী নূপা জগদীশ প্রসাদ হায়বদু সিফাইনি, মহাক ময়ূমদা অয়াম্বা লৈতে। মপুরোইবদু লৈত্রিঙৈদা মনেম্বোক্কা ইমুংদুগী মী অতৈশিংগনা মাবু তাথী-তাওইনা তৌই, য়াম্না ওৎ-নৈ হায়। আশাগী লুহোংবদি ইচম চম্না মফমদুদা হোংখিবনি, মাগী অউনপোৎ অমতা য়াওখিদে। নহাক্না খঙলিবদুনি মখোয় ময়াংগীদি অউনপোৎ হায়বসি য়াম্না মরু ওইনা লৌনবনি। মদু য়াওদবগী মরম্না ওইবা য়াই মাবু য়াম্না তাথী-তাওইনা তৌবীরিবদু। মখোয়গী ওৎ-নৈবা অদু খাঙবা ঙম্লক্তদুনা আশা নোংমা মপুরোইবা লৈত্রিঙৈদা তূমিন্না প্লেন টিকেট কক্লুনা ইম্ফালদা চেঙ্গোরকখিবনি। মপানা মাবু য়াম্না শাউদুনা লৈবনা মহাক ময়ূমদা চঙবা ঙমদদুনা নূপীশিংগী লৈফম আশ্রম অদুদা থুংদুনা লৈখি। আশ্রমগী মীওইনা আশাগী মপাদা মহাক লাকপগী পাউ পীরুবদা মপানা মাবু পুক্সী চূপ্পা য়ূমদা চঙলক্তনবা হায়রকপদগী মহাক মফম অদুদা অদুম লৈখিবনি।"

"মহাক্কী মপাদু ওঙ্গোক্লা তমথীখ্রে, ফনা শাউনীংবা লৈরগসু মচানূপীবু অদুম্না হেক ময়ূমদা চঙহন্দবা ঙম্বা অদুদি অঙকপা পূকচেন্নি," সনাতোম্বীনা নুংঙাইতনা হায়রকই।

"অওইবনি, মখোয় পুলিসকী হৌনবা থম্মোয় খরা কনবা হায়বদুনি। ঐ ওঙ্গোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। আশাসি ময়ূমদা লৈরিঙৈদসু ইনুং নুংঙাইখিদবনি। পোকমিন্নদবা মচীন-মনাউশিংনসু মাবু তাথী-তাওইনা তৌবী।"

"খঙদে, মহাক্কীদমক্তা খনবদা য়াম্না নুংঙাইতে," সনাতোম্বীনা হায়রকই।

মখোয় অনী থবক শূদুনা তূমিন্না অমুক লৈনখ্রে।

আশা হায়বীসি প্রতাপ হায়বা এস, পি, অমগী মচানূপীনি। মহাক দিল্লীদা এম, এ, তম্বা চৎলগা লাইরিক তম্বা লোইরগা মফমদুদা লৈবা ময়াংনূপা অমদা ময়ূম পানখিবনি। মদুদা মপানা মাবু য়াম্না শাউখি। প্রতাপ মৈতৈগী চৎনবী, সংস্কৃতিবু য়াম্না পামজবা মীওইনি। মহাক থোইদোক্লা মৈতৈ নূপীশিংনা জাতি অতোপ্পদা ময়ূম পানখিবা

অসি য়াম্না য়াদে, মদুনা মৈতে নূপীগী ইজ্জত হুম্বনি হায়না লৌই। মহাক্না য়ানীংদবা অদুমক মচানূপীদা থোক্লবদা মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা শাউখি। মহাক্না মচানূপীবু মতম পুম্বগী ওইনা ময়ূমদা চঙলক্কনু হায়দুনা ইম্থোকখি। (আশাগী মমাসু লৈখিদ্রে, মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপানা নূপী অমা থিদুনা মচানূপা অনী পোকই। আশাদি মমানা মথন্তা পোক্লম্বনি।)

নুমিৎ অদুগী অফিস ছুটি থারগা নন্দিনী আশাগী মনাক্তা চৎনবা থোরক্লে।

আশানা লৈরিবা নূপীশিংগী লৈফম অদু ইম্ফালগী থোইনা মী কূংদবা মফম অমদনি। মদু কল্যাণী ৱিমিন্স আশ্রম কৌই, ময়াম্না শম্না "আশ্রম" হায়রগসু খঙনৈ। মফম অদু লৈখিদ্রবী মরল-মথুম য়াম্না পায়বী, মচা-মশূ পোক্তবী কল্যাণী কৌবী লুখ্রাবী নূপী অমগীনি। মহাক্তু হিংলিঙৈদা নূপীশিংগী সমাজগী ওইবা থবক-থৌরম কয়াদা শরূক য়ারম্বী, নূপীশিংগীদমক্তা য়াইফনবা খনবী নূপী অমনি। মহাক্না ওইরক্লিবা সমাজদা নূপীশিংগী ফীবম ফৎলক্তবা, ইমুংনা তাথী-তাওইনা তৌবীবা, মপুরোইবনা ভৎ-নৈবা, অদুগা অমুকসু কনা লৈত্রবীশিংগী লৈফম লৈতবগী সমস্যা কয়া উরকপদগী হায়রিবা আশ্রম অসি মাগী মিংদা লিংখৎলম্বনি। মহাক্কী অরৈবা মরল-মথুম কয়া মদু লিংখৎপদা লোইনা থাদখি। মদু য়েংবদা মওঙ তানা ফজনা লৈবা মফম অমনি, চেকপন্না চাউনা ইকোয় কোয়না খাজিল্লি, গেট ফজনা পাল্লি, চঙফমদা অচৌবা গুলমোহর পাম্বী অনী-অহুম মশা-মরেং য়াম্না ফন্দোক্না হৌই। চেকপন অদুগী মনুংগী অকোয়বদা অতৈ পাম্বীশিং বোরোই, চোরফোন, হৈনৌনচিংবা খরসু হৌই। মনুংদা লৈরিবা শঙশিং অদুদা নূপীশিংগী লৈফম কা, মেস, থবক শূফম কা, মী উন্নফম কা অসিনচিংবা তোঙান তোঙান্না ফজনা লৈ। নাপী চাং মান্ননা হৌবা লম্পাক মচা অমসু মনুংদা লৈ। মফম অদু উবদা নূপীশিংগীদমক শেম্বা অখন্নবা তোপতোপ্পা থৌরাঙ অমগী মমি তাই। আশ্রম অদু হৌজিক কল্যাণীগী মরী-মতা, মপুরোইবগা খাইনদুনা মপামদা হল্লক্লবী মালতী কৌবী নূপী অমনা সুপরিনটেন্দেন্ট ওইদুনা মপূং ওইনা য়েংশিন্দুনা লৈ।

নন্দিনী আশ্রম অদু য়ৌরক্লগা গেট ময়াদা ঙহাক লেপ্লুনা লৈ। গেটতগী খরা চখোল্লগা লম্বীদা জীপ-কার অমা-অনীসু থাবা উই। মফমদু মীশিংনা কয়া ফজদনা ঙাঙনবা অদুনা নন্দিনী মদুদা চঙগদবদু খরা হঙ্গোইনা থোকই, অদুবু মহাক মরূপ্তুগীদমক্তা খন্দুনা অমুক নীংহন্নবা তৌদ্রে। মহাক্না গেট হাংদোক্লুনা চঙলগা মনুংদা লৈরম্বা নূপী অমা-অনীদা হংদুনা আশানা লৈরিবা কা মপা অদুদা লাক্লে।

মহাক্না উরে খরা পিক্তক তৌবা, ফমুং অনী থাবা কা অমদা আশা মথন্তা

হীপ্তুনা লৈরি। মশাদু নাবগী ময়েং তারে।

নন্দিনীনা থোঙদা চঙলকপা উবদা মহাক্না ঙক্না থাজদনা মঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "হাইমা, নন্দিনী, চঙলকউ ফল্লো লাউ। কদোমদা চৎলুরিবনো ?"

"নহাক্কী ননাক্তা লাক্লিবনি।"

নন্দিনী ফমাঙদা থাবা অঙাঙবা প্লাষ্টিক্কী স্তুল অমদা ফমথরকই।

আশাগী ফমুং ময়াদা বেডসাইদ টেবল অমদা হীদাক লীক্লী খরা লৈ। কা অদুদা উগী অলমারী মচা অমগা ট্রঙ্ক অনীগা লৈমিন্নবী নূপী অদুগী ফমুংগা বেডসাইদ টেবলগা লৈ, অতৈ পোত্তি থোইদোকপা লৈতে। আশানা লৈরম্বা মওঙ অদু উবদা নন্দিনী থুক লাউই। ৱাত্ত-পাদবা, নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংদা কেথোক-মৌথোক্না চাউরক্লবী মাগী মরূপ আশাদু ঙসিদি নায়তোম তারবী, কনাসু লৈত্রবী অমগুম্না নুংঙাইতবা ফীবমদা লৈরম্লে।

আশা হীপ্লম্বদগী ফমুংদা ফমদুনা হরাউবা, পূক্নীং নৌথবা মতৌ অমগা লোয়ননা নন্দিনীদা য়েংলকই।

নন্দিনীনা হায়রকই, "ঐ ঐখোয়গা থবক তৌমিন্নবী সনাতোম্বীনা নহাক নাই হায়বা পাউ তম্বদগী লাক্লিবনি।"

"উম, মহাক ঙরাং 'সিদা লাক্লম্মী, ঐনা নঙগী মরমদসু ৱারী শাখিবনি," আশানা হায়রকই। অদুদগী মহাক মীকূপ অমতং তূমিন্না লৈরুরগা নীংবা কায়না পূক্নীং নুংশিনা মমীত্তা পিরাং চেন্না অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, ঐসি হৌজিক ইথন্তা ঙায়রে, ঐগী কনাসু লৈত্রে।"

নন্দিনী মাগী মতৌদু উবদা নুংঙাইতনা হায়রকই, "আশা, ঐ পাবুংদা চত্তুনা নঙগী মরমদা ৱারী শারুগনি।"

"করি ৱারী শাগদৌরিবনো ? ঐবু য়ূমদা চঙহন্নবগী ৱারা ?"

"উম, মদুনি। ঐ মদুগী মরমদা মঙোন্দা ৱা খরা হায়নীংই। মহাক্না তৌরিবসি নুংঙাইতে।"

আশানা নন্দিনীবু খাল্লদুনা হায়রকই, "নত্তে, নত্তে, নন্দিনী, ঐ পাবুংদা অদুম্না হায়জবদু পামদে, ঐ য়াম্নসু ইকাই। অদুগা মহাক শাউখ্রবদি ৱা ঙাঙনবা য়াবা মীসু নত্তে।"

নন্দিনী খঙই আশাগী মপা এস,পি, প্রতাপ্না মাবু য়াম্না লুনা তৌই, মানা হায়রবদি মহাক করিগুম্বা ৱাখল খরদি খম্থরকপা য়াই; মদু খনবদগী মহাক্না আশাদা

ৱাফম অদু হায়রুবনি, অদুবু মাগী মরূপ্তুনা মদুদা কন্না য়ানীংদবা উৎলকপদগী মহাক্লা ৱাফম অদু অমুক তকশিন্দুনা হায়রক্লে ।

নন্দিনীনা হায়রকই, " আশা, য়ুমদা চৎনীংদ্রগা ঐগী ইনাক্তা চৎলসিদনা, 'সিদা অসুম লৈবসি য়াম্না নুংঙাইরম্লরোই।"

"ঙাইখো, নন্দিনী, ঐ 'সুম লৈখিগে, ঙমদ ঙমদ্রগা নঙোন্দা পাউ চেল্লক্কে। নহাকসু মরক মরক্তা লাকউ।"

"নহাকপু ডাক্তরগা য়েংদ্রা ?"

"য়েংই, ঐখোয়গী সুপরিনটেন্দেন্ট ওইবী ইচে মালতীনা আশ্রমগী ওইবা ডাক্তর অমা কৌরগা য়েংহল্লি, মানা থাবা হীদাক খরা চারি," আশানা ফক্লাংদা ঙাথদুনা হায়রকই, "মহাক্লদি করিসু থোইদোকপা তৌররোই হায়রম্মী, ঐ ঙরাং-নহান্দি লাইহৌ কন্না তৌরুই।"

নন্দিনী নুংঙাইতনা তূমিন্না লূকথদুনা ৱাখল খন্দুনা লৈ।

আশানা ঙহাক্তং লৈরগা করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা হায়রকই, "নন্দিনী, নহাক ঐগী চিঠি অমতং পোষ্টতা থাদবীখিগেরা ?" অদুদগী মহাক্লা মাগী মোন মখাদগী চিঠি অমা থিরগা পুথোরকই।

"কদায়দা থাগদবনো ?"

"দিল্লীদা ।"

নন্দিনীদু হাইফেৎ ভাব তারকই, আশাদা য়েংলদুনা হংলকই, "জগদীশ প্রসাদতরা?"

"উম, ঐ হন্দক্তা মঙোন্দগী চিঠি অমা ফংই, মদুগী পাউখুম পীরিবনি।"

নন্দিনীনা মখূৎ তিংথোক্লদুনা হায়রকই, "ফৈ, কদায়নো ঐ থাদবীখিগে। মাদি নহাক্লা 'সিদা লৈ হায়বসি করম্না খঙলিবনো ?"

"ঐনা থোরক্লবা মতুংদা ইচে মালতীনা মখোয়গী ইমুংগী মীশিংগী ফত্তবা, ঐবু ওৎ-নৈবা কয়াদু মঙোন্দা শুগায়না খঙহন্দুনা থীনা চৈদুনা চিঠি ইখি। অদুদগী মহাক্লা ঐগী লৈফম খঙলিবনি।"

"মানা করি করি হায়রকই ?"

"হুম, " আশানা কংলবা মীনোক অমা খজিক্তং নোক্লদুনা হায়রকই, " ঐ ফনদুম নোক্লীংই। ঐবু অমুক মনাক্তা লাক্লবা ইরক্লিবনি। মহাক লৈত্রিঙৈদা ঐনা 'সিদা লাকপগী মরমদা মহাক্লা নুংঙাইতবা ফোঙদোরকই। মহাক লৈরম্লবদি ঐবু

কৈদৌঙৈদসু ইম্ফালদা চৎহল্লম্লোই হায়রকই। অহল-লমনগী মখাদা লৈবা, মখোয়না তৌবা খূদিংমক্তা করিসু হায়বা ঙমদবা মহাক্না অদুম্না হায়রকপা অদুনি ঐনা নোক্নীং-লিবা। মাগী অহল-লমন্না ওৎপদা ঐনা করিগুম্বা শিরল্লবদি মহাক্না করি হায়রমগনি? পাঙদবা অঙাংগুম্না মমীত্তা পি খরদং তারগা তোক্লমগদ্রা ? মদু ফাওবা তাদনা তোক্লম্বা য়াই। অরেম্বা ৱানি, ঐদি কৈদৌঙৈদসু মাগী মনাক্তা চৎলরোই।"

"নঙগা মাগা খৎনবমক্তি নত্তবনিনা মদু চুম্লা ? নঙনা মাগীদমক করিমতা য়েংদ্রব্রা? ৱাথোক অসিগী মতুংদা মানা মাগী অহল-লমনবু হান্নগুম তৌহন্দনবা হোৎনরকপসু য়াই।"

"মদু ওইথোক্তবা ৱানি, মদু মানা কৈদৌঙৈদসু ঙল্লোইদবা অমনি। মাগী মচননূপী জয়া হায়বী কুচু মুবী অমগা লৈ, অহল-লমনগী মৈনা চুরিবা অসি মহাক্নি। ফরে, নন্দিনী, মসিগী ৱাসি তোক্লসি, মখোয়না ফনা লুনা তৌগনি হায়রবসু ঐ হৌজিক মখোয়গী মনাক্তা শূকচৎ চৎলরোই। ঐ মদু শূকথা থাজবা ঙমদে, অদুগা মদুগী মথক্তসু, নন্দিনী ...............," ৱাহৈশিং অসি হায়রগা আশা স্বরমপী অমা হোল্লকই।

"অদুগা কৈদৌরবা ?" নন্দিনীনা আশাগী মতৌ অদু য়েংলদুনা হায়রকই।

হন্দক্তি আশা ৱাখল খরা হেন্না খন্থদুনা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "নন্দিনী, ৱাফম হায়ববু অসিনি। ঐ হৌজিক মণিপুর থাদোক্লুনা কৈদৌঙৈদসু অমুক মপান্দা চৎনীংদ্রে। মপান্দা লৈরুবদু করিসু নুংঙাইতে, জীব য়াম্না শোক্লি, করিগুম্বা অমা ইৱাৎ ৱাৎলি। য়ুমদুদা লৈবগী নুংঙাইতবগী মথক্তা ইরমদম থাদোকপগী অঙকপা অকনবা নুংঙাইতবগী চৈনা অমা ফাওই, ঐ মদু খাঙবা য়াম্না ৱায়।"

নন্দিনী মাগী মরূপ অদুগী ৱাহৈ অদুদা মপূক্নীংদা খল্লকই, "মদুদি হান্না খনগদবা ৱাফমনি।" অদুবু মহাক মদু ফোংনদি হায়রক্তে । মহাক্না হংলকই, "করিগুম্বা মহাক থোরক্লুনা নঙবু লৌবা লাক্লবদি কমদৌনি ?"

"মদু লাক্তনবনি ঐনা মঙোন্দা পীরিবা পাউখুম অসিমক। মহাক্না ঐবু কালেন থাদা লৌবা লাক্কে হায়না চিঠিদা খঙহল্লকই। মদু কান্নররোই, ঐবু কৈদৌঙৈদসু লৌবা লাক্নু হায়না ইরিবনি।"

নন্দিনী আশাগী পূক্নীংদা হোংলক্লিবা ৱাখল মওঙ অদু ঙক্লা থোকই, নুংঙাইতবা থৌদোক কয়া থেংনরুবদগী মপূক্নীংদা ফাওরকপা অরুবা নুংগী ওইবা পোৎ অমনি; মসিগী মতাংদা মাগী মত অমা হেক পীদুনা মরূপ্তুদা হায়গদবদু থোইনা হায়ফম খঙদে।

মখোয় অনী ঙহাক তুমিন্না লৈনখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা আশাগা কাদুদা লৈমিন্নবী ময়াঙ খরা কংবী, মীয়ায় ওইনা চাউবী, কুচু ঙৌবী নূপী অমা চঙলক্লে। মহাক্না আশাগী ফমুংগা মায়য়োক্না থারিবা মশাগী ফমুংদা ফম্লদুনা নন্দিনীবু খঙনীংবগুম তৌনা য়েংলকই।

আশানা মঙোন্দা নন্দিনীবু মশক তাক্লদুনা হায়রকই, "সুনীতি, ঐনা হেক হেক নঙোন্দা ৱারী শাবা ঐগী মরূপ নন্দিনী হায়বদুনি।"

নূপী অদুনা নন্দিনীদা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "আশানা অদোম্বু ইতৎ তত্তনা শোন্দুনা লৈ।"

"উম, " নন্দিনীসু নূপী অদুদা মোমোন নোক্তুনা খুম্মী।

সুনীতি মমীৎ-মনা শিংই, ৱা য়াম্না ঙাঙগল্লি। মহাক বামোনুবীনি, মমা-মপা কনাসু লৈত্রে, মৈতৈ অমদা ময়ূম পাল্লুরগা মচানূপা অমগা নূপী অমগা পোক্লবা মতুংদা খাইনদুনা হল্লকপদগী মাবু য়োকপা মখুরানা নীংথি-নুংঙাইনা তৌবীদনা তাম্হোরকপদগী মফম অদুদা লৈখিবনি। মাগী মচা অনী অদুদি মপুরোইবগী য়ূমদা লৈহৌরে। হৌজিক মাগী নূপাদু অতোপ্পা নূপী অমা থিখ্রে। মহাক জ্ঞান য়াম্না তাবী নূপী অমনি। মহাক্না আশাবু নুংশিনা তৌই। মহাক্না নন্দিনীদা মাগী অনাবগী ফীবম অদু খঙহন্দুনা ৱারী শারকই।

নন্দিনীনা মঙোন্দা হরাউ-হরাউ হায়রকই, "য়াম্না নুংঙাইজরে, অদোম্না আশাবু সেবা তৌবীদুনা হোৎনবীবা, মানা অদোমগা লৈমিন্নরম্বসি তশেংনা মাগী অফবনি।"

নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে। মনীং ওন্দুনা পানবা থোঙনাউদা নুংশা মঙাল চঙলম্বদু গুলমোহর পাম্বীশিংগী মশানা লুমশিনখিদুনা হৌজিক্তি চঙলকখিদ্রে। মপান্দা খরদং লৈরম্বা নুংশাগী মঙাল অদু ইশি শিথখ্রে। অশংবা লম্পাক মচা অদুদা নূপী খরদি গেটলোমদা য়েংদুনা ৱারী শাদুনা ফম্লি।

নন্দিনী আশ্রম অদুদগী থোরক্লে। মফম অদু মঙোন্দা য়াম্না নৌনা, অঙকপা অমা ওইনা থোকই। মানা উরকপা নূপী খরগী ফিজেৎ, শমকক, কেবা অমদি ঈথক-ঈরাংদা তাউবা মতৌ অদু মহাক কয়া হৈনদে; অদুবু অমরোমদা মদুদা লৈরিবা মরাইবক থীরবী, অচম্বী নূপী কয়া অদুগীদমক্তদি মহাক মপূক্লীংদা মীনুংশি পোকই।

মানা ময়ূম য়ৌবদু ফনা থেঙলে। নুমিত্তুদি মহাক মরু ওইনা নূপীশিংগী মরমদা ৱাখল কয়া খন্থরকই -- নূপীশিংগী সমস্যা, নূপীশিংনা ৱাবা, সমাজদা মখোয়গী ওইরিবা ফীবম অসিনচিংবা কয়াগী মরমদা । নন্দিনী মীনুংশি চাউই, অদুবু

মঙোন্দা নূপী কয়াগা মান্নদবা থম্মোয় অমা লৈ; নূপী কয়ানা নূপাদা ঙাওবা, থম্মোয় পেত্থ-নৌথবা, মশাগী পুক্নীং ইহুলবু শেন্নজবা ঙমদবা মতৌ অদুদি মঙোন্দা লৈতে। মহাক্না খল্লি নূপীশিংনা পুক্নীং তয়াং তশোয়বা, নূপাশিংগী শুক্কৎনীংঙাই ওইবী ওইনবা হোৎনবনা মরু ওইনা খনবা, মখোয়গীদমক হিংবগুম তৌনা মীখা থানা লৈবা অসিমক্না মখোয়গী ৱানবগী অচৌবা মরম অমনি। নূপীবু নূপা অয়াম্বনা উশিত্তনা খল্লিবা, হন্থনা উরিবা, শান্নপোৎকুম্না খল্লিবা অসি মখোয়গী মতৌ অদুননি। নূপীশিংগী শাজত্তা, মীৎয়েংদা অচৌবা অহোংবা অমা দরকার লৈ হায়বসি মাগী ৱাখলনি। মহাক্তি হীরম খূদিংমক্তা নূপীগা নূপাগা চপ মান্নবা থাক্তা হিংগদবনি হায়না খল্লি। মহাক মশাগী ওইনদি নূপাদা করিসু শুক্কৎপা লৈতে, মখোয়গী মতৌবু হঙ্গোইদুনা নুংশিনবগী ৱাখল অসি ফাওবা হন্থনা খল্লি। মহাক ঙসিদি আশ্রমগী নূপী খরগী ওইরিবা ফীবমদুগী মরমদা খনবদা মখোয় অয়াম্বদি মরু ওইনা নূপা-নূপীগী ফত্তবা মরীদগী থোরকপনি হায়না লৌদুনা মপুক্নীংদা নুংঙাইতবা ফাওই।

মথংগী নুমিত্তা মহাক্না অফিস য়ৌরগা আশাগী চিঠি অদু ডাক্কী উপুদা থাদবীখ্রে।

২

নন্দিনীগী মমা-মপা লৈখিদবা কুইরে। মাগী মপাদু লংফৈদা লল্লোনবা চৎপা মীশক্লি, মাগা লল্লোনবা চৎমিন্নবা মীশিংনা মপাদু লংফৈদা খঙহৌদনা ৱাম্বদুনা লৈখিদ্রে হায়না নোংমা মখোয়গী ইমুংদা পাউ পীরকখি। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমাসু ইকুই কুইদনা নাদুনা তাইবঙপাল থাদোকখ্রে। মমা-মপানা মখোয় মচীন-মনাউ মরি থনম্মী– নূপী অহুম নূপা অমা। নন্দিনীনা খ্বাইদগী অহলনি। মাগী মখাদা শারদা কৌবী মনাউনূপী অমগা, কালা কৌবা মৌপ্পা অমগা, খ্বাইদগী অতোনবী শোভা হায়বী নূপীমচা অমগা লৈ। শোভাদি মমা-মপা লৈখিদবা মতমদুদা য়াম্না অঙাং ওইরি, মহাক মখোয়বু মশক ফাওবা মুন্না খঙহৌদে। মতমদু নন্দিনী বি, এ, পাস তৌরে, অদুবু থবক্তি তৌদ্রি, ইমুং-মনুংগী অরূম্বা ভার পূন্নমক মথক্তা তারবদা অৱাবা কোঙ্গায় কয়া মায়য়োক্লখি, চানীংঙাই লৈতবদগী অঙাং প্রাইভেট তম্বীদুনা হোৎনখি, মনাউশিংবু পীজরগা মানা চারা হেনবা ফাওবা য়াওখি। অদুবু লাইবক ফদুনা মথংগী চহীদা পোষ্ট অফিসকী কেরানীগী থবক অমগী দরখাস্ত থাবদা খল্লক্লুনা মানা হৌজিক ওইরিবা থবক অসি পায়খিবনি। মদুগী মতুংদা মখোয়গী ইমুংগী ফীবম অসি খরা ফগৎলক্লুনা মখোয় চাব-থকপা ৱাত্ত্রে, শেৎপ-চাবা খরমখৈ নীংবা থুংলে, ইমুংগী অকে-অমৌগী পোৎ ফাওবা খরা লৈবা ঙম্লে। নন্দিনী মশাগী করিমতা খন্দনা মনাউশিংগী মহৈ-মশিং তমহন্নবগী হীরমদসু কন্না পূক্নীং চঙখি। নন্দিনীগী মনাউনূপী অনী শারদাগা শোভাগদি মানা হায়বতা ইল্লি, অদুবু মাগী মৌপ্পা কালাদি মানা হায়বা কয়া ইন্দে, ঈনখৎলকপা মতমগী য়াম্না শেৎনীং-চানীংবা, ঈরাং কনবা, মচেনা হোৎনরিবা পূন্নমক অদুগী মমল কয়া খঙদবা মীশক ওইনা তৌই। নোংমা মচেনা তলব ফংবা নুমিত্তা মখোয় চাকশঙদা চাক চামিন্নবদা কালানা মাগী ফূরিৎ অমগা খোঙউপ অমগা লৈনবগী ৱা হায়রকখি, নন্দিনীনা মখোয়গী মিং চনবগা, লাইরিক লৈনবা হোৎনবগা পৈশা কোন্নদে, কোন্না লৈবীরগে হায়না হায়বদা মহাক য়াম্না শাউখি, চাক খরা চারগা ফুক হৌগত্তুনা থোকখি, মদুদা নন্দিনীনা মাবু খরা চৈখি; নুমিৎ অদুদা মহাক ময়ূমদগী

থোকখিবদগী অদুম হঞ্জিল্লকখিদ্রে। নন্দিনী মদুদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইখিদে; মৌপ্পাদু চৎখ্রবা মতুংদা ইমুং অদুগী তুংগী ওইনা য়েংবদা অমম্বা ফীবম অমা লাকপগুম তৌখ্রে, য়ুমদু নূপী ঙাক্তা পানবা য়ুম ওইহৌরে। মতম অদুদগী মাগী পুন্সীদা অচৌবা অহোংবা তাঙ্কক অমা লাকখ্রে। মানা কন্না মখোয়গীদমক হোৎন-হোৎননা মৌপ্পানুপা অদুনা পেন্দবা অদু নীংশিংবদা মহাক হৌজিকসু নুংঙাইতে। মদুগী মতুংদা মহাক্না মনাউনূপী অনী অদুগী কন্না ফন্নবা হোৎনদুনা মহাক্কী আশা অসি মখোয়দতা থল্লকখি, ময়ুম পানবগী ৱাখল ফাওবা খনখিদ্রে। অদুবু শারদাদি এম, এ, তম্বা লোইরগা কোলেজগী ওজা ওইরবা মতুংদা মাগা নুংশিনবা নূপা অমদা চেনখ্রে। নূপা অদু নন্দিনীগা মহৌশা কোলেজদা লাইরিক তম্মিন্নখিবা ইবোচৌবা কৌবা মানা মুন্না মশক খঙবা, ইনাক খুনবা ইমুংগী মীশক অমনি, ইনকম-টেক্স অফিসার ওই। নন্দিনীনা মনাউনূপী শারদাবু ইবোচৌবদা লুহোংবীখ্রে। হৌজিক মখোয়গী ময়ুমদা মাগা মনাউনূপী শোভাগা মখোয় অনীতা লৈ।

শারদানা ওজা ওইরিবদু মোটবুংগী কোলেজ অমদনি। মহাক্না কোলেজদগী হল্লকপদা মরক মরক্তা মপামদা চঙলকই, মচেখোয়গী চীক্না লৈবা মতৌ অদুদা মহাক্না মখোয়গী ফীবমগী মরমদা তোয়না হংই। নোংমা মানা মপামদা লাকপদা নন্দিনীনা ৱারী অসুম শারকপ্দা মহাক্না আশ্রমদা লৈখ্রবী আশাগী মনাক্তা চৎলুবগী ৱা তম্লকই। শারদাদি মচেনা আশাগী মরমদা খনবা, হৌজিক ফাওবা মাগা নকশিন্ননা তিন্নবা অসি কয়া পামদে।

"ইচে, মফম অদুদা তোয়না চৎলুনু," শারদানা মচেদা অর্থ লৈনা হায়রকই, "মীনা ফজদনা ঙাঙনখিগনি।"

নন্দিনী মনাউনূপীনা হায়রিবা অদুগী অর্থ খঙনা মোমোন নোক্লকই অদুগা হায়রকই, "ঐ নহানমখৈ অমুক্তা চত্তে, আশানা নাবদুদা নুংঙাইতদুনা চৎলুবনি।"

শারদা মচেগা কুইনা ফমদুনা ৱারী শারমদ্রে। মহাক মকুবোক নাবনা মরম ওইদুনা থুনা হনখ্রে।

শারদানা ময়ুম য়ৌবদা মাগী মপুরোইবা ইবোচৌবদু মপাগী মনাক্তা শঙদুনা লৈরম্বদগী থোরকপদা ঙায়রম্মী। মহাক্কী মায়থোঙদু য়াম্না মকই। শারদানা মঙোন্দা হংলকই, "পাবুংগী ফীবম কমদৌরিবগে?"

"হান্নগী হান্নগীদুনি, " ইবোচৌবনা লূকথদুনা খুম্লকই।

ইবোচৌবগী মপা চন্দ্রশেখরগী ফীবম অদু ফগৎলকপগী মওঙ লৈতে, ফমুংদা

তাদুনা লৈখ্রবা মতৌ অদুনি। শারদা ৱাখল খল্লগা মপুরোইবদা মদুগী মরমদা অমুক হংলক্কে ।

চাউরবা ইমুং অদু ইচীক চীকই। য়ুমগী য়ুম্বুরেন্না অদুগুম্বা ফীবমদা লৈখ্রবদা ইমুং অদুদা অমম্বা, অৱাবগী শক্লোন অমনা ইকূপ কূপশিনবগুম তৌই। লৈরিবা মীশিংগী মায়থোঙসু ইমক মকই। করিগুম্বা মীকুপ্তা য়ুমগী অহল ওইবা মীশক অদু সংসার থাদোকখিবা য়াই হায়বগী ৱাখলদা মাগী মপোৎ খূদিংমক লাঙবালোইরে; য়ুমগী মী পূন্নমক করিগুম্বা মওঙ অমদা ঈংথনৈ, ৱা ফাওবা কন্না ঙাঙনদে। ইবোচৌবগী লুহোংখ্রবী মচননূপী ইন্দ্রাণীসু নুমিৎ হুন্নিগী মমাঙদগী মপামদা লাক্তুনা মপাগী মনাক্তা শঙদুনা, সেবা তৌদুনা লৈরে। মহাক্কা ইবোচৌবগা মখোয় মচীন-মনাউ অনীতনি। মবুংগা মাগনা অয়াম্বা মতমদা শিল্লোন-শিঞ্জিন তৌদুনা মপাবু শঙই।

ইবোচৌবনা মাগী নূপীদা হায়রকই "শারদা, নফি-নরোল খরা থুনা হোংদোক্তুনা পাবুংগী মনাক্তা চঙউ, নঙবুসু মানা হেক হেক তোয়না হংই।"

মকুবোক্কা শারদাবু য়াম্না লুনা তৌই। অদুগা অসিগুম্বা মতম অসিদা অনাবদু মশানা করিগুম্বা খরা খঙজরবগুম তৌনা ইমুংগী মী খূদিংমকপু য়ূমদগী চখোকহন্নীংদবগী মতৌ উৎলি।

শারদা মপুরোইবনা হায়বা মতুং ইন্না থুনা মকুবোক্কা হীপ্লিবা কা অদুদা চঙখ্রে। মরাং কায়না চাউরবা মকুবোক্কী কা অদু ইচীক চীকই, হীদাক্কী মনম কন্না নম্মী। ইন্দ্রাণী মথন্তা মপাগী ফমাঙদা মায়থোঙ মক্লা ফমদুনা লৈরম্মী। মকুবোক্তি মমীৎ উইশিন্দুনা লোংনা হীপ্তুনা লৈ।

শারদানা চঙলকপদা ইন্দ্রাণীনা মঙোন্দা হায়রকই, "হৌজিক পাবুংসি ঙহাক্তং পোত্থারি।"

শারদা তুমিন্না ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা থাবা মোরা অমদা ফম্লগা হংলকই, "হীদাক্তি চাখ্রবা ?"

"উম, ঙহাক্কী মমাঙদা চাখ্রে, অদুনা ঙহাক তুমদুনা পোত্থারিবনি, মদুগী মমাঙদদি য়াম্না কন্না হাই-হুল্লম্মী।"

ইবোচৌবগী মপাগী অনাবা অদু লিভরগী অরুবা অনাবনি, মানা অমুক অমুক নাবগী মৈচাক খাঙবগী হাই-হুল্লকপা অদু য়েংবা ঙমদে। মাগী শদোন অদুসু য়াম্না ৱাংনা কংখৎখ্রে। মহাক অমুক অমুক স্বর থিংদুনা লাক্লে ।

ইন্দ্রাণীগা মখোয় অনী ফমাঙদগী হৌগত্তুনা ফক্লাং ময়াদা মমায় মনীং ওন্দুনা

থাবা সোফা অমদা ফম্লরে। ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "ইনন্মা, নহাক লৈরগা ৱাখল খরা থোকই; য়েংউ, ঐখোয়গী ইমাসু করি তৌগদগে হায়বদু মফম ইখঙ খঙদে।"

"উম, ইন্দ্রাণী, ঐ 'সিদগীদি চখোক্লরোই, নুমিৎ খরনি ছুটি লৌরম্লে।"

অদুদগী মখোয় অনী তুমিন্না অমুক লৈনখ্রে। তাঞ্জা অদুদা ৱারী থোইনা শানীংঙাই লৈতবগুম তৌই, অনাবগী ওইরিবা মওঙ অমদি খূদক্তা হেক্তা থোক্লবা য়াবা অরোইবা পূংফম অদু মখোয় অনীমক্কী পূক্নীংদা ইফাও ফাওই।

ঙহাক্কী মতুংদা ইবোচৌবসু কা অদুদা চঙলক্লে।

নুমিত্তুগী নুমিদাংদা অনাবগী ফীবম অদু হেন্না লুশিল্লক্লে। অথেঙবা অহিংদা ইমুংগী মীশিংনা কোয়শিন্দুনা লৈরিঙৈদা ইবোচৌবগী মপা চন্দ্রশেখর সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। কপ্পগী খোঞ্জেলনা ইমুং অদু ইনিন নিনখ্রে।

মহাক লৈখিদবা মতুং শ্রাদ্ধ ফাওবদি লাইরিক তাবগী, মী হংবা লাকপগী, কর্মগী থবক-ইথ্বাং নোম্বগী ইমুংদু পূম্লাঙ লাঙই। মী য়ামদবা ইমুং অদুদদি অদুগুম্বা অচৌবা কর্ম অমা থোকপদু অৱাবা, খুদোংচাদবা কয়া লৈ। নন্দিনীগা শোভাগসু শ্রাদ্ধ ময়াদদি শারদাখোয়দা থবক নোম্বা হেক হেক লাকই।

শ্রাদ্ধ লোইখ্রবা মতুংদদি লাঙলম্বা পূন্নমক অদু ইচীক চীকখ্রে। চীক্লবা কান্দুদা ইমুংগী মীশিংগী নুংঙাইতবদি হেল্লকই। অচৌবা য়ূম-হিঙ্গোল অদু অহল অদু লৈখিদ্রবা মতুংদা পূমহাঙ হাঙনা উখ্রে।

লৈখিদ্রবা ইবোচৌবগী মপা চন্দ্রশেখর অসি অচৌবা ঠিকাদার অমা ওইরম্মী, শেল য়াম্না তাল্লম্মী। মহাক্না চাউরবা য়ূম-হিঙ্গোল অদুগী মথক্তা লৌ পরি তরা, থৌবালদা দুকান অচৌবা অমা, ৱাইথৌদা হিঙ্গোল অমা থনম্মী। হৌজিক্তি ইবোচৌবা মপানা থনম্বা সম্পত্তি অদু হকথেংননা য়েংশিন্নবগী দায়িত্ব লৌবা তারকই। মপা লৈরিঙৈদদি মদু য়েংশিনবগী থবক খূদিংমক অদু মপানা তৌরম্মী। হৌজিক্তি মহাক মদুগীদমক ৱাখল খনবা হৌরকই।

নোংমা নুংথিল অমনি। ইবোচৌবা থাংজ নুমিৎকী ছুটি ওইদুনা অফিস কাদে। শারদাদি কোলেজ কাখিবদগী হল্লক্তি । ইবোচৌবগী মমা থোইবীনা মাঙ্গোলগী ফিদাদা ফম্লগা মচানুপাবু কৌশিন্দুনা ৱাফম অমখক হৌদোরকই। মদু ইন্দ্রাণীনা নোংমা মপামদা লাক্লম্বা মতুংদনি। ৱাফম অদুদি অতৈ করিসু নত্তে, মপানা থনম্বা সম্পত্তিদগী মাগীসু শরূক খরা পীবিয়ু হায়বগী ৱাফমনি। মদু তাবদা ইবোচৌবা

পূক্নীং খংনুং নুংশিবা পোকই; মপা লৈতবা কুইখিদ্রি, অদুগুম্বগী ৱা অদু হৌদোক্নরবসু কোন্না তপ্না মতাং চানা হৌদোক্নবা য়াবনি, অসুক হাথু হাথুনা নংহৌরোইদবা মওঙদা হৌদোরকপদু মহাক নুংঙাইতে। আইনগী থোঙদা নূপীগীসু মমা-মপাগী সম্পত্তিগী শরূক ফংহৌবগী চপ চাবা অধিকার লৈ, অদুবু হীরম খূদিংমক অসি মফম মতমগী মখা পোনবনি। থোইদোক্না ঐখোয়গী সমাজদদি ময়ূম পানখ্রবী নূপী অমনা মপামগী সম্পত্তিগী মরমদা উশিন্দুনা ঙাঙবা অসিসু কয়াদি ফজদবা অমনি। ইবোচৌবা ভাবনা খঙই ৱাফম অদু মচননূপী ইন্দ্রাণীগী মকোক্তগী ঙাক্তা থোরকপা ওইরম্লোই, মঙোন্দা মনেম-মকু নত্ত্রগা মপুরোইবনা ঈনশিনবদগী ওইরমগনি। ইন্দ্রাণীগী মপুরোইবা বিধু হায়বসি ওক্তবা মী অমনি। মহাক সরকারগী লোয়শঙ অমদা কেসিয়ার ওই, অফিসকী শেল ময়াম হাৎলুবগী থবক তোক্তুনা লৈ। মহাক জুৱার শান্নবা, য়ু থকপা, নূপী কোয়বা অসিনচিংবা পূন্নমক ইশু শুবা মীনি। মহাক্না জুৱারদা ইন্দ্রাণীগী লীক-কোল কয়া থাদোকখ্রে। ইবোচৌবনা মাবু হান্নসু য়াম্না শাউদুনা লৈরিবনি।

ইবোচৌবনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লদুনা খরা নুংঙাইতবা মায়থোঙগী মতৌ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "কয়া য়াম্বনো মহাক্না পাল্লিবদি? সম্পত্তিগী তংখায় অমরা?"

মমানা মচানূপাগী পূক্নীংদা লৈরিবা নুংঙাইতবা অদু খঙই। ৱাফম অদু মহাক্না কয়া য়ানীংবা নত্ত্রবসু মানা হৌদোক্লরবনিনা মা য়াওনা শীনবা অমদি ইমান মাল্লে। মমানা ঈংথনা অহল ওইরকপগী শক্তি য়াওদ্রবা মতৌ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "তংখায় অমগী ৱাদি নত্তে, শরূক খরা খাইবিয়ু হায়বনি।"

ইবোচৌবা লূকথদুনা হান্নগী শকফম অদুমক্তা হায়রকই, "হৌজিক্তি ইমা লৈরিবনিনা ইমাগী খুশিনি, ইমানা নীংবা অদু অদুম তৌবীয়ু। মসিদা ঐগী থোইনা হায়নীংঙাই করিসু লৈতে।"

ইবোচৌবগী মমাদু নুংঙাইতনা তূমিন্না লৈ।

ইবোচৌবা ৱা মখা থোইনা অমুক তারমদনা মমাগী মনাক্তগী থোরক্লে। মহাক মাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা হীপ্তুনা মদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মতম অসুক কুইবা অসি ইন্দ্রাণীনা অদুগুম্বগী অনীংবা ৱাখল অমতা ফোঙদোরকখিবা লৈতে, মপা লৈখিদ্রবা মতুং অসিদা মাগী ইমুংগী মীশিংনা তান্নরগা মঙোন্দা ঈনশিন্দুনা করিগুম্বা শবৌ অমা তৌরকপা ওইরমগনি হায়বসি খল্লুবদা মহাক য়াম্না হেন্না শাউনীংবা পোক্লকই। ইন্দ্রাণীগী নূপাগী ওক্তবা, মাগী সনা-লূপা কয়া মাঙহনখিবগী থৌদোক

পুন্নমক্তুসু মহাক্না নৌহৌনা নীংশিংলকই। মহাক্না মচননূপীদা সম্পত্তিগী শরূক খরা পীখিবা তারবসু মদু মফম খঙদনা কাংখোং চাইনা মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ। মহাক ৱাখল খল্লুরগা য়াম্না পোত্থাফম খঙদবা হৌরকই। অসুম্না মহাক মাগী ফমুংদা ঙহাক ৱাখল খন্দুনা হীপ্তুনা লৈরম্বদগী খঙহৌদনা তুমথখ্রে।

মহাক্না তূম্না তূম্না খঙহৌদনা মঙওই-হাওই শারদাগী অমেঙবা খোঞ্জেল তারকই, "ঐ লৈত্রগা অসুম তূমদুনা লৈবীরব্রা ?"

ইবোচৌবা খোঞ্জেল অদু তারবসু মমীৎ পাক হেক পাঙথোরকপা ঙমদে, কা অদুদা ফিজোলগী মখোল তারকপা, এসেন্সকুম্বগী মনম নম্লকপা অদু মঙোন্দা মঙওই-হাওই ফাওই।

"হৌগৎপিরো নুমিৎ য়াম্না থেঙলে," শারদানা অসি হায়দুনা মাগী খুদোন অদুনা মাগী লেংজূমদা শোক্লকই।

ইবোচৌবা মমীৎ পাঙথোরক্লে। মহাক ভাব তারকই মহাক ঙহাক তূম্লুরে; মানা ঙসায় তূমথখিবদু নুংথিল পূং অহুম মখায়রোম তারম্লগনি, হৌজিক শারদানা হল্লক্লিবা অসি পূং মরি তারে। মহাক ফমুংদগী থুনা হৌগত্তুনা মমায়-মমীৎ তাথোকপা থোকখ্রে।

মহাক্না বাথরুমদা মমায়-মমীৎ তাথোকপা চঙখ্রিঙৈদা শারদানা নুংথিলগী চানচিংবা লোন্দুনা থৌরাঙ তৌবা লোইরে।

ইবোচৌবা বাথরুমদগী থোরক্লগা ফম্ফমকাদা ফমদুনা জরনেল অমা পাদুনা লৈ। শারদানা মাগী চা পুশিল্লক্লে। শারদাদু মপুরোইবগী মনাক্তা সোফাদা ফমথরকই।

ইবোচৌবনা পারম্বা জরনেল অদু খুমজিন্দুনা থম্লগা চা থক্লা থক্লা হায়রকই, "শারদা, ঙসিদি ইমানা ঐঙোন্দা অরুবা ৱাফম অমা হৌদোরকই।"

"করি ৱানো ?"

ইবোচৌবনা মমানা মঙোন্দা হায়রকপা ইন্দ্রাণীনা মাগী সম্পত্তি শরূক পাম্বগী ৱাফম অদুগী মরমদা শারদাদা তম্লকই। মদু তাবদা শারদাগী চীংলেম্বা অঙৈংবা শকফম অদুদা ৱাখলগী মমি খজিক্তং তারকই; নুংঙাইতবগীদি নত্তে, চুম্না ৱাফম অদু নৌনা থোকপদগীনি।

ইবোচৌবনা খরা শূকথনা হায়রকই, "ঐ মদুগী খনবদা থৱায় ইনুং নুংঙাইতে।"

" ইমানবু করি হায়বগে ?"

" ইমানা করি হায়গনি? হৌজিক্তি মহাক্তি শক্তি য়াওরক্তে , ঐখোয় মশেল

অমগীসু অমগীসু য়াননবা শীনবা পাম্বগী মওঙ মাল্লি।"

" ইন্দ্রাণীগীসু শরূক পীবিখিবা পাম্বগী ৱা নত্ত্রা ?"

"উম, মদু ওইরমগদ্রা খল্লি।"

শারদানা ইপৌ পৌনা হায়রকই, "ফরে, কৈদৌগনি মদুগীদমক নুংঙাইতবা তৌরুদুনা? হৌনবী মতুং ইন্না য়েন্নদুনা মাগী শরূক থুংবীখ্রগা লোইরে।"

ইবোচৌবনা খরা পেন্দবা উত্তুনা হায়রকই, "শারদা, মহাক্না পূন্নমক ইচম চম্না ফজনা খল্লি, মসি ইরায় লায়বা ৱা নত্তে। ঐ খঙই আইনগী মতুং ইন্না নূপীগীসু অহল-লমনগী সম্পত্তি ফংবগী অধিকার চপ চানা লৈ, ইন্দ্রাণীনা মাগী ফংফম থোকপা শরূক অদু তাল্লকপগী নুংঙাইতবা ৱা ঙাক নত্তে। লুরিবসি মাগী নূপা বিধু হায়বদুগী ৱানি, মহাক ওক্তবা অদুগা মবূকসু ফত্তবা মী অমনি; পূন্নমকসি মাগী শরৌ ওইগনি, খুদোংচাবা ওইজবা থিবনি, মাগী মখূৎ চনখ্রগা পূন্নমক অফবা ওইরোই। মহাক্না ইন্দ্রাণীগী সনা-লূপা কয়াসু জুৱারদা থাদোকখ্রবনি। ঐ মাগা কৌসু কৌনদে অদুগা মায়য়োক্লবসু পামদে, মদু নঙনা খঙলিবদুনি।"

শারদা মপুরোইবনা হায়বদু তূমিন্না লূকথদুনা তাদুনা লৈ।

ইবোচৌবনা অমুক মখা তারকই, "শারদা, মহাক্না ঐখোয়গী ইমুংদা মখল কয়াগী অৱাবা পীখ্রবনি, ঙহাক লৈতনা ইন্দ্রাণী থারক্তুনা ঐখোয়দগী শেল লৌরিবনি। ঙহাক লৈরগা সরকারগী পৈশা জুৱারদা থাদোকপগী, ঙহাক লৈরগা মীগী শেল হাৎলুবগী থৌদোক কয়া কয়ানি। পাবুংগা ইমাগনা ইন্দ্রাণীগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা পূন্নমক হোৎনদুনা লাকপনি। অদুবু মহাক্না মদুগীদমক তৌবীমল খঙবা উৎপদি লায়রদুনা ঐখোয়গী ইমুংবু মীঙোন্দা হুন্দুনা থীনা ঙাঙদুনতা লাক্লিবনি। মহাকসি তশেংনা ফত্তবা মী অমনি -- কৈদৌঙৈদসু অমুক ফরক্লরোইদবা।"

শারদা ৱাখল থোক্তনা লৈ, মহাক্না হায়রকই, "খঙদে, ইন্দ্রাণী মশানা ঐখোয়দা করি হায়রকপগে হায়বদু অমুক য়েংখিসি।"

"মহাক্কীদি হায়রক্লবা অসিনি, কয়া য়াম্না পীগদগে, করম্বা মওঙদা য়েন্নগদগে হায়বা অদুগী ৱাতনি। ঐখোয়না পীরোই হায়রবদি মহাক কেস ফাওবা তৌরকপা য়াই।"

শারদানা খরা ঙক্না হায়রকই, "ইন্দ্রাণীনবু মদুমক তৌরক্কদ্রা ?"

" মাগী নূপাদুনা ঈনশিল্লগা তৌরক্কদৌরিবনি।"

শারদাদু ৱা ঙাঙফম খঙদনা তূমিন্না লৈখ্রে। ৱাফম অদু মতাং অদুৱাইদা খন্নফম থোইনা খঙদনা মেন তাদনা লোইশিনখ্রে।

৩

আশা নাবা ফরে। নোংমা নুমিদাংনি। মহাক মাগী লৈফম কা অদুগী থোঙনাউ ময়াদা চীক্লা তৃমিন্না ফমদুনা লৈ। নারুবদগী মাগী হকচাংদু ময়েং তাথ্রবসু মাগী রাশি লৈরবা মায়থোঙ অদুগী চীংলেম্বা, শুব্ধৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অদুদি মাঙদ্রি। মাগী য়াম্লবা অমুবা মশম অদু মতুংদা ফিগী অঙাঙবা বেশু অমা পুনশিল্লি। মাগী শক্তম অদু কনাগুম্বা খূৎ হৈবা কলাকার অমনা শাবা লেঙদবা মূর্ত্তি অমগুম উই।

মপান্দা থাবল মুশি মুশি ফৈ। মফমদুদা লৈরিবা নূপীশিংদু খরনা কম্পাউণ্ডগী নাপী মথক্তা ফমদুনা ৱারী শারি, খরনা মাগী মাগী কাদা রুমাল লোনবা, লাইরিক পাবা, ঈশৈ শকপা, লুডো শান্নবা অসিনচিংবা কয়া তৌদুনা লৈ। মখোয়গী চাক্তি মেসতা পূন্না চায়, কনাগুম্বনা মরনাই তোঙান্না থোংদুনা চাবসু য়াওই, অদুবু মখোয় অদুদি মশীং য়ামদে। নুংদাংগী চাকচামাঙ অসিদি মখোয় অয়াম্বা মানা মানা থোকপা তৌদুনা লৈ। (মফমদুদা লৈরিবা নূপীশিংদু চাউরাক্লা য়াঙখৈমুক্নি।) নূপী ঙাক্তগী ওইবা সংসার অদু তোপতোপ্পা মওঙ অমনি, মখোয় খরদি তশেংনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ, য়াম্না নীংতম্বী মানা মানা থোকপা তৌবী ঙাক্তনি। মখোয়গী মরক্তা ড্রামা য়াওবী, জগোই শাবী, ঈশৈ শকপী কয়া য়াওই। মখোয়দুনা নুংদাংদসু অতৈ ময়ামদগী হেন্না লাঙই।

আশানা ফল্লিঙৈদুদা মাগা লৈমিন্নবী সুনীতিনা মখোয়গী কাদুদা নূপী খরবু চৈর-চৈরদুনা চঙলকই। মহাক্লা অদুম্না চঙলকপদুদা আশানা মঙোন্দা হংলকই, "কৈদৌরে, সুনীতি, মী অদুক য়াম্না চৈরিবদু?"

সুনীতিনা ফমুংদা মখোঙ য়াম্থদুনা ফম্লগা হায়রকই, "হৌজিক কারগী হোর্ন অমা খোংখিবদু তাহৌব্রা? মদু তাবদা অফাওবী চান্দনীদু গেটলোমদা থোকখ্রে, ইচে মালতী খঙলবদি ৱা থোক্কদবনি। মাগুম্বা নূপী খরনা অসুন্না তৌবা অসিনা ঐখোয়গী আশ্রম অসি চেম্থহল্লবনি। অঙকপনি, মখোয় খরদি মখোয়গী মরী লৈনবা নূপাশিংগী কারগী হোর্নশিংদু মুন্না মুন্না খঙই। মহাক হৌজিক্তা হারমোনিয়ম খোংদুনা ঈশৈ শক্তুনা লৈরম্বনি, কদোমদগী তাবনো খঙদে কারগী হোর্ন অদু হেক খোংলকপদা

ঈশৈ শকপা অদু চপ লেপ্লগা থোকখিবনি।"

" নহাক্না করম্না উহৌবগে ?"

" ঐনা বাথরুমদা মায়-মীৎ তারুরগা ভেরেন্দাদা থোরকপদা উহৌরিবনি।"

" ওঙ্খোকপা মীশক হায়বদুনি।"

সুনীতিনা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই, "ঐখোয়সি নূপীনি হায়বদু কৈদৌঙৈদসু কাউরোইদবনি। অসিগুম্বা থবক্তা ঐখোয়গী ঙমখে লৈ। ঐখোয়না কাহেনবা তৌবদা ইশাগী মমল হম্থজহনবা নত্তনা তোংজবা করিসু লৈতে। মসি মখোয়দি করিসু খঙদে।"

মহাক্না ফমুংদা ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা মোন ময়াদগী মৈখেৎ লৌরগা মাগী লুখুম মপাদা থাবা টেবল অমদা লাৎলিবা রাধা-কৃষ্ণগী মূর্ত্তিগী মমাঙদা ধূপ মচৈ অমা য়ুংদুনা থারকই, অদুগা মদুদা মখূৎ লোন্নদুনা পূক্নীং চঙনা খুরুম্মী। অসুম্না তৌবসি মাগী নুমিৎ খূদিংগী হৈনবীনি। কাদু মানা থাবা ধূপকী নুংশিবা মনমগা লোয়নবা মৈখুনা ৱা ৱা শন্দোরকই।

মহাক ধূপ থাবা লোইরগা মাগী ফমুংদা অমুক ঙহাক ফমদুনা লৈখ্রে। অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "আশা, নোংমা ঁসিদা লাক্রম্বী নহাক্কী মরূপ নন্দিনী হায়বীদু ওঙ্খোক্না নুংশিখ্রে, মগুণনা লৈরিবা, ঙাঙবনা নুংশিরিবা, মহাক্না নঙবু কয়াদা নুংশিনা তৌখ্রবনো! ঐ মাগা উন্নদুনা ৱারী শাখিবদু কাউবা ঙমদে।"

"ঐখোয় অনী পীক্লিঁঙৈদগী নুংশিনা তিন্নরকপনি, ঐনা হায়খিবদুনি।"

"মাগী মরমদা খরা হায়য়ু।"

আশানা নন্দিনীগী মরমদা খরা কূপথনা ৱারী লীদুনা মঙোন্দা খঙহল্লকই।

সুনীতিনা মদু পূক্নীং চঙনা তারগা হায়রকই, "অঙকপা মীশক অমনি, ঐ মাবু থাগত্তবা ঙমদে। মাগুম্বী নূপী অসি নূপানা কৈদৌঙৈদসু লাকচবা ঙম্লরোইদবনি। নূপীগী পূক্নীং নৌথবা, অশোনবা কয়া অসিননি নূপানা খুদোংচাবা লৌরিবা; মহাক্তুদি মদুগুম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রবী অমনি। আশা, নহাক মাগুম্বা মী অমগা মরূপ ওইবসি তশেংনা লাইবক ফৈ।"

"অওইবমক্লি, সুনীতি, ঐ মাগা তিন্নবগীদমক্তা চাউথোকচরিবনি। মাগা ৱারী শারবদি পূক্নীং য়াম্না চাউথোকই। ঐ মাগা কৈদৌঙৈদসু থাপ্তোক্নবা ঙম্লোই।"

মতম অদুদা চাক চাবগী কাংশি য়ৈরক্লে। মখোয় অনী কাদগী মপান্দা থোরক্লে।

অতিয়াদা মচেৎ ওইনা থোকপা থা অদু লৈরমদ্রে। আশ্রমগী গেটতা হৌবা গুলমোহর পাম্বীশিংদু মশা-মরেং ফন্না ইমু মুনা লেপ্লি। সড়ক্তা চেনবা গাড়িগী মখোল

অমদি চৎলিবা মীশিংগী মীনিন অদু খরা ঈংথখ্রে। নুমিদাংগী অঈংবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীৎলি। মদুনা য়েরকপদি হকচাং তেকখৎনীংঙাই ওই।

মখোয়না চাক চাফমদা চঙবদা ঙসায় গেটলোমদা থোক্লুবী চান্দনী হায়বীদু মাগী মমান্নবী ময়াঙ কংবী, মশম লেংবান্দা ককপী নুংশিতোম্বী হায়বী নুপী অমগা নোক-খেদুনা, ৱারী শাদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। চান্দনী মমায় পাকই, কুচু ভৌই, ৱা ঙাঙবদা মৰে কোল্লি, অদুগা নোকপদসু মখোল য়াম্না হৌই। মহাক্কী লেংজূম ফাওবদা শাংবা মশম অদু লূখমদা অশংবা ফিগী বেণ্ড অমনা পুনশিল্লি, লাইবক্তা অঙাঙবা বিন্দী অমা নম্মী।

মহাক উবদা সুনীতি কয়া হৈনদনা য়েংশিন্নদনা লৈথোক্লুনা লৈ।

চান্দনী ফম্মিন্নরিবী মমান্নবী অদুগা চাক পুথোরকপা ঙাইনা ঙাইনা ঙসায় নূপা উন্নরুবগী, খূদোলপোৎ পীরম্বগী ৱারী কয়া হৌনা হৌনা শারকই। অদুগুম্বা থবক অদু লেম্বগুম মখোয়দা করিসু ইকাইবা লৈতে।

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা সুনীতিনা ভেরেন্দাদা চৎনা চৎনা আশাদা হায়রকই, "কয়াদা মমায় কনখ্রবনো মখোয়দু! মশাদা ইকাইবা মচেৎ অমতা পক্তে। মখোয় উবদা চাক ফাওবা চানীংবা পোক্তে।"

আশাগা সুনীতিগা মখোয় অনীদু ওলাঙ-ওনশাউনবগা তূম্বসু ঙল্লি হায়দুনা মখোয়গী কা মপাদা ভেরেন্দাদা থাবা ফাল অমদা ঙহাক ফমদুনা অঈংবা নুংশিৎ য়েহন্দুনা লৈ। মচেৎ ওইনা থোক্লম্বা থাঁ অদু তাখিদুনা মমশিনখ্রবসু অতিয়াদদি অরংবা থৱানমিচাকশিংনা তগুপ-তরেংনা মঙাল শন্দোক্লি। নুংদাংগী উচেক অমা-অনীনা অহাঙবা অৱাংবা অতিয়াদা পাইদুনা মরক মরক্তা খোংলকই।

ঙসায় ঈশৈ শক্লম্বা চান্দনীখোয়গী কা অদুদগী হারমোনিয়ম খোংদুনা ঙসায় লোইশিলহৌদ্রবা ঈশৈ অদু অমুক শকপা মখোল তারকই।

সুনীতিনা মদু তারগা হায়রকই, " কয়াদনো মখোয়না নুংঙাইরিবসি, কয়াদা ঈথক-ঈরাংদা তাউদুনা লৈখ্রবনো! মশাগী নুংঙাইবা নত্তনা মখোয় করিসু খন্দে। মখোয়গুম্না নুংঙাইবা হৈরবদি মী খূদিংমক পুন্সীগনি।" (মাগী অকোনবা ৱাহৈ খরদু মখোয়বু করেম্নদুনা হায়রিবনি।)

ঙহাক্কী মতুংদা সুপরিনটেন্দেন্ট মালতীনা মখূত্তা তোর্চ অঙানবা অমা পায়দুনা ভেরেন্দাদা কোয়না চৎপা উরকই। মহাক্না ঈশৈ শক্লিবা কাদুগী মপা য়ৌরগা থোঙনাউদা করিগুম্বা খরা হায়খি, অদুদগী শক্লম্বা ঈশৈ অদু খংলেপ লেপখ্রে।

আশাগা সুনীতিগসু কা মনুংদা চঙখ্রে।

## ৪

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা ইন্দ্রাণীদু মপামদা অমুক লাক্লে। মহাক্না মমাগী কাদা চঙলগা কপ্পুনা হায়ররে মখোয়গী ইমুংদু হৌজিক য়াম্না অৱাবা ফীবমদা তারে, চারা হেনবগী মওঙদা লৈরে, য়াম্না থুনা শীনবিদুনা মাগী সম্পত্তি শরূক খরা পীরক্কুবদি মহাক ইমুংদুদা লৈবা নুংঙাইরোইদৌরি, মদুনা মরম ওইদুনা মাবু ওৎ-নৈবগী মওঙ অমদা চত্থরক্লে।

ইন্দ্রাণীগী ৱাহৈ অদুদগী মমানা ইরায় লায়না তশেংনা খঙলে মদুদি মাগী ইমুংগী মীশিংগী থৌইনশিন্দগী মরু ওইনা মচানূপীনা সম্পত্তিগী ৱাফম অদু কন্না তকশিল্লকপনি। মমানা শাউনা মচানূপীদা হায়রকই, " অদুম্না লৈবা নুংঙাইরোইদবা ওইরবদি য়ূমদা লাক্লো, নহাকপু মখোয়গী ওৎ-নৈফম্না? মখোয়না নহাকপু মী ওইনা উদে, নঙোন্দগী ফংবা য়াবা সম্পত্তি অদুদনি মখোয়না উরিবা।"

মমাগী ৱাদু তাবদা ইন্দ্রাণী মমায় মক্না খুমদনা লূকথদুনা লৈ।

মমানা অমুক মখা তারকই, "ঐদি মখোয়বু য়াম্না শাউনীংই। করিগীনো মখোয়না অসুক উশিত্ত্রিবা ? নঙনা অসুম নোঞ্জনা লৈবা অদুদা য়াই হায়দুনা তৌরিবনি। বিধুনা নঙগী সনা-লূপা কয়া মাঙহনখ্রে; হৌজিক্না মাগী অহল-লমন য়াওনা শৱৌ তৌদুনা নঙগী ফংফম থোকপা সম্পত্তিবু মিতাদুনা নঙগী নুংঙইতনবা, মাঙনবা ঙাক্তা শীল্লি।"

মমানা ঙাঙলিবা অদু কয়া ইচঙ চঙদনা ইন্দ্রাণীনা লূকথদুনা হংলকই, " ইমা, তামোদা ৱাফম অসিদি হায়বীরব্রা?"

" হায়রে।"

" তামোনা করি হায়বগে?"

" করি হায়গনি? মহাক ৱা ইঙাঙ ঙাঙলক্তে।"

" ইমানা মেন তানা অমুক্তংগা ফজনা হায়বীয়ু।"

ইন্দ্রাণী অসুম্না ৱাফম অদুগী মতাংদা মমাদা তকশিন্দুনা হায়রম্লগা মমাগী মনাক্তগী হনখ্রে।

মহাক্না মমাগা ৱারী শাবা মতম অদু ইবোচৌবা অফিস কাখিদুনা ময়ূমদা লৈতে, শারদাসু কোলেজদগী কূন্নক্তি।

নুংথিল ইবোচৌবনা অফিসতগী কূন্নক্লবা মতুংদা মমানা মাবু মাগী কাদা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, ইন্দ্রাণীদু ঙসিসু লাক্লম্মী, মানা হায়বা ৱাফমদু অমুকসু হৌদোক্লম্মী।"

" মাগী সম্পত্তি শরূক পীয়ু হায়বদুগী ৱাদু নত্ত্রা?"

" উম, মদুগী ৱাদুনি, " মমানা ইতূক তূকথনা খুন্নকই।

ইবোচৌবা মদু তাবদা খরা শাউনা হায়রকই, "করিগীনো, ইমা, মানা অসুক য়াম্না থুনা তকশিল্লক্লিবা ?"

মমানা নাকল অনীমক্কী য়েংনা ঈংথনা হায়রকই, "ইবুংঙো, মখোয়গী ইমুংদু খরা ৱারমাল্লে, অদুননি।"

"করি হায়বা, মহাক লৈরমদ্রবদি মখোয় লোইনা চারা হেন্দুনা শিরগদ্রা?" ইবোচৌবনা অমুক হেন্না শাউনা হায়রকই, "মাগী নূপাদু থবক তোল্লবসু অতৈ উপায় থিবা য়াদ্রা, থবক শূগেরা করিনো অমা তৌদুনা; নূপীগী মরল ঙাক্তা চাদুনা হিংবগী আশা তৌরিবা করিগীনো?"

ইন্দ্রাণীগী মমাদু খুমদনা তূমিন্না লৈ।

ইবোচৌবনা অমুক শাউনা মখা তানা হায়রকই, "ঐ খঙই, ইমা, পূন্নমকসি মখোয়না ঈনশিন্দুনা তৌরিবা ঙাক্তনি, ঐগী ইচল অদুসু ফত্তবনি, চপ মান্নবনি। মখোয়না অদুম্না নম-হাদুনা লৌনবা হোৎনরক্লবদি য়ারোই, ঐ মখোয়দা করিমতা পীরোই। মখোয়না ঈনশিন্দুনা ইন্দ্রাণীনা কেস তৌরক্লবসু তৌরকসনু, ঐ মদু চপ চানা থেংনগনি। মাগী নূপাদুনা মাগী সনা-লূপা কয়া মাঙহনখিবা অদু কোর্টতা পুথোক্তুনা খঙহনগনি।"

মাগী মমাদু ৱাখল থোক্তনা ফুম্বংননা লৈখ্রে।

ইবোচৌবা শাউনা ৱা মখা তারমদনা মমাগী কাদুদগী থোকখ্রে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা ইন্দ্রাণী মমাগী মনাক্তা অমুক লাকই। মমানা মঙোন্দা মহাক্না হায়বা ৱাফম অদু মবুংদা অমুক হৌদোক্লে, মদুদা মবুংনা য়াম্না শাউই, মচানূপানা য়াদ্রবদি মহাক করিসু তৌবা ঙমদে হায়না মঙোন্দা হায়খ্রে।

ইন্দ্রাণীদু নুংঙাইতনা হনখ্রে।

ইন্দ্রাণীনা মমাগা ৱারী শারুরগা হল্লকপা মতমদা মাগী মপুরোইবা বিধু

চথোক্লমদাইগী মফি-মরোল শেৎলগা লৈরম্মী। মানা থোঙজিল কানশিল্লগা ইমুংদা চঙলকপদা মপুরোইবনা ফমুংদা ফম্লগা লাঙতক্লনা হংলকই, "করি হায়নরকই? ঐ চথোক্কে তৌবনি, নহাক্কী পাউ অদু তানীংদুনা ঙাইরম্লিবনি।"

ইন্দ্রাণীনা হৈনিংদনা হায়রকই, " কান্নরোইদৌরি।"

" কৈদৌরে, পীরোই হায়রক্লব্রা?"

ইন্দ্রাণীনা টেবল ময়াদা থাবা চৌকি অমদা ফম্লদুনা খুম্লকই, " ইমানা মদু হায়বদা ঐখোয়গী তামোনা য়াম্না শাউই হায়রকই।"

বিধুনা পীশুম শৃক্তুনা ইন্দ্রাণীদা শংত্রিক য়েংলদুনা হায়রকই, " করি, নখোয়গী তামোনা য়ানীংদে হায়বা ?"

ইন্দ্রাণী পাউখুম পীরক্তনা লৈ।

বিধুনা মঙোন্দা য়েংলম্বদগী লৈখোক্তুনা মাঙলোমদা চুমদ্রীং য়েংলগা শাউনা অমুক শমথরকই, "ঐ পূম্নমক খঙলে, নঙগী ফত্তবা নবুং অদুনা ঐখোয়গী করিসু খন্দে। মহাক্তি নুংঙাইরে, নখোয়গী পাবুংগী লন-থুম পূম্বা মহাক মথন্তা লৌহৌদুনা। সম্পত্তি অদুদা নহাক্কীসু চপ চানা হক লৈরিবনি। নহাক্কী শরুক লৌদবা শূকয়া য়ারোই নত্তবদি নহাক ঐখোয়দা লৈবা কয়া নুংঙাইরোই।" অদুদগী মহাক্না মীকূপ খরা তুমিন্না লৈরুরগা ইবোচৌববু কল্লকপা মান্না হন্দুনা অমুক ঙাঙবা হৌরকই, "মহাক্না কয়াদা নুংঙাইনা লৈরিবা! মাগী করিসু ৱাত্তে, নখোয়গী ননম্মা অদুসু তলব চাউনা চারিবনি; মখোয়গী লৌ- শীং, দুকান পূম্নমক অদুদগী পৈশা য়াম্না লাক্লিবনি। মখোয় নহাক্কীনা করিসু খন্দে, নহাক্না লুহোংলকপদা সনা খরা নত্তনা লৌ-শীং, দুকান করিসু পীরকপা নত্তে। হৌজিক নহাক মখোয়দা কেস তৌগেরা? ঐনা থুনা উকিল তান্নদুনা মদুগী দরখাস্ত ইহনগে, নহাক্না মদুদা চুম্না সই তৌগদবনি।"

ইন্দ্রাণীনা খুম্লকই, "ঐ মদুমক তৌবদি ঙম্লোই, চুম্না হায়জবদি য়াই।"

বিধুনা কংনা নোক্লকই অদুগা হায়রকই, " হুম, ফৈ ফৈ, নঙ নুংঙাইনি। ঐখোয়দা অসুম চারা হেনবদু হৈনবা তাই।"

মহাক শাউনা থুনা হৌগত্তুনা থোকখ্রে।

৫

ইবোচৌবগা লাইরিক তম্মিন্নরকপা মরূপ শরৎ হায়বা অমা লৈ। শরৎ য়াম্না লাইরবা মী ওইরম্বদগী হৌজিক ঠিকা তৌদুনা হোৎনবা কনবদগী নুংঙাইবা ইনাক খুনবা মী অমা ওইরে। মহাক্না ঠিকা তৌবা হৌরকপদা ইবোচৌবনা মঙোন্দা শেলগী মতেং কয়াসু পাংখি। মহাক নন্দিনীখোয়গী লৈকাইদা লৈ। ইবোচৌবগা মাগা মরক মরক্তা ময়ূমদা কোয়থোক্লদুনা ৱারী-ৱাতাইনচিংবসু হেক হেক শাই। নোংমদি ইবোচৌবা অফিস কূম্লকপদা মাগী ময়ূমদা চৎলে। মখোয় অনী শরৎকী ফজনা লৈতেং তৌরবা অচৌবা ফম্ফমকাদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। শরৎনা মাগী ওইরিবা ফীবম অমদি হৌজিক্কী ঈরাং কল্লবা মতম অসিদা মানা চীংদা ঠিকা তৌবা চৎলুবদা থেংনরকপা খুদোংচাদবা কয়াগী মরমদা ৱারী শারকই। অদুগা ইবোচৌবসু মখোয়গী ইমুংদা মচননূপী ইন্দ্রাণীনা ঙহাক লৈতনা লাক্তুনা মাগী সম্পত্তি শরূক থুংনবগী মমাদা ঙংলরিবা অদুগী মতাংদা মানা নুংঙাইতবা, পোখাফম খঙদবা অদুগী মরমদা ফোঙদোক্লুনা ৱারী শারকই।

ইবোচৌবগী ৱাফম অদু তাবদা শরৎনা খরা ঙক্না হায়রকই, “করিগীনো মানা অদুক য়াম্না লন-থুম মিকারিবা? হৌজিক কালগী মীশিং অসি লন-থুমগী ৱাফম্না হেন্না মরু ওইনা খন্নরক্তুনা হৌন-লমচৎকী ৱা খূদিংমক কাউথোক্লবগুম তৌখ্রে। চুম্মী, মানা মাগী শরূক পাম্লিবদু নিয়মগী মতুং ইন্না ফংফমবুদি থোক্লমগনি, অদুবু পুন্সী অসিদা চপচাবী নিয়ম ঙাক্তসু চৎনবা য়াদে, মদুদা নুংঙাইনদবা থোকপা য়াবা অদুনা হেন্না মরু ওইনা খনফম থোকই।”

ইবোচৌবনা মঙোন্দা ইন্দ্রাণীগী মপুরোইবা অমদি মাগী ইমুংনা ঈনশিনবদগী মদু অয়াম্বা থোক্লিবনি হায়বা ৱা খূদিংমক অদুসু তম্লকই।

মাগী ৱাদু মুন্না তারগা শরৎনা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, “ফরে, অদুবু ইন্দ্রাণীনা চপ চানা পীদবা য়াদে হায়না কন্না তকশিল্লক্লবদি ফজনা পীথোকখিবনা ফৈ, কোর্টনচিংবা য়ৌনবদু নুংঙাইতে। কোর্টনা মাগী চপচাবী শরূক্তু অদুম ফংহনখিবসু য়াই। ময়ামগী

মমাঙদা ইমুং-মনুংগী ফজনদবা অদুদা উখোকপা তাদুনা তোক্কনি।"

ইবোচৌবা মরূপ অদুগী মততু তারগা ব্রাখল খন্দুনা লৈ। শরৎকী ইপৌ পৌবা মত অদুনা মাগী পূক্নীংদা লৈরম্বা পোথাফম খঙদবা ব্রাখল অদু খরা কোকহনবগুম তৌই। মহাক মদুগী মরমদা মখা তানা অমুক হায়রক্তে।

মখোয় অনী ঙহাক্কী মতুংদা ইমুং-মনুংগী ওইবা অতৈ ৱারী অমুক শানরকই, নন্দিনীখোয়গী ইমুংগী মরমদসু য়াওরে। নন্দিনীগী ৱা পন্নরকপদা ইবোচৌবনা করিগুম্বা অমা ফোঙদোক্লীংবগুম তৌনা হায়রকই, " শরৎ, ঐখোয়গী ইতৈমা নন্দিনীগী মহৌশাগী মরূপ আশা হায়বীদু হৌজিক নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা লৈখ্রে, নহাক খঙব্রা?"

" ঐদি খঙদেনা, ঐখোয়গা থায়না তম্মিন্নরকপা আশা হায়বী অদুরা, এস, পি, প্রতাপকী মচানূপী, য়াম্না কেবী, সালৱার শেৎপী অদু? মাবু আশ্রমদা লৈখ্রব্রা?"

" উম, লৈখ্রে।"

" ইস, অঙকপনি মানা করম্না অদুম্না আশ্রমদা লৈখ্রিবা ?"

ইবোচৌবনা শারদানা মঙোন্দা তমখিবা মতুং ইন্না আশাগী হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা ৱারী লীদুনা শরৎতা খঙহল্লকই।

শরৎ ঙক্লা অদুম লৈখ্রে, নুংঙাই-য়াইফনা কেনা হৌরকপী আশানা অদুগুম্বা ফীবমদা লৈরমগনি হায়বসি মহাক য়াম্না থাজদে। মহাক্না নূপীশিংগী লৈফম আশ্রম অদুগী মরমদা হান্নসু খরা তাখ্রে।

ইবোচৌবনা খরা শৃকথদুনা হায়রকই, " ঐনা নুংঙাইত্রিবদি ঐখোয়গী ইতৈমা নন্দিনীনা হৌজিক ফাওবা মাগা তিন্নরি, নহানমুকসু মাগী মনাক্তা চৎলুই হায়না শারদানা ঐঙোন্দা তম্মী। মদু মাগী মিংচৎ থীনীংঙাইনি। "

শরৎ নন্দিনীবু ব্যবহার তৌবা, হঙ্গোইনা খনবা মীশক অমনি; মহাক্না ইচম চম্না হায়রকই, "মাগী মীনুংশি চাউবা, মরূপ অমবু নুংশিনা খনবা অদুননি। মহাক আশাগা পাক কায়নৌ হায়বা য়াগদবা মান্দে।"

" অদুবু মদুদা মাগী লেমজনীংঙাই করি লৈবগে? ঐনা মদু মঙোন্দা হায়গদবদু নুংঙাইতদুনা তৌবনি। ঐদি মফমদুদা মাবু য়াম্না চৎহন্নীংদে, মদু অফবা মফম নত্তে।"

ইবোচৌবনা মফম অদু খরা হঙ্গোইনা ঙাঙলকপা অদুদা শরৎনা হায়রকই, "অদুবু আশ্রম অদুগী পান্দমদি অফবা ওইরমগনি, মদু কনা লৈত্রবীশিং, উপায় লৈত্রবী, লৈফম লৈত্রবী কয়াগী চঙজফর্মনি। মদুদা মখোয়গী শোয়দ-ঙামদনবা শীনবনি।"

"পান্দমদি অফবা ওইরম্বা য়াই, অদুবু অশেংবা অওইবা মশক অদুদি অফবা

নত্তে, ঐনা তাবদা মদুদা লৈবা নূপী অয়াম্বা মথোঙ চাদবী, ওক্তবী ঙাক্তনি হায়না তায়।"

" ঐ মখোয়গী মরমদা থাঙ্গৈশেংনা মুন্নদি খঙদ্রি।"

" ঐনা হায়রিবসি শোয়দবনি।"

শরৎ মাগী মরূপ অদুগী মত অদুদা থোইনা করিমতা অমুক হায়রক্লে ।

ইবোচৌবা শরৎকা ঙহাক অদুন্না ৱারী শারগা মখোয়দগী হল্লক্লে।

মতম খরা লৈরগা ইবোচৌবা মাগী থবক্তু ট্রান্সফর তৌদুনা গুৱাহাটিদা চৎপা তারে। হয়েং চৎকনি হায়বা নুমিত্তুদা নন্দিনীনা চাক্লৌদুনা শারদাগা মাগা মখোয়দা চৎলি। নন্দিনীনা মনাউনূপীদা য়ূমদা লৈহৌবদা পূক্নীং লুন্না লৈহৌনবা ৱা কয়া হায়রকই, মহাক্না মনাউনূপীগী মনাক্তা তোয়না লাক্কনি হায়না ফোঙদোরকই।

মখোয়না ময়ূমদা হল্লক্লগা ইবোচৌবা মাগী পুগদবা দরকার ওইবা পোৎ-চৈ, ফিরোল কয়া লোইশিনবা হৌরে।

নুংদাংদা মহাক্না চাকশঙদা চাক চাবা চঙবদা শারদাদু মমায়-মমীৎ খরা পোন্না উই। শারদা চাক থোংনা থোংনা কপ্লুবা মাল্লি। মহাক্কী খোঞ্জেলদুসু খরা ওল্লি। অদুবু মদু মহাক্না মকাফোংনদি উৎলক্তে। মখোয় ফনা কুইনা লুহোংদুনা লৈমিন্নরক্লবা মতুংদা কায়নবগা মরী লৈননা পূক্নীং নৌথবা নত্রগা ৱাবা হায়বসি খরা ইকোই কোইনা থোকই। শারদানা কপ্পদু চুন্না নূপী ওইবীগী পূক্নীং নৌথবা অশোনবা অমা ওইনা মহাক্না লৌই। ইবোচৌবা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা তূমিন্না অদুম মপান্দা থোরক্লে।

মথংগী নুমিত্তা ইবোচৌবা য়াহৌ ঙন্না হৌগত্তুনা চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। থৱান থানি। অতিয়াদু লৈচিল-নোংফাইনা কূপশিন্দুনা লৈ, নুমিৎ মঙাল ফজনা থোরক্তে। শারদা য়াহৌ ঙন্না হৌগত্তুনা চাক থোংবা লোইরগা মপুরোইবগী পুনবা পোৎ-চৈদু অৱাৎ-অপা তান্নবা থোরকই। মাগী মায়থোঙদু ঈংতপ্পী।

ইবোচৌবগী মমানা য়ুম্বী ময়াদা ফম্লদুনা মচাগী পুনবা পোৎ-চৈগী অৱাৎ-অপা হংই, অদুগা মঙোন্দা লংফৈদা নাদ-য়েক্তনবা হোৎনদুনা নীংথিনা চেকশিন্না লৈনবা পাউতাক কয়া পীরকই। শারদানা মখোয়গী মনাক্তা লেপ্লগা মনেম্বোক্না নত্রগা মপুরোইবনা হায়বা মতুং ইন্না পাখোন চৎপা, ধূপ থাবা অসিনচিংবা তৌদুনা লৈ।

ইবোচৌবা চৎলমদাই মতম অদুদা মাগী নূপীদা অমদি মমাদা হৌনবী মতুং ইন্না বিদায়গী ৱাহে করম্না হায়গদগে হায়বদু থোইনা মফম খঙদে। মহাক্না মমাবু খুরুম্লগা অসিদং হায়রকই, "চৎলুখিগে, ইমা।" অদুদগী মহাক সিড়ি কূমথরক্লে।

শারদা মাঙ্গোন্দা তূমিন্না লেপ্তুনা মপুরোইবনা চৎখিবদু য়েংদুনা লৈহৌই।

ইবোচৌবা গাড়ি পার্কিং য়ৌরগা বস তোংদুনা গুৱাহাটিগীদমক খোঙশানবা হৌরে। অতিয়াদু লৈচিল-নোংফাইনা অদুম কূপশিন্দুনা লৈ, নুংশা ইথোক থোক্তে। ইবোচৌবা গাড়িগী থোঙ্নাউদা লৌবূক-লম্হাঙ, চীং-মান য়েংনা য়েংনা চৎপা হৌরকই। ইম্ফালদগী অসুম অসুম লাপথোরক্লগা অমদি প্রকৃতিগী অচীকপা লৌবূক-লম্হাঙ, চীং-মানশিং অদু উরগা খঙহৌদনা ময়ূম থাদোকপগী করিগুম্বা পূক্নীং নৌথবা ৱাখল অমা মাগী থম্মোয়দা ফাওবা হৌরকই। ঙরাং নুংদাং শারদানা মা উহন্দনা তূমিন্না কপ্তুনা লৈরম্বা মতৌ অদু নীংশিংলকই; মতম অদুদদি মহাক্না মদু নূপী ওইবীগী অশোনবা অমনি হায়না চম্না খন্দুনা মদুগী মরমদা থোইনা খনখিদ্রবসু ঙসিদি মহাক শারদাগী অরোনবা থম্মোয়গী অৱাবা মতৌ অদু মপূক্নীংদা ফাওবা হৌরকই। নক্না লৈমিন্নবদগী থৌশারুদবনা ওইবা য়াই লৈমিন্নবা নূপী অমনা কায়নবগী অৱাবা হায়বসি থোইনা মরু ওইনা খল্লুদে। অদুবু মহাক ঙসিদি গাড়ি তোংনা তোংনা শারদানা ময়ূমদা লৈহৌবা অদু নীংশিংলুরগা থম্মোয়দা মফম খঙদনা অৱাবা ৱাখল অমা পোকপা হৌরকই। থুংনদ্রিঙৈদা নুংশিনবা নূপা-নূপী অনীগী কায়নবগী মৈচাক্না মখল অমনি, অদুগা লুহোংলবা মতুংদা নূপা-নূপী অনীগী কায়নবগী অৱাবা অদুনা অতোপ্পা অমনি; অহানবগী অসিদা মৈচাক য়াম্না ফোঙদোক্লরবসু মশক-মওঙ নাইদ্রিবা অতাউবা পোৎ অমগীনি, অকোনবগী অসিদনা হুম্বা মওঙদা অৱাবা ফোঙদোক্লরবসু হেন্না লূম্বা, হেন্না চেৎপা থম্মোয়গী ওইবা লীপুন অমদি পুন্সীগী ওইবা মনুং হুঞ্জিনবা হেন্না অপাকপা মীৎয়েং অমগা ঈরোইনবা পোৎ অমগীনি। ইবোচৌবগী অৱাবা অদুদা শারদানা ময়ূমদা লৈহৌরগা ওইথোকপা য়াবা নুংঙাইতবা থৌদোক কয়াগী ফাওবা য়াওরে। মহাক্না মচননূপী ইন্দ্রাণীনা মাগী সম্পত্তি শরূক পীয়ু হায়দুনা ঙহাক লৈতনা ময়ূমদা লাকপা অদু অমুক নীংশিংলকই। মদুগী মতাংদা মহাক্না করিগুম্বা লৈখায় অমতা তারমদনা লাকপা অদুগীসু লাঙতক্লবা পোক্লকই। মদুনা করিগুম্বা মওঙ অমদা শারদাদা অৱাবা পীবগী ৱাখল ফাওবা মশেল-মরাল ওইনা মাগী মপূক্নীংদা ফাওরকই। অসুম্না গাড়ি মনুংদা মহাক ৱাখল মওল মওল খন্দুনা চৎলি। গাড়িদু অঙম্বা চীং কাবগী ঙংদুনা হেন্না হৌবা মখোল থোরকই। অতিয়াদু ঙসায়গী ফীবম

অদুদগী থোইনা হোংবা লৈতে, লৈচিলনা অদুম কূপশিন্দুনা লৈ। চীংশিংগী মুরৈনবা মতোনশিং, অভম্বা লোক, অশংবা চীংমায়, অশূক্পা উমং কয়া অদু য়াম্না শুম্নাৎনীংঙাই ওই; মখোয়দুনা মাবু অমুক পূক্লীং চিংশিন্দুনা ময়ূমগী ৱাখল অদু খরা অমুক কাউহনবা হৌরকই। অসুম্না মহাক অসুম চৎলি।

মথংগী নুমিত্তদি মহাক গুৱাহাটিদা থুংখ্রে।

৬

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা শারদানা মপুরোইবদগী চিঠি অমা ফংলে। মদুদা মপুরোইবনা শোয়দ-ঙামদনা গুৱাহাটিদা থুংলে, অফিসকী থবক্তু জোইন তৌরে হায়না ইরকই। মতম খরগী ওইনা মহাক হোটেল অমদা লৈরি, মদুগী ভারাদু য়াম্মনবনা মহাক থুনা খরা হোঙবা, চন্না লৈবা য়াবা অফবা মফম অমা থিখিগনি হায়না ফোঙদোরকই, অদুগা মহাক্না শারদাবু ময়ুমদা লৈবদা পূক্নীং চাউখৎনা লৈনবা ৱা কয়াসু হায়রকই।

থা মঙারোম হৌখ্রে। মবুং চৎখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণী অমুক অনীরক মপামদা লাক্লম্মী। অদুদগী ফনা কুইনা লাকখিদ্রবা মতুংদা নোংমা অয়ুক অমা মহাক মমাগী মনাক্তা লাক্তুনা কুইনা ৱারী শাদুনা লৈরম্লগা হনখি। শারদাদি মাগী মনাক্তা চঙলুদ্রে। মবুংনা মাবু শাউরিবা, মানা হায়বা য়াদ্রিবা অদু শারদানা ঈনশিনবদগীনি হায়না ইন্দ্রাণীনা নোংমা হায়রকপদগী শারদাগা মখোয় অনী খৎনবা অমা য়াওখ্রে। মদুদগী মখোয় অনী নীংথি-নুংঙাইনা কৌনদ্রি। ঙসি ইন্দ্রাণীনা লাক্লম্বগী মরমদু মনেম্বোক্না মঙোন্দা কোন্না তম্লকই। মদু অরুবা ৱাফম অমনি। ইন্দ্রাণীগা মপুরোইবগদু মখোয়গী ময়ুম-হিঙ্গোল শরূক অদু য়োম্বোক্রম্লগা ভারাদা লৈরে; মদু বন্ধান থম্বদগী হন্দোকপা ঙমদদুনা য়োম্বোক্রম্বনি, হৌজিক মখোয় ভারাদা লৈবদু খুদোংচাদ্রদুনা মপামদা মাগী হিঙ্গোল শরূক পীয়ু হায়দুনা লাক্লিবনি। হন্দক্তি মহাক্না মমাদা অকনবা ৱা কয়া হায়রম্মী, মহাক নিবা ওইনা লাকপা নত্তে, মাগী লৈফম লৈতবদগী ফীবম চাদ্রদুনা মাগী চপ চাবা অধিকার অদু অরোইবা ওইনা তানবা লাক্লিবনি, করিগুম্বা মদুদা য়ারোইদবা লৈরবদি আইনগী মতেং লৌরগনি। মনেম্বোক্না শারদাদা ৱাফম অদু খঙহল্লকপদা মহাক ৱা ঙাঙফম খঙদে, লুকথদুনা অতপ্পা খোঞ্জেলদা খুম্লকই, "ইমানা অসুম্না তৌরগা ফগনি হায়বদু অদুম তৌবীয়ু। মসিদা ঐগীদি করিসু হায়জনীংঙাই লৈজদে।"

মনেম্বোক্না ৱাখল খল্লগা হায়রকই, " শারদা, মসিগী মরমদা নহাক্না ইবোচৌবদা চিঠি অমতং ইদুনা অমুক্তং খঙহনখো। ঐ ইনুং নুংঙাইত্রে, ইথন্তা খনফম খঙদে,

মসিনা ঐবু মতম চূপ্পদা অৱাবা পীগদৌরি।"

শারদানা খঙবা অমা লৈ মনেম্বোক অসি মচানূপীগা মরী লৈনবা হীরমসিদা মপান্দা উৎপা মতৌগা থম্মোয়দা লৈবা ৱাখলগা মান্নগন্দে; মঙোন্দা মচাবু নুংশিবগী অশোনবা অমা লৈ, চেকশিল্লক্লবা মতমদা মানা মচানূপী ইন্দ্রাণীগীদমক য়েংদুনা মাগী অপাম্বদু তৌনবা হোৎনবা, মাবু কনখত্তুনা ঙাঙবা কয়া থেংনখ্রে। মরম অদুনা শারদানা মদুগী মতাংদা ৱা য়াম্না হায়দুনা মত পীবদু পামদে। অদুগা ৱাফম অসিগী মতাংদা মনেম্বোক্না মপুরোইবগসু হান্না অদুম ৱা ঙাঙনখ্রবনি। মহাক্না ইচম চম্না মনেম্বোক্না মঙোন্দা হায়বা মপুরোইবদা চিঠি ইদুনা খঙহনখিনবগী ৱাফমদু শোয়দনা তৌগে হায়না খুল্লগা করিসু অমুক মখা তানা হায়দ্রে।

মথংগী নুমিত্তা শারদানা মপুরোইবদা ৱাফম অদুগী মরমদা খঙহন্দুনা চিঠি ইখ্রে।

থা মখায় অমরোমগী মতুংদা মহাক্না মপুরোইবদগী পাউখুম অদু ফংলে। মদুদা মপুরোইবনা অসুম্না ইরকই:

"শারদা, ঐ মদুগী মতাংদা য়াম্না মুন্না খল্লে। ঐ ৱা অমুক ঙাঙলরোই। হৌজিক্তি ইমা লৈরিবনিনা মহাক্না অপাম্বা মতুং ইন্না তৌরসনু, মহাক্না ইন্দ্রাণীদা পীনীংবা শরূক অদু পীখ্রসনু। ইন্দ্রাণীনা মদুগী মতাংদা কেসনচিংবা তৌরক্কনি হায়না শীংনরকপা অদুদি ঐ তশেংনা য়াম্না নুংঙাইতে, মদু য়াম্না ফজদবা অমনি ...............।

"ঐ হৌজিক অফিস চাং নাইনা কাদুনা থবক ফজনা তৌরি। ঐনা হেন্না হোঙবা অফবা লৈফম অমা থিগনি হায়বদু থিবদা খুদোংচাবা মফম অমা ফংদ্রি, মদু ফংলগা নঙোন্দা খঙহল্লক্কে। নুংশা য়াম্না শাবগা, চাব-থকপা হাউতবগা মফমসিদা চূশিন্নবদু কয়া ঙমদ্রি। অদুবু ঐ থোইদোকপা নাব-য়েকপা, হকচাং নুংঙাইতবদি তৌদে, নখোয়সু তৌরম্লোই নীংই।

" নহাক্কী,

"ইবোচৌবা।"

শারদানা চিঠি অদু হেক ফংবগা মনেম্বোক্তা মদুগী মরোলদু খঙহনখ্রে। মনেম্বোক্না মঙোন্দা করিসু থোইদোকপা হায়রক্তে।

মদুগী মতুংদা মনেম্বোক্না করি খল্লিবনো হায়বদু মহাক খঙবা ঙমদে। মহাক মনেম্বোক্কী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ৱারীনচিংবসু থোইনা শারুদে। ইন্দ্রাণীদি মরক মরক্তা

মমাগী মনাক্তা লাকপা উই। মখোয়না করি ৱারী শানরিবনো হায়বদু মহাক করিসু খঙদে।

নোংমা নীনি লৈরগা অয়ূক অমা ইন্দ্রাণীগা মপুরোইবগা মপোৎ-মচৈ পুদুনা মখোয়দা লাক্লে। মখোয়না তৌরিবদু উবদা শারদা ইঙক ঙক্লে, অদুবু মানা মনেম্বোক্তা মদুগী মরমদা করিসু হংদুনা ৱারী শাদে। মনেম্বোক্না মঙোন্দা হায়রকই, " ইন্দ্রাণীখোয়সি ঐখোয়দা লৈবা তারে। মখোয় হৌজিক লৈফম লৈত্রে। ভারাগী মপু অদুনা মখোয়বু তাম্থোরক্লে।"

মতম অদুদা ইবোচৌবদু য়ূমদা লৈরম্লবদি ফরমগদবনি, মহাক লৈতবনিনা শারদানা করি হায়রুগনি? মহাক্না মদুগী মতাংদা ৱা ঙাঙবা অসি অরুবা অমনি। মহাক খঙই মপুরোইবনা চিঠিদা ইরক্লিবা অদুদি চুম্না ইন্দ্রাণীদা মাগী ফংফম থোকপা সম্পত্তিগী শরুক খরা পীখিবদা মাগী অয়াবা ফোঙদোরকপতনি, মখোয়না য়ূম অদুদা লাক্তুনা লৈশিল্লবা অদুদি তশেংনা মহাক্কী অপাম্বা ওইরোই। মহাক মনেম্বোক্তদি মদুগী মতাংদা করিসু মত পীবা পামদদুনা ৱা ইঙাঙ ঙাঙলমদনা মাগী মনাক্তগী থোরক্লে।

ইবোচৌবখোয়গী চেক্লা চাউনা শাবা য়ূম অদু কা মরাং কায়না লৈ। কা অয়াম্বদি হাঙদুনা লৈ। ইন্দ্রাণীগী মপানা নাদুনা লৈরম্বা কা অদুগা থংনবা অচৌবা কা অমা মমানা তাক্তুনা মখোয়গী লৈফম ওইনবা শেংদোক-শেংজিন তৌবা হৌখ্রে।

শারদাদি মপাল ইথোক থোক্তনা মাগী কাদা অদুম লৈরে।

মনেম্বোক্তু ইন্দ্রাণীখোয়গী লৈনবগী থৌরাঙ তৌবা অদু য়াওরুরগা মাগী থোঙ মপাদা লাক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "য়েংউ, শারদা, নহাক ঙসিদি ইন্দ্রাণীখোয়গী চাক শরুক অদু খরা হাপচিল্লু। মখোয় হয়েংদগীদি তোঙান্না থোংদুনা চাগনি হায়। ঙসিগীদি খুদোং অমা চাদ্রে।"

শারদা ঙহাক্কী মতুংদা চাকখুমদা চঙখ্রে।

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মহাক কোলেজ কাখ্রে।

নীংথিনা শেংদোক্লবা, ফমুং-ফানুং ফজনা থারবা, অদুবু লৈতেংনচিংবদি তৌদ্রিবা কা অদুদা বিধুনা ফক্লাং ময়াদা থাবা সোফা অমদা ফম্লদুনা চাক চাবা তোকপগী পোথাদুনা লৈ। ইন্দ্রাণীনা মনাক্তা ফম্লদুনা ক্কা তপ্লি, বিধুনা ক্কা চানা চানা হায়রকই, " ইন্দ্রাণী, নহাক নখোয়গী ননম্মা শারদাগা অদুম কৌনদ্রব্রা ?"

" কৈদৌনা কৌনগদৌরিবনো ? মানা ঈনশিন্দুনা তৌরিবা ঙাক্তনি ঐখোয়গী তামোনা ঐখোয়দা শাউরিবা অসি।"

বিধুনা ক্কাদু শায়রগা কয়া থৌশাদনা মমীত্তু উইথদুনা পাঙলগা লৈ।

ইন্দ্রাণীনা ক্কা তপ্না তপ্না অমুক হায়রকই, "মা লাক্ত্রিঙৈদা ঐখোয়গী তামোসি অসুন্না তৌরমদবনি। মানা পূমশেম শেমদোকখ্রবনি।"

বিধুনা মখোঙদু কারন চন্দুনা মখূৎ নাম্মনা খূকউ মথক্তা থাঙ্গৎলগা হায়রকই, "তোক্লোদা, ফরে।" অদুদগী মহাক্না মীকূপ অমগী মতুংদা অমুক হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নখোয়গী তামো থোরক্লবদি ঐখোয় কমদৌনি? মদুদুম খন্নসি।"

"কৈদৌনি মখোয়দা য়েৎপিদ্রগা লোইরে? হৌজিক ইমানা ঐগী য়ূম শাফম জগা পীরে। থুনা শানবা হোৎনরগা হোংদোকখ্রগা লোইরে।"

মমানা ইন্দ্রাণীদা য়ূম শানবা পীরিবা মফম অদু হিঙ্গোলগী নোংপোক থংবা শরূক্তনি; মদুদা হৈকোল-লৈকোল ওইনা তৌবা, হৈনৌ, লৈহাউ পাম্বী অচৌবা হৌবা অমদি লৈ মখল মখল শাৎপা য়াম্না ফজবা, ইবোচৌবনা য়াম্না লুনা তৌবা জগা অমা য়াওই।

বিধুনা মাগী নূপীনা য়ূম শানবগী ৱা হায়রকপা অদুদা ক্কা চাবগী খরা ঙাঙবা মমীৎ অদু লাওথোক্লদুনা হায়রকই, "কদায়দগী পৈশানা শাগদৌরিবনো?"

" হুম, মদুদি উপায় অমা তৌদুনা শীনবা তারে।"

" ফৈ, ফৈ, নঙ খরা শীল্লু," বিধুনা দায়িত্ব য়াওদবা মীগুম্না অসুন্না হায়রগা মমীত্তু উইথদুনা তূমিন্না অমুক লৈখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা ইন্দ্রাণীখোয় তোঙান্না চাখ্রে। মখোয়গী চাকশঙদি মখোয়গী কাগা থংনবা অতোপ্পা অহাঙবা কা অমদা ওইখ্রে।

মখোয় লাকপদগী হান্নগী য়ূমগী অচীকপা নুংঙাইবা মওঙ অদু ইহোং হোংখ্রে। নুংথিলদা, নুংদাংদা বিধুগী মরূপ-মপাংশিং লাক্তুনা য়ূমদুদা পার্টি তৌবা, জুৱার শান্নবা অসিনচিংবা কয়া তৌবা হৌরক্লে। শারদা য়াম্না নুংঙাইত্রে। মনেম্বোক্লা মদুদা য়ানীংদবা উত্তুনা খরা ঙাঙজরবসু বিধুনা থোইনা করিসু থৌশাবা লৈতে। শারদাদি ৱা ঙাঙবা পামদদুনা করিমতা ঙাঙদে। অদুবু মহাক্না মপুরোইবদদি ইন্দ্রাণী মতৈ-মনাউ লাক্তুনা য়ূমদুদা লৈররিবা, মখোয় লাক্লবা মতুংদা য়ূমদুদা ওইরক্লিবা অহোংবা কয়া অদু খঙহন্দুনা চিঠি ইখি।

নোংমদি ইবোচৌবনা মমাদা চিঠি অমা থারক্লে। চিঠি অদু শারদানা কোলেজ কাখ্রিঙৈদা নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদা পোষ্টমেন্না ইন্দ্রাণীদা পীরম্বনি। ইন্দ্রাণীনা মদু পুরদুনা মমাগী কাদা চঙলক্লে। মাগী মমাদু চাক চাবা তোকপগী ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরি।

ইন্দ্রাণীনা মমাগী ফমুং মচীদা ফম্লদুনা উইরুম উইরুম তৌদুনা লৈরিবা

মমাবু হৌদোক্লগা হায়রকই, ‘ইমা, ঐখোয়গী তমোগী চিঠি অমা লাক্লে।”

মমানা মচাগী চিঠি লাকই তাবদা নুংঙাইবগুম তৌনা মমীৎ পাঙথোরকই। মহাক্না ইন্দ্রাণীদা হায়রকই, “ কদায়, ঐঙোন্দা মরোলদু খরা পারকউ।” ইন্দ্রাণীগী মমাদু লাইরিক ময়েক পাবা খরা ঙম্মী, অদুবু মচাগী মরোলদু থুনা খঙনীংদুনা মচানূপীদা পানবা হায়রকপনি।

ইন্দ্রাণীনা চিঠি অদু পাগে তৌরকপা মতমদা মপুরোইবনা মাবু কৌরক্লে। মহাক্না মমাদা থুনা অমুক চঙলক্কে হায়রম্লগা কাদুদগী থোকখ্রে।

ইন্দ্রাণীগী মমানা হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্লগা বেডসাইদ টেবলদা লৈরিবা মাগী আনোক অমা উপশিন্দুনা চিঠিগী মরোল অদু শাজিন্দুনা তপ্না তপ্না পাবা হৌরকই। মরোল অদু মখাগী অসিনিঃ

“ ইমা, ঐ হৌজিক ইন্দ্রাণীগা মপুরোইবগা ঐখোয়দা লাক্তুনা লৈরে হায়বদু শারদানা চিঠি ইরকপদগী খঙলে। ইমানা ইন্দ্রাণীগী লম নত্তগা সম্পত্তি শরূক খরা থুংবীখিনবা হায়বদা ঐ করিসু হায়খিদ্রবা অদুনি, অদুবু মখোয়না ঐখোয়গী য়ুমমক্তদা লাক্তুনা লৈশিল্লবা অদুদি ঐ পামদে। ইমানা খঙলিবা অদুনি ইন্দ্রাণীগী নূপা অদু মহূ চাউবা ফত্তবা মীশক অমনি, ঐ মাগা লৈমিন্নবা ঙম্লোই। ইমানা করিগুম্বা মখোয়বু লৈহনগে হায়রগা তোঙান্না য়ুম অমা শাদুনা লৈহল্লু, নত্তবদি ঐনা হয়েং থোরক্লগা ঐখোয় য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা তাই। মসিগী মতাংদা ইমানা ৱাখল অমুক্তং মুন্না খন্থবীদুনা তৌফম থোকপা অদু ফনবা শীনবিয়ু।

“ নহাক্কী,

“ ইবোচৌবা।”

ইবোচৌবগী মমাদু মচাগী চিঠিদু পাবা লোইরগা মায়থোঙ মক্লা তূমিন্না লৈখ্রে। মচাগী অশাউবা ৱাহৈ অদুনা মাবু য়াম্না লাঙতরুহনখ্রে।

মহাক্না ঙহাক অসুম্না তূমিন্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা ইন্দ্রাণীদু মমাগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লে। মমানা আনোক উপ্লগা চিঠিদু মখূৎনা পায়দুনা লৈরম্বা উবদা মহাক্না হংলকই, ‘ইমা, তামোগী চিঠিদু নহাক্না পারব্রা ? করি করি মরোল হায়রকই ?”

মমাদু পাউখুম পাক পীরক্তে।

ইন্দ্রাণী মমাগী মতৌ অদু উবদা খরা লাঙতক্লনা অমুক হংলকই, ‘ইমা,

কৈদৌরবগে? তামোনা করি করি হায়রক্লবগে?"

ইন্দ্রাণীগী মমানা মাগী আনোক অদু লৌথোক্লুনা বেডসাইদ টেবল মথক্তা থম্লগা মকা লামদবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নখোয়না 'সিদা লাক্লুনা লৈবা অসি নঙগী তামোনা পামদে।" মহাক্না চিঠিগী অকূপ্না অতৈ মরোলশিং অদুদি মচানূপীদা তম্লক্লে ।

ইন্দ্রাণী মদু তাবদা খঙহৌদনা শকফম খরা হোংখ্রে। মহাক্না হায়রকই, "ঐখোয়না 'সিদা লাক্লুনা লৈররে হায়বসি তামোদা কনানা খঙহনখ্রিবনো? ইনম্মা শারদানা খঙহনবা শোয়দনা ওইরমগনি। তামোদা ঐখোয়গী ফত্তবা পাউ খূদিংমক তমশিনবা অসি মাগী হৌনবীনি।"

মমানা ইন্দ্রাণীগী অশাউবা অদু ফাথদুনা হায়রকই, "ঙাইখো, ইন্দ্রাণী, শারদানা হায়বা ওইগে ওইসনু, মসিবু খঙদবা য়াবা পোৎলা? নোংমদি নঙগী তামোনা খঙগদবা লৈরে। নখোয়গীসু ঐনা হায়বা মফম অদুদা য়ূম অমা থুনা শানবা হোৎনরো, অদু মঙায়, 'সিদা করিসু হায়নীংঙাই লৈতে।"

ইন্দ্রাণীনা মাগী ফমুং মচীদা ফম্লদুনা পূক্নীং নৌথনা ৱারৌবা মওঙদা হায়রকই, " ইমা, ঐখোয়সু অসুম্না য়েৎপা অসি পাম্বা নত্তে, য়াদদনা তৌরিবনি। হৌজিকপু ঐখোয়দা পৈশাসু অমতা লৈতনা কদায়দগী য়ূম অমা হেক্তা শাগদৌরিবনো?"

"নখোয়গী য়ূম-হিঙ্গোল য়োম্থোক্লম্বগী পৈশা অদুদি কদায়দা লোইনা চৎখ্রে?"

"কদায়, মদুদি বন্ধান থম্বা মীদুদা পৈশা খজিক্তং হাপকৎহল্লগা য়োম্থোক্লম্বনি, পৈশা খরদু মীগী অতোনবা শিংবগা, মতম খরা ভারাদা লৈদুনা চাব-থকপা তৌবগা হৌজিক্তি লোইনা লোইশিনখ্রে। খূত্তা পৈশা অমতসু লৈত্রে।"

ইন্দ্রাণীগী ৱাঙাঙ অদু অর্থ লৈ। মহাক খঙই মমানা শীনবিগে হায়রবদি য়ূম মচা অমা শাবদি অরুবা নত্তে, মমাগী মখূত্তা পৈশা কয়া লৈ, অদুগা সনাসু য়াম্না লৈ। অদুবু মানা হায়হন্নীংবা ৱাফমদুদি মমানা হায়রক্লে , মমানা ইচম চম্না হায়রকই, "বিধুগা তান্নৌদনা, মহাক্না অসুম থৌশাদনা ঙাওশিন্নদুনা লৈবা য়াব্রা?"

ইন্দ্রাণী মমাগী ৱাদু তাবদা পেন্দ্রে। মহাক মদুদা করিমতা খুমদনা তূমিন্না ঙহাক লৈরম্লগা শাউরংননা মমাগী মনাক্তগী থোকখ্রে। মহাক মাগী নূপাদা ৱা খজিক্তং ঙাঙবা য়াদে, য়াম্না শাউই।

মমানা মচানূপী থোকখ্রগা শোলহৌই, " য়াম্না লুগদৌরি, ৱা অমতা ঙাঙবা য়াদবসিনা।"

# ৭

নোংমা অয়ুক অমা নন্দিনীনা খবর পাবদা মার্গী মৌপ্পানূপা কালা অদু বর্মা বোর্ডরদা লৈবা লালহৌবগী ট্রেনিং তৌফম কেম্প অমদা নাদুনা শিখিবগী মমিং য়াওবা থেংনরে। মদু থেংনবদা মহাক নুংঙাইতবনা থম্মোয় শোকখ্রে। নোংমা নুংদাং অমা মৌপ্পানূপা অদুনা করিসু লৈতবা মরম অমগীদমক পেন্দবা উত্তুনা ময়ূম থাদোক্তুনা চৎখিবা থৌদোক অদু মহাক নীংশিংলকই। পাউ অদু মহাক্না মনাউনূপী শোভা থাদুনা শারদাদসু খঙহনখ্রে। শারদাসু মপামদা লাক্তুনা কপ্লরে। ইমুংদা অমতা ঙায়রবা নূপা অদুনা মতম চুপ্পগী ওইনা মাঙখ্রবদা মখোয়গী অরাবদু হায়নীংঙাই লৈতে। কালাদু মতম কুইনগী মমাঙদা য়ূমদগী চৎখ্রবসু নোংমদি হল্লকখিবা য়াই হায়বসি মখোয়গী আশানি। অদুবু হৌজিক্তি আশা অদু মতম পূম্বগী ওইনা মাঙখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নন্দিনীনা লৈখিদ্রবা মৌপ্পানূপাগী শ্রাদ্ধ অদু য়াম্না চম্বা মওঙদা পাঙথোকখ্রে। শারদাসু শ্রাদ্ধ লোইদ্রিবা ফাওবা মপামদা নুমিৎ খূদিংগী হেক হেক থবক-ইখ্যাং নোম্বা লাকই।

কর্মগী চরাঙনবা লোইখ্রবা মতুংদা নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা নন্দিনীগা মনাউনূপী শারদাগা মাঙ্গোন্দা ফক্তা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই। নুমিত্তু ছুটি নুমিৎ অমনি। শারদানা মপামদা লাকপদা মচেনা চাক চাখিনবা হায়বদগী মহাক চাক চাবা তোক্লগা অদুম্না মচেগা ৱারী শাদুনা ফম্মিন্নবনি। নন্দিনীনা খঙই শারদাগী ইমুংদু মচননূপী ইন্দ্রাণীগা মপুরোইবগা লাক্তুনা লৈশিল্লবদগী য়াম্না নুংঙাইতবা মওঙ অমা ওইরে। মনাউনূপীগী নুংঙাইতবা ফীবম অমা লাকপা হায়বসি মঙোন্দসু তশেংনা নুংঙাইতবা, খাঙঙমদবা অমনি। মহাক্না ৱারী অসুম শাবদা মনাউনূপীদা হায়রকই, "শারদা, মখোয়গা হেক য়ারিবমখৈ মান্নরুগনু, খৎন-চৈনবা তৌরুনু। হৌজিক্তি মীশিং অসি য়াম্না ফৎনরক্তুবনি, করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লগা নুংঙাইরোই, য়াম্না চেকশিল্লু।"

"উম, ইচে, ঐ য়ারিবমখৈ তূমিন্না লৈরে।"

"নঙগী নচননূপী অদুদি খরদি কাহেনবী অমনি।"

"হৌজিক্তি ইমাসু মাগী মীচঙ চঙখ্রে," শারদানা নুংঙাইতনা হায়রকই।

নন্দিনী মদু তাবদা খরা ঙক্না হায়রকই, "করি ৱানো মহাক্না নীংথিনা ৱারক-ৱাতেমদুনদি হোৎনদ্রদুনা মাগী মীচঙ চঙখ্রবা?"

"নোংমা ইন্দ্রাণীনা ঐঙোন্দা খৎনবা অমুক হৌরকপদগী ঐসু খরা খুমদুনা খৎনৈ। মদুগী মতুংদগীনি। নহানমখৈদি মহাক মীচঙ-মীখাই নাইদবা শাদুনা লৈরম্মী, নুমিত্তুদদি মহাক ফোংনা মচাগী মীচঙ চঙদুনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা থীনা ঙাঙবা হৌরকই।"

"ঐ খঙই, মদু পূন্নমক্তু মচাগী হক্কন্দগীনি, মঙোন্দা অচুম-অরানগী বিচার য়াওরক্তে," নন্দিনীনা নুংঙাইতনা হায়রকই। "নহাক লৈবা নুংঙাইরোইদবা ওইরগনা মতম খরা সিদা লৈররো লাক্রোদনা। নহাক নথস্তা ঙায়রে হায়দুনা অদুম্না তাথী-তাওইনা তৌবদু নুংঙাইতে।"

"ঙাইখো, ইচে, অদুম্না হেক তৌবদু মীগী মমাঙদা ফজদে, মতম খবা অসুম য়েংখিগে।"

"ফরে, মখোয়না করিগুম্বা হেন্দ হেঞ্জিল্লক্রবদি ঐ লাক্তুনা মখোয়গা ৱা ঙাঙনগে।"

শারদানা ময়ূমদা হনখ্রবা মতুংদা নন্দিনী মাগীদমক্তা নুংঙাইতনা ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই। ইবোচৌবগী ময়ূমদা মনাউনূপী শারদাদু ৱাইশংনা নুংঙাইনা অসুম লৈগনি হায়না মহাক্না খল্লুই, মচননূপীগা মপুরোইবগনা লাক্তুনা মঙোন্দা নুংঙাইতবা থোকহল্লগনি হায়বদু থাজরুদে। হৌজিক্তি মঙোন্দা অনৌবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা পীরে। মহাক খঙই ইবোচৌবগী মচননূপী ইন্দ্রাণীগা মপুরোইবগনা লন-থুম মিকাবদগী পূন্নমক অদু থোক্লিবনি। মসিগী মরমদা শারদানা মঙোন্দসু হান্না ৱারী শাখ্রবনি।

নোংমা নন্দিনী মনাউনূপী শারদাগী ময়ূমদা চৎলি।

মানা চৎপা মতমদুদা বিধু য়ু থক্লুবগী নেশা খরা পান্দুনা লৈ; মহাক তশেংনা য়াম্না ঙাওবদি নত্তে, মশাবু ফজনা লাকশিনবা ঙম্লি। মহাক্না নন্দিনীবু থোঙনাউদগী উরগা মাগী নূপী ইন্দ্রাণীদা হংলকই, "লাক্লিবসি নখোয়গী ইনম্মা শারদাগী মচে নন্দিনী হায়বীদু নত্রা?"

ইন্দ্রাণীনা থোঙনাউ ময়াদা ফম্না ফম্না মোনখুম লোন্দুনা লূকথদুনা লৈরম্বদগী মপান্দা য়েংলদুনা হায়রকই, "উম, মান্নি।"

"মশক্তি ফজৈ, নখোয়গী ইনম্মগসু য়াম্না মান্নে। লৈশাবীনি হায়বদাই, তলবসু চাবী?"

মপুরোইবগী ৱাতে অদু তাবদা ইন্দ্রাণী কয়া হৈনদনা মমীত্তু ফৈনা ফল্লপ মঙোন্দা য়েংলকই। মহাক মপুরোইবগী পূক্নীং মতাদু খঙই।

ইন্দ্রাণীদু ঙহাক্তং লৈরগা অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে।

ইন্দ্রাণী চৎখ্রবা মতুংদা বিধু ফমুংদা অদুম মকোক নোম্থদুনা ফল্লগা লৈহৌই। অদুদগী মহাক হৌগত্তুনা খোঙনাউ ময়াদা অমুক চঙদুনা শারদাখোয়গী খোঙ মপাদা য়েংলকই। কনাসু লৈবা উদ্রবদা মহাক ফমুংদা অমুক চঙদুনা ফমখ্রে, অদুগা মথন্তা মোমোন নোক্লগা মচীন্দা শোল্লকই, "হুম, মশক্তি ফজে, ময়ূমদি পান্দনা লৈরিবা, মনাউশিংগী হোৎনবদা – পাম্মুই, তশেংনা পাম্মুই।"

মহাক্না নন্দিনীবু মশক্তি ফজরগা ময়ূম পানবা ফরক তারবা অমগুম্না খন্দুনা খরা য়াংনা লৌই। শন্না হায়রবদা মহাক নন্দিনীবু মাগী ৱারী খরা তারগা মপালথোংদা খঙবা অদু নত্তনা মাগী নুংগী ওইবা ৱাখল অমদি লমচৎকী মরমদদি করিসু খঙদে। মানা নন্দিনীবু উরিবা অদু মাগী মোৎলবা পূক্নীং ৱাখলগী অমম্বা লৈচিল ফাওনা উবা মতৌনি।

বিধু ঙহাক্কী মতুংদা ময়ূমদগী চখোকখ্রে।

নোংমা নুংথিল অমদি ইবোচৌবা খঙহৌদনা ময়ূমদা থোরক্লে। পাউনচিংবা করিমতা খঙহল্লক্তনা থোরকপা অদুদা শারদানা খরা ঙক্না হংবদা মহাক্না হায়রকই, "ঐ ইন্দ্রাণীগা সম্পত্তি য়েন্নবগী থবক অদু অমুক্তং নীংথিনা লোইশিল্লগে খন্দুনা থোরকপনি, মখোয়না অসুম য়ূমসিদা নৈশিন্দুনা লৈবসি ঐ য়াম্না পামদে। ঐ ৱাখল য়াম্না মুন্না খল্লগা লাক্লিবনি।"

ইবোচৌবা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা ঈরু-মায়খজরগা জ্ঞান তানা মখোয়গী কাদা ফম্লগা শারদাগা অমুক ৱারী শাবা হৌরকই। মহাক্না হায়রকই, "শারদা, ঐখোয়গী ইমুংদা থোক্লিবা অসি অঙকপা মতৌ অমনি। ইন্দ্রাণীনা মাগী নূপানা ঈনশিনবা খূদিংমক য়াদুনা ঐখোয়গা অফবা মরী থম্বগী ৱাদি করিমতা থনখিদ্রে। য়াম্না নুংঙাইরোইদৌরি। ইমানদি হৌজিক মখোয়গী করি শীল্লিবগে? ঐনা মঙোন্দা চিঠিদা থুনা করিঙেম্বা থৌরাঙ অমা শীন্নবা হায়খিবনি।"

"ঐদি থোইদোকপা খঙদে, ঐনা খঙবা হায়ববু ঐখোয়গী হিঙ্গোলগী মমাঙ থংবা শরুক অসিদা ইমানা মখোয়গী য়ূম শাহনগনি হায়না হায়নবা তায়।"

ইবোচৌবনা পেন্দবা উত্তুনা হায়রকই, "মদুগীরা মফমসিদা হৌবা লৈহাউ,

হে-রা, লৈ-শূ পাম্বী খরা য়াম্থৎপা হৌরম্লিবসি?" (মদু মহাক্না ঙসায় চঙলকপদা উখ্রে।)

"উম।"

উপালনচিংবা হৌবা লৈকোল ফজবা অমা লৈরিবা মফম অদু ইবোচৌবনা য়াম্না নুংশিনা, মরু ওইনা খনবা মফম ওইবনা মমাগী থৌরাঙ অদুদা মহাক য়াম্না খোয়শাউনৈ। মহাক্না হায়রকই, "মফমসিদা শাহনবা য়ারোই, ঐনা ইমাদা হায়গনি। মখোয়দা পীবা তারবসু মনীং থংবা শরুক্তা পীগদবনি।"

নুমিৎ খরনিগী মনুংদা ইবোচৌবা মচননূপী ইন্দ্রাণীগা সম্পত্তি য়েন্নবগী থৌরাঙ অদু খন্নরে। মহাক্না মমাদা হিঙ্গোলগী মমাঙ থংবা শরুক অদুদি মচননূপীদা পীবা য়ারোই, পীবা তারবসু মনীং থংবা শরুক্তা পীগদবনি হায়বা ৱাফম ফোঙদোক্লে। মনীং থংবা শরুক অদুদি খরা কূৎলি, লৈবাক্লচিংবা হৈদুনা খরা শেম-শাবগী দরকার লৈ। লৈতেম মান্নবা ফজরবা হৈকোল-লৈকোল য়াওরবা মমাঙগী শরুক অদু লৌবা য়ারোই হায়বা তারবদা ইন্দ্রাণী মপুরোইবগা করি খন্নবনো খঙদে মহাক হিঙ্গোলগী শরুক অদুদি লৌজররোই, অতৈ সম্পত্তিদু য়েন্নবদা মাগী শরুক হেন্না পীয়ু হায়না মশাগী মত ফোঙদোরক্লে। মাগী ৱাফম অদুদা ইবোচৌবা য়ারে। সম্পত্তি অদু য়েম্থোক্লরে। থৌবালদা লৈবা দুকান অদুগা মোইরাংদা লৈবা লৌ পরি তরেৎকা মাগী শরুক ওইরে, অদুগা ইবোচৌবগীনা লৈরিবা য়ুম-হিঙ্গোল অদুগা ৱাইথৌদা লৈবা লম মচেৎ অদুগা সেকমাইদা লৈবা লৌ পরি অহুমগা মাগী শরুক ওইরে।

সম্পত্তি য়েন্নবগী থবক অদু পাঙথোকপা লোইরবা মতুংদা ইবোচৌবা ৱাখল খরা ৱাইশংলে। অদুবু অমরোমদা মাগী নুংঙাইতবা অমতংদি শারদানা অমুক মখোয়গা লৈহৌগদবা অদুনি। ইন্দ্রাণীখোয়দু কয়া থুনা য়ুম অদু থাদোক্তুনা চৎখিগদগে হায়বা খঙবা ঙমদে। ইবোচৌবা নুমিৎ তরানিদং ছুটি লৌরগা লাকপনি, অমুক চৎকদবা মতমদি খঙহৌদনা নকশিল্লক্লে।

মহাক থোরকপগী পাউদু শারদানা নোংমা চত্তুনা হায়রুবদগী নন্দিনীসু অয়ূক অমা মখোয়দা লাকই। ইমুং-মনুংগী ৱারী শানরকপদা ইবোচৌবনা মঙোন্দা হন্দক্তা মখোয়গী ইমুংগী সম্পত্তি য়েন্নখিবগী ৱাফম অদু নন্দিনীদা খঙহল্লকই। নন্দিনীনা তপ্না জ্ঞান তানা হায়রকই, "উম, ফরে, কমদৌনি য়াদ্রবনিনা? মদুনা নখোয়দা হেন্না ৱাইশংলগনি।"

নন্দিনীনা ইমুং অদুদা থোক্লিবা ঈরাং, ইন্দ্রাণীগী শাজৎ, মনেম্বোক্কী মতৌ

পূন্নমক অদু খঙলবসু মহাক্কা ইবোচৌবনা নুংঙাইরোই খন্দুনা মদুগী মরমদা মঙোন্দদি ৱারী শারক্ত্রে। ইবোচৌবসু মতৈমদা লংফৈদা লৈরুবগী, থবক্কী ৱারী অতৈ অতৈ ঙহাক শাদুনা ফম্লম্লগা ময়ূমদগী চখোকখ্রে।

শারদাদি মখোয়গী কাদুদা মচেগা লোয়ননা ফমদুনা ৱারী শাদুনা লৈহৌই। শারদানা মচেদা মখোয়গী সম্পত্তি য়েন্নরিবা মওঙ অদু কুপথনা মচা খায়না তাক্লকই, অদুগা হায়রকই, "মখোয় মতম খরগী মনুংদা চৎখ্রগনি।"

"কদায়দনো মখোয়না চৎকদৌরিবদি?"

"অরেপ্পদি খঙদে, অতোপ্পা হিঙ্গোল অমা লৈরগা হোংখিগদবা মাল্লি। ইমাগা ইন্দ্রাণীগা ৱারী শাবদা হাইফেৎ তাহৌবনি।"

"মখোয়না মসিগী হিঙ্গোলসিগী শরূক লৌজররোই হায়না ইরায় লায়না থাদোক্কুনা চৎলগনি হায়রিবা অসিদি করিগীনো?"

"মখোয়না অপাম্বা জগা মমাঙগী শরূক অসি পীয়ু য়াদে হায়দুনা শাউদুনা তৌবা ওইরমগনি নীংই।"

নন্দিনীনা ৱাখল খরা খন্না হায়রকই, "অদুবু, শারদা, নহাক নথন্তা মখোয়গা লৈমিন্নহৌগদৌরিবা অসিদা খরদি চেকশিল্লু।"

নন্দিনী ঙহাক্কী মতুংদা মনাউনূপীগী মনাক্তগী হনখ্রে।

মহাক হেক চৎখিবগা ইন্দ্রাণীনা কদোমদগীনো শারদাগী কা মপাদা চঙশিন্দুনা লাউরগা হায়রকই, " লৈশাবী চীম্থিবী অসি করিগীনো 'সিদা চঙহল্লিবা? অওৎ-অপা শাবী, ইমুংগী ৱাকায় ঙাক্তা ঙাঙবী; মাবু অমুক য়ূমসিদা চঙহল্লবদি খঙগনি।"

নন্দিনীগা শারদাগা ৱারী শাবদু মহাক্কা থোঙজিল মরুমদগী হাইফেৎ তাহৌই, অদুননি মানা অদুম্না শারদাদা চোংশিন্দুনা ঙাঙলরিবদু।

শারদা ইন্দ্রাণীনা নহানমখৈ মঙোন্দা খৎনবা হৌদুনা ঙাঙখিবদি খরমখৈ ফাওবা খাঙবা ঙম্মী, অদুবু মচেদা অদুম্না ঙাঙবা অদুদি মহাক মীকূপ অমা ফাওবা খাঙবা ঙমদে। মহাক্কা মাঙ্গোন্দা থোরক্তুনা ইন্দ্রাণীদা শাউনা চপ চানা খুম্লকই, "নঙগী নথৌ করি লৈ ? নখোয়দা লাকপা নত্তে, ঐগীদা লাকপনি। নঙনা ঙাঙবগী দরকার লৈতে।"

" মীৱা ঙাঙবী ফত্তবী নখোয়গী নচে অসিগা নঙগা তান্নদুনা ঐখোয়গী ৱানবা শীল্লিবনি।"

"করি, নঙগী ৱানবা ঐখোয়না করি শীল্লে? "

"নখোয়না ঈনশিন্দুনা তৌরিবনি ঐখোয়গী তামোনা ঐখোয়দা শাউরিবা, মফম অসিদা লৈহন্নীংদ্রিবা, হিঙ্গোল য়েন্নবদা য়েৎখ্রিবা অসিসু।"

"হুম, চীঙ্খিবী, মদু নঙগী নঙগী নচৎননি, ঐখোয়দা তাইনরিবা করিগীনো ? ঐখোয় করিসু হায়জদে।"

ইন্দ্রাণীনা শাউনা হায়রকই, "ফৈ, 'সিদগী খঙগনি নঙসু য়ুম অসিদা কয়া নুংঙাইনা লৈবগে য়েংগে।"

"কৈদৌগদৌরিবা, নঙ হাৎকে হায়রিব্রা ?"

ইন্দ্রাণীনা খঙহৌদনা মনম্মদা চোংশিন্দুনা লাউরকই, "উম, হাৎকে হায়রিবনি, লাউ হৌজিকসু নথৌনা লৈরবদি থোরকউ।"

"হাৎলু, হাৎলু, নঙনা ঙম্লবদি, নিঙোল য়ুমগায়বী, নহাক কয়া য়াম্না নথৌনা লৈবগে য়েংগে।"

মখোয় অনী অদুম্না কন্না চীন্দা-পাউদানদুনা ফূনগে তৌদুনা হোৎচিন্নরকপা মতম অদুদা ইন্দ্রাণীগী মমাদু শূমাঙদা চঙলক্নে। মহাক লৈকাইগী মমান্নবা অমগী ময়ূমদা চৎলুবনি। মহাক্না হল্লকপদা মখোয় অনী অদুম্না খৎনদুনা লৈরম্বা অদু উবদা মহাক্না পাখৎনা লাউরকই, " করিনো নখোয় অনীনা তৌরিবদু ?"

মহাক্না থুনা চঙশিল্লক্তুনা খৎনবা অদু খাল্লরে। ইন্দ্রাণীনা শারদাবু ফুগদবগুম তৌনা মখুৎ-মশা য়াওনা চোংশিন্দুনা ঙাঙলম্বা অদু মানা ফাদুনা পুশিন্নবা হোৎনরকই। মানা অদুম্না তৌবা অদু থৌশাদনা ইন্দ্রাণীনা ঙাঙদুনা লৈ। মমানা য়াম্না ৱানা মচানূপীদু চিংশিন্দুনা পুশিল্লে, অদুবু ইন্দ্রাণীনা মমায়দি শারদারোমদা অদুম ওনশিন্দুনা চৈ চৈদুনা চঙখি।

শারদাসু ইমুংদা চঙখ্রে।

মমানা পুশিন্দুনা ইমুংদা চঙখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণীনা কপ্তুনা মমাদা অসুম্না লাউনা ঙাঙবা মখোল তায়, "লৈশাবী চীঙ্খিবী, ময়ূম পানবা খঙদবী অদুনা লাক্লম্লগা ঐখোয়বু ফত্তবা ঙাক্তা শীদুনা ঙাঙলম্লিবনি। মখোয়গী মচীন-মনাউ অসিনা ঐখোয়গী ইমুংদা ফত্তবা শরৌ ঙাক্তা শীল্লি।" মতুংদা মমাগা মাগা করি হায়নখিবনো শারদা তাবা ফংদ্রে। মনেম্বোক্তু মচানূপীবু ফাজিনখিবা অদু নত্তনা শারদাগী মনাক্তা চঙদুনা করিসু ঙাঙলক্তে। শারদা খঙই মপুরোইবদু লংফৈদগী থোরক্তুনা লৈবা অদুনা মনেম্বোক্না মঙোন্দা করিসু ঙাঙলক্তবনি নত্তবদি মহাকসু মচানূপীগী মীচঙ চঙদুনা করিগুম্বা খরা মঙোন্দা শোয়দনা ঙাঙলমগদবনি। ইন্দ্রাণীসি মমাদা কেশিন্নদুনা পাউ তম্বসু য়াম্না হে।

নুমিৎ য়ুংলমদাইদা ইবোচৌবদু ময়ূমদা হল্লক্লে। মহাক মাগী ৱাইথৌদা লৈবা হিঙ্গোল অদু য়েংশিনবা চৎলুবনি। মদুদা চন্দ্র বাহাদুর কৌবা নেপালী অমা থমদুনা শঙহল্লি। মাগা হিঙ্গোল অদুগী মরমদা ৱারী খরা শানরকপনি।

শারদা মপুরোইবা ঙাইদুনা হৌজিক ফাওবা চাক চাদ্রি, মহাক ইমুংদা মথন্তা তূমিন্না লৈ। মহাক্না অহানবদা মপুরোইবদা খৎনবা অদুগী মরমদা করিমতা তমদনা তূমিন্না লৈরে। অদুবু মাগী মায়থোঙগী মতৌদু উবদা ইবোচৌবনা হংলকই, "কৈদৌরে, ইনুং নুংঙাইতনা উরিবদি ?"

" করিসু তৌদে।"

ইবোচৌবা শারদাগী মায়থোঙ অদুদা মীকুপ অমতং চিংনরপ তৌনা য়েংদুনা লৈ। অদুদগী মহাক্না থৌদুনা হংলকই, " কৈদৌরে হায়য়ু, খৎনবা য়াওব্রা ?"

শারদা মপুরোইবদা পাউ কয়া তমগন্দে, মহাক খৎনবগী থৌদোক অদু মঙোন্দা তম্লোই খল্লম্বনি, অদুবু থৌদোক অদু মচেগা মরী লৈননা খৎনবা ওইবনা মহাক শাউনীংবদগী মদু অমুক লোত্তুনা থম্বা তৌদ্রে। মহাক্না থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা মপুরোইবদা ময়েক শেংনা তম্লে।

ইবোচৌবনা শারদাবু খেমজিন্দুনা হায়রকই, " ঐ খঙই, শারদা, ঐ পূম্নমক খঙই। অদুবু কৈদৌনি খৎনরুরগা? য়েংউ, ঐনা চৎলমদাইদা অদুম্না খৎনবসি ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।"

" ঐনা অসুম তূমিন্না লৈরগা মহাক্না অসুম হেনগৎলকই, মহাক খরদি খঙহন্দবা য়াদে।"

"অদুবু ঐনা হায়রিবা অসিনি, ঐনা চৎখ্রবা মতুংদা অমুক খৎন-চৈনবা তৌরুরনু। অদুম্না তৌবা তারবদি ঐ আদা লৈফম খঙলোই।"

শারদা ফমুংদা ফমদুনা মমায় মক্না তূমিন্না লূকখদুনা লৈ, পাউখুম পীরক্তে।

মথং নুমিৎকী নুমিদাংদদি শারদানা চাক থোংলিঙৈদা ইবোচৌবা মানা পুগদবা পোৎ-চৈনচিংবা স্যুটকেস অমদা হাপচিন্দুনা থৌরাঙ তৌবা লোইরে।

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ইবোচৌবা ঙহাক শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। বসন্ত মতমনি। অরূবা অতিয়াদা মকোয় মান্নরবা থানা তনিক তনিক থোক্লি। ঈংলপ তৌবা লৈনম পুবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীৎলি, মদুনা ঋতুগী অওনবা শক্তম্তু নীংশিংহন্দুনা পূক্নীংদা থোইদোক্না শুম্নৎনীংঙাই ওইহল্লি। মখোয়গী মমাঙদা লৈবা – লৈহাউ, হৈনৌ অমদি অতৈ পাম্বীশিংনা মরক্তা হৌরবা লৈকোল অদু ইচীক চীক্না লৈরি। অসিগুম্বা

নুমিদাং কয়াদা শারদা মখোয় অনী লৈকোন্দা নত্ত্রগা মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ৱারী শাবা নত্ত্রগা শূমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎমিন্নদুনা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংমিন্নদুনা লৈবা য়াওখি। ঙসিসু মহাক্না শারদাবু মপান্দা থোরক্কবা কৌথোক্কে হায়দুনা চঙলকপদা মহাক ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্লে। ইবোচৌবনা খরা ঙক্না হংলকই, "কৈদৌরে, শারদা, হকচাং ঙমদ্রব্রা?"

"কোকসি খরা ঙাওই, ঙহাক্তা পোথাগে তৌবনি," শারদানা খুম্লকই।

ইবোচৌবা নুংঙাইতনা মাগী ফমুং ময়াদা ঙহাক লূকথদুনা লেপ্তুনা লৈ। মহাক খঙই হন্দক ইমুং-মনুংদা খৎন-চৈনবা থোকপা অদুদগী শারদাদু মথৱায় নুংঙাইতবদগী অদুম্না তৌবনি।

শারদা চেপ্না হীপ্তুনা লৈ, খঙহৌদনা মাগী মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, পিগী মরিক খরা খজাইদা চেম্থরকই।

ইবোচৌবা ফমুং মচীদা ফমথরক্লগা ৱা ঙাঙদনা তূমিন্না লৈখ্রে। শারদাগী কপ্লিবা মতৌ অদুদা মাগী পূক্নীংদা অরোনবা নুংঙাইতবা ৱাখল কয়া ফুমদুনা লৈবা মাল্লি। মহাক্না খঙবা অমা লৈ শারদানা মঙোন্দা পাউ লোইনা তমদ্রবসু মহাক লৈত্রিঙৈদা মানা য়ূমদুদা থেংনবা নুংঙাইতবা কয়া শোয়দনা লৈরমগনি।

ইবোচৌবা ফনা কুইনা তূমিন্না ফম্লুরগা মমায় মক্না হায়রকই, "সে, শারদা, অদুম্না তৌগনু নুংঙাইতে। হৌজিক্তি মখোয়গা অরেপ্পা অমা খঙনরবনিনা নঙোন্দা অমুক খৎনবা হৌরক্লরোই, মখোয় থুনা য়ূম অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগনি।"

শারদা করিমতা খুমদনা তূমিন্না লৈ, খজাইদা তারকপা পি অদু মোন্দা চেম্থরকই।

ইবোচৌবা কুইনা নুংঙাইতনা মাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈ। মহাক্না শারদাবু পূক্নীং লুম্না লৈনবা ৱাহে কয়া হায়দুনা থেমজিল্লকই।

## ৮

মথংগী নুমিত্তা ইবোচৌবা গুৱাহাটিদা চৎখ্রে। (মহাক্না থোরকপসিদা শারদাদা মাগী অনৌবা লৈফম অমা হোংবগী ৱা তম্লম্মী, অদুগা চিঠিনচিংবা থারকপসু অনৌবা এদ্রেস অদুদা থারক্নবা হায়রম্মী।)

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণীখোয় য়ুম অদু পাক থাদোক্তুনা চত্রে। শারদা ইন্দ্রাণীগা ৱা ঙাঙনদবা মরম্না মখোয় চৎপ-চত্তবগী মরমদা করিমতা খঙদে; মানা খঙবা হায়ববু ইন্দ্রাণীনা খবরদা মাগী লৌ পরি অনী য়োনগদৌরি হায়না হাপ্পা অমদি থেংনৈ।

সম্পত্তি য়েম্থোক্লবা লোইখ্রবা মতুংদদি ইন্দ্রাণী খরা অমুক তূমিন্না লৈখ্রে, মাগী য়ু ঙাওবা নূপাদু শেন্নবনা মাগী মপূং ওইবা থবক ওইদুনা লৈ।

শারদাদু মপুরোইবা চৎখ্রবা মতুং খরা লৈরগা মশা ইঙম ঙম্লক্তে । মহাক কোলেজ কাবা ঙমদ্রে। মানা নাবা অদুদা নন্দিনী মাগী মনাক্তা তোয়না লাকই, মাগী সেবা তৌদুনা লৈবা য়াওই। শারদানা নোংমতা ইন্দ্রাণীগা মাগা খৎনখিবগী ৱাফম অদু মচেদা তমদে, মদু তম্লুরগা মচেনা নুংঙাইরোইদ্রা খন্দুনা তমদনা লৈবনি। অদুনা নন্দিনীনা য়ুম অদুদা হান্নগুম থোইনা কোইদনা অদুম চঙলকপনি। ইন্দ্রাণীগী মমাদি নন্দিনীবু উবদা কয়া কৌনীংদবগুম তৌনা উই, মাগী মনাক্তা নোংমতা চঙলক্তে।

নন্দিনী মনাউনূপীনা নারবা মতমদা মনেম্বোক্লা তৌরিবা মতৌ অদু কয়া নুংঙাইতে। নোংমা অয়ূক অমা মহাক্না শারদাগী ফমুং ময়াদা থাবা মোরা অমদা ফম্লদুনা হংলকই, "শারদা, নহাক নখোয়গী ননেম্বোক্লা কৌনদ্রা?"

"কৌদি কৌনৈ, ৱাদি য়াম্না ঙাঙনদে। নহানমুক ইন্দ্রাণীগা খৎনবদগী ঐবু শাউদুনা লৈরিবনি।"

"করিগী খৎনরিবনো?"

মচেনা হংলক্লবা অদুদা শারদা অহানবদা তম্লোই খল্লম্লবসু হৌখিবা ইন্দ্রাণীগা খৎনবগী থৌদোক অদু খঙহৌদনা নুংঙাইতবদগী তমথোরক্লে।

মদু তারগা নন্দিনীনা ঙক্লা নুংঙাইতনা হায়রকই, “মখোয়না ঐবু ফাওবা মরাল শীদুনা অদুম্না ঙাঙলিবা? অঙকপনি, ঈশ্বরনা পুন্নমক উরমগনি। ফৈ, হায়নীংবমখৈ হায়জসনু, মদু মাগী মাগী দোষ হায়বদুনি।”

নন্দিনী ইমুংদুগী ওইরিবা মওঙ অদুদা মনাউনূপীবু থাদোকপা ঙমদ্রে। মহাক্লা নুমিৎ খরনি মনাউনূপীগী মনাক্তা লৈদুনা মাবু সেবা তৌবীনবা মপূক্লীংদা লেপ্লে। মহাক ময়ুমদা অমুক হন্দুনা শোভাবু য়ূম্লোন্ননা লৈবী মমান্নবী অমগা লেমিন্ননবা হায়রম্লগা নুংথিলদা শারদাগী মনাক্তা লৈনবা লাক্লে। মহাক্কী মফি-মরোল খরসু খাউ অমদা হাপ্লগা পুরকই।

নন্দিনীনা মনাউনূপীগী ইমুং অদুদা থবক-ইশ্বাং নোম্বা হৌরকই, কাদু ৱাই শীৎচিনবা, পোত্থম্ফম চাদনা লৈরম্বা পোৎশিং লোইশিনবা, ফিরোলনচিংবা লোইশিনবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। অদুদগী মহাক শারদাগী মনাক্তা ফমদুনা সেবা তৌদুনা লৈরে।

মথংগী নুমিত্তা মহাক অফিসতা ঙহাক চত্তুনা নুমিৎ খরনি ছুটি লৌরে। অদুদগী মহাক্লা বাজারদগী শারদাগী চানবা ডাক্তরনা হান্না ইরম্বা হীদাক খরগা লৈরক্লে। হীদাকশিং অদু চাং নাইনা চারবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা শারদা তপ্না তপ্না ফগৎলক্লে, অদুবু মশাদি শোনবনা হৌগত্তুনা চৎপদি নীংথিনা ঙমদ্রি।

মানা শারদাখোয়দা নুমিৎ খরনি লৈরকপা অসিদা ইমুংদুগী মওঙ-মতৌদু মুন্না উরকই। শারদানা হায়খিবগুম্না ইন্দ্রাণীখোয়গী ইমুং অদু অয়াম্বা মতমদা চরাঙনৈ, অনাবা অমা য়াওরি হায়বগী করিসু থৌশাবা তৌদে, ইন্দ্রাণীগী নূপা বিধুনা মরূপ খরা য়ূম অদুদা পুরক্লগা জুৱার শান্নবা, য়ু থকপা অসিনচিংবা তৌই। বিধুনা য়ু ঙাওরবা মতমদা হায়নি-হায়রোই খঙদবা ৱা কয়া ঙাঙবা, মীৎয়েং-নায়েং চুমদবা কয়া তৌই। নন্দিনী মদু উবদা তশেংনা হঙ্গোইবা পোকই।

নোংমা নুংথিল অমনি। ইন্দ্রাণীনা কৈথেলদা চৎখি, মমানা লৈকাইগী লুহোংবা অমা চৎখি। বিধু মথক্তা মাগী কাদা য়ু ঙাওদুনা লৈ।

মতমদু নন্দিনী চাকশঙদা চা লোল্লি। বিধু খঙহৌদনা মনীংথোঙদা ফাওজিন্দুনা চাকশঙ অদুদা চঙলক্লে। মহাক্কী মমায় অদু ইঙাঙ ঙাঙই, তাংলপ তৌবা লাইবক অদু ইরং লংই, নাতোন শূমাঙদা খাকপা কোই অদুগা চীবান্দা খজিক্তং মোমোন নোকপা মতৌ অদুগা য়েংবদা হঙ্গোইনীংঙাই ওই। নন্দিনী মাবু উবদা পাখৎখ্রে; বিধুদু মাগা অমুক্তা কৌনদুনা ৱারী শাবা মী নত্তে।

বিধুনা থোঙজিল ময়াদা লেপ্লদুনা মিঙ্গৌনচিংবা করিমতা থৌশাদনা হায়রকই, "নন্দিনী, চা লোল্লিব্রা?"

নন্দিনী মঙোন্দা মুন্না শংত্রিক য়েংলকই।

বিধু ইথৌ থৌশাদনা হান্নগী মোমোন নোকপা মায়থোঙগী মতৌ অদুগা লোয়ননা মরোল ফাইনা অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, নহাক্না সিদা লৈবসি ঐ য়াম্না নুংঙাই। নহাক খরা কুইনা অসুম লৈয়ু। নহাক্নদি খঙলম্লোই, ঐ নঙবু নুংশি। নহাক্কী ফজবা শক্তম অদুনা ঐবু তশেংনা শুম্হৎলি।" অদুদগী মহাক্না মীকূপ অমতং তুমিন্না লৈরগা স্বর চাউনা চিংখত্নুনা অমুক হায়রকই, "অদুগা নহাক ঐখোয়গী ইবাইদকাদি লৈখিনুকো। ঐনা হায়রিবা অসিনি। অদুম্না তৌরবদি ঐ থম্মোয় শোক্কনি।"

ব্যবহার য়াওদবা উশিত্তবা ৱাঙাঙ অদুদা নন্দিনী শাউনীংবনা নিংদোল চোংখ্রে। মহাক্না লাউরকই, "হে, চখোকখ্রো সিদগী চোপনীংদ্রবদি। নচীন থীদুনা পঙঙাঙ ঙাঙলিবা করিগীনো?"

নন্দিনীগী অশাউবা ৱাহৈ অদু তাবদা বিধু মায়থোঙদা অদুম নোকমি নোকমি তৌনা লৈ, অদুবু মীৎয়েংদি খরা অহোংবা মতৌ অমা উৎলকই। মহাক খোঙফম অমা-অনী নন্দিনীগী মনাক্তা চঙশিল্লকই।

নন্দিনী মাবু করিসু অকিবা পোক্কে, মহাক্না মশা ঙাকথোক্লবা করিগুম্বা পোৎ অমা য়েংলকপদা ফক্লাং ময়াদা লৈবা হৈজ্রাঙ অমা উদুনা মদু পায়খৎলি। অদু ফাওবদা বিধু উশিত্তনা চঙশিল্লক্কে তৌরকই।

মতম অদুদা শারদা ফমুংদা উইরুম উইরুম তৌনা হীপ্তুনা লৈরম্বদগী নন্দিনীনা লাউদুনা চৈবগী খোঞ্জেল অদু হাইফেৎ তাদুনা মমীৎ খংপাঙ পাঙথোরকই। মহাক পাখৎপগুম তৌনা খূদক্তা মচেবু কৌদুনা হংলকই, "ইচে, কৈদৌরবগে?"

মদু হায়রগা শারদা ফুক হৌগত্তুনা চাকশঙলোমদা চৎনবা থৌরাঙ তৌরকই। মহাক মশা শোনবগা ফুক হৌগৎপা অদুদা মকোক খরা ঙাওই, ফক্লাং, উপু, ফাওনবা থোঙগী থোঙবা অসিনচিংবা পায়দুনা মহাক চাকশঙগী থোঙ মপা য়ৌরক্লে। মখোয়না লৈরিবা কা অদুগা চাকশঙ অদুগগী মরক্তা কা অনী লৈ।

মহাক্না চঙলকপদা নন্দিনী মথন্তা শাউনা মমায় ঙাঙনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা চৈদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা শারদা পাখৎনা মচেগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলকই, "ইচে, করি তৌরবগে?"

নন্দিনীনা হায়রকই, "বিধু হায়বা শা অসিনা য়ু থক্লগা 'সিদা চঙশিল্লক্তুনা ঐঙোন্দা মচীন থীদুনা ঙাঙলরিবনি। ঐনা শাউনা চৈরুবদগী মহাক ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লে তৌরকই, মদুদা ঐনা থাঙ অসি পায়খত্তুনা লৈবনি (থাঙ অদু মাগী মনাক্তা অদুম লৈ)। নঙনা ঐবু কৌরকপা মখোল তাবদা মহাক 'সিদগী থোকখ্রে।"

শারদা মদু তাবদা য়াম্না ঙক্না থোকখ্রে। বিধুনা য়ু থকচিল্লগা অদুম্না নন্দিনীগী মনাক্তা চঙশিল্লকপা অদু মখোয় অনীমক্কী পূক্লীংদা অকি-তুজুংবা পোকখ্রে।

চা লোনবা লোইরগা মখোয় অনী চাকশঙদগী শারদাগী কাদা থোরক্লে।

নন্দিনীনা ফক্লাং ময়াদা থাবা সোফা অমদা ফম্লদুনা মায়থোঙ মক্না হায়রকই, "শারদা, নহাক নাবসু খরা ফরবনিনা ঐ য়ুমদা চৎখ্রগে।"

শারদা মচেগী মনাক্তা ফম্লগা নুংঙাইতনা ৱাখল খন্দুনা লৈ, মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মহাক নুংঙাইতবনা থুম্নৎখিদুনা ৱা ঙাঙফম খঙখিদ্রে।

সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে। শারদাগী মনেম্বোক্তু লুহোংবা চৎলুবদগী হল্লকপা মখোল তারক্লে। শারদানা মপাল থোক্তুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা মঙোন্দা তম্লুবে। মনেম্বোক্তু ৱাফম অদু তাবদা পাখৎপনা শকফম ওনখ্রে। মহাক থুনা ইন্দ্রাণীখোয়গী কারোমদা চঙখ্রে। মতমদুদা বিধুদি চখোকখ্রে। ইন্দ্রাণীদি কৈথেলদগী হল্লকপা ঙহাক ওইদুনা মাগী কাদা লৈ।

ইন্দ্রাণী মমানা থৌদোক অদুগী পাউদু তম্লরবদা নোংমা মপুরোইবনা নন্দিনীবু পাম্বগুম তৌনা ঙাঙখিবা ৱাহৈশিংদু নীংশিংলক্তুনা য়াম্না শাউখ্রে। মহাক মপুরোইববুসু শীউনীংই, অদুগা নন্দিনীবু লান্না লৌদুনা শাউনীংই। মহাক্না খূদক অদুদদি মপুরোইববু কনখত্তুনা নন্দিনীদা তাইনদুনা চৈবা হৌরকই, "লৈশাবী চীম্বিবী, জুগোৎ চাদবী. মানা 'সিদা লৈরিবা অসি অফবা নত্তে। মীগী ময়ূম থুগায়নবা লৈরিবনি।"

মতম অদুদা নন্দিনী সন্ধ্যাগী ধূপ থানবা ইমুংদা থৌরাঙ তৌরি। মাঙ্গোন্দা ইন্দ্রাণীনা অয়াকপা খোঞ্জেল অমনা অদুম্না লাউরকপা অদু তাবদা মহাক শ্নায় লাউই, খঙহৌদনা শাউনীংবনা মশা অদু থক থক নীকখ্রে; শারদানা মঙোন্দা তমখিবা নহানমুকসু ইন্দ্রাণীনা মাবু চৈ-থাংদুনা ঙাঙখিবগী ৱাদু নীংশিংলকই। মহাক য়াম্না শাউনীংলবসু মপূক্লীংদু ফাথদুনা খাঙলে, তূমিন্না শারদাগী কাদা চঙলক্লে।

শারদাসু হীপ্তুনা লৈরম্বদগী মচেবু চৈবগী খোঞ্জেল অদু তাবদা চঙক্লনা মমায় থাঙ্গত্তুনা লৈরম্মী।

তাঞ্জা অদুদা অমুক মপালদগী ইন্দ্রাণীনা অসুম্না লাউরকপা তারকই, " ইকাইবা

খঙদবী, ঐ নহাক্না ’সিদা লৈশিল্লিবসিগী মরম খঙই, নয়ূম পানবা খঙদবী! ঙসিমক য়ূম অসি থাদোক্কুনা চৎখ্রো! নত্ত্রবদি নঙগী অফবা ওইরোই!”

শারদা শাউনা ফমুংদগী হৌগত্কুনা মপান্দা থোক্কদবগী তৌরকই, অদুবু নন্দিনীনা মাবু কন্না খাল্লে। মহাক্না হায়রকই, “শারদা, থোকখিনু, নহাক নশা য়াম্না শোল্লিবনি। মাগা মান্ননা খৎনবসু পামদে, ইকাইজে।”

ঙহাক্কী মতুংদা ইন্দ্রাণী ৰা ঙাঙলকখিদ্রে, মমানা পুশিন্দুনা চঙখিবা মাল্লি।

শারদানা নুংঙাইতনা ফমুংদা ফমদুনা লৈ।

নন্দিনীনা হায়রকই, “শারদা, নহাক্কদি নুংঙাইররোই, ঐ য়ূমদা চৎখ্রগে। ঐ মখোয়না লৈরিবমখৈদি নখোয়গী অসিদা কৈদৌঙৈদসু অমুক লাক্লরোই।”

শারদাদু মচেগী ৰাদু তাবদা মায়থোঙ য়াম্না লাংশিনখ্রে। মচেনা মখোয়দা লাক্লরোই হায়বা অসি মহাক্না খ্বাইদগী নুংঙাইতবনি। মহাক মমীত্তা পিরাং চেল্লকই।

শারদানা ঙহাক তূমিন্না লৈরুরগা খঙহৌদনা খূদক্তা ৰারেপ অমা লৌদুনা হায়রকই, “ ইচে, ঐসু ’সিদা মীকূপ অমা ফাওবা লৈররোই। ঐ নহাক্কা লোয়ননা হৌজিকমক য়ূমদা চৎলগনি।”

নন্দিনীসু শাউনীংবদগী অমদি মনাউনূপীগী ওইরিবা ফীবম অদুদা মাবু থাদোকপা পামদবদগী মাবু অমুক খাল্লবা তৌদ্রে।

নুংদাং অদুমক্তদা নন্দিনীনা সড়ক থোক্কুনা রিক্সা অমা নেক্লগা মনাউনূপীবু ময়ূমদা পুদুনা চৎখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা শারদাগী মনেম্বোক্তু মখোয়দা লাকই, মখোয়না অদুম্না করিগী তূমিন্না চৎখ্রিবনো হায়না পেন্দবা ফোঙদোক্কুনা ঙাঙলকই, অদুগা শারদাবু মাগা লোয়ননা চৎখিনবা হায়রকই। নন্দিনীনা মতাং চারে খন্দুনা মঙোন্দা খরা থীনা হায়রকই। ঙরাং ইন্দ্রাণীনা মঙোন্দা চৈদুনা ঙাঙবা মতমদা মানা পঙশিন্নদুনা লৈখিবা, মঙোন্দা থোরক্কুনা করিমতা হায়খিদবা, অদুগা শারদানা নাদুনা লৈবদুদা মখোয়না করিসু থৌশাবীদবা অসিনচিংবা পূন্নমক্কু পুথোক্কুনা ঙাঙলকই।

শারদাগী মনেম্বোক্তু ৰা ঙাঙফম খঙদনা মাঙ্গোন্দা মমায় ঙাঙনা ফমদুনা লৈ।

নন্দিনীনা অরোইবা ওইনা হায়রকই, “ মহাক মতম খরা ঐগী ইনাক্তা লৈজখিসনু। হৌজিক্কী ওইনদি ঐ মাবু চৎহনগে খন্দ্রি।”

শারদাগী মনেম্বোক্তু ইকাইনা হনখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নন্দিনীনা শারদাবু মাগী মনাক্তা পুরকপগী ৰাফমদু

ইবোচৌবদা চিঠি ইদুনা খঙহনখ্রে। মহাক্না ইবোচৌবা নুংঙাইরোই খন্দুনা থোকখিবা থৌদোক্তুগী অকৃপ্পা মরোল খূদিংমক অদুদি ফোঙদোকখিদ্রে। মহাক্না হায়খিবা হায়ববু শারদা অসি মহাক্না গুৱাহাটিদা চৎখ্রবা মতুংদা মশা ঙম্লক্তদুনা লৈ, য়ূমদুদা মাবু সেবা তৌবীনবা খুদোংচাদবদগী মানা মনাউনূপীবু ময়ূমদা পুরকপনি। হৌজিক্তি শারদাদু নাবা ফরে, মাগীদমক্তা অমুক ৱানীংঙাই লৈত্রে হায়না মহাক্না ইবোচৌবদা খঙহনখি।

৯

ইন্দ্রাণী লৌ য়োন্দুনা হিঙ্গোল অমা লৈনবা কোয়চেন চেন্নবা কন্না হৌরে। মমৈথংদা মখোয়গী য়োন্নবা লেপ্পবা লৌ পরি অনী অদু লূপা লাখ অনীমুক শীত্তুনা য়োহ্বোকখ্রে। মদুগী পৈশাদগী লূপা লাখ অমনা লাংজিংদা সড়ক্তগী য়াম্না চঙশিন্দনা লৈবা অচৌবা হিঙ্গোল অমা লৈখ্রে, লূপা লীশীং হুম্ফুতরানা বিধুগী অফিসকী পৈশা শিংগৎপা অমদি থবক হঞ্জিন্নবা রানোম্বদা শীজিন্নখ্রে, লেমহৌরিবা পৈশাদুনা য়ুম শাবমক্তি কোন্নবোইদবা মরম্না বিধুনা য়ূমদি মানা থবক হঞ্জিল্লবা মতুংদা ফংগদবা পৈশানা শাগনি হায়দুনা পৈশাদু মতম খরা মানা ঠিকা তৌবদা শীজিন্নগে হায়দুনা পায়শিনখ্রে।

ইন্দ্রাণীসু য়ুম শাবগী থবক অদুদি খরা তপথরবসু য়ারে খন্দুনা মপুরোইবনা হায়রিবদু য়ারে। হৌজিকমক য়ুম অদুদা মমাবু মথন্তা হেক্তা হুন্দোক্লগা চৎপা অদুসু খুদোংচারোইদৌরি।

ইন্দ্রাণী মনস্মনা মপামদা চৎখিবা অমদি নন্দিনীনা মখোয়দা লাকখিদবা অদু বাইশংলে হায়না খল্লি, করিগুম্বা মমানা মদুগী মতাংদা খজিক্তুং লাঙতক্লবা বাখল ফোঙদোরক্লবদি মহাক্না মমাদা থেমজিন্দুনা হায়, "ইমা, চৎনীংলগা চংচখিসনু কৈদৌই হায়বগে? ঐখোয়না মাবু তাম্বোকপা নত্তে। মচে হৈশিংবী অদুনা পুজখিবনি। ইমা, নঙগীদমক্তা ঐখোয় লৈরি।"

মমাদু ইখুম খুমদনা বাখল খন্দুনা লৈ। মাগী নুংদা ফোঙদোক্তনা খনবা হায়ববু হয়েং মচানূপা থোরক্লগা মদুগী মরমদা হংলগা মানা মঙোন্দা করি খুমগদগে অসিনি।

মমাগী নুংদা লৈরিবা বাখল অদু ইন্দ্রাণীনা থোইনা করিসু উরুবা তৌদে। মহাক্তি হৌজিক মানা শীনবা পাম্বা মতুং ইন্না থৌরাঙ খরা শীনবা লোইরে খন্দুনা নুংঙাইবা পোকই। অদুবু অমরোমদা মানা নুংঙাইতবা অমদি লৈ মদুদি মাগী মপুরোইবা বিধু অদু মখূত্তা পৈশা খরা পায়রগা হেন্না মথোঙ চাদবা হেঞ্জিল্লকই। মহাক নুমিৎ খূদিংগী য়ু ঙাওবা অদুদা নত্তনা জুৱার শান্নদুনা য়ূমদা ইহন হঞ্জিল্লক্তবা কয়া তৌরক্লে।

মহাক্কী মমান্নবা খরদি মঙোন্দগী লৌথোক-চাথোক্কদবগী তৌবা ঙাক্তনি। মাগী মখূত্তা পৈশা খরা পায়রে হায়বসি উবদা মখোয়না লৌথোক্কদবগী শেন্নদুনা লৈ।

নোংমদি বিধু অহিং তূমদনা জুৱার শান্নরুরগা মাগী মখূত্তা পায়বা লূপা লীশীং কুন্থ্রামুক্তু থাদোক্তুনা লোইশিনখ্রবা মতুংদা অয়ূক চাকচামাঙদা ময়ূমদা হঞ্জিল্লক্লে। মদুদা ইন্দ্রাণীদু য়াম্না শাউখ্রে। বিধু মানা ঙাঙবা অয়াম্বা ইখুম খুমদনা ইতু তুথনা ফমদুনা লৈ। ইন্দ্রাণী চাক ফাওবা চাদনা ফমুংদা কপ্পুনা লৈখ্রে। মমাঙদসু মপুরোইবনা মাগী সনা-লুপা কয়া মাঙহনবীখ্রে, মদু পূন্নমক মহাক খাঙদুনা লাকপনি, অদুবু হন্দক্তি মহাক অহানবা ওইনা মপুরোইববু থীনা নুংঙাইতবা হৌরক্লে; মরমদি হন্দক্কী পৈশা অদুদি ইমুং-মনুংদসু নুংঙাইনদবা কয়া থোক্তুনা সম্পত্তি য়েন্নরবা মতুংদা লৌ য়োম্থোক্তুনা ফংবা শেলনি, মহাক্না মদু মরু ওইনা লৌই, মদুদগী নুংঙাইখৎলকপগী আশা কয়া তৌই। হৌজিক্তি মানা মপুরোইববু থাজবদু পুরা মাঙখিবগুম তৌখ্রে। মপুরোইবগী থৌইনশিন্দগী মপামদগী তাল্লুবা সম্পত্তিগী দাবি অদু ফংলবা মতুংদা মপুরোইবনসু মদুবু মমল লৈনা লৌগনি হায়না মহাক্না আশা তৌরুই। অদুবু হৌজিক্তি মাগী অনীংবা ৱাখল অদু তায়োন্নরকপদগী মহাক শাথীনা নীংবা কায়খ্রে।

ফমুংদা কপ্পুনা লৈরিবী ইন্দ্রাণীদা বিধুনা ঘোর হন্থনা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, " ইন্দ্রাণী, করিগী অদুম্না তৌরিবনো? ঐগী থবক হঞ্জিল্লগা পৈশা য়াম্না ফংগদবা লৈরি। ঐখোয়না তৌনীংবা থবক খূদিংমক মদুনা তৌবা য়াই।"

ইন্দ্রাণী মোন্দা মমায়দু উপশিন্দুনা অদুম কপ্পুনা লৈ, পাউখুম পীরক্তে।

বিধুনা অমুকসু হায়রকই, " নুংঙাইতে, ইন্দ্রাণী, অদুম্না তৌগনু।"

ইন্দ্রাণীনা হীক হীক কপ্পুনা হায়রকই, "অসুম্না তৌরবদি ঐখোয় করম্না হিংগনি? হন্দক্তি ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।"

বিধু ৱা ইঙাঙ ঙাঙদনা ইতূক তূকথনা ঙহাক ফমদুনা লৈরম্লগা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তগী হন্দোকখ্রে। মহাক ঙহাক্কী মতুংদা ময়ূমদগী অমুক চথোকখ্রে।

সন্ধ্যাদা ইন্দ্রাণীগী মমানা থবক চথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লকপদা মচানূপীনা মপাল ইথোক থোরক্তবা উবদা মাগী কাদা চঙলক্তুনা য়েংলরে। ইন্দ্রাণীদু ফমুংদা হীপ্পুনা লৈরম্বা উবদা মহাক্না খরা নুংশাথীনা হংলকই, "কৈদৌরে, ইবেম্মা, নঙবু নশা ঙমদ্রব্রা?"

"করিসু তৌদে, ইমা।"

"অদুগা করিগীনো ফমুংদা অদুম হীপ্পুনা লৈরিবদি? লাইগী ধূপকা থাদোক্লোদনা।"

ইন্দ্রাণী মমায়-মমীত্তু খরা পোম্না ফমুংদগী হৌগৎলকই, অদুগা সন্ধ্যাগী ধূপ থাররে।

মাগী মতৌদু উবদা মমানা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোক্লমগনি হায়না চিংনৈ, অদুবু মহাক মদুগী মরমদদি হংলক্তে ; করিগুম্বদা মচানূপীদু বিধুগা খৎনরগা অদুম্না হেক তৌবসু য়াওই।

নুংদাং ইন্দ্রাণীনা চাক থোংলিঙৈদা বিধু য়ু থক্লগা হঞ্জিল্লক্লে। মহাক্লা চাকশঙদা মোরা অমদা ফম্লগা মরোল ফাইনা ইন্দ্রাণীদা হায়বা হৌরকই, " ইন্দ্রাণী, ঐ নঙগী পৈশা অদু শোয়দনা শিংগনি, খঙলেদনা ঐ থবক হঞ্জিল্লগা পৈশা য়াম্না ফংগদবা লৈরি, ঐ য়াম্না ইকাইখ্রে ......।"

ইন্দ্রাণীনা শাউনা মরক থত্তুনা হায়রকই, "শিংব-শিংদবগী ৱা নত্তে। তোক্লসি ঐঙোন্দা মদুগী ৱা অমুক ঙাঙবীরনু।"

"হা হা," বিধুনা কংনা নোক্লকই, অদুদগী মহাক্লা হায়রকই, "ফৈ, ফৈ, ঐ ঙাঙলরোই। নঙসি য়াম্না হাইগৎলে, ঐনা নয়ূমদা লৈবসিদা, খঙগনি সিদগী।" মহাক্লা হাইরং-তুরং তৌনা হৌগৎলগা থোকখ্রে, অদুগা মখোয়গী কাদা চঙদুনা ফমুংদা উপ্রাক্লা হীপ্তুনা লৈখ্রে।

ইন্দ্রাণীনা চাক লোইরগা অরোইবা চাক চফূ অদু চাকশঙদা খুমজিন্দুনা থম্লম্লগা মপান্দা থোরক্লে। মহাক মশামক চাক মরূ অমতা চানীংবা পোক্তে।

ইন্দ্রাণীগী মমাদু শারদা চৎখ্রবা মতুংদা মথক্তা থোংদুনা চায়। মহাক ইন্দ্রাণীখোয়গী চাকখুমদা চাও য়াদে। মহাক্লা চাক তোক্তুনা মপান্দা অসুম থোরকপদা ইন্দ্রাণীনা মথক্তা তূমিন্না সিড়িদা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা হংলকই, "ইন্দ্রাণী, চাক চারব্রা?"

"চাদ্রি।"

"কৈদৌরে, থেঙলে, হৌজিক ফাওবা চাক চাদ্রিবা করিগীনো?"

ইন্দ্রাণী খুম্লক্তে, কপ্লগুম তৌনা লৈ।

মমাদু ঙসায় নুংথিলদগী মচানূপীগী শকফমদু উবদা চিংননা নুংঙাইতদুনা লৈবগা ইন্দ্রাণীগী মতৌদু উবদা থৌদুনা হংলকই, "ইন্দ্রাণী, কৈদৌরে? ঐঙোন্দা হায়য়ু, নঙ বিধুগা খৎনব্রা, মানা নঙোন্দা ফূ-চৈবা তৌব্রা?"

ইন্দ্রাণীনা মমাদা থোক্লিবা নুংঙাইতবা থৌদোক অদুগী মরমদা তম্লক্লে।

মদু তাবদা মমাদু পাখৎপনা থবাক য়ৈখ্রে। মহাক্লা মখোল নীক্লা হায়রকই, "করি ৱানো অদুদি? অদুক য়াম্বা শেনফম্মু জুৱারদা থাদোক্তুনা মাঙহনখ্রবা! ইস, মাঙলেদনা!"

মহাক্লা মচানূপীগী তুংগী পুক্সীগী অমম্বা মশক অমা উরবগুম চমম্লনা লৈ।

অদুদগী মহাক্লা থব্লায় শোক্লা বিধুবু চৈ-থাংবা হৌরকই।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তসু ইন্দ্রাণীগী মমানা বিধুগী মনাক্তা চণ্ডদুনা জুব্লারদ শেল থাদোকখিবা অদুগীদমক মাবু চৈদুনা ঙাঙলুরে। মদুদা বিধু শাউদুনা খূদব অদুদা মফি-মরোল শেত্তুনা এয়ারবেগ অমা য়াল্লগা য়ুম অদুদগী চৎখ্রে। ইন্দ্রাণী মা অমুক খাম্বা তৌহৌদ্রে।

শারদা হৌজিক নাবা পুরা ফদুনা কোলেজ কারে। নন্দিনী মনাউনূপীনা মনাক্তা লৈবা অদু নুংঙাইরে, মপুরোইবা লংফৈদা লৈখ্রগা শারদানা মপামদা লৈবগী ৱাখল অদু অমুক অমুক নীংশিংবদা নুংঙাইতবা পোক্লবসু মনাউনূপীনা মনাক্তা লৈবগী পুক্নীং লুম্বা অমদি লৈ। মপুরোইবনা যুমদা লৈত্রিঙৈদা শারদাগী নুংঙাইতবা মওঙ অদু খনবদা মহাক ৱাখলদা নুংঙাইতনা অদুম লাকপনি। হৌজিক্তি মদু কোক্লে। ইবোচৌবগী মচননূপী ইন্দ্রাণীগী থম্মোয় কনবা মীনুংশি য়াওদবা মতৌ, বিধুগী শা মানবা লীচৎ পূম্নমক্তু নীংশিংবদা মহাক তূক্কচবা অমদি খোয়শাউনবা পোকই; হৌজিক্তি মনাউনূপীনা মখোয়গী মখূত্তগী নাম্থোরকপা অসি য়াম্না ফরবনি হায়না খল্লি। নন্দিনী হৌজিক্কী মতমগী থম্মোয় পান্দ্রবা মীশিংগী মরক্তা হিংবা হায়বসি য়াম্না অরুবা অমা ওইনা খল্লকই। মীশিংনা মশা মশাতা হিংগদবনি, মী অতৈদি হিংদ্রবসু য়ারে হায়বগী মওঙদা মীনুংশিগী ৱাখল অমতা য়াওদনা চথরক্লিবা থৌওঙ পূম্নমক অসিগী মরক্তা হিংবগী মীৎয়েংসু অতোপ্পা মওঙ অমা হোংবা তারকই, মীগী অকনবা মীৎয়েং অদু থেংনবা, শীংনবা ঙম্বা নত্ত্রগা ঙাকথোকপা ঙম্বা শক্তি অমা লৈবা তারকই। নন্দিনীগী নুংগী থম্মোয়দি য়াম্না থোৎলি, মীনুংশি চাউই, অদুবু মদুগী থোইনা চন্নফম লৈত্রবা সমাজসিদা মহাক শেম-শারবা অকনবা পুক্নীংগী ফীবম অমগা লোয়ননা থেংনবগী ৱাখল খল্লকই। মহাক্না খল্লি, "মী অতৈনো ঐখোয়গী হিংবদা শীংনব্রবসু ঐখোয় হিংগদবনি, হিংবা হায়বসিমক মখোয় ঙাক্তগী হক নত্তে। মখোয়না করিগুম্বা মখোয় ঙাক্তগী হককুম্না খঞ্জরবদি মদু চপ চানা শীংনগদবনি।" মরু ওইনা নূপী ঙাক্তা পানবা ইমুং অদুগী থোইদোক্লা মশাবু ঙাকথোকচনবগী ৱাখল অমদি নূপীশিংবু তাথী-তাওইনা তৌবীরবা সমাজদগী মখোয়বু কন্নবা ৱাখল অমা মঙোন্দা কন্না লৈ।

হৌজিক মখোয় মচীন-মনাউ অহুম চীক্না শান্তি ওইনা লৈরে। নন্দিনীনা নূপাগুম থোইনা অকি-অখং লৈতনা মহৌশাগুম যুমগী থবক অয়াম্বা তৌই, বাজারদা পোৎ-চৈ লৈবা চৎলি। নোংমদি নন্দিনীনা বাজারগী দুকান অমদা পোৎ লৈবা চঙবদা

মাগী মরূপ আশাদু খাউ অমা য়াল্লদুনা পোৎ-চৈ লৈরম্বা থেংনরুরে। মহাক্না নন্দিনীবু উবদা হরাউনা হায়রকই, "হাইমা, নন্দিনী, উন্নদবা কুইরে, কমদৌরি নুংঙাইরিব্রা?"

"নুংঙাইরি।"

নন্দিনীনা মাগী মরমদা হংবদা আশাদু হৌজিক সরকারগী থবক অমা তৌরে হায়না হায়রকই। নন্দিনী মদুদা নুংঙাইবা ফোঙদোরকই।

মখোয় অনী দুকান্দুদগী পোৎ লৈরগা থোরক্লে, অদুদগী সড়ক্কী মতাইদা চথোক্তুনা লেপ্লগা ৱারী ঙহাক শারকই।

নন্দিনীনা হংলকই, "হৌজিক হান্নগী মফম অদুদা অদুম লৈরিব্রা?"

আশাদু থোইনা শকফম হোংদনা হায়রকই, "উম।"

"পাবুংদি অমুক্তা কৌবা লাক্ত্রা?"

"লাক্তে, লাক্লবসু চৎলরোই।"

নন্দিনী মাগী মরূপকী ৱাদু তাবদা খরা ঙক্না হায়রকই, "করি ৱানো, য়ূমদা চত্তনা মফম অদুদা অসুম লৈরগদবা?"

"উম, নন্দিনী, ঐ হৌজিক্তি মদুদা লৈবদু হৈনরে। ঐনা মফমদুদা তৌনীংবা থবক খরসু লৈ।"

"করি থবক্লো?" নন্দিনীনা হংলকই। মাগী মরূপ আশানা আশ্রম অদুদা পূক্নীং চঙবা মান্না হায়রকপদু নন্দিনী ইঙক ঙকই।

"নূপী ময়ামগী ফীবমদু খরা ফগৎহনবা পাম্মী, মখোয়গীদমক্তা তৌগদবা থবক্লি," আশানা হায়রকই। "ঐনা ঐগী তলবকী শরূক খরসু আশ্রমগী ফণ্ডদা থমজিল্লি।"

নন্দিনী মাগী মরূপ আশাগী পূক্নীংদা লাক্লিবা অনৌবা ৱাখল অদু হাইফেৎ লাম্বা ফংলকই; মহাক্না হংলকই, "নহাকপু মখোয় ময়ামগী করি ওইরিবগে?"

"করিসু ওইদে, ঐদি ইচম চম্না থবক খরা তৌনীংবতনি।"

নন্দিনী মাগী মরূপকী মতৌ অমদি মাগী খল্লক্লিবা ৱাখল মওঙ অদুদা নুংঙাইবা পোকই। মহাক্না হংলকই, "নহাক্না মখোয়গী করি করি তৌগদৌরিবনো? মখোয় খরগী লমচত্তু চুমথোক্কে হায়না খল্লিব্রা?"

"মদুগী নত্তেদা, মদুদি ঐনা হেক্তা ঙম্বা নত্তে, মখোয় খরদি কাহেন্না মথোঙ চাদবী, লাক্ল-ফানবা ঙমদবী ঙাক্তনি; মখোয়দা করিসু হায়বা ঙম্বা নত্তে। ঐনা খনবা হায়ববু, মদুদা মরাইবক থীরবী কনা লৈত্রবী কয়া লৈ, মখোয়গীদমক্তা মরু ওইনা করিগুম্বা খরদি তৌগে সিনি।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা নন্দিনী খঙহৌদনা থুক লাউই, আশ্রম অদুদা লৈরিবা ফীবম ফত্তবা নূপী কাঙলূপ অদুগী মরমদা খল্লকই। মহাক মখোয়দুগী মরমদা মখ তানদি ৱা অমুক হংলক্কে ।

ঙহাক তূমিন্না লৈরগা আশানা অমুক হায়রকই, " শারদাদি নুংঙাইরিব্রা কমদৌরি?'

নন্দিনীনা মঙোন্দা ইবোচৌবনা গুৱাহাটিদা থবক ট্রান্সফর তৌদুনা লৈখিবা. শারদানা মখোয়গী ইমুংদা লৈবা নুংঙাইরক্তবদগী মাগী মনাক্তা লাক্তুনা লৈবগী ৱাদু তম্লকই।

"ইহে, ওম্থোকপনিদা," আশানা হায়রকই, " হৌজিক্কী মীশিং অসি ওম্থোক্লা ফক্ত্রে, মপুরোইবনা য়ূমদা লৈতবদুদা য়াই হায়দুনা মাবু তাথী-তাওইনা তৌবীরিবনি।"

তাঞ্জা অদুদা আশাগা লাকমিন্নবী, অতোপ্পা দুকান অমদা পোৎ অমা লৈবা চঙলুবী সুনীতি মখোয়গী মনাক্তা চঙলক্লে। মহাক্না নন্দিনীদা হরাউ-হরাউ কৌরকই। নন্দিনীসু মঙোন্দা কমদৌরিবগে হংনদুনা ৱারী ঙহাক শারকই। কায়নরমদাই মতমদা নন্দিনীনা হায়রকই, "ঐসু নোংমা নখোয়গীদুদা অমুক চখোরক্কে।"

"উম, চখোরকউ," আশানা হায়রকই।

মখোয় কায়নরে। মখোয়না কায়নদুনা চৎনখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা খঙহৌদনা বাজারদা বোম পোকখায়বগী অহৌবা মখোল অমা তারকই। মখোল অদু অদুক্কী মতিক হৌই মদুদি মদুগী খোঙ্থাঙনা অতিয়াদা ঙহাক ঙংদুনা লৈ, অকোয়বা মফম অদু ফাওবা থক থক নীকপগুম তৌই। বাজারদা কুংনা চৎলম্বা মীয়াম খুদিংমক কায়দুনা চেন্নবা হৌরকই। মিচুল থরক্তা তুনগত্তুনা পাখৎনা চেন্নরিবা মীশিং অদুগী চরাঙনবা অহৌবা ইনিন অমা থোরকই। খঙহৌদনা নোংমৈ মশীং নাইদনা কাপ্পগী মখোলসু তারকই। মী কয়ানা দুকান্দা চেনশিন্নবসু য়াওই, লম্বীদা পাকথদুনা লৈবসু য়াওই। দুকানগী থোঙ, সটর কয়া থিংজিনবগী গম-গা লাউবা মখোলনা ইনিন নিল্লি। বাজারগী শক্তম অদু খঙহৌদনা পূমহোং হোংখি।

নন্দিনী মীয়াম মরক অদুদা চেন্না চেন্না লাকপনা ময়ূম য়ৌরক্লে।

মহাক্না লাকপদা শারদাগা শোভাগনা গেটতা থোক্তুনা লম্বীরোমদা য়েংদুনা বাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মানা অদুম্না করিসু থোইদোকপা তৌদনা, শোক-পনবা য়াওদনা লাকপা অদুদা মখোয় অনী ঈংথরে। মানা চঙলক্লবা মতুংদা মখোয়না গেট লোনশিন্দুনা মঙোন্দা থৌদোক্তুগী মরমদা হংবা হৌরকই। নন্দিনীনা হায়রকই, "ঐ মুন্না খঙদে, পোকখায়বগী মখোল অদুগা নোংমৈগী মখোল অদুগা তাবদা ঐ মফম খঙদনা

পঙচেন্দা চেল্লক্লবনি। লক্ষ্মীদা চৎপা মীনদি শোক-পনবা য়াম্না য়াওই, শিবসু য়াওরম্বা য়াই হায়নৈ।"

নুমিৎ অদুগী নুংদাংগী রেডিওগী পাউদা হায়রকই বাজারদা বোম পোকখায়বা অদুদা নূপী অমা য়াওনা মীচম অহুম শিরে, অতৈ কয়ানা শোক্লে। পাউ অদু তাবদা নন্দিনী নুংঙাইতবা ফাওরকই; পূক্নীং লৈতানা লৈবা ঙমদ্রবা মণিপুরগী ফীবম অসিগী মরমদা হন্না হন্না খল্লকই, ঙসায় চেন্নবা মীয়ামগী দৃশ্য অদু মমীত্তা উরকই। তূম্লমদাইদা মহাক্না ফমুংদা হীপ্না হীপ্না মদুগী মরমদা ৱাখল কয়া খল্লম্লগা তূমথখি।

নোংঙাল্লগসু মহাক থৌদোক অদু নীংশিংবদা ৱাখলদু ইনুং নুংঙাইতে। নুমিৎ নীনি-হুন্নিগী মতুংদদি মাগী মপূক্নীংদু খরা ঈংথরক্লে। অদুদগী মহাক্না মাগী মরূপ আশাগা উন্নরক্কুনা ৱারী শারকপদুগী মরমদা অমুক খনবা হৌরকই। আশানা মঙোন্দা ফোঙদোরকপা অনৌবা ৱাখল অদুনা মাগী পূক্নীংবু য়াম্না চিংশিনখি। আশানা অদুগুম্বা ৱাখল অমা খল্লক্লমগনি হায়বসি মহাক য়াম্না থাজরুদে; নন্দিনী মশামক মাগী ৱাখল অদু য়াম্না পাম্মী। ফীবম ফত্তবা নূপীশিংগীদমক্তা হোৎনবা, মতেং পাংবা, অফবা ৱাখল খলহনবা, মখোয়গী য়াইফনবা হোৎনবা অসিনচিংবসি মানা য়াম্না মরু ওইনা খনবা ঙাক্তনি। মানা মাগী মনাউনূপী শারদাদসু আশাগী অনীংবা অনৌবা ৱাখল পূন্নমক অদুগী মরমদা খঙহল্লি। শারদা মচেনা হায়বদু পূক্নীং চঙনা তায়। মহাক্না আশ্রমদা লৈখ্রবী আশাবু হান্না খরা হঙ্গোইনা খল্লম্লবসু মচেগী ৱাদু তাবদা মাবু পূকচেল চাউবী, ময়ামগীদমক্তা খনবী নূপী অমা ওইনা খল্লকই। মহাক্না আশানা পাঙথোক্লে খল্লিবা থবক অদুগী মরমদা মত পীরদুনা হায়রকই, "পূন্নমক অদুদি য়াম্না ফবা ৱানি, ইচে, অদুবু মফম অদুদি মীনা হায়নবী, ওক্তবী নূপী ঙাক্তা লৈ হায়নৈ। মানা নীংলিবা অদু ওইথোক্কদ্রা?"

"শারদা, লোইনমক মথোঙ চাদবী, ফত্তবী ঙাক্তদি নত্তে, তশেংনা উপায় লৈত্রবী, অফবী, জ্ঞান তাবী নূপী কয়াসু য়াওরি। মরু ওইনা অদুগুম্বী নূপীশিং অদুতগীনি মানা মতেং পাংবা, হোৎনবা পাল্লিবা, মথোঙ চাদবী মখোয় অতৈদুগীদি মানা কৈদৌবা ঙম্লুগনি? মখোয়গীদি থোইনা মতেংসু দরকার ওইদে," নন্দিনীনা আশানা মঙোন্দা তমখিবা মতুং ইন্না আশ্রমদা লৈরিবা নূপীশিংদুগী মরমদা মানা খঙবা অমদি পূক্নীংদা ফাওবা খরদু হায়রকই। অদুদগী মহাক্না মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা আশাগা কা অমতদা লৈমিন্নহৌবা সুনীতিবু নীংশিংদুনা অমুক হায়রকই, "আশাগা লৈমিন্নবা নূপী অদুদি তশেংনা নুংশিবা মীশক্নি – কনা লৈত্রবী; মপুরোইবগা

খাইনরকপদগী লৈফম লৈত্রদুনা মফম অদুদা লৈরিবনি। মহাক্তু য়াম্না ফৈ। আশানা নহানমুক নাবা মতমদা মানা সেবা ওয়োক্লা নীংথিনা তৌখ্রে।"

সুনীতিগী ৱা পল্লকপা অদুদা শারদা ৱাখল খন্থুরকই। মহাক্লা মচেগী মত অদু য়ানীংবগুম তৌনা হায়রকই, "চুম্মী, মখোয় অদুগুম্বগীবুদি তশেংনা য়েংবীফম থোকই।"

আশাদু নন্দিনীগা নহানমুক উন্নখিবা মতুং নুমিৎ মঙা-তরল্লি লৈরগা নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ূক অমদা নন্দিনীখোয়দা লাক্লে। মখোয় অনী ফম্ফমকাদা ফম্মিন্নরবা মতুংদা নন্দিনীনা মাবু চাক চামিন্নখিনবা হায়রকই। মদুদা আশানা হায়রকই, "নন্দিনী, কোন্না অমুক চামিন্নরসি, ঐনা লাক্লিবসি হোসপিটালদগীনি। নহানমুক ঐখোয়না বাজারদা উন্নবা নুমিত্তা বোম পোকখায়বা অদুদা ঐগা চৎমিন্নবী ইমান্নবী সুনীতি অদু থীনা শোক্তুনা হোসপিটালদা লায়কন্নরি, ঐ মাগী মনাক্তা থুনা অমুক চৎকদৌরিবনি।"

মদু তাবদা নন্দিনী খরা পাখৎনা নুংঙাইতনা হংলকই, "ইস, কমদৌনা তৌরিবনো অদুদি?"

"ঐখোয়না কায়নরবা মতুংদা মহাক্লা ময়াংগী দুকান অমদা ফি শানবা লং খরা লৌবা চঙখি, ঐদি সড়ক্কী ৱাংমদা য়োনবা উহৈ খরা লৈদুনা লৈহৌই। মহাক্লা দুকানগী মাঙ্গোল হেক য়ৌবমক্তদা দুকান মনুংদা লংশিল্লকপা বোম অমা পোকখায়বদগী মহাক শোকপনি। শিরিবা অদুদি দুকান মনুংদা লৈবা ঙাক্তনি।"

নন্দিনীনা নুংঙাইতনা স্বরমপী হোল্লকই, অদুগা হায়রকই, "ইস, ওয়োকপনি!" মহাক নুমিৎ অদুদা সুনীতি হায়বী নূপী অদুনা মঙোন্দা নোক্তুনা হৱাউ-হৱাউ কৌদুনা ৱারী শাবদু নীংশিংলকই। মতম খরদংগী মতুংদা মঙোন্দা কয়াদা অচৌবা দশা অমা তাখ্রবনো!

আশানা হায়রকই, "মরাইবক থীরবা মীদতা অসুম্না থোকই, নন্দিনী, খঙদে, মাগীনি হায়বা কনাসু লৈতবা অদুদা অসুম্না থোক্লগা কমদৌনি খন্দুনা য়েংউ।"

"মাগী নূপা অদুদা পাউ পীদ্রা?"

"পীদে, মদু মহাক্লা শূকয়া য়াদে, মপুরোইবা অদু মাগা পুরা মরী তৎনখ্রবনি।"

নন্দিনীনা হায়রকই, " অদুদি নহাক্লা মাগী হোৎনদুনা লৈরে?"

"উম, ইচে মালতীসু য়াওই, অদুবু মহাক্তি থবক চিনবা মীনি।" অদুদগী ঙহাক্তং তূমিন্না লৈরুরগা আশানা অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, ঐনা লাক্লিবসি নঙোন্দা ৱা অমতা হায়গে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

"হায়য়ু, করি ৱানো?"

" সিনি, সুনীতিবু লায়য়েংবদা ঐগী খূত্তা লৈরম্বা পৈশাশিং লোইখ্রে, অদুগা ইচে মালতীনা আশ্রমগী ফণ্ডদগী পীবা শেলগী মতেং খরসু লোইশিনখ্রে। হৌজিক মাগী হীদাক-লাংথক লৈবদা অমদি লায়য়েংবদা চঙগদবা পৈশা কয়া লৈরি, নঙোন্দা পৈশা লৈরবদি লূপা লীশীং অনীখক্তং পূখিগে। ঐগী মথং থাগী তলব হেক ফংবগা পীরক্কে।"

"হেরা, কোন্না পীরবসু য়াইদা," নন্দিনীনা পৈশা লৈব-লৈতবগী ৱা করিমতা পল্লক্তনা হায়রকই।

আশা খঙই মাগী মরূপ নন্দিনীনা অদুগুম্বগী হীরমদা মানা হায়বদু কৈদৌঙৈদসু য়াদবা তৌরোই, মদুমক খঙদুনা মহাক নন্দিনীগী মনাক্তা লাকপনি।

নন্দিনী মাগী কাদা পৈশা অদু লৌথোকপা চঙখ্রে।

শারদাসু আশা লাকপা মখোল তাবদা লাইরিক পারম্বদগী হৌগৎলক্তুনা মাগী মনাক্তা চঙলক্লগা ৱারী ঙহাক শাররে। আশানা মাগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লগা হায়রকই, "কৈদৌনি, ইনাউসিদি, মখোয়না ঙাক্তা অসুম লাকচবা য়াব্রা? হয়েং ইনাউগীসু মতম অমা লাকখিগনি।"

নন্দিনীনা পৈশাদু পুথোক্তুনা থোরক্কে, অদুগা মদু আশাগী মখূত্তা পীরে। ঙহাক্কী মতুংদা আশানা হৌগৎলদুনা হায়রকই, "অদুদি, নন্দিনী, ঐ চৎলগে। ঐ কুইনা ৱারী শানীংবনি, অদুবু ঙসিদি খুদোং অমা চাদ্রে, খরা লৈরগা অমুক লাক্কে।"

আশা চৎখ্রবা মতুংদা নন্দিনীনা শারদাদা মহাক লাক্লম্বগী মরম অদু তল্লকই। আশানা মাগা লৈমিন্নবী উপায় লৈত্রবী, শোক্লবী সুনীতিগীদমক হোৎনরিবা মতৌ অদুদা মখোয় অনীমক থাগৎলকই। নন্দিনীনা হায়রকই, "শারদা, মানা মাগী তলবকী পৈশা খরসু আশ্রমগী ফণ্ডদা থমজিল্লি হায়। মহাক তশেংনা আশ্রম অদুগীদমক য়াম্না ফনবা খল্লি।"

"মদুদি য়াম্না অফবা থবক্নি।"

আশা নন্দিনীখোয়দগী থোরক্লগা বাজারগী ফারমাসিদগী হীদাক-লাংথক লৈরগা হোসপিটালদা থুনা অমুক চৎলে। সুনীতিগী মনাক্তা মালতীনা লেঙদনা শঙদুনা লৈরম্মী। সুনীতি ফমুংদা লোংনা হীপ্তুনা লৈ, খূদাংদা গ্লুকোজ ড্রিপ কাপ্পগী মরী অমা শম্মী। মাগী য়েৎ থংবা লেংজুম অমদি লাইবক্তা বেণ্ডেজ পুল্লি, মখোয় অদুদা ঈ খরা তৈ, অদুগা মখোঙ অদু ৱাচপ থাবা ওইনা নূং হৈজিন্দুনা লৈ।

আশানা খাউ অমা য়ান্দুনা চঙলকপদু উবদা মালতীনা হংলকই, "কমদৌরে?"

"হীদাকশিংদু লৈরক্লে," আশানা হায়রকই। মহাক্না খাউদগী হীদাক লীক্লীশিংদু লৌথোক্লগা ফমুং ময়াদা থাবা রেক অমগী মথক্তা মথং মথং থম্মী।

"কনাদগী পৈশা লৌরগা লৈরকপগে?"

আশানা মাগী মমান্নবী নন্দিনীদগী পৈশা পূরগা হীদাকশিংদু লৈরকপগী ৱাদু তম্লকই। নন্দিনীনা নহানমুক আশ্রমদা লাক্লম্বা অদু মালতীসু উহৌই। আশানা নন্দিনীবু মঙোন্দা মশক তাকখি।

মালতীনা মাবু নীংশিংদুনা হায়রকই, "ও, নন্দিনী হায়বদি নোংমা নঙগী ননাক্তা লাক্লম্বী নমান্নবী অদু নত্ত্রা?"

"উম, মান্নি।"

লোংনা হীপ্তুনা মমীৎ তুকথনা পাঙদুনা লৈরিবী সুনীতিনা মখোয় অনীনা ঙাঙনরিবা অদু তাদুনা লৈ। খঙহৌদনা মাগী মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, পিগী মরিক অমা-অনী খজাইদা চেম্থরকই।

আশানা মাবু থেমজিল্লদুনা হায়রকই, "করিগী কপ্লিবনো. সুনীতি? অদুম্না কপ্পা হৌনদে। য়েংউ, ডাক্তরনা নঙগী অশোকপা অসি করিসু তৌররোই, ফরনি হায়রবনি।"

"আশা, নঙনা ঐগীদমক্তা কয়াদা ৱানা হোৎনবীখ্রবনো!" সুনীতিনা মপি তৈথোক্লদুনা হায়রকই।

"করিগী ৱারুগদগে? ঐ করিসু ৱাদে। নঙদা থুনা ফরক্লো, থুনা হন্নবা। ঐ ইথন্তা ঐখোয়গী কাদুদা লৈবদু ইচীক চীকই, নুংঙাইতে।" (মালতীগা মখোয় অনী শিল্লোন-শিঞ্জিন তৌদুনা সুনীতিবু অহিংদসু শঙই। মানা শঙদবা নুমিত্তা আশা আশ্রমগী লৈফম কা অদুদা মথন্তা লৈ)।

মখোয়গী মনাক্তা লৈবা নর্শ অমনা সুনীতিদা ৱা য়াম্না ঙাঙদনবা হায়রকপদগী সুনীতি তুমিন্না অমুক লৈখ্রে।

মালতীগা আশাগা ফমুংগী ময়াদা অদুম ফমদুনা ৱারী অমুক শারকই। কা অদুদা, বোম পোকখায়খিবা অদুদা শোকপা, অতোপ্পা মীওই মরিখকসু লৈ। মখোয়গী মনুংদা নুপীমচা অমা য়াওই, অহুম অদুদি নুপা ঙাক্তনি। মীয়ায় চল্লবা নুপা অমগী ফীবমদি খরা লুনা লৈ। বোম মচেৎনা মাগী কোক অমদি থবাক্তা চঙখিদুনা ওপরেসন তৌখ্রবা মতুংদা মহাক জ্ঞান নীংথিনা তাদনা লৈরি। মহাক করিগুম্বদা মশাদু য়াম্না

হাই-হুম্বা, লাউ-খোংবা তৌরকই, অদুগা ঙহাক ঙহাক তুমিন্না পোত্থাবগুম তৌনা লৈবসু য়াওই।

আশা মখোয় পুন্নমকপু উবদা পুক্নীংদা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইতবা ৱাখল কয়া ফাওই, মীওইবগী মরমদা খঙহৌদনা ৱাখল কয়া খল্লকই। মহাক্না খল্লকই, "তাঙনা ফংলবা মীওইবগী মপোক অসিদা মী পুন্নমক্না মশা মশাগী পুন্সী, তাইবঙ অমদি সংসারবু মমল নাইদনা লৌনরিবনি; মী খরনা মশাগী পুন্সীবুদি অদুন্না লৌরগা মী অতৈগী পুন্সীবুদি কয়াদা কোন্না লৌখ্রবনো! অসুন্না তৌবা অসিদগীনি হৌজিক মী মরক্তা হিংবা অসি নোংমা নোংমগী অসুম লুশিল্লক্লিবা।"

মহাক্না অসুন্না ঙহাক ৱাখল খন্দুনা লৈরিঙৈদা মালতীনা হায়রকই, "আশা, অদুদি নহাক ঙহাক শঙহৌরো, ঐ অমুক চৎলুখিগে, ঐনা 'সিদা অহিং লৈবা অসিদা মখোয় খরদি নুংঙাইরল্লগনি। ঐ মখোয়বু অমুক য়েংশিল্লুখিগে।" (মহাক্না হায়রিবা অদু আশ্রমদা লাক্ল-ফানবা ঙমদ্রবা নূপী খরা য়াওরিবদুগী মরমদনি।)

মালতীনা চৎখ্রবা মতুংদা আশা মথন্তা সুনীতিগী মনাক্তা ফমদুনা লৈহৌরে।

নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদা থীনা শোক্লুনা ফীবম লুনা লৈরিবা নুপা অদু কন্না অমুক হাই-হুম্বা হৌরকই। মহাক স্বর হোনবা ৱারকপগী মওঙ উরকই। মাবু সেবা তৌদুনা হোৎনরম্বা নর্শ অমনা পাউ পীরুদুনা ডাক্তর অনীখক কাদুদা চঙশিল্লক্লে। মখোয়না থুনা ওক্সিজেন পীদুনা নুপা অদুবু লায়কন্নবা হৌরকই। অদুবু অসুন্না ঙহাক লায়কন্নরবা মতুংদা নুপা অদু লেঙখিদ্রে, ডাক্তরনা মাবু ফি অঙৌবা অমনা কুপশিনখ্রে। মাগী ইমুং-মনুংগী মীশিংনা কপ্প-লাউনবা হৌরকই। কা অদুদা অশিবা য়াওরকপা অদুনা মফমদু তুফক-তুফাই চনবা, চমন্নবা মফম অমা ওইহল্লকই। লৈরিবা অশোকপা মীশিংদু শকফম হঞ্জিন্না তুমিন তুমিন লৈনৈ। মখোয়বু সেবা তৌদুনা লৈরিবা মীশিংদুসু লাওতক্লনা, পাখৎনা উই।

ঙহাক্কী মতুংদা অশিবা অদু কা অদুদগী পুথোকখ্রে।

কাদুদা লৈরিবা মীশিংদু মদুগী মরমদা ৱারী ইশা শানদে, থৌদোক অদুগী নুংঙাইতবা অদুদি মখোয় পুন্নমক্কী পুক্নীংদা ইফাও ফাওনৈ। মীচম অমগী পুন্সীদু নুমিত্তুদা লোইখ্রে।

নুমিৎ খরনি আশাগা মালতীগনা শিন্দোক-শিঞ্জিন সেবা তৌদুনা লৈরবা মতুংদা সুনীতিগী অশোকপা অদু তপ্না তপ্না ফগৎলক্লে। মখোয়গা আশ্রমদা লৈমিন্নবা নূপী অয়াম্বা মাগী অশোকপদু হংবা লাকই, অদুগা মখোয় খরদি হংবা ফাওবা লাক্তে।

নোংমা হোসপিটালদা আশাগা ৱারী শাবদা মালতীনা মখোয়গী মরমদা হায়, "মখোয় খরদুদি ঈরাংদা তাউদুনা মী অতৈগী মরমদা মপূক্লীংদা করিমতা ফাওবা কাঙবু নত্তে।"

আশাদু শকফম হঞ্জিন্না তুমিন্না তাদুনা লৈ।

মালতীনা অমুক হায়রকই, "ঐনা নহানমুক অয়ূক অমা 'সিদগী হনখিবা নুমিৎ অদুদসু চান্দনীগা নুংশিতোম্বীগদি নূপাগা কার তোংদুনা কোয়খি হায়দুনা লৈরমদে। ঐ লৈত্রগা মখোয় কাহেনবা থবক য়ান্না তৌই।"

আশানা হায়রকই, " নূপীনা ঙাওশিন্নবা হায়বসিদা তোংজবা করিসু লৈতে হায়বদু মখোয় নোংমা খঙলকখিগনি।"

"খঙলরোই, খঙলরোই, মদু কৈদৌঙৈদসু খঙলরোইদবা মীওই ঙাক্তনি," মালতীনা শাউনীংবগা লোয়ননা হায়রকই।

মথংগী নুমিত্তা সুনীতিদু হোসপিটালদগী পুথরক্লে। মহাক হোসপিটালদগী লাক্লবসু মশা শোল্লি, মখোঙদু চৈশু য়াওদ্রবদি চৎপা ঙমদ্রি, অয়াম্বা মতমদা ফমুংদা হীপ্পুনা লৈ। ডাক্তরশিংনা মাবু হীদাক-লাংথক পীজদুনা মাগী লৈফমদুদা লৈহল্লগা সেবা তৌবা য়ারগনি হায়বদগী মাবু পুথরকপনি।

সন্ধ্যানি। আশানা মখোয়গী কাদা বেডসাইদ টেবল মথক্তা লাৎলিবা পিথ্রাইগী রাধা-কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অদুদা ধূপ থাদুনা খুরুম্মী। অদুদগী মহাক্না কাগী অকোয়বা অদুসু ধূপ ৱা ৱা থাদোকই। মখোয়গী কাগী থোঙনাউদা হুমজিল্লকপা নুংশিৎনা ধূপকী মৈখুশিংদু চাইথোকখি। মদুগী নুংশিবা মনম্না মনুং অদুদা কন্না নম্মী। সুনীতিনা ফমুংদা ফমদুনা লৈ। আশাসু ধূপ থাবা লোইরগা কাগী মৈদু থানগৎলগা মাগী ফমুংদা ফমদুনা লৈ। মখোয় অনী মতম খরা কা অদুদা অদুম্না লৈমিন্নবদু ফংলুদ্রবা মতুংদা ঙসিদি মখোয় অনী অমুক লৈমিন্নবা অদুদা হায়ফম খঙদবা পূক্লীং লুম্বা, নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওই।

সুনীতিনা হায়রকই, "আশা , ঐ শিরুবদগী হল্লক্লবনি, ঐ অসুম্না কা অসিদা নঙগা অমুক লৈমিন্নবা ফংগনি হায়বসি থাজরুদ্রবনি।"

"সুনীতি, পূম্নমকসি ঈশ্বরনা তম্বনি।"

সুনীতিনা মায়থোঙ লাংশিন্না হায়রকই, "অদুবু, আশা, ঐগী হকচাংসি হান্নগী অদুগুম্না অমুক থবক কন্না শূবা ঙমগদবদি মান্দ্রে।"

আশাসু মাগী মতৌ অদুদা নুংঙাইতনা লৈ। মহাকসু মপূক্লীংদদি চিংনৈ

সুনীতি মাগী হান্নগী হকচাং অমদি পাঙ্গলগী ফীবম অদু অমুক হঞ্জিল্লক্কনি হায়বা থাজদে। অদুবু মহাক্না মাগী নুংঙাইতবা কোক্লবা হায়রকই, "করিগী ঙমদদগে? হয়েং পুরা ফরগা শোয়দনা ঙম্লক্কনি।"

"আশা, ঐ মদু থাজদ্রে," সুনীতিনা হান্নগী মায়থোঙগী মতৌ অদুদা হায়রকই। অদুদগী মহাক ঙহাক তুমিন্না লৈরুরগা অমুক হায়রকই, "আশা, ঐগী পুক্নীংদা লাঙতক্লবা অমতং লৈ।"

"করিনো, হায়য়ু?"

"ঐনা শোকপগী লায়য়েংবদা পৈশা য়াম্না চঙখিবদু ঐনা করিগুম্বা থবক শূবা ঙমদ্রবদি ............।"

আশা খঙই সুনীতিনা নুংঙাইত্রিবা অদু মানা করিগুম্বা থবক শূবা ঙমদ্রবদি চঙখিবা পৈশা অদু শিংবা ঙম্লরোইদ্রা হায়বগী ৱাখলদনি। মহাক্না হায়রকই. "মদুগীদি করিসু খল্লুনু, নহাক্না ফরক্লিবা অসিনি নুংঙাইরিবা। ঐনা মদু নঙগীদমক মতেং ওইনা পাংখ্রবনি।"

সুনীতিনা হায়রকই, "আশা , নঙগী মরূপ নন্দিনী হায়বী অদুদগীসু ঐগীদমক পৈশা খরা লৌরুবা নত্ত্রা?"

"উম, মদু ঐনা হন্দক তলব হেক ফংবগা শিংখ্রগনি।"

সুনীতি মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, হায়রকই, "আশা, ঐ পুন্সী অসিমগী নঙগী শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোল্লবনি।"

"করিগী অদুম্না হায়রিবনো, সুনীতি, অদুবু করি লৈবগে?"

কা অদু ঙহাক অমুক ইচীক চীকখ্রে। মপান্দা পুরা মমশিনখ্রে। হাংদোক্তুনা লৈরিবা থোঙনাউদা ফাইরেন থাগী ঈংলপ তৌবা নুংশিৎনা তপ্না তপ্না হুমজিল্লকই। মপান্দু শঙগী ভেরেন্দা মচীদা থানবা ইলেক্ট্রিক্কী মঙাল খরা শন্দোরকপা নত্তনা থোইনা ঙান্দে। চঙফমদা হৌবা গুলমোহর পাম্বীশিং অদুদি মশা-মরেং ফন্না তুমিন তুমিন লেপ্লি। খঙহৌদনা আশাখোয়না লৈরিবা কাদুগা মায়য়োক্লবা নাকল অদোমদা চান্দনীখোয় হারমোনিয়ম খোংদুনা ঈশৈ ঔরাইবা মখোল তারকই। চান্দনীদু টি,ভি,দা ঈশৈ শক্কনি হায়দুনা তৌরি, অদুগীদমক মহাক হন্দক অমুক হেন্না ঈশৈ কন্না ঔরাইবা হৌরকই। আশাসু মদুগী পাউদু তারে। মহাক্না ঈশৈদু তানীংদবগুম তৌনা শুগত্তুনা নাকন্দা পাল্লিবা থোঙনাউ অদু থিংজিনখ্রে।

সুনীতি ফম্বা ৱারদুনা ঙহাক অমুক হীপ্তুনা পোখাখ্রে।

আশানা মাগী মোন ময়াদা থম্বা *গীতা* অমা লৌদুনা ফমুংদা পাকথদুনা পাবা হৌরকই। থোঙনাউ থিংজিল্লবসু চান্দনীনা হারমোনিয়ম খোংদুনা ঈশৈ শকপগী মখোল অদুদি অদুম হৌনা তায়। আশানা লাইরিক অদু পানা পানা ঈশৈ অদুনা মঙোন্দা অকায়বা পীবগী নুংঙাইতবা মওঙদা অমুক অমুক মমায়দু লৈথোরকই। অদুদগী মহাক শাউনীংবগুম তৌনা লাইরিক অদু খুমজিনখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা চাক চাবগী কাংশি য়ৈরক্লে। আশা ফমুংদগী হৌগৎলক্লে, অদুগা ডাইনিং-হোললোমদা চত্তুনা সুনীতিগা মখোয় অনীগী চাক শরূক অদু মখোয়গী কাদা পুরক্তুনা চানবা লৌবা চৎখ্রে।

## ১১

আশানা তলব ফংলবা মতুংদা নোংমা নন্দিনীগী ময়ূমদা মাগী পৈশা অদু শিংবা লাক্লে। মহাক্না নন্দিনীদা সুনীতিগী ওইরিবা নুংঙাইতবা ফীবম অদুগী মরমদা পাউ তমদুনা খঙহল্লি। নন্দিনীসু মদু তাবদা নুংঙাইত্রে।

নোংমা নীনিগী মতুংদা নন্দিনী অফিস কূপ্লক্লগা আশ্রমদা চত্তুনা সুনীতিগা আশাগা উন্নদুনা ৱারী শারুই। মহাক্না ময়ূমদা হল্লক্লগা শারদাদা মানা আশ্রমদা চৎলুবা অমদি সুনীতিগী ওইহৌরিবা নুংঙাইতবা ফীবম অদুগী মরমদা পাউ তল্লকই, অদুগা হায়রকই, "শারদা, ঐদি মখোয় খরগী করিগুম্বা খরা তৌগে নীংদুনা চপ য়ুংনা খন্দুনা লাক্লবনি।"

"করি তৌগদৌরিবনো ?"

"মফম অদুদা কনা লৈত্রবী, থবক শূবা নীংথিনা ঙমদ্রবী, মশা শোইনাইরবী মখোয় খরা লৈ, মখোয়গী মতেং ওইনবা ফণ্ড ওইনা আশানা বেঙ্কতা থা থাগী ওইনা পৈশা খরা তূংখৎপগী ৱা হৌদোরকই। মহাক হান্নদি মখোয় পূন্নমক্কী ওইবা ফণ্ডদা থাগী ওইনা পৈশা পীরম্বনি, হৌজিক্তি মদু তোক্তুনা মখোয়দুগুম্বা ঙাক্তগী ওইবা ফণ্ড অমা  থন্নবগীদমক্তা বেঙ্কতা একাউন্ট অমা হাংলগনি। ঐসু মাগীদুদা য়াওদুনা পৈশা খরা পীনীংবগী ৱানি।"

"ইচে আশানা য়াও হায়ব্রা?"

"মানদি অপান্ননা হায়রকপা নত্তে, মাগী থৌরাঙ অদু ঐনা পামদুনা অসুম শরূক য়ানীংবগী ৱানি।"

"অতোপ্পা অতৈ কনা কনাদি য়াওগদৌরিবগে?"

"মাগী মরূপ-মপাং অতৈ খরসু য়াওগদৌরি হায়।"

শারদা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "মদুদি অফবা থবক্নি, মখোয়দুগীদমক্তদি অদুগুম্বা থৌরাঙ অমা তৌবীবা চুম্মী।"

মদুগী মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা নন্দিনীগা আশাগা থৌরাঙ অদুগীদমক

বেঙ্কতা একাউন্ট অমা হাংলে। মখোয়গা তিন্নবা মমান্নবী নূপী খরসু মদুগী মরমদা তাবদা থৌরাঙ অদুদা য়াওদুনা মতেং পাংনীংবগী ৱা ফোঙদোরকই। আশাগীদি নূপীতা নত্তনা মাগা মশক খঙনবা নূপা মরূপ-মপাং কয়া ফাওবা মদুদা য়াওনীংবগী ৱা হায়রকই।

থা খরা হৌখ্রে।

নোংমদি ছুটি নুমিৎ অমদা নন্দিনী শারদাগা লোয়নন্না মরী-মতা অমগী ময়ূমদা থবক অমা চৎলুবদগী আশাগা অমুক্তং উন্নখিসি হায়দুনা আশ্রম অদুদা চঙলকই। মতমদু নুংথিলনি। মখোয়না চঙলকপদা আশাদু মখোযগী কাদা লৈবা উদে, সুনীতিদি ফমুংদা ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয় লাকপা উবদা সুনীতিনা লুখুমদা ঙাদুনা লৈরিবা শৌনবা চৈ অনীখক সেগাদা শৌদুনা থোঙদা থোরকই। মহাক্না মখোয়বু হরাউ-হরাউ কৌশিন্দুনা হায়রকই, "চঙবীরকউ।"

"আশাদি লৈতব্রা ?" নন্দিনীনা হংলকই।

"লৈতে, মহাক বাজারদা পোৎ খরা লৈগনি হায়দুনা চৎখি।"

নন্দিনীনা খজিক্তং খঞ্জাননা লেপ্তুনা লৈবা উবদা সুনীতিনা অমুক হায়রকই, "ঙহাক্তং ফমখিসি, মহাক চৎখিবা ফনা কুইখ্রে, হল্লকপসু য়ারে।"

নন্দিনীগা শারদাগা কাদুদা চঙদুনা আশাগী ফমুংদা ফম্লে। সুনীতিসু মাগী ফমুংদা চঙদুনা ফম্লগা শৌনবা চৈ অনী অদু হান্নগী থম্ফম অদুদা ঙাদুনা থমখ্রে।

নন্দিনীনা মঙোন্দা শারদাবু মশক তক্লকই।

সুনীতিনা শারদাদা য়েংলদুনা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "উম, শারদা হায়বদো, আশানসু ঐঙোন্দা সোমগী মরমদা ৱারী হেক হেক শাই।"

শারদাসু মঙোন্দা য়েংদুনা নোকই।

নন্দিনীনা হংলকই, "হকচাংদি খরা নুংঙাইবীরব্রা ?"

"খঙদে, অসুম তৌরিবা অসিনি, চথোক-চৎশিন্দি খরা ঙম্লে, পুরা ফবদি নত্ত্রি, মরক মরক্তা ডাক্তরদা য়েংহনবা চৎলিবনি।"

শারদা সুনীতিগী মতৌ অদু উবদা নুংঙাইতনা উই।

"অদুবু খরা লৈরগা অসুম ফজরক্লগনি," নন্দিনীনা হায়রকই। মানা মমাঙদা উখিবা সুনীতিগী ফীবম অদুদগী হৌজিক্লা ফগৎলম্বা উবদা মহাক খরদি নুংঙাইরে।

নন্দিনীনা সুনীতিদা মফম অদুগী, লৈরিবা মীশিংগী অমদি মখোয়গী থৌদাংগী

মরমদা খঙনীংদুনা খরা হংলকই। সুনীতিনা হায়রকই, "তলব চাবা নত্তবা নূপীশিংদি থবক অমা নত্রগা অমা শূই, মদুদা ফংলকপা শেল অদুনা মখোয়গী খরচ ওইনৈ অদুগা মখোয়গী ভারানচিংবা হুন্নে, অদুবু থবক শূবা ঙমদবা মীওইশিংদি ভারা হুন্দে, মখোয়দি লেম্না লৈহল্লি।"

নন্দিনীনা পূক্নীং চঙনা হংলকই, "থবক শূবা ঙমদবা মীওইদি কয়ামুক্লো? মখোয়দুগী ফীবমদি করম করম তৌবগে?"

সুনীতি ৱাহং অদুদা মশাগী ফীবম্বু নীংশিংবগুম তৌনা শকফম খরা হঞ্জিন্না ৱাখল খন্না উরকই, মহাক মশামকসু শোইনাইরবা মী ওইদুনা থবক শূবা ঙমদবী ওইবা য়াবগী ফীবমদা লৈরবনি, অদুবু মহাক্না মশাবুদি থাদনা হান্না লৈবা অদুগুম্বা মীওইশিংদুগী মরমদা হায়রকই, "মখোয় তরামুক শুই। মখোয়দু শোইনাইবা নত্রগা অনাবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মনুংদা মমীৎ উদবা, পোলিওনা নাখিবদগী মখোঙ-মখূৎ শোয়বা, লায়না ফত্তবা নাদুনা মশা য়াম্না শোনবা অসিনচিংবা য়াওই।"

নন্দিনী তুমিন্না পূক্নীং চঙনা তায়। মহাক্ মাগী মরূপ আশাদগী আশ্রমদা লৈরিবশিং অদুগী মরমদা খরা খঙখ্রবসু অসুক য়াম্না কূপ্নদি খঙখিদ্রি।

মখোয়না অসুম্না ৱারী শাদুনা ফল্লিঙৈদা আশাদু খাউ অমা য়ান্দুনা হল্লক্লে। মহাক্না মখোয়গী কাদা চঙলকপদা নন্দিনীগা শারদাগা ফমদুনা লৈরম্বা অদু উবদা মহাক্না হরাউ-হরাউনা হায়রকই, "হাইমা, নন্দিনী, নখোয় লাকপা কয়াম কুইরে?"

"ঙহাক ওইরে," নন্দিনীনা খুম্লকই।

আশানা মানা পুরকপা খাউ অদু ফক্লাং ময়াদা থম্লগা চখোক্লুবগী হুমাং মরিক পক্লবা মমায় অদু ফিগী মচীনা হুম্লকই, অদুগা হায়রকই, "ইস, ওম্থোক্লা শাখ্রে।" মতমদু কালেন থা লোইরমদাইনি। নুংথিলদা নুংশা য়াক্লা শাই।

মহাক্না খাউ অদুদগী সেম খরগা বিস্কুইট পেকেট অমগা লৌথোরকই, অদুগা মাগী অপীকপা অলমারী অদু হাংদোক্লুনা হৈমহী লীক্লী অমসু পুথোরকই। মহাক্না সেম অদু খোক্লুনা অচৌবা প্লেট অমদা মশুং মশুং থায়দুনা হাপ্লে, অদুগা বিস্কুইট খরসু হাপ্লগা অনেম্বা অপীকপা সাইদ-টেবল অমগী মথক্তা থম্লে। হৈমহী অদুসু শেমদুনা গ্লাসতা হাপ্লগা থম্লে।

"সে, চাসি," আশানা হায়রকই, "ইনাউ শারদাদি ঐখোয়গী অসিদা লাকপা অসি ইহৈ হৈনদব্রা খঙদে।"

"করিগী হৈনদদগে, ইচে? য়াম্না হৈনৈ," শারদানা খুম্লকই।

মখোয় অচা-অথকশিংদু চামিন্নরে। অদুদগী মখোয় ফনা কুইনা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফন্নে; মরনাইগী, আশ্রমগী, হৌজিক্কী ওইরিবা সমাজগী ফীবম অসিনচিংবগী মরমদা ৱারী কয়া শাই। খঙহৌদনা শারম্বা নুংশা অদু খজিক্তং ঈংথখ্রে। মপান্দা য়েংথোকপদা শঙনা কোয়শিনবা অশংবা লম্পাক অদু উরুম লাংশিনখ্রে। নূপী খরা লম্পাক্তা ফমদুনা ৱারী শাদুনা লৈবা উই। মখোয় ৱারী শাবা অদুদা অমুক অমুক হৌনা নোক্লকই। আশানা মখোয়না নোকপা মখোল অদু তানীংদবগুম তৌনা থোঙনাউদা য়েংলগা শুগক্তুনা হায়রকই, "মখোয়সি য়েংনীংব্রা য়েংউ, মখোয় অসিননি ঐখোয়গী আশ্রম অসিবু মিংচৎ থীহল্লিবা।"

"কনা কনানো মখোয় অসিবু?" নন্দিনীনা হংলকই।

"অফাওবী ঙাক্তনি, গেটতা নূপা লাকপ্রা য়েংলিবনি। আদা ময়ায়দা ফল্লিবা মশম তেন্না ককপী, মখুৎ-মশা য়াম্না য়াওনা ঙাওলিবীসি চান্দনী হায়বীদুনি, মখোয় ময়ামগী লুচিংবীনি। ইচে মালতীনা খুৎ-ইদগী লাক্লবা ৱাবসি মহাক্নি।"

"মহাক্তি সিদা করম্না লাকখ্রিবানো?" নন্দিনীনা হংলকই।

"মহাক নূপা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নূপা অমদা চেল্লুরগা নূপা অদুনসু হুন্দোকপিরমদুনা মপামদা লাকখিবনি। অদুদগী মপামদসু নপা অতৈগা ফত্তবা মরী লৈনরক্লুনা ওক্তবা শাজৎ চৎলকপদগী লৈকাইগী মীনা ময়ুমদা লৈবা য়ারোই হায়দুনা ইথোক্লুনা লৈফম লৈতবদগী সিদা লৈখ্রিবনি।"

নন্দিনী ৱারীদু খরা ঙক্লা তাদুনা লৈ।

আশানা অমুক মখা তারকই, "অতৈশিং অসিসু মাগী মতুং ইনবী ঙাক্তনি; বিউটি-পারলরদা হেক হেক চঙদুনা নুমিৎ চুপ্পা কেন্দুনা, ঈরাং তৌদুনা লৈবসি মখোয়গী হৈনবীনি।"

মখোয় ঙহাক তূমিন্না লৈনখ্রে, অদুদগী চান্দনীখোয়গী ৱারী শাবা অদু তোক্লুনা মখোয়গী অনৌবা থৌরাঙ অদুগী মরমদা ৱারী খরা অমুক শারকই। নন্দিনীনা ফণ্ড অদুগীদমক মাগী বেঙ্কতা থমজিনগদবা শেনফম লূপা চহুম আশাদা শিন্নরকই। আশানা মঙোন্দা বেঙ্ককী একাউন্ট নম্বর অদু তাক্লুনা হায়রকই, "মতুংদদি নহাক ঐ উন্নবা খুদোংচাদ্রবসু একাউন্ট নম্বর অদুদা অদুম হাপচিনবা য়াই।"

"উম, অদুম্না তৌরবসু তৌগে।"

নন্দিনীগা শারদাগা চৎনবা হৌগৎলক্লে।

সুনীতিসু মাগী লুখুমগী ফক্লাংদা ঙারিবা শৌনবা চৈ অনী অদু লৌথোক্লুনা মখোয়বু থিন্দোক্লবা থৌরাঙ তৌরকই।

"য়াবে, য়াবে, অদোম লৈবীহৌবো, থিন্দোক্লবসু য়াবে," নন্দিনীনা মাগী লেংজুম পায়দুনা খল্লদুনা হায়রকই। "ঐখোয় অসুম চৎখ্রগে।"

সুনীতিনা য়াদদুনা মখোয়বু থিন্দোকপা অদু থোরকই। মহাক ভেরেন্দাগী সিড়ি থাক কূমথফম অদু ফাওবা থোরক্লগা লেপ্তুনা লৈহৌরে। আশানা মখোয় অনীবু গেটলোমদা থিন্দোরকই।

লম্পাক্তা ফল্লিবী নূপীশিং অদুনা মখোয়দা য়েংলকই, অদুগা করিগুম্বা খরা মুরুম মুরুম ঙাঙনখি। মদু নন্দিনীবু মশক তাক্লবা মাল্লি।

আশা নন্দিনীখোয়বু থিন্দোক্লুরগা চঙখ্রে।

লম্পাক্তা ফল্লিবা চান্দনীনা মাগী মরমদা হায়রকই, "আশা হায়বী অসিনা আশ্রমগী ফীবম ফত্তবা নূপী খরগী তোঙানবা ফগু অমা থমগদৌরি হায়।"

"কনানা হায়রিবনো?" চান্দনীগী মনাক্তা ফল্লিবী নুংশিতোম্বীনা হংলকই।

"সুনীতিনা মী অতৈদা হায়বদগী খঙবনি। হৌজিক লাক্লম্বী মাগী মরূপ নন্দিনী হায়বী অদুসু মাগী থৌরাঙ অদুদা য়াওগদৌরি হায়।"

"ফৈ, ফৈ, মহাক্লা আশ্রম অসিগী অফবা থবক খরা তৌগদৌরি, নত্ত্রদো?" নুংশিতোম্বীনা খরা করেম্লবা মওঙদা হায়রকই।

চান্দনীনা শাউনা আশাবু হুন্দুনা হায়রকই, "মহাক্লা তৌরিবসি মথৌ নত্তনা মথৌ তৌগদবগী হোৎনরিবনি। মহাকপু কনানো? মানা করি তৌবা ঙমগদৌরিবা? মানা নূপীশিংগী ফীবম ফগৎহনগনি, লমচৎ শেমদোক্কনি হায়, অদুগা ঐখোয়বুসু য়াম্না হুন্দুনা ঙাঙই হায়না তায়। হুম, নোক্তুম নোক্লীংই, মহাকপু করম্বা মীশক্লো? ময়াংদা ময়ূম পাল্লুবী, মীরমদা মফম-মরাং খঙদনা লৈরুরবী, মাগুম্বা মীনা হায়বা কনানা তাবীগদৌরিবনো?"

"মাগী মমান্নবী লৈশাবী নন্দিনী হায়বী অদুসু মগী অসিগুম্বা থবকসিদা পূক্নীং চঙলিবসি অঙকপনি।"

"করিদি তৌগনি ময়ূমসু পান্দ্রবী ............? অদুম্না তৌদুনা লেনবা তাবনি।"

"মহাক্তু মশক্তি ফজৈ," অতোপ্পা নূপী অমনা হায়রকই।

চান্দনীনা মখোয় মশাবু কেবা হৈবী, মীখোনবী, থোইদোক্লা নূপাবু শুম্হাৎপা ঙম্বীনি হায়বগী মওঙদা নাপল অমগা লোয়ননা হায়রকই, "শক ফজৈ হায়দুনা কৈদৌনি? ইতিং তিংবা, কেবসু হৈতবা। মখোয়গুম্বা মখলসি নূপানা পাম্বা মীওই

নত্তে, ময়ূম পাল্লরোইদবা জাৎনি।"

তাঞ্জা অদুদা মালতীদু মখোয়দা করিগুম্বা ৱা অমা হায়বা থোরকই। মখোয়গী ৱারী অদু মতাং অদুৱাইদা লোইশিনখ্রে।

নন্দিনীগা শারদাগা থোরকপদা মফমদুদা নক্লা সড়ক ময়াদা লৈরম্বা নূপা অনীখক্লা মখোয়বু মতুং ইন্নরকই। মখোয় আশ্রমদা লৈবী নূপীশিংবু লুমদুনা লৈবা ওক্তবা মীশক ঙাক্তনি। মখোয়না নন্দিনীগা শারদাগবু মফমদুদা লৈবী ওইনা খন্দুনা মতুং ইন্নরকপনি। নন্দিনীনা মখোয়বু শাউদুনা ঙাওবদগী মখোয় খরা ইন্নরক্লগা লৈহৌরে। আশ্রমগী গেট ময়াগী দুকান্দা ক্বা লৈদুনা লৈবী আশ্রমগী নূপী খরনদি মখোয়বু উহৌই।

শারদা ময়ূম য়ৌরক্লগা আশ্রমদুগা মরী লৈননা ওন্ন-তৈনবা ৱাখল অনীখক মপূক্লীংদা ফাওবা হৌরকই। সুনীতিনা মখোয়দা তম্লকপা উপায় লৈত্রবী নূপীশিং অদুগী মরমদা তাবদা মহাক থুক লাউখি, মখোয়বু মীনুংশি অমদি মতেং পাংনীংবগী ঈখৌলাংবা ৱাখল পোকই; অদুগা অমরোমদা মপান্দা ফমহৌবা তৌঙম্বী নূপীশিং অমদি মচেগা মখোয় অনীদা মতুং ইন্নরকখিবা আশ্রমগী ময়াদা লৈরম্বা ওক্তবা নূপা অনী অদু নীংশিংলুবদদি হঙ্গোইবা অমদি খোয়শাউনবা পোক্লকই। অদুবু মমৈথঙদা উপায় লৈত্রবী অমদি শোইনাইরবী নূপীশিং অদুবু মতেং পাংনীংবগী ৱাখলনা মাগী পূক্লীংদু খুদুমচনখি। মথংগী নুমিত্তা মহাক্লা মচেদা মহাকসু আশাগী থৌরাঙ অদুদা য়াওনীংবগী ৱাখল ফোঙদোক্লে। মনাউনূপীগী ৱাদু তাবদা নন্দিনীনা হরাউনা হায়রকই, "ফৈ, শারদা, নহাকসু য়াওশিল্লু, অতৈ অতৈগী ৱা খঙদে, মীওইবা হায়বদুগী য়েংদুনা অসুম তৌবতনি। নহাক্লা মফম অদুদা চৎপা পামদ্রবসু নঙগী শেলদু ঐনা পুবা য়াই নত্রগা বেঙ্ককী একাউন্টতা হাপচিনবা য়াই।"

"ফৈ, ইচে, ঐসু শোয়দনা য়াওরগনি।"

নন্দিনীনা মনাউনূপীদা য়েংলদুনা অপেনবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "শারদা, অদুম্না তৌবা অদু কৈদৌঙৈদসু লেম্না মাঙলোই, ঈশ্বরনসু ঐখোয়গীদমক শোয়দনা অফবা তমজরক্কনি। য়েংউ, মতেং পাংবগী ৱাখল অসিদা তশেংনা নুংঙাইবসু লৈবনি।"

নুমিৎ অদুগী মতুংদা শারদাসু আশাগী থৌরাঙ অদুদা য়াওদুনা মাগী শেনফম শরূক অদু বেঙ্ককী একাউন্টতা হাপচিনবা হৌরে। মতম খরদি মহাক আশ্রমদা চৎপা হঙ্গোইদুনা চত্তে, অদুবু মমৈদদি মহাক মচেগা লোয়ননা আশ্রমদা চৎপা হৌরে; আশাগা উন্নদুনা ৱারী শাবা, ৱা তান্নবা নত্রগা মখোয়না মতেং পাংনীংলিবশিং অদুগা

উন্নদ্রবদি থৌরাঙ অদু য়াওবগী অর্থ য়াওদবা, নুংঙাইতবা ৱাখল অমা মাগী পুক্নীংদা ফাওই, মরম অদুনা মহাক আশ্রমদা অমুক চৎপনি। শম্না হায়রবদা মহাক মদুদা চত্তবা ঙমদে, শোইনাইরবা মীওইশিংদু উন্ননীংবগী অকনবা লীচিং অমা লৈ। অদুবু মতম খরদংগী মনুংদা মখোয়বু মীশিংনা মদুদা চৎপগী ফজদনা ঙাঙনবা হৌরকই। আশ্রমদা লৈবী নূপী অমা-অনীনা নোংমা মখোয়না নন্দিনীগা শারদাগবু নূপানা ইন্নদুনা চৎপা উখিবা অদু নুংশিতোম্বীখোয়দা পাউ তমদুনা নন্দিনীখোয়গী মিংচৎ থীনীংঙাই ওইবা পাউ শন্দোরকই। নুংশিতোম্বী হায়বী অসি ইবোচৌবখোয়গী লৈকাইদা ওঙলম্বী নূপী অমনি। মহাক্না শারদাবু মুন্না খঙই, লৈকাই অদুগী খঙনবা মীশিং উন্নবদা ফাওবা মহাক্না শারদাগী মরমদা মিংচৎ থীনীংঙাই ওইবা পাউ কয়া তমশিল্লি। মাগুম্বী মখোয় খরা অসিনা নূপী অতৈসু মখোয়গুম্না তৌহন্নীংবা, অতৈগী মিংচত্তা কালি তৈশিন্নীংবা অসি য়াম্না তৌই। নন্দিনীখোয়দি মদুগী মরমদা কয়া মুন্না খঙদে।

নন্দিনীগা থবক তৌমিন্নবী সনাতোম্বীসু ইবোচৌবখোয়গী লৈকাইদগীনি, মঙোন্দা লৈকাইগী মমান্নবীশিংনা ৱারী শারকপদগী মহাকসু নন্দিনীগী থৌরাঙ অমদি মচীন-মনাউ অনীনা আশ্রমদা চৎপগী মরমদা খঙলে। নোংমা মহাক্না নন্দিনীদা মদুগী মরমদা ৱারী শারকই, অদুগা নুংশিতোম্বীনা ইবোচৌবগী লৈকাইগী মীশিংদা মখোয়গী মরমদা ফত্তবা পাউ শন্দোকপগী ৱাদু খঙহল্লকই।

নন্দিনী মদু তাবদা খরা ঙক্না থোকই, অদুবু মহাক্না থৌশাদনা হায়রকই, "হায়নীংবা হায়জসনু, মহাক্তু মচীন থীঙ্গবী অমনি।"

সনাতোম্বী নন্দিনীবু নুংশিবগুম তৌনা হায়রকই, "নন্দিনী, মফমদুদা চৎপদু ফব্রা? মদুদা ওক্তবী নূপী কয়া লৈ হায়না তায়।"

"উম, সনাতোম্বী, মদু ঐসু খঙই, অদুবু মদুদা ঐখোয়না তৌদবা য়াদবা থবক খরা লৈ, অদুনা চৎলিবনি। ঐখোয় মখোয়দুগদি করিসু শন্নরুবা তৌদে। মীনা ঐখোয়গী মরমদা হায়নীংবদু হায়জসনু, ঐ করিসু খন্দে।"

নন্দিনীনা "তৌদবা য়াদবা থবক" হায়বা অদুদা সনাতোম্বীনা খরা ঙক্না মদুগী মরমদা হংলক্লবদা নন্দিনীনা মঙোন্দা মখোয়না তৌরিবা থবক অদুগী মরমদা খঙহল্লকই। সনাতোম্বীদু অদুম ঙক্না তূমিন্না লৈখ্রে। মহাক্না খঙবা অমা লৈ নন্দিনী অসি মখোয় নূপী অতৈদগী খরা তোপ্পী, থৌনা লৈবী, পূকচেল চাউবী অমনি, মহাকপু খঙবসু লুনা থোকই, মহাক মানা নীংখিবা ৱাখল পরিং অদুদগী হেক হন্দোরকউ য়ারোই। মরম অদুনা সনাতোম্বী মদুগী মতাংদা মশাগী ওইবা মত অমুক পীরক্লে ।

## ১২

ইন্দ্রাণীগী মপুরোইবা বিধুনা মাগী মনাক্তগী চৎখিবদু থা মাপল্লোম ফাজিল্লক্লে। ইন্দ্রাণীনা মাগী মৰা-মপাউ করিমতা তাখিদ্রে। কুইর কুইরগা মঙোন্দা মপুরোইবা কায়নবগী নুংঙাইতবগী মৈচাক অমা অসুম ফাওবা হৌরকই, নায়তোম তাবগী হেন্না অমম্বা লম্বী অমদা খোঙ থাংজিল্লবগুম তৌরকই। মমানা চৈবদগী শাউদুনা চৎখিবা মপুরোইবদু মহাক্লা খাম্বা ঙমহৌদে, মদুগীদমক্তা মহাক হৌজিক নীংঙল্লক্নে। মহাক মপুরোইবগী মরমদা ৰাখল মণ্ডল মওল কয়া খল্লকই। মরু ওইনা মঙোন্দা লাঙতক্নহল্লিবা অসি ৰাফম অহুমখক্তনি: অহানবদা, ময়ূম লৈফম লৈত্রবা মপুরোইবা অদু মফম কদায়দা লৈরমগদগে হায়বা অসিনি; অনীশুবদা, মপুরোইবগা য়ুম্বানমিন্নবগী তুংগী রাগ কয়া শাগত্তুনা থৌরাঙ কয়া তৌরম্লগা খাঙুথক্তা মাঙখিবা অসিনি; অদুগা অহুমশুবদা, মহাক্লা পৈশা কয়া পুথোক্তুনা থবক হঞ্জিন্নবা ৰানোমদুনা লৈরিবা মপুরোইবা অদু থবক অমুক হঞ্জিল্লবা মতুংদা নূপী অমা থিদুনা লৈরমগদ্রা হায়বা ৰাখল অসিনি। অহুম অসিগী মনুংদা অকোনবগী অসিনি মঙোন্দা খ্বাইদগী লাঙতক্নহল্লিবা। মমাদদি হায়দোক্তনা মহাক তূমিন্না মপুরোইবগী খোঙ্গুল লীনীংবগী ৰাখল খনবা হৌরকই। নোংমদি মহাক্লা মপুরোইবগী লৈকাইদা তূমিন্না চত্তুনা লৈকাইদুগী মাগা তিন্নরম্বী মৌ অমদা মপুরোইবদু মমা-মপাগী মনাক্তা লাকপ্রা হায়দুনা হংলুরে, অদুবু বিধুদু ময়ূমদা লাকপা উদে হায়না নূপীদুনা মঙোন্দা হায়রকই। ইন্দ্রাণী নীংবা কায়না ময়ূমদা হল্লকই। অসুম্না নুমিৎ খরনি অমুক হৌখ্রে। মমৈথঙদদি মঙোন্দা ৰাখল অমা লাক্লে, মপুরোইবগী অফিসতা চত্তুনা মহাক্তু থবক্তা হঞ্জিল্লব্রা য়েংগে হায়দুনা মপূরূীংদা লেপ্লে; মপুরোইবগী থবক হঞ্জিন্নবা শেল পীজখিবা অদু কুইখ্রবা মরম্না মহাক হৌজিক থবক্তা হঞ্জিল্লম্বসু য়ারে হায়না মহাক্লা খল্লকই।

নোংমা ইন্দ্রাণীনা মপুরোইবগী অফিসতা মহাক্তু থবক্তা হঞ্জিল্লব্রা হায়না পাউ লৌবা চৎলে। মপুরোইবগা অফিসতুদা থবক তৌমিন্নবা মী অমনা মঙোন্দা হায়রকই মাগী মপুরোইবা অদু ইকুই কুইদনা থবক্তা হঞ্জিল্লে, অদুবু নুমিত্তুদি মহাক ছুটি

লৌখ্রে। মীশক অদুনা ইন্দ্রাণীদা বিধুগী অনৌবা ফম্ফম অদু তাক্লকই।

ইন্দ্রাণী মপুরোইবগী মরমদা অরেপ্পা অমা খঙলবদা ৱাখলদু ঈংথনা হল্লক্লে। মথংগী নুমিত্তা মহাক অফিস কানবা মতমদগী খরা থেঙথরগা মপুরোইবগী অফিসতা চৎলে। মতমদু পূং তরামাথোই খরা হেল্লেম্লগনি, অফিসতা মী ফনা য়াম্না তিল্লম্লে। মহাক্না ভেরেন্দাদা চত্তুনা ঙরাং অফিসকী মী অমনা তাকখিবা মপুরোইবগী ফম্ফমদুগী থোঙনাউ ময়াদা লাক্লে। মহাক্না উরক্লে মপুরোইবদু ঙসিদি মাগী ফম্ফমদুদা ফমদুনা চে খরা শূদুনা লৈরে। মহাক মফি-মরোল হান্নদগী হেন্না নাল্লি, ময়াঙদি খজিত্তুং কংথনা উই।

ইন্দ্রাণী মাগী থোঙ মপাদা চঙদুনা লেপ্লুরে।

বিধু মাবু উবদা থবক শূরম্বদগী হাইফেৎ য়েংখৎলকই, মায়থোঙদা থোইনা অহোংবা লৈতে, চীংলেম্মী। মহাক্না অঈংবা খোনফম অমদা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, করি থবক্কীনো?"

মপুরোইবগী মরৌ লৈবা ৱাহং অদুগী পাউখুম পাক পীফম খঙদনা ইন্দ্রাণী তূমিন্না লূকথদুনা লেপ্তুনা লৈ।

কাদু ইন্দ্রাণীদা ঙরাং মপুরোইবগী থবক হঞ্জিনবগী মরমদা পাউ তম্লকখিবা কেরানী অদুগা বিধুগা মখোয় অনীতা ফম্বা কানি। নূপা অদু চা থকপা থোকখিদুনা লৈতে।

বিধুনা ইন্দ্রাণীনা অসুম লেপ্তুনা লৈবা অদুদা হায়রকই, "চঙলকউ, ফম্মু।"

ইন্দ্রাণী চৌকি অমদা ফম্লে।

বিধুনা হান্নগী অচেৎপা শকফম অদুদা অমুক হায়রকই, "ঐ খঙই, ইন্দ্রাণী, নহাক ঐনা থবক হঞ্জিনবগী পাউ তাবদা পৈশা থৌবা লাকপা শোয়দনা ওইরমগনি?"

মপুরোইবগী খোয়দৌশীকপা ৱাঙাঙ অদু তাবদা ইন্দ্রাণী শকফম খরা হোংখ্রে।

বিধুনা মাগী মায়থোঙ অদুদা থোইনা য়েংলুবা তৌদনা অমুক শমথরকই, "অসুম্না অফিসতা লাকপা অসিদি ফজদে, ঐ ইশানা খঙনা নঙগী শেল অদু নোংমা শিংলগে খন্দুনা লৈরিবনি।" মহাক্না হায়রিবা অদু তশেংনা থম্মোয়গী ওইবা ৱারা নত্ত্রগা ইন্দ্রাণীদা হায়গে হায়বা অমা য়াওনা হায়রিব্রা হায়বদু খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু মাগী থম্মোয় কনবা মানবা ৱাঙাঙ অমদি মতৌ অদুনদি ইন্দ্রাণীবু তশেংনা নুংঙাইহন্দ্রে।

ইন্দ্রাণীনা মমীত্তা পিরাং চেন্না হায়রকই, "ঐ মদুগী লাকপা নত্তে।"

বিধুনা মানা পায়রম্বা কলম অদু মখূৎ অনীনা উরু উরু লৈরগা থৌশাদনা

হায়রকই, "হুম, মদুগী লাকপা নত্তবা? অদুদি করিগীনো? কান্নদে, ইন্দ্রাণী, ঐ নঙগী শেল তোনবা মী অমনি; ঐ নঙগী অনীংবদু খঙই, ঐনা থবক হঞ্জিল্লবা মতুংদা নহাক নঙগী শেলদু শোয়দনা পাল্লমগনি। ঐনসু মদু নঙোন্দা শিংগনি হায়রম্বনি, নত্ত্রা?"

ইন্দ্রাণীদু ফিগী মচীনা মপি তৈথোক্তুনা কপ্তুনা লৈখ্রে।

"অদুম্না তৌগনু, ইন্দ্রাণী, মসি অফিসনি। মী উরগা নুংঙাইতে, ইকাই," বিধুনা হায়রকই।

ইন্দ্রাণী হান্নগুম অদুম কপ্তুনা লৈ।

মখোয় অনীমক তূমিন্না লৈনখ্রে, কাদু ঙহাক্তং ইচীক চীকখ্রে।

অদুদগী অচীকপা অদু থুগায়দুনা বিধুনা অমুক হায়রকই, "অদুদি হায়য়ু, ইন্দ্রাণী, পৈশাগী নত্তবদি নঙনা 'সিদা লাক্লিবা মরম করিগীনো?"

ইন্দ্রাণী মপিদু তৈথোক্লগা হায়রকই, "হৌজিক কদায়দা লৈবীরিবগে?"

বিধুনা খজিক্তং থৌশাদনা মরৌ লৈনা হায়রকই. "কদায়দা লৈগনি, ময়ূম লৈতবা মীগী লৈফম্বু ......? মদু অমুক করিগী হংলিবনো? নহাক মদু খঙলগা করি কান্নগনি?"

"কান্নবা কান্নদবা ঐ মদু খঙদ্রে।"

"নহাক মদু খঙনীংই?" বিধুনা কংনা খজিক্তং নোক্লগা শাউরপ্না অর্থ লৈনা হায়রকই, "হুম. অঙকপনি, মদু মতম হৌখ্রে, ইন্দ্রাণী, হৌজিক মদু মতম হৌখ্রে।"

ইন্দ্রাণীদু লূকথদুনা তূমিন্না লৈখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা বিধুনা শেম-শাদুনা ঈংথবা মতৌ উত্তুনা অমুক হায়রকই, "ঐ হৌজিক ভারাগী য়ূম অমদা লৈরি। নহাক কৈদৌগে হায়রিবনো?"

"ভারাদা লৈবদু খুদোংচারম্লোই ......।"

"হুম, ঐহাক্কীদমক্তা নহাক্না রাবীরিবা?" বিধুনা মরক থত্তুনা খরা করেম্নবা মওঙদা হায়রকই, "খুদোংচারম্লোই খল্লবদি নহাক লাক্লগেরা?"

"মদুগী রা নত্তে, য়ারবদি ঐখোয়দা অমুক ......।"

বিধুনা মমীৎ শূক্তোক্লদুনা মমায় খরা ঙাঙনা শাউনা হায়রকই, "করি হায়বা নখোয়গী য়ূমদা অমুক চৎসি হায়বা? ঐ নখোয়দদি পুন্সী অসিমগী চৎলরোই। নখোয়গী ইমানা ঐবু কয়া থীনা চৈরগা তাম্থোরকখি? মদু নহাক নীংশিংলিব্রা?"

ইন্দ্রাণী পাউখুম পীফম খঙদনা মমায় মক্না তূমিন্না অদুম লূকথদুনা লৈখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা বিধুগী কাদা ফম্বা কেরানী অদু চঙলক্লে।

বিধুনা ঙহাক্কী মতুংদা খরা ঈংথরবগুম তৌনা অদুগা অতোপ্পা মীদুগী মমাঙদা ৱারীদু মখা তানা শানীংদবা মওঙদা হায়রকই, "ফরে, ইন্দ্রাণী, ঙসিদি হনখ্রো। কোন্না অমুক ঙাঙনসি। নহাক্কী পৈশা অদুগী মতাংদা ঐসু নঙোন্দা ৱা খরদি হায়নীংই। হৌজিক ঐগী পৈশাদু ফংদ্রি।"

ইন্দ্রাণী মাগী কাদগী থোকখ্রে।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা ইন্দ্রাণীনা মপুরোইববু অমুক অনীরক উন্নবা চৎলুরে। হৌজিক মখোয় অনী তাইশিন্নবগী মওঙদা লাক্লে। ইন্দ্রাণীনা মপুরোইবদা হায় মহাক হৌজিক মাগী থবক হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা পুথোকখিবা পৈশা অমদি মানা জুৱারদা থাদোকখিবা পৈশা অসিনচিংবদু অমুক নীংশিংবা পামদে, মানা নীংবা হায়ববু মখোয়না মহৌশা লেপ্নখিবা অদুগুম্না মানা থবক হঞ্জিনবগী অফংবা পৈশা অদুনা মখোয়গী নৌনা লৈবা হিঙ্গোল অদুদা য়ুম-কৈ শাগত্তুনা শেম-শাবা অসিনি। পৈশা অদুনা কোন্নদ্রবসু মাগী অরৈবা সনা-লূপা পুথোক্কনি হায়না মহাক্না ফোঙদোকই।

ইন্দ্রাণীনা মমাদা বিধুগা উন্নবা, মখোয়গী য়ুম-কৈ শাগৎনবগী অনৌবা থৌরাঙ অদুগী মরমদা করিমতা খঙহন্দে। মহাক মদুগী মরমদা মমাদা খঙহনবা ইকাইবা পোকই।

অশোমদা বিধুনা মাগী পৈশাদু ফংলবা মতুংদা মখোয়গী অনৌবা হিঙ্গোল অদুদা য়ুম শাবগী থবক অদু পায়খৎপা হৌরে। মহাক্না ভারাদা লৈরিবা অদু করম্বা মওঙদা লৈরিবনো হায়বগী মতাংদা ইন্দ্রাণীদি করিমতা খঙদে, বিধুনসু হায়দে।

ফাইরেন থা য়ৌরক্লে। নোংমা ইন্দ্রাণীনা মখোয়গী থৌরাঙ অদুগী মরমদা মমাদা খঙহন্দুনা হায়বা হৌরকই। মমাদু মাগী ৱাদু তাবদা য়াম্না ঙকখ্রে। মহাক্না মচানূপীদা পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই, " করি ৱানো, ইন্দ্রাণী, নহাক্না মদুগী মরমদা নহানমখৈ ঐঙোন্দা করিমতা হায়দ্রিবা করিগীনো? নহাক য়াম্না নীংতমমনখ্রে। বিধু হায়বা ফত্তবা নূপা অদুগা অমুক লৈমিন্নরগা নহাক করি থোক্কনি হায়বদু করিমতা খন্দ্রা?"

ইন্দ্রাণী মমাগী ৱাহৈ অদু মনাকোংদা থোইনা চঙদনা মাগী অনীংবা অদুগী মতুং ইন্না হায়রকই, "ইমা, য়ুম অদু ফাইরেনগী তরানি পানবদা শঙ্গাগনি হায়না লেপ্লে, অদুননি।"

মমানা শাউনা হায়রকই, "ফৈ, নঙনা থোকপা তৌ, ঐ করিসু হায়দে।"

ইন্দ্রাণীদু খরা ইকাইনা তুমিন্না লূকথদুনা লৈ, অদুদগী মহাক মমাগী মনাক্তগী হৌগত্তুনা থোকখ্রে।

মহাক থোকখ্রগা ইন্দ্রাণীগী মমানা পুক্নীং নুংশিনা খলহৌই, "নূপী অমনা মমা-মপাদগী মপুরোইবনা হেন্না লুনা খনবা হায়বা অসি হৌনশানি। ফৈ, মানা থোকপদা তৌসনু, ঐ য়েংগে।" মচানূপীনা য়ূম অদুদা মহাক মথন্তা লৈহৌগনি হায়বগী ৱাখল ফাওবা থোইনা খম্বুবা ঙমদনা মা মশাগী ওইবা মীৎয়েংলোমদগী ঙাক্তা য়েংদুনা ঙাঙলিবা অদু মহাক য়ান্না পেন্দে।

শঙ্গাবগী নুমিৎ অদু য়ৌশিল্লক্লে।

নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা ইন্দ্রাণীনা মফি-মরোল শেৎলগা মমাদা হায়রকই, "ইমা, ঐ চৎলুখিগে, থৌরম অদু য়াওরুরগা য়ূমদা অমুক হল্লক্লবসু হল্লক্কে।"

মহাক্না হায়রিবা অদু কয়া য়াম্না ওইথোকপনো হায়বদু মমানা খঙদে, মহাক্না অসিতমক হায়রকই, "ফরে, ঐগীদি হায়খ্রবা অদুনি, নহাক্না অপাম্বদু অদুম তৌ।"

ইন্দ্রাণী মমাগী ৱাহৈদুদা নুংঙাইতে, অদুবু থৌরম অদুগী মরুওইবা অদুনা মরম ওইদুনা মহাক মমাগী মনাক্তগী চৎখ্রে।

ইন্দ্রাণীদু অথেঙবা সন্ধ্যা ফাওবা হল্লক্তে। ইন্দ্রাণীগী মমানা খঙলে মচানূপীনা মঙোন্দা অমুক হল্লক্লবসু হল্লক্কে হায়রম্বদু চুন্নগী চৎলমদাই মীকূপ অদুদা মাগী নুংঙাইতবা কোক্লবা হায়রম্বা ৱাহৈ অমনি, অদুগুম্বা শঙ্গাবা নুমিৎ অদুদা চৎখ্রগা মচানূপীনা অমুক হল্লকপা হায়বা অসি ওইথোক্তবনি। নুমিদাংদা মহাক ফিগী মচীনা মপি তৈথোক্তুনা কপ্পা হৌরকই; সংসার অসিদা নায়তোম তাবগী অমম্বা অৱাবা অমা খঙহৌদনা ফাওরকই। মহাক্না নুংশিনা খঞ্জবা মচানূপী অদুনা মাবু অদুম্না য়ূমদুদা মথন্তা থৌশাদনা হুন্দোক্তুনা থন্নমগনি হায়বসি থাজরুদে। মহাক নুমিত্তু চাক ফাওবা চাদ্রে।

মথংগী নুমিত্তা লৈকাইদা লৈমিন্নবা ইন্দ্রাণীগী মমাগী মরূপ অনীখক মখোয়দা কোয়থোরকই। মখোয় মাগা নক্না লোয়নবা ঙাক্তনি, ঝুলন অমদি দুর্গাপূজানচিংবদা লৈকাইগী নূপীপালাদা মখোয় ঈশৈ শকমিন্নে। ফাইরেন থাদসু লৈকাইগী অচম্বা কর্মদদি মখোয় ঈশৈ শকপা য়াওই, মখোয় লৈকাইগী থৌরম অমদা ঈশৈ শক্লবগী ৱা তান্নবা লাকপনি। মখোয়না লাকপদা ইন্দ্রাণীগী মমানা নুংঙাইতনা লৈরম্বা উবদা মখোয়না মদুগী মরমদু হংলকই। ইন্দ্রাণীগী মমানা মচানূপীনা চৎখিবা অদুগী মরমদা মখোয়দা পাউ তমদুনা ৱারী শারকই। নূপী অনীদুগী মরক্তা মশা নোয়বী খরা নহা

ওইবী নূপী অমনা হায়রকই, "করিগী ৱারিবনো, ইচে থোইবী? থবক নোম্নবা মী অমা থন্নগা লোইরে। কান্নদে, লাইশ্রমদা নাহূৎপগী ঈশৈ অমা শরুবদুম খন্নসি, মপুনা ঐখোয়না শকপিদবা য়াদে হায়রক্লবনি।"

ইন্দ্রাণীগী মমানা নূপীদুগী অকোনবগী ৱাহৈ অদুদা থোইনা পুক্নীং চঙদনা হায়রকই, "তম্ফা, কদায়দগী মীনো ঐনা থিরুগদবা?"

নূপীদুনা ইরায় লায়না হায়রকই, "মদুগীদি ঐ শীনগে, ঐখোয়দা খাঙবোক্তগী নূপী অমা থবক নোম্নবা লৈ, মাগী মনাউনূপী অমা হেক হেক লাকই; মহাক্তু য়াম্না নংবা ইমুংগী মীনি, মীগী ইমুংদা থবক নোম্নবা কোয়থি থিরিবনি। ঐনা নূপীদুদা মনাউনূপীদু ইচেখোয়দা লৈহল্লু হায়রবদি মরাইনা য়াজগনি।"

ইন্দ্রাণীগী মমানা হায়রকই, " ফরে অদুদি, তম্ফা, মদু নহাক্না খরা শীনবিরকউ।"

নুমিৎ মরি-মঙানিগী মতুংদা নূপী অদুনা শীল্লক্কুনা কুচু মুবী, মীয়ায় চল্লবী নূপী অমা মখোয়দা লাক্লে। নূপী অদুগী মমিং নুমিৎলৈ কৌই। নূপী অদুনা ইমুংগী থবক খূদিংমক লোইনা তৌবা হৌরে। ইন্দ্রাণীগী মমাদু মহাক লাক্লবা মতুংদা খরা চনীং তানা লৈরে।

নুমিৎ খরনি লৈরগা ইন্দ্রাণীনা য়ুম্লোন্নবা নূপামচা অমা থারক্তুনা মমাদা পাউ হায়হল্লরে মদুদি শঙ্গাবা নুমিত্তা মপু ওইরিবা মহাক মশানা য়ুম থাদোকপা তৌহৈদে হায়দুনা অহল-লমন্না হায়বদগী ময়ূমদা অমুক হল্লক্তবনি। ইন্দ্রাণীনা মমাবু শাউদনবা নূপামচা অদুদা হায়রকই। মহাক্না হায়রিবা অদু কয়া য়াম্না চুম্বনো নত্ত্রগা চুমদবনো হায়বদু খঙবা ঙমদ্রে, তৌবতবু মহাক্না নূপামচা অদু থারক্লিবদু মহাক মপুরোইবগী মনাক্তা লৈরগনি হায়বগী অরেপ্পা পাউ অমা মমাদা খঙহল্লকপগা লোয়ননা মহাক চৎখ্রবা মতুংদা মমাগী ফীবম করি ওইরিবগে হায়বদু খঙনীংদুনা থারকপনি।

ইন্দ্রাণীগী মমানা শাউনা নূপামচা অদুদা হায়খি, "ফরে, মহাক কৈদৌঙেদসু অমুক য়ুমসিদা চঙলক্তবসু য়ারে হায়য়ু।"

১৩

নোংমা ইবোচৌবগী মমানা লৈকাইগী ঈশৈতম্ফম অমদা মমান্নবশিংগা পূনবদা মমান্নবা খরনা তম্লক্লে নন্দিনীগা শারদাগা মচীন-মনাউদু নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা তোয়না চৎলি, করিগুম্বদা নূপা-নহাশিংগা চৎমিন্নে, মখোয়গী শাজত্তু চিংননীংঙাই ওই। (মদু নুংশিতোম্বীনা লৈকাইগী নূপী খরদা মখোয় অনীগী মরমদা ফত্তবা পাউ শন্দোক্লম্বদগীনি।) ইবোচৌবগী মমাদু মদু তাবদা শারদাবু শাউনীংই অমসুং মমান্নবশিংগী মমাঙদা মহাক ইকাইবা পোকই। মহাক্না শারদাগী মরমদা হায়রকই, "কৈদৌনি হৌজিক্তি ময়ূমদা চৎখ্রবনিনা মানা থোকপা হায়বদুনি, ঐনা করি হায়নীংঙাই লৈ? মাবু অমুক য়ূমদদি চঙহল্লরোই।"

নূপী অমনা হায়রকই, "হৌজিক কালগী নূপীশিং অসি মপামদা হেক লৈবগা তৌঙম্বীগী লীচৎ চৎকদবা ঙাক্তা, ওহ্লোক্লা তূক্কচখ্রে।"

তাঙ্গা অদুদা ঈশৈ তম্বীবা ওজা লাক্তুনা ৱারী অদু মতাং অদুৱাইদা লোইশিনখ্রে।

মতম খরগী মতুংদা ইবোচৌবদু ইম্ফালদা অমুক ট্রান্সফর তৌবক্লে। মহাক নোংমা সন্ধ্যাদা ময়ূমদা থুংলরে। মহাক লাকপদুদা মমানা থোরক্তুনা কোম্থোঙদা মৈনচিংবা ওক্লবা থৌরাঙ তৌরকই। ইবোচৌবা রিক্স্রোগী পৈশা পীথোকখ্রগা মৈ ওকপা অদু লোইরগা মপোৎ-মচৈ পুশিন্দুনা ময়ূমদা চঙলক্লে।

মহাক্না মাগী কা অদুদা চঙলক্লগা মপোৎ-মচৈ অদু থম্লরে। মহাক্না খূদক অদুদদি শারদাগী মরমদা মমাদা করিমতা হংলক্তে। মমানা মাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা মানা থোরকপগী মরমদা ৱারী শাদুনা হংলরে। অদুদগী মানা মপান্দা অমুক থোক্তুনা নুমিৎলৈ কৌদুনা দুকান্দগী পোৎ অমা-অনী লৈরুনবা পাখোন শীরকই।

ইবোচৌবা ফমুংদা ফমদুনা মরু লূক্কা নুংঙাইতবা শকফম অমগা লোয়ননা লৈ। মমানা মপান্দগী কা মনুংদা অমুক চঙলকপদা মহাক্না হংলকই, "ইমা, শারদাদি?"

ইবোচৌবা ৱাহং অদু অনীংবা ৱাখল অমগা লোয়ননা হংলকপনি।

মমানা মঙোন্দা ইন্দ্রাণীগা শারদা মচীন-মনাউগা নুংঙাইনদবা অমদি মরু ওইবা থোকখিবা থৌদোক অয়াম্বদু খুমদুনা থল্লগা হায়রকই, " মহাক নাবদগী নোংমা মচেনা মতম খরা মাগী মনাক্তা থমগে হায়দুনা পুখিবদগী লাক্লে ।"

ইবোচৌবদু লূকথদুনা লৈ।

মমানা অমুক হায়রকই, "ইবুংঙো, হৌজিক্তি ঐ মাবু য়ূমদা অমুক চঙহনবদি পামদ্রে।"

"কৈদৌরবগে?"

"মাগী মরমদা ফত্তবা পাউ কয়া তারে।"

"করি পাউনো?"

মমানা ইবোচৌবদা মানা লৈকাইদগী তাবা নন্দিনী মচীন-মনাউনা নূপীগী আশ্রমদা তোয়না চৎপা, নূপাগা চৎমিন্নবা, মখোয়গী চিংননীংঙাই ওইবা শাজৎ অদুগী মরমদা পাউ তল্লকই।

মদু তাবদা ইবোচৌবা শকফম খরা ওনখ্রে। মহাক্না লংফৈদা লৈরিঙৈদা শারদাগা চিঠি খরা চৎনখি। মদুদা শারদানা ইচম চম্না মানা মপামদা লাকখিবগী, মানা লৈরিবা অমদি ওইরিবা ফীবমগী, অৱা-নুংঙাইগী, মপুরোইবা থোরকপা ঙাইবগী মরমদা খঙহল্লকখি, অদুগা মহাক্সু শারদাবু পূক্নীং লুন্না লৈনবা ৱা হায়বগা লোয়ননা মানা গুৱাহাটিদা লৈবগী নুংঙাইব-নুংঙাইতবা, চাব-থকপগী, অফিসকী থবক-ইষ্ছাংগী অমদি মানা লংফৈদা লৈখিগদবা ৱাৎলিবা মতম অসিনচিংবগী মরমদা খঙহন্দুনা ইখি। শারদাগী পুন্সীদা অতোপ্পা করিগুম্বা অহোংবা লৈরম্বা য়াবগী ৱাসি মহাক করিমতা খনখিদে। অদুবু মমাগী ৱাহে অদুনা মাগী পূক্নীং অদু খঙহৌদনা চমম্লবা নুংঙাইতবা পোকহনখ্রে।

"ইন্দ্রাণীখোয়দি কমদৌখ্রে?" ইবোচৌবনা অমুক হংলকই।

মমানা মঙোন্দা ইন্দ্রাণীগী মরমদসু পাউ তল্লকই।

ইবোচৌবদু তুমিন্না শূকথদুনা লৈ।

ঙহাক্কী মতুংদা মমাদু মাগী মনাক্তগী থোকখ্রে।

ইবোচৌবা স্বরমপী অমা শাংনা হোন্দোক্তুনা মাগী ফমুং অদুদা চমম্লনা ফমদুনা লৈহৌই। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক মফি-মরোল হোংদোক্তুনা ঈরু-মায়থজবা থোকখ্রে। ঈরুজবা লোইরগা মহাক মাগী কাদা অমুক চঙলক্তুনা মানা পুরকপা পোৎ-চৈশিংদু লোইশিনবা, মফম চানা থম্বা অসিনচিংবা তৌদুনা লৈ। লৈরম্বা টেবল, চৌকি,

পোৎ-চৈ অদুসু কল্লোক্তুনা শেংদোক্লে। হাঙনা লৈরম্বা মাগী কা অদুদা থারিবা মাগী ফমুং অদুদা কুপ্লম্বা মোম্পাক ফিদক অদু মহাক্না হুগৎলে, অনৌবা অরাংবা অমা থাজিল্লে। মহাক অহিং তুম্লক্তবা অমদি গাড়ি শাংনা তোংলকপগী মশাদু য়াম্না চোকথৈ, ফমুংদা ঙহাক হীপ্তুনা পোখানবা হোৎনরকই, অদুবু ৱাখল অদুদি পোখাফম খঙদে। শারদানা মচেগা আশ্রমদা তোয়না চৎলি, নূপাগা চৎমিন্নে, ওক্তবা শাজৎ চৎলম্বা য়াই হায়বসি মহাক অহানবদা থাজবা ঙমদে; অদুবু থংনবা মীকুপশিংদা মহাক্না অমুক খল্লকই, "মপুরোইবগী ময়ূমদগী চৎখ্রবী নূপী অমনা ফনা চম্বী ওইরম্লবসু অমুক শাজৎ হোংলকপদা করি চিংননীংঙাই লৈবগে? শারদাসু অদু মঙায়, নূপী হায়বসি মখোয়দা অশোনবা কয়া লৈ, থাজনীংঙাই ওইদে। অদুগা মহাক্না মদুগুম্বগী মরমদা ঐঙোন্দা করিমতা খঙহল্লক্তিবা করিগীনো? নূপী অমনা অদুক য়াম্না নীংতম্বদু পামদে।" মহাক ৱাখল অসুম খল্লুরগা শারদাবু শাউনীংবা চিংনবা ৱাখল অমা অসুম পোকপা হেল্লকই। নুমিত্তু মহাক চাক ঙন্তা চারবা মতুংদা ফমুংদা তুম্বা চঙখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা মহাক মমানা শারদাগী মরমদা হায়খিবা ৱা অদু অমুক নীংশিংলক্তুনা য়াম্না খোয়রাঙ খোয়শাউনরকই। অদুবু মহাক্না মম্মাদদি শারদাগী মরমদা অমুক ৱারী শাবা তৌরক্তে। নুমিত্তু মহাক খরা ঙন্না অফিস কাখ্রে।

নোংমা নন্দিনীনা অফিস কুম্লক্লগা মনাউনূপীদা তম্লকই, "শারদা, ইবোচৌবদু ময়ূমদা থোরক্লে হায়।"

"কনানা হায়রকপগে?" শারদানা হংলকই।

"ঐখোয়গা থবক তৌমিন্নবী সনাতোম্বীনা তম্লকপনি।"

পাউ অদু তাবদা শারদা মপালথোংদদি উখোক্তুবসু থম্মোয়দদি নুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক মচেগদি মদুগী মরমদা ৱারী শাংথনা শানদ্রে। মহাক মাগী কা মনুংদা চঙখ্রে। শারদাগী থম্মোয়দা লাঙতক্লবা, মথুম-মরাঙ হৌবা ৱাখল অমা পোক্লকই। মহাক্না খল্লি হৌজিক্তি মপুরোইবা ময়ূমদা লাক্লবনিনা মাগী পুন্সীদা অহোংবা অমা লাক্লগনি, মতম ফনা কুইনা পূক্নীং শোগ্নুনা, নুংঙাইতনা লেনবা পুন্সী অদু লোইখ্রগনি। মাগী পূক্নীংদা আশাগী ময়োল চোংলকই। মপুরোইবগা কায়নরিঙৈ মতম অদুদা মহাক্না কনাদসু ফোঙদোকপা নত্ত্রগা উখোকপা তৌদ্রবসু মাগী থম্মোয়দা অরোনবা অৱাবগী মৈচাক অমদি মতম চুপ্পদা লৈ। মহাক্না পূক্নীংদা হৌখিবা মতমবু মমল লৈনা খন্দুনা মপুরোইবগী পামজবা পুন্সী খুৎলেন, প্রকৃতিবু নুংশিজবা, মদুগী মরক্তা

লেনবা পাম্বা, মখোয় অনীতা মতম অমদা ৱাইথৌ চীঙ্গোলদা লৈবা মখোয়গী লমদুদা ছুটিগী মতমদা লৈরুবা অসিনচিংবা কয়া নৌহৌনা নীংশিংলকই। হৌজিক্তি মাগী হৌখ্রবা অদুগুম্বা নুংঙাইবা পুন্সী অদু অমুক লাকখিগনি হায়না মহাক্না আশা তৌরকই; অদুগুম্বা ৱাখল অদু মঙোন্দা তশেংনা নুংঙাইবা অমনি। মহাক্না খল্লকই মপুরোইবদু মহাক্কী মনাক্তা থুনা লাক্তুনা মাবু মনাক্তা চংনবা হায়ররগনি, মহাক্না হৌজিক্তি মপুরোইবগী সেবা তৌবা ফংলগনি, মাগী পুন্সীগী অৱাৎপা শরুক অদু লৈররোই।

নোংমা নীনি অমুক হৌখ্রে। শারদা মপুরোইবা লাকপা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈ। অদুবু মপুরোইবদি মাগী মনাক্তা লাক্তে। মহাক কোন্নদি মপূক্নীং নুংশিবা পোক্লক্লে। মহাক মপুরোইবগী অফিসতা চত্তুনা মাগা উন্নরুবা য়াই, অদুবু মদুসু করিগুম্বা মওঙ অমদা ইকাইবা পোকই। ৱারৌবগুম্বা ৱাখল অমা মাগী পূক্নীংদা লাকপা হৌরকই। মতম কুইনা কায়নরুবা অসিগী মতুংদা মপুরোইবনা মাবু থৌশাবীদ্রব্রা নত্ত্রগা মাবু লান্না লৌরব্রা হায়বসি মহাক খন্দবা ঙম্লক্তে। অসুম্না নুমিৎ খরনিদু মহাক ওন্ন-তৈনবা ৱাখল ঙাক্তা খন্দুনা পূক্নীংগী পোত্থাফম খঙদনা লেল্লে।

নন্দিনীসু ৱাদি ঙাঙলক্তুবসু ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা ৱাখলদি খরা খল্লি। ইবোচৌবনা থোরক্লগা শারদাগী মনাক্তা লাক্তুনা মাবু লৌরগনি হায়বসি মাগী থাজবনি, অদুবু ইবোচৌবনা ময়ূমদা থোরক্লগা মখোয়দা লাকপা ফাওবা লাক্তনা তূমিন্না লৈশিনখিবা অসি মহাক ইনুং নুংঙাইতে।

নোংমদি মহাক্না অফিসতা মাগা থবক তৌমিন্নরিবী সনাতোম্বীদা হায়রকই, "ইবোচৌবদু ময়ূমদা থোরক্লগা ঐখোয়দা অমুক্তা লাক্তে, মহাক ঐখোয়দা নুংঙাইতবা লৈবা জাৎলা খঙদে। মমানা ঐখোয়গী মরমদা ফত্তবা পাউ তমশিল্লম্লগদ্রা হায়না চিংনৈ।"

সনাতোম্বীনা হায়রকই, "নন্দিনী, ঐ নোংমা মাগা উন্নে। কনানা হায়রিবনো খঙদে, মহাক্না ঐঙোন্দা নখোয়না আশ্রমদা চৎপা অদুগী মরমদা ৱারী শারকই। মহাক মদুদা পেন্দনা উই। মদুগীদমক মহাক নখোয়বু শাউরম্বা য়াই।"

"মদুদা করি শাউনীংঙাই লৈবগে ?"

"কনানা খঙগনি? আশ্রম অদুদি মীনা কয়া ফজদনা ঙাঙনবা মফমনি।"

নন্দিনী মচীন-মনাউনা আশ্রমদা চৎপগীদমক মখোয়গী লৈকাইগী মী খরনা ফজদনা ঙাঙনবা অদু সনাতোম্বী মনাকোংনা তারে, অদুবু মহাক্না মদুমক্তি নন্দিনীদদি হায়দোরক্তে।

নন্দিনীনা সনাতোম্বীগী ৱাহে অদুদা করিগুম্বা পাউখুম খরা পীগে তৌরকপদা

পোষ্ট-মাষ্টর চঙলক্তুনা মখোয়দা করিগুম্বা ৱা খরা হায়বদগী মখোয় ৱারী অদু অমুক মখা চত্থরক্তে ।

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতমনি। নন্দিনী ইবোচৌবগী অফিসতা চৎলে। মানা চঙবদা ইবোচৌবা মাগী অনানবা অফিসকী কা অদুদা থবক শূদুনা লৈরম্মী। নন্দিনীনা অদুন্না থাজদনা মাগী মনাক্তা লাকপা অদুদা মহাক ঙকচাননা উই।

মহাক্না শকফম খরা ওন্না হায়রকই, "ফম্বীয়ু, ইতৈমা।"

নন্দিনীগী মায়থোঙদু চীংলেন্না উই। মহাক্না ইবোচৌবগী টেবল ময়াদা থাবা চৌকি অমদা ফম্লে।

ইবোচৌবদু নন্দিনীনা লাক্লিবদুগী মরমদু মপূক্নীংদা খঙবগুম তৌনা তূমিন্না ৱা ঙাঙদনা ইতূক তূকথনা লৈ।

নন্দিনীনা হায়রকই, "ইবোচৌবা, ঐ নঙগা ৱারী খরা শানীংদুনা লাকপনি। নহাক লংফৈদগী থোরকপা কুইরে হায়বা তারে, অদুবু নহাক্না ঐখোয়দা নোংমা ফাওবা মরোল অমতা খঙহল্লক্তিবা করিগীনো? শারদাদু মদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইতে।"

ইবোচৌবদু খুম্ফম খঙদনা লৈ।

নন্দিনীনা অমুক হায়রকই, "ইবোচৌবা, ঐ চিংনৈ নহাক্না শারদাবু নুংঙাইতবা মরম খরা শোয়দনা লৈরমগনি। অদুগুম্বদু লৈরবদি ঐঙোন্দা শেংনা হেক্তা হায়য়ু: ঐদি হৌজিক ফাওবদি মাগী দোষ করিসু লৈতব্রা হায়না খনবনি। নখোয়গী ইমুংদা থোকখিবা খৎন-চৈনবা অদুগী মরমদদি নহাকসু হান্না তারম্লগনি নীংই, মদুগী ওইরবদি মাবু লান্না লৌগনু। মহাক নহাক লৈত্রিঙৈদা য়াম্না ৱানা খাঙবনি, মদু পূম্নমক হায়রুদুনা কান্নদে।"

"মদুগী নত্তে, ইতৈমা।"

"অদুদি হায়য়ু, নহাক্না মাবু করম্বা নুংঙাইতবা লৈবগে?"

ইবোচৌবদু ঈংথনা জ্ঞান তানা হায়রকই, "ইতৈমা, মাবু করিগীদমক নূপীশিংগী আশ্রমদা পুবীরিবনো?"

নন্দিনী সনাতোম্বীনা হায়খিবা ৱা অদু নীংশিংলকই। মহাক ভাব তারকই ইবোচৌবনা মখোয়বু শাউরিবা অসি আশাগা তিন্নবা, আশ্রমদা চৎপা অদুগীদমক্তনি। মহাক্না হায়রকই, "আশ্রমদা চঙলগা কৈদৌবগে? ঐখোয়না মফমদুগী করিগুম্বা অফবা থবক খরা তৌনীংবদগীনি।"

"ঐ মদু পামদে, ইতৈমা, মফমদু অফবা নত্তে, মহাক ঐগী ব্রা তাদনা অদুক য়াম্না নীংতম্বদু ঐ পামদে।"

মাগী ৱাঙাঙ অদু তাবদা নন্দিনী খরা নুংঙাইতনা উরকই, অদুবু মহাক্কী পূক্নীং ফাথদুনা হায়রকই, "আশ্রম অদুদা ফত্তবী ঙাক্তা লৈবা নত্তে, উপায় লৈত্রবী কয়া, অচম্বী নূপী কয়াসু লৈরিবনি, মখোয়গীদমক্তা শেলগী মতেং দরকার ওইদুনা ঐখোয়না থৌরাঙ খরা তৌবনি, মদুদা য়াওববু কৈদৌবগে? ঐনা ইনাউনূপীগী ফরোইদবা থবকপু তৌবা হৌনদে। আশাগী ৱাদি নহাক্না খঙলক্কনি, মহাক অদুগুম্বী ফীবম ফত্তবী কনা লৈত্রবী নূপীশিং অদুগীদমক কখোল্লগে খন্দুনা লৈরবী অমনি। মাগা তিন্নবগীসু ঐখোয়বু লান্না খনগনু।"

ইবোচৌবা অচেৎপা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা খুমদনা লৈ।

নন্দিনীনা ৱা য়াম্না শাংথবা তৌদনা অমুক হায়রকই, "ফরে, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, নহাক্না হৌজিক শারদাগী মরমদা করি খল্লিবগে? মহাকপু লৌবা লাক্লরোই 'সিরা?"

ইবোচৌবদু হান্নগুম অদুম তূমিন্না লৈ।

নন্দিনীনা খরা শাউনা অমুক হায়রকই, "ঐ ঙসিমক মদুগী মরমদা অরেপ্পা অমা খঙগে হায়দুনা লাক্লিবনি। ঐগী ইনাউগী নুংঙাইতবা অদুদি ঐগীসু নুংঙাইতবনি, মাবু অদুক য়াম্না হন্থনা মমল য়াওদনা খনবা মানবা অদুদি ঐ পামদে। মহাক নখোয়গী ইমুংগী মীনা নৈদুনা খাঙবা ঙমদদুনা লাক্লিবনি, মদু অমুক নৌহৌনা হৌদোক্লবগী করি কান্নগনি? নহাক্না থোরকপা অসিনি মাগী অমতা ঙায়বা আশা, অদুবু নহাক্নসু অসুম্না তৌরবদি মহাক করম্না খাঙগনি? করিসু নত্তবা মরম অমগীদমক নহাক্না অসুম্না তৌবসি নুংঙাইতে, নহাক্না করিগুম্বা চিংনবা লৈরবসু ঐখোয়দা ফজনা হায়গদবনি।"

"মদু হায়রুবগী কান্নবা লৈতে। ঐ মানা তৌরিবসি য়ানীংদে। আশ্রমদা চত্তুনা ওক্তবীগী লীচৎ চৎপা, আশাগা লোয়নবা, নূপাশিংগা সঙ্গ তৌবা ... কান্নদে, ইতৈমা, ঐ মসিগী মরমদা য়াম্না হায়নীংদে।"

মাগী ৱাহৈদুনা নন্দিনীবুসু ইকাইবা পীবগী মওঙ ওইনা তৌরকপা অদুদা নন্দিনী অমুক হেন্না মমায় ঙাঙনা শাউগৎলকই, হায়রকই, "ফরে, ঐ পুন্নমক ভাব তারে। অদুগা 'সিমদি খঙউ, ঐখোয় আশাগা লোয়নবা, মাগী অফবা থবক অসিদা য়াওবা অসিদি কৈদৌঙৈদসু তোক্লোই। মসি ইশাগী ওইবা নুংঙাইনবগীদমক নত্তে,

মী অতৈগী য়াইফনবগীদমক্তনি, ঐখোয়না অকনবা অনীংবা অমগা লোয়ননা তৌরিবনি। মসিবু পূকচেল পীকপা মানবা থৌইনশিন অমদগী তোকহনবদি ওইথোক্তবনি।"

ইবোচৌবা নন্দিনীগী ৱাঙাঙ অদুদা ইকাইনা, চমন্নবা ৱা ঙাঙফম খঙদনা লৈ।

"ফরে, ঐ চৎলগে, ৱা অমুক মখা তানা ঙাঙননীংঙাই লৈতে, ঐ নহাক্কী পূক্নীং অদুতং খঙগে হায়দুনা লাকপনি," নন্দিনীনা অসি হায়দুনা চৌকিদগী হৌগত্তুনা থুনা কা অদুদগী থোকখ্রে।

নন্দিনী চৎখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা নূংগী মূর্ত্তিগুম ফমদুনা লৈহৌই, মহাক নন্দিনীবু অমুক খাম্বসু তৌহৌদ্রে।

১৪

নন্দিনীনা ময়ূমদা হল্লক্লগা মফি-মরোল হোংদোক্লিঔদো শারদাগী কাদা চঙদুনা মনাউন্নূপীদা মানা অফিসতা চৎলগা ইবোচৌবা উন্নরকপগী ৱারীদু তল্লকই। শারদা মদু তাবদা খঙহৌদনা মায়থোঙ লাংশিনখ্রে।

"শারদা, নহাক মাগী মনাক্তা কৈদৌঙৈদসু অমুক চৎপা য়াররোই," নন্দিনীনা শাউনা ফমুংদা ফল্লদুনা হায়রকই।

শারদা মচেগী মনাক্তা লূকথদুনা লেপ্পুনা লৈ।

নন্দিনীনা অমুক হায়রকই, "মহাক্না ঐখোয়বু আশাগা লোয়নবা, আশ্রমদা চৎপগীদমক শাউরিবসি মরম চাদে। ঐ মাবু শাউনীংই, ঐনা হায়রিবা অসিনি, ঐখোয় মরম চাদনা মঙোন্দা কৈদৌঙৈদসু নোঞ্জবদি তৌরোই।"

শারদা খঙই মচে নন্দিনীগী থম্মোয় অসি য়াম্নসু থোৎলি, অদুগা করিগুম্বা মানা শাউখ্রবদি মাগী থম্মোয়দু নূংগুন্না কল্লি। মহাক মচেদা মাগী মত ফোঙদোক্নুনা ৱা অমতা ঙাঙবা ঙমদে।

নন্দিনীনা মাগী কাদগী থোকখ্রবা মতুংদা শারদাদি মমায় য়াম্না মক্না মাগী ফমুংদা ফমদুনা লৈহৌরে। মহাক্না কয়া ৱানা মপুরোইবদু ময়ূমদা থোরকপা ঙাইদুনা লৈরকপা ! অদুগা হৌজিক্না মপুরোইবনা ময়ূমদা থোরক্লগা মাবু শাউদুনা মাগী ময়ূমদা ফাওবা লাকখিদ্রবা! মহাক খল্লু খল্লুরগা হেন্না হেন্না পূক্নীং নুংশিবা পোক্লকই, মতম অমদা মপুরোইবনা মাবু নুংশিনা, লুনা তৌখিবা অদু নীংশিংলকই। হৌজিক্তি অদুগুম্বা নুংশিবা অদু ফাওবা মাঙখ্রব্রা হায়না চিংনবা পোক্লকই। মহাক মাগী কাগী থোঙদু লোনশিন্দুনা ফমুংদা হীপ্পুনা কুইনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মহাক খঙই মাগী মপুরোইবা অসি শাউগল্লি, আশাগা সঙ্গ তৌবা, আশ্রমদা চৎপগী শাউবদু মাবু নুংশিবা, খনবনবদগী ওইবসু য়াই; অদুবু কনানা খঙগনি মাগী থম্মোয়দা অতোপ্পা ৱাখল অমা লৈরম্বসু ? মীকূপ অদুদা মাগী পূক্নীংদু অদুক্কী মতিক পোখাফম খঙদে, মকোক্তা অৱাবা ৱাখল চাম চামনা ননবগুম তৌরকই।

সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে। মচেনা মাবু মপান্দগী কৌরক্লে। শারদা মাগী কাদগী থোরক্লে।

মহাক্না মমায়-মমীৎ ইপোম পোম্না থোরকপা অদু উবদা নন্দিনীনা মঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলকই, মনাউনূপীগী নুংদা লৈরিবা পুক্নীংগী ফীবম অদু খঙবগুম তৌনা মহাক নুংঙাইতনা উই। অদুবু মহাক মদুগী মরমদা ৱাদি করিমতা ঙাঙলদ্রে।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। নন্দিনী মচীন-মনাউ মদুগী মরমদা থোইনা ৱারী অমুক শাদ্রে। নন্দিনীগী শকফম অদু অচেৎপা মতৌ অমগা লোয়নননা লৈ; মাগী মতৌ অদুনা অসুম্না হায়বগুম তৌই, "মদুগী মরমদা হৌদোক্লবগী কান্নবা লৈতে।" শারদাসু মচেদা মপুরোইবগী মরমদা ৱারী শাবা ইকাইদুনা করিমতা শাদে। মহাক হৌজিক তূমিন্নতা লৈরে।

শারদা পুক্নীং হম্বনা নুংঙাইতনা লেপ্লে। মহাক্না মাগা থবক তৌমিন্নবী কনাদসু মাগী ওইরিবা ফীবমদুগী মরমদা খঙহন্দুনা ৱারী শাদে। অদুবু মখোয় খরনদি ইবোচৌববু মশক খঙবা য়াওই, মহাক ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌরক্লে হায়বা খঙই; মহাক্না ময়ুমদা থোরক্লবা মতুংদা শারদানা মপুরোইবগী মনাক্তা চত্তনা হৌজিক ফাওবা মপামদা লৈবা অসিগী মরমদা মখোয় তূমিন তূমিন্না ঙাঙনৈ। মখোয়না মঙোন্দা মদুগী মরমদা অপান্ননা হংবদি তৌদে। নোংমা ষ্টাফ রুমদা মাগী মরমদা ৱারী শাবদা মখোয়গী মনুংদগী ওজা নূপী অমনা হায়রকই, "শারদাগী নূপা অদুনা অতোপ্পা নূপী অমগা মরী লৈনদুনা মাবু থৌশাবীদ্রবা জাৎলা?" অকোনবা লাকপী ওজা নূপী অমনা ৱারী শাবা অদুদা য়াওদুনা হায়রকই, "মদুগী নত্তে, মখোয়গী লৈকাইদা লৈবী ইমান্নবী অমনা তম্লকপদা শারদানা মচেগা লোয়নননা ওক্তবী নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা হেক হেক চৎলি হায়, মদুগীনি।"

"উম, কনানা খঙগনি মীওইবা হায়বসি? থাজনীংঙাই ইওই ওইদে। মখোয়গী মচীন-মনাউসি মশকসু ফজে। মচে লৈশাবী অদুসু অদুম্না তৌদুনা লৈরবা ওইরমগনি," শারদাগী মচে নন্দিনীবু মশক খঙবী ওজা নূপী অমনা হায়রকই।

অসুম্না মখোয়না শারদা মচীন-মনাউগী মরমদা ৱারী শাবদা খরা হেঞ্জিন্না ঙাঙনবসি তৌই। মখোয় খরনা শারদাবু কল্লকপা মওঙদা মাগী মরমদা ভাবনা শাগত্তুনা ফত্তবা ৱা কয়া শন্দোকপা ফাওবা য়াওই। নোংমদি শারদাগী মরূপ ওজা নূপী অমনা মাবু ময়াম্না লান্না লৌদুনা ঙাঙনরিবা মওঙ অদু মঙোন্দা তূমিন্না তম্লক্লে। মদু তাবদা শারদা থৱায় য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক্না ময়ুমদা হল্লক্লগা মদুগী মরমদা

মচেদা নুংঙাইতনা তম্লকই।

নন্দিনীনা মদু তাবদা শাউনীংলবসু মনাউনূপীবু থেমজিল্লদুনা হায়রকই, "মখোয়না ঙাঙননীংবা ঙাঙনসনু। করিসু থৌশারুনু। অদুম্না তৌবদু হৌজিক্কী মতমগী মীগী হৌনশানি। মখোয়দু মীবু কল্লক-মিহৌবা, মীগী মরমদা ওন্ন-তৈননা ফত্তবা পাউ শন্দোকপদা নুংঙাইজবা কাঙবুনি। ঐখোয়না আশ্রমদা চৎলগা মখোয়না অদুক য়াম্না মনুং হুঞ্জিন্না উশিনবীরিবা করিগীনো? মখোয়দি মশাগীতা খঞ্জবা, নাপল তৌবা, মশানা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়না খঞ্জবা, মী অতৈগী করিসু খনবা ঙমদ্রবা মীওই ঙাক্তনি। মখোয়গী মব্রা লৌনীংঙাই করি লৈবগে?"

মপুরোইবনা লৌশিনবীদ্রবা, থৌশাবীদ্রবা, মপামদা লৈরবী নূপী অমবু মীনা ঙাঙননীংবা মওঙদা ফজদনা হেক্তা ঙাঙনবা য়াবা মওঙ অদু নন্দিনীসু খঙই। মহাক্না মনাউনূপীদা অদুম্না থেমজিন্দুনা হায়রবসু মপূক্নীংদদি ইনুং নুংঙাইতে। মহাক্না ঙহাক ব্রাখল খল্লগা অমুক হায়রকই, "নঙনা লৈবা নুংঙাইত্রগা অতোপ্পা কোলেজ অমদা হোংনবা হোৎনসিরা?"

"খঙদে, ইচে, ঐসু মদুনা পাল্লে।"

"ফৈ, মদু অমুক্তং হোৎনদুনা য়েংসি।"

মখোয় অনী অদুম্না ব্রারী শারবসু শারদাগী থবক ট্রান্সফর তৌবগী ব্রাফম অদু কনাদসু হায়ফম খঙদে। শারদা পূক্নীং ইহন হম্বনা কোলেজদা চৎলি, হল্লক্লগা মহাক ময়ূমদগী কয়া চখোক্তে। অসুম্না মহাক ইনুং নুংঙাইতনা লেল্লে।

নন্দিনীদি মাগী মরূপ আশাগী মনাক্তা মরক মরক্তা চৎলি, মহাক মীনা মাগী মরমদা করি খনবা, করি হায়নবা অসিনচিংবা করিসু থৌশাদে। মহাক্না নোংমা আশাদা ইবোচৌবনা ময়ূমদা থোরক্লবা মতুংদা শারদাগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা খঙহন্দুনা মাগী থবক ট্রান্সফর তৌবা পাম্বগী ব্রাফম অদু ফোঙদোক্লুনা ব্রারী শারুবদা আশানা ইরায় লায়না হায়রকই, "মদুবু কয়া লুবা থবক্নো? ঐ মরী লৈনবা মন্ত্রী অদু খঙনৈ, মহাক ঐখোয়গী পাবুংগা তিন্নখিবা মীনি, ঐ মঙোন্দা চঙদুনা হেক্তা হায়গে।"

নন্দিনী মদু তাবদা নুংঙাইরে। মহাক্না হরাউবা মায়থোঙগী মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "ফৈ, আশা, নহাক্না মদু অমুক্তং হোৎনবীয়ু।"

আশানা মথন্তা নুংঙাইতনা শোল্লকই, "মী হায়বা অসিনা অতৈগী ফত্তবা ব্রা ঙাঙলগা পেঞ্জবা অসিনা, ওহোকপনি।" মহাক্না ঙহাক্তং তুমিন্না লৈরুরগা অমুক মখা তারকই, "ইবোচৌবনা শারদাবু ঐখোয়গী আশ্রমদা চৎপগী শাউরিবদি করিগীনো?"

"আশ্রম অসিদা ওক্তবী নূপীশিং লৈ অসিনি, মানা ঐখোয়বু 'সিদা চৎহন্নীংদে।"

আশাদু মদু তাবদা নুংঙাইত্রে। মহাক্না মীকুপ অমতং ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "নহাক্না শারদাবু মফম অসিদা পুবীরক্লম্লোইদবনি। অদুগা ঐখোয়গী থৌরাঙ অসিদসু য়াও হায়রম্লোইদবনি।"

"ঐনা য়াও হায়বা নত্তে, মানা য়াওজগে হায়দুনা য়াওরিবনি।"

"অদুবু মদু মপুরোইবগী অয়াবা অমতং হান্না লৌরমগদবনি, অদুম তৌরম্লবদি অসুম থোক্লম্লোইদবনি।"

মদু তাবদা নন্দিনী খরা পেন্দবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "আশা, হীরম খূদিংমক্তা নূপাগী মখা থাদুনা অসুম লৈগদ্রা? অফবা থবক অমা তৌবদসু অসুম্না ফত্তবা মায়কৈরোমদা ঙাক্তা উদুনা চিংনবা পোক্লবদি,করম তৌগনি? ঐ হন্দক্তি ইবোচৌববু য়াম্না শাউনীংই। ঐ ইশামক চত্তুনা মঙোন্দা ঐখোয়না তৌরিবা থৌরাঙ অসিগী মরমদা ফজনা খঙহল্লবনি, অদুবু মহাক ঐখোয়বু ফজনা খনবা ঙমদে। ঐ খঙই, মসি চুম্নগী নাপল অমনি, ঐখোয়বু হন্থনা য়েংবনি, অতৈ করিসু নত্তে। আশা, ঐ হৌজিক্তি খল্লবনি শারদা অসি ঐগী ইনাক্তা অসুম লৈজরসনু, মাগী মনাক্তা কৈদৌঙৈদসু অমুক চৎহল্লরোই হায়না।"

আশা খঙই মাগী মরূপ নন্দিনীদি নূপাগী ওইবা পুক্নীং ৱাখল অসি করিসু থোইনা খঙদবী অমনি। মহাক মশাদি ময়ূম পাল্লুরবী অমা ওইবনা নূপাগী পুক্নীংসি খরমখৈ খঙই। মহাক্না অঙৈংবা খোনফমদা হায়রকই, "নন্দিনী, মদুসু হেক য়াবা নত্তে। য়েংউ, ইবোচৌবদু ফত্তবা মী নত্তে, জ্ঞান তানা শেংদোক্লরগা মরাইনা শাউবা ফজরক্কনি। নূপাগী চিংনবা হায়বা অসি অরুবা অমনি। মসি নূপীনা মরু ওইনা খনগদবা অমনি, য়ারিবমখৈ ফজনা শেংদোক্লবা হোৎনবা ফৈ নত্তবদি চিংনবনা কনাগুম্বা অফবা নূপা ফাওবা পূকচেল কনবা, তমথিবা মী ওইহল্লকই, চিংনবনা কনাগুম্বা নূপানা নূপী ফাওবা হাৎপা ঙম্বা য়াওখ্রিবনি। ইবোচৌবনা চিংনবা, শাউবা অদু ফত্তবা ঙাক্তগী ওইনা খল্লুনু, মদু মানা শারদাবু নুংশিবদগীসু ওইবা য়াই।"

নন্দিনীদু মাগী মরূপ আশানা হায়রিবদু ভাব থোইনা তাবা ঙমদে।

আশানা অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, কান্নদে, কোন্নদি নঙনা হায়রিবা অসুম্না তৌবদু অসুম য়ারক্লোই। কনানা খঙগনি শারদাগী পুক্নীংদা অনীংবা অহোংবা ৱাখল অমা অমুক লাকপসু য়াই?"

"ফরে, কমদৌনি? অদু ওইরবদি মানা নীংবদু অদুম তৌজখিবা তারেদনা,"

নন্দিনীনা হায়রকই। "ঐগীদি ঐনা অনীংবা ৱাখল অদু হায়বতনি।" নন্দিনীনা ঙহাক তূমিন্না লৈরুরগা খরা শাউনীংবা, পেন্দবা মওঙদা অমুক মখা শমথরকই, "আশা, নহাক্না হায়খ্রিবদু নূপাবু য়াম্নমক মরু ওইনা খনবগী ৱানী, অদুগুম্বা ৱাখল অদুদি ঐদি য়ানীংদে। মখোয়বু অদুক য়াম্না মরু ওইনা খনগদৌরিবা করিগীনো? নূপানা নূপীবু উশিত্তিবা, হম্বনা য়েংলিবা অসি অদুননি। ঐগী ৱাখলদদি মখোয়সি মশাগী নুংঙাইবতমক থিবা, নূপীগী দোষ পুথোকপদা থৌনা ফবা, নূপীবু মখোয়না ওইহন্নীংবা মওঙ অমদা লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্বা পাম্বা, অদুগা মদুদা য়াদ্রগনা নূপীবু থীনা তৌবা, ওৎ-নৈবা পাম্বা কাঙবুনি। ঐদি তশেংনা মখোয়বু হৈনদে, মখোয়গী মতৌবু তূক্কচে।"

নন্দিনীগা মায়য়োক্না ফমুংদা ফম্লিবী মাগী মরূপ আশানা মাগী ইতিং তিংবা ৱাঙাঙ অদুদা তূমিন্না ৱাখল খন্না মঙোন্দা য়েংলকই। মাগী মীৎয়েং অদুনা অসুন্না হায়বগুম তৌই, "নূপী খুদিংমক্না অদুন্না হেক্তা খনবদি ঙমদে।"

মতমদু নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরক্লে, অদুবু নুংশাদি কল্লি। থোঙ্নাউদা য়েংথোকখিবদা অরংবা নুংশানা লম্পাক অমদি গেট ময়াদা হৌবা গুলমোহর পাম্বীশিংগী পাক্না শন্দোক্লবা, অশংবা মনানা য়োম্লবা মশাশিংদা য়াক্না য়ৈরি। নুমিত্তু ছুটি নুমিৎনি। লম্বীদা গাড়ি চেনবা অমদি লাঙবগী মখোলদি হান্নদগী হম্থে।

মখোয় অনী ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈনখ্রে।

অদুদগী আশানা অমুক হায়রকই, "অদুবু য়েংখো, নন্দিনী, ফীবমগী মতুং ইন্না ৱা ঙাঙনবা হায়বদুনি। ঐখোয়না নীংবা ঙাক্তসু হেক্তা য়াবা নত্তে। মশাগী অতাবী অমা লাকখিগনি।"

নন্দিনী মরূপ্তুগী ৱাদুদা ৱাখল খম্বদুনা তূমিন্না লৈ।

তাঞ্জা অদুদা সুনীতি অতোপ্পা কা অমদা মমান্নবা অমগা ৱারী শাদুনা লৈরুবদগী কা অদুদা চঙলক্লে। মখোয় অহুম ৱারী অতৈ অতৈ শাদুনা ফনা কুইনা ফম্লে। নুংশা নেমথরক্লবা মতুংদা নন্দিনী আশ্রমদগী হনখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা আশানা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদগী শারদাগী থবক্তু ইম্ফালগী অনকপা কোলেজ অমদা ট্রান্সফর তৌরক্লে। শারদা হৌজিক লাপ্না নুমিৎ খুদিংগী বস তোংদুনা চৎপগী অৱাবা অদু কোক্লে, অদুগা হান্নগী কোলেজ অদুদা লৈবগী নুংঙাইতবা অদুসু কোক্লে, অনৌবা কোলেজ অদুদা চাং নাইনা কাদুনা থবক

তৌবা হৌরে। অদুবু মাগী নুংগী ওইবা অতোপ্পা অরাবা ফীবম অমদি কোক্তি, মপুরোইবনা মাবু লান্না লৌরিবা অদুগী খনবদা পোখাফম খণ্ডবা রাখল অদুদি পূক্লীংদা লৈরি। মপুরোইবনা মাবু আশাগা লোয়নবা অমদি নকশিন্নবা পামদ্রবসু মহাক মাগা হেক লাপথোক্লবদি ঙম্লরোই, মরমদি আশানা মাগীদমক হোৎনবিরিবা অমদি মতেং পাংবিরিবা খুদিংমক অদুগীদমক হৌজিক্তি মহাক আশাগী লমন তোনশিল্লবগুম ফাওবা খল্লকই, মাগা নক্লবগী অকনবা লীপুন অমা লৈরবগুম মপূক্লীংদা ফাওই। মহাক্না মাগী রাফম অদুগী মতাংদা করিগুম্বদা মপুরোইবদা অমুক্তং শেংদোকপগী রাখল খল্লবসু মহাক মশামক্না চত্তুনা মপুরোইববু উন্নরুবদি য়াম্না ইকাইজে, মদু কেদৌঙৈদসু ঙম্লোই। হৌজিক পুন্সীদা মাগী হৈনিংবা য়াম্না মাঙখ্রে, য়ুম পানবগী নুংঙাইরম্বা আশা অমদি থৌদোকশিংদু হৌজিক চুম্নগী মঙ অমগী মতৌগুম চোইনা তাদুনা মাঙখ্রবদা মাগী পূক্লীংদু ইহাঙ হাঙলে। নূপীগী লীচৎ অমদি য়ুম্বানবগী পুন্সীবু হুম্হুনা ঙাঙবা মচেদা মহাক্না মহাক্কী মরনাইগী ওইবা অরাবা রাখল অদু ফোঙদোকপা ইকাইদুনা অমুক্তা ফোঙদোক্তে। মচেদি মী অমনা মরনাইগী ওইবা মওঙদা য়াম্না খন্দুনা রাবা অসি করিগুম্বদা পেন্দবা উৎলি. মদু পূকচেল পীকপগী খুদমনি হায়না মানা লৌই। মচেনা অসুম্না হেক হেক হায়. "রাবা হায়বসি মীগীদমক্তা খনবদা রাবা ঙম্লবদি হেন্না ফৈ।" মচেনা ইবোচৌববুসু চিংনগনবা, অফবা, দান তৌবগী থবক্তা পূক্লীং চঙদবা, মরনাই সংসারদগী নাম্থোকপা ঙমদবা মীনি হায়দুনা পেন্দবা উত্তুনা ঙাঙই। মহাক্না ইবোচৌবগী মরমদা অসুম্না হায়, "মাগী মরল-মথুম ময়াম, সম্পত্তি ময়াম অদু কৈদৌনি, মীঙোন্দা দান তৌবা, মতেং পাংবগী রাখলসু করিসু লৈতবা? ঐখোয়না তৌরিবা থবক অসিদা মহাক্না ওন্ননা ফত্তনা ঙাক্তা লৌরি। মহাক্না ফনা হায়দুনসু ঐখোয়না ঐখোয়গী থবক অসিদি কৈদৌঙৈদসু তোক্কদবা লৈতে। আশাগা ঐগা পুন্সী অসিগী কায়নবসু ঙম্লোই।"

শারদানা মচেগী অসিগুম্বা রাহৈ অদুদা তুমিন্না লূকথদুনা তাদুনা লৈ।

সন্ধ্যা মতুং ওইখ্রে। আশা মাগী মহৌশাগী হৈনবী মতুং ইন্না ধূপ থাবা লোইরগা ফমুংদা *গীতা* পাদুনা লৈরি। সুনীতিনা মপান্দগী চঙলকই। (মহাক হৌজিক শৌনবা চৈ অদু য়াওদ্রবসু চৎপা ঙম্লে, অদুবু শোইনাইবা মী অমা ওইদুনা চৎপদা মখোঙ অদুদি থীনা শেক্লে।) মহাক্না ফমুংদা ফম্লদুনা অনৌবা পাউ অমা তমদুনা হায়রকই, "আশা, ঐখোয়গী আশ্রমদা অনৌবা নূপী অমা লাকহৌরে, ইচে মালতীগী কাদা ৱারী শাদুনা লৈহৌরি।"

আশা লাইরিক অদু অদুম য়েংনা য়েংনা হংলকই, "করম্বা নূপীনো? কদায়দগীনো?"

"লাংজিংলোমদগী ওইরমাল্লে।"

"কৈদৌবদগী লাক্লিবনো?"

"মপুরোইবনা থীনা তৌবদগী খাঙবা ঙমদদুনা চেল্লকপনি হায়।"

মফমদুদা চেল্লকপা নূপী অয়াম্বগী হৌনবা মান্নবা মরম অদুগীদমক আশা থোইনা পুক্নীং চঙদনা মাগী লাইরিক্তু অদুম পাদুনা লৈ; মহাক ৱাহং অমুক মখা তানা হংলক্তে ।

সুনীতিনা অমুক হায়রকই, "নূপীদু নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী মী ওইরমাল্লে, নূপা অদুনা মাগী মরল-মথুম কয়াসু মাঙহনবীখ্রবা মতুংদা চীংমী নূপী অমা অমুক লৌদুনা তুমিন্না ভারাদা থম্লম্বদগী খৎনরকপনি হায়।"

ৱাফম অদুনা আশাগী পুক্নীংদু খরা চিংশিল্লকপগুম তৌরকই; মহাক্না লাইরিক পাবা অদু লেপ্লগা সুনীতিদা হনগৎনা য়েংলদুনা হায়রকই, " ইচে মালতীনা করি হায়হৌই?"

"লৈফম চিল্লে, চন্দ্রে হায়দুনা লৈহনবদু খরা লুনা ঙাঙনহৌই।"

"লৈহন্নবা শীনবিবা ফৈ, 'সিদা লাক্লিবশিং অসি উপায় লৈত্রবী, চঙজফম লৈত্রবী ঙাক্তনি, অরাকপা খূদিংমক লৈহনবা চুম্মী।"

"অদুবু আশ্রমগী মীশীংসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্তুনা লৈফমগী মওঙ

অসি লুশিল্লক্লে। ফীবম তারক্তুনা চৎখিবা নত্ত্রগা মশাগী ওইবা মীশিংনা লৌবা লাক্তুনা চৎখিবা মশীংদগী অরাকপা মশীংনা য়াম্না হেল্লি।"

আশা মমাঙদা ফাক্তুনা লৈরম্বা লাইরিক অদু খুমজিল্লদুনা লূকথদুনা ফম্লগা স্বরমপী হোল্লকই, অদুগা হায়রকই, "মসি ঐখোয়গী অরুবা সমস্যা অমা ওইরে, ঐখোয় নূপীশিংগী ফীবম নোংমা নোংমগী হেন্না ফৎচিল্লক্লে হায়বগী খূদমনি।"

সুনীতিদু থবায় খরা বানা আশাদা য়েংদুনা লৈ।

আশানা অমুক হায়রকই, "ঐখোয়গী লৈফম অসি হেন্না চাউথোকহনবগী দরকার ওইরবনি, ওইরক্রিবা মওঙ অসিগী য়েংদুনা। নত্ত্রবদি মী মশীং অসুম হেনগৎলক্তুনা লৈফম চল্লক্লোইদৌরি।"

"কদায়দগী পৈশা লৌরগা চাউথোকহন্নবা থৌরাঙ তৌগনি? সরকারগী মতেংদি করিসু ফংবা নত্তে।"

"পূকচেল চাউবা, ইনাক খুনবা মীশিংগী মতেং দরকার ওই, মখোয়দগী পৈশা নিবা নত্ত্রগা শঙ ওইনা শাবিয়ু হায়জবা চঙই।"

"মখোয় অদুবু লৈরবদি য়াম্না ফৈ। হৌজিক্কী মতমদা মখোয় অদুগুম্বা মীশিং অদু থিবদি লুই।"

আশা ঙহাক তূমিন্না বাখল খন্দুনা লৈ, অদুদগী হায়রকই, "চুম্মী, সুনীতি, অদুগুম্বা থবক অদু পায়খৎপদা তরাইনা থোকপা থবক অমদি নত্তে, অদুবু মদু তৌদবা য়াদবা অমদি ওইরবনি।"

মখোয় অনীগী বারীদু মতাং অদুদা লোইশিনখ্রে।

নুংদাংদু চাক চাবা তোল্লগা আশা আশ্রমদা লাক্লিবা নূপী অদু খঙনীংদুনা মালতীগী কাদা চৎলে। মালতীদি লৈরমদে, কাদুদা ফি অঙাঙবগা অঙৌবগা লাংবা ইনবী, ময়াঙ খরা কংবী, কুচু ঙৌবী নূপী অমা মালতীগী ফমুংদা ফমদুনা লৈ। মাগী মমায়-মমীৎ অদু কপ্পগী ইপোম পোম্মী।

আশানা কা অদুদা চঙলকপা উবদা নূপী অদুনা মঙোন্দা য়েংলকই।

আশানা হায়রকই, " অদোম ওইরব্রা ঙসি লাকই হায়বদো? ঐ চুন্না অদোমগা শক খঙননীংদুনা চঙলকপনি।"

"অহোয়, ইচেসু 'সিদা লৈবীব্রা?" নূপী অদুনা খুল্লকই।

"উম, ঐসু 'সিদা লৈবনি। ঐ হান্না অদোমগী মরমদা খরা তারে, অদুবু কূপ্পদি খঙদ্রি। করম তৌনা মফম অসিদা লাক্লিবনো?" আশানা ফমুং মচীদা মাগী মনাক্তা

ফম্লগা হংলকই।

নূপী অদুনা মঙোন্দা সুনীতিনা হায়খিবগুম মাগী নূপানা চীংমী নূপী অমা লৌদুনা ভারাদা থম্লম্বা, নূপী অদুবু য়ুমদা পুদুনা লাকপা, অদুদগী খৎন-চৈনবা থোক্তুনা নূপা অদুনা মাবু ফূ-চৈবা তৌবদগী মহাক খাঙবা ঙমদদুনা চেল্লকপনি হায়বগী ৱাফমদু তম্লকই।

"ইপামদা চৎপদি করি তৌবগে?"

ৱাহং অদু হংলকপদা নূপী অদু শকফম খরা হোংখি। মহাক্না হায়রকই, "ঐ ইপামদদি চঙদে।"

আশা মদুগী মরমদা হাইফেৎ হংগে তৌরুই, অদুবু মদু য়াম্না লনাইগী ৱাফম ওইবনা মহাক পাক হেক হংবা হঙ্গোইদুনা হংদ্রে। মহাক্না হায়রকই, "'সিদা লাক্লিবসিদি কনাদগী পাউ লৌরগা করম্না লাক্লিবনো?"

"ঐখোয়গী ইপামগী লৈকাইদা ওঙলম্বী নুংশিতোম্বী হায়বা নূপী অমা 'সিদা লৈ হায়বা তাজদুনা লাকপনি।"

নুংশিতোম্বীগী মমিং পল্লকপদা আশা শকফম খজিক্তং হঞ্জিনখি, অদুবু থংনবা মীকৃপ্তা মাগী হান্নগী মায়থোঙগী মতৌ অদুদা হায়রকই, "ও, নুংশিতোম্বীনা লৈরম্বা লৈকাইদগী ওইরে, অদুদি মফমদুদা লৈবা ইবোচৌবা হায়বা ইনকম-টেক্স অফিসতা থবক তৌবদু খঙবীব্রা?"

"উম, মহাক ঐগী ইবুংনি।"

মদু তাবদা আশা খরা ঙক্লা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুগা হংলকই, "অদোমগী মিংদি?"

"ইন্দ্রাণী কৌজে।"

"নুংশিতোম্বীগদি উন্নবীরব্রা?"

"উম, উন্নজরে।"

আশা মাবু নুংশিতোম্বীগদি নকশিন্নদনবা হায়নীংবনি, অদুবু তাঞ্জা অদুদদি অদুগুম্বা ৱাদু হাথু হাথু হেক হায়বা নুংঙাইতদুনা তোক্লে। মহাক্না ইন্দ্রাণীবু মরাইবক থীরবী অমনি হায়না খন্দুনা নুংশিনা হায়রকই, "ফরে, ঐখোয়গা 'সিদা মতম খরদি লৈমিন্নবা তারেদনা।"

তাঞ্জা অদুদা মালতীসু কাদুদা চঙলক্লে, মহাক ইন্দ্রাণীগী লৈফম ওইনবা কানচিংবা য়েংবা থোক্লুবনি।

"এ, আশাসু লৈরম্লিদনা?" মহাক্না হায়রকই।

"উম, ইচে।"

মালতীনা মাগী কাদুগী মচীদা লৈবা টেবল অমদগী অথাবা রেজিষ্টর বই অমা লৌদুনা ইন্দ্রাণীগী মমিং-মথা, লৈফম্নচিংবা ইশিল্লকই। অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "ঙসিগীদি, ইবেম্মা, ঐগী কা অসিদা অসুম লৈমিন্নরসি, অতৈ কাশিং অসি মী অনী লৈরিবা কা ঙাক্তনি, হৌজিক শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবদা খুদোংচারোইদৌরে।"

আশা ঙহাক মালতীগা ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফম্লম্লগা কা অদুদগী থোরক্লে। মহাক ইন্দ্রাণীগী মতৌ অদুদা ঙকপা পোকই। ইনাক খুনবা, নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংগী মীশক ওইরিবা ইবোচৌবগী মচনমক্না অদুম্না মফম অসিদা লাক্কনি হায়বসি মহাক য়াম্না থাজদে, অদুবু মপামগা করিগুম্বা নুংঙাইনদবা মরম অমদগী চঙবা ঙমদদুনা লাক্লিবনি হায়বা অদুদি মহাক তশেংনা খঙলে।

মহাক্না কাদা চঙলক্লগা সুনীতিদা মহাক্না ইন্দ্রাণী উন্নরুবগী পাউ অদু তম্লকই, অদুগা মহাক্তু মহাক্না মহৌশা লাইরিক তম্মিন্নখিবা ইনাক খুনবা ইমুংগী মীশক ইবোচৌবা কৌবা অমগী মচননুপীনি হায়বদু খঙহল্লকই।

"ওঙ্খোকপনি মীওইবগী লাইবক হায়বসি!" সুনীতিনা শোল্লকই।

লাংজিংদা হোংখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণীগী পুন্সীদা নুংঙাইতবা কয়া থেংনখি। মাগী মপুরোইবা বিধু থবক হঞ্জিল্লবা মতুংদা মাগী লমচত্তু থোইনদুম ফত্তবা হেঞ্জিল্লকখি, মখূত্তা পৈশা পায়রগা ঙাঙন-শরুবা য়াদবা, নীংতম্বা হেনগৎলকখি। অদুগুম্বা সমস্যাশিং অদু ইন্দ্রাণী হান্নসু কয়া খাঙদুনা লাকখ্রবনি, মদুদি খরবু ফরি, মঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইতবা অমদি মাগী মপুরোইবা বিধুনা লম্ফেল্লগী য়ুম অমদা ভারা লৈরম্বা অদু চীংমী নুপী অমা লৌদুনা লৈমিন্নরম্বনি হায়বদু মহাক কোন্নতা খঙলকখি। চীংমী নুপী অদু রোজ কৌবী অফাওবী অমনি। মদু খঙলকপদগী মহাক থম্মোয়দা হায়নীংঙাই লৈতনা খোয়শাউনবা পোক্তুনা খৎন-চৈনবগী ঈরাং তোয়না থোকপা হৌরকখি। নুপী অদু লৌরবা মতুংদা বিধু হেন্না মৱা লৌবা য়াদবা অমদি শাথিবসু হেল্লকখি। মহৌশাদি মহাক্না ইন্দ্রাণীবু কয়া ফূ-চৈবা তৌরমদবনি, অদুবু অনৌবাময়ুম অদুদা লৈরবা মতুংদা মাবু ফূ-চৈবা, ওৎ-নৈবা কয়া তৌবা হৌরকখি, ৱা অমতা নীংথিনা ঙাঙনবা য়াদে। ইন্দ্রাণী মপামদসু চঙখিদ্রে। মহাক্না মপামগা নক্না লৈমিন্নবা মীশিং উন্নবদগী মবুংদু লংফৈদগী থোরক্লে হায়বা পাউ তাখ্রে। মমানা শাউদুনা

লৈবগা মবুং উন্ননীংদবগা মহাক মপামদদি অসুম চঙবা ঙমখিদবনি। মহাক্না মপামগা চঙনদবা অদুনা মপুরোইবনা মাবু হেন্না উশিত্তবা তাথী-তাওইনা তৌবগী মওঙ অমসু লৈ। অসুম্না নোংমা নুংথিল অমদি বিধুনা মাগা ভারাদা লৈমিন্নবা রোজ কৌবী চীংমী নূপী অদু পুদুনা ময়ুমদা লাক্লে। ইন্দ্রাণীনা নূপী অদুবু লৈহন্দনবা শাউদুনা ঙাঙবদগী বিধুগা খৎনরক্তুনা মাবু থীনা ফূ-চৈবা তৌরকখি, মদুদগী মহাক খূদক অদুমক্তদা ময়ুম থাদোক্তুনা চেল্লকপনি।

মথংগী নুমিত্তা মালতীনা মী অনী লৈবা কা অমদা কাংথোল অমা থাংজিন্দুনা ইন্দ্রাণীগী লৈফম অদু শীল্লে। ইন্দ্রাণী খাউ অমদা মাগী শেৎন-ইন্নবা ফি খরা নত্তনা অতৈ করিমতা পুরক্তে। মহাক্না মহাক্কী খাউ অদু পুদুনা মালতীগা লোয়ননা কা অদুদা চঙলক্লে। মদুদা নূপী অনীখকসু লৈরম্মী। অমনা ময়াঙ য়াম্না কংবী, মী খরা মুবী, মমীৎ কূৎপী, মঙোন্দগী চহী য়াম্না হনবী নূপী অমনি; অতোপ্পা অমনা মশা খরা নোয়বী, মী ঙৌবী, মমায় পাকপী নোক্কনবী নূপীমচা অমনি। অহল অদু ব্না ঙাঙবদা স্বর চনীং-চমাঙ শন্নদে, মশা য়াম্না শোন্না উই। নূপীমচা অদুদি ব্না অমতা ঙাঙদে, মীনা ঙাঙলগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা অদুম লৈ।

মালতীনা ইন্দ্রাণীবু কা অদু য়েংহল্লবা মতুংদা মাগা অমুক মপান্দা থোকমিন্নরক্তুনা মাগা লৈমিন্নগদৌরিবা নূপী অনীদু মশক তাক্লদুনা হায়রকই,"মখোয় অনীসিগী মনুংদা অহল ওইবী অসি ডাইবিটিজ তৌদুনা নারিবী অমনি, মমিং তমুবী কৌবনি। নূপীমচা অদুনা মরোল থোক্তবীনি, মাগী মমিংনা লতা কৌই। মখোয় জ্ঞান তাবী নূপী ঙাক্তনি। নহাক মখোয়গা লৈমিন্নবদা নুংঙাইগনি। নীংথিনা ফজনা লৈমিন্নৌ।" মদু হায়রগা মহাক লৈথোক্তুনা চৎখ্রে, অদুদগী মহাক্না খোঙকাপ অনী-অহুম থাংদুনা চৎলুরবা মতুংদা তুংলোমদা ওন্থোক্তুনা অমুক হায়রকই, "য়েংউ, হোরেন পুং মাপল মখায়দা চাক চাবগী কাংশি য়ৈরক্কনি, মদুদা মেসরোমদা চাক চাবা থোরকউ।"

ইন্দ্রাণী মাগী কাদুদা অমুক চঙলক্তুনা মাগী ফমুংদু মালতীনা পীবা মোম্পাক ফিদক অমা থাদুনা শেমজিল্লরে। অহল ওইবী নূপী অদুনা মঙোন্দা ব্নারী শাবা হৌরকই, মাগী মরমদা হংলকই। ইন্দ্রাণী থোইনা কূপথবা তৌদনা ফমুংদু শেম্না শেম্না মহাক ইমুংদা নুংঙাইনদবা অমদগী লাকপনি হায়না খুম্মী। মরোল থোক্তবী লৈশাবীমচা অদুদি ইন্দ্রাণীদা পূক্নীং চঙনা য়েংদুনা লৈ। ইন্দ্রাণীনা মোম্পাক ফিদক অদু থাবা লোইরবা মতুংদা মহাক্না ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মঙোন্দা তপ্না শোক্লদুনা

মঙক হাইরকই। মহাক্না হায়রিবদু মহাক ইন্দ্রাণীগীদমক নুংঙাইতে হায়রিবনি।

ঙহাক্কী মতুংদা লতা থবক শূফমদা চৎখ্রে, অদুগা তমুবী হায়বী নূপী অদুনা ডাক্তরদা মাগী মশাগী অনাবদু য়েংহন্নবা চৎখ্রে। ইন্দ্রাণী মথন্তা ফমুংদা ফমদুনা লৈহৌই। মহাক্না অসুম ফম্না ফম্না ঙরাং মালতীনা মঙোন্দা আশ্রমদুগী মরমদা খঙহন্দুনা হায়খিবা ৱা খরা নীংশিংলকই। মালতীনা মঙোন্দা হায়খি, "সিদা লৈবসি তলব চাবা নত্তগা মপাঙ্গল কল্লিবা, থবক শূবা ঙম্বা মীদি থাদা মমিংগী ওইনা লূপা চামা ভারা পীনৈ, অদুগা চাবগীনা তোঙান্না লূপা চামরি পী--পূন্না লূপা চামঙানি। মফম অসিদা লৈরিবশিং অসিগী মনুংদা খরদি তলব চাবী, খরনা মপান্দা শূ-নোম্বা চৎপী নত্তগা মফমসিদা ফিরোল শাদুনা নত্তগা অতৈ থবক শূদুনা শেল তানবী ঙাক্তনি। নাদুনা লৈবী, শূ-নোম্বা ঙমদ্রবী, শোইনাইরবী খরগীদি ভারা অমদি চা-থকপগী পৈশা লৌদে, ময়াম্না পীরকপা অদুদগী লেম্না তৌই। নহাক্কীসু ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ মপান্দা শেল তানবা চৎকদ্রা নত্তগা মনুংদা শূ-নোম্বা য়াওগদ্রা হায়বদু। অদুগা ঐনা হায়গদবা অমনা ঐখোয়গী অসিদা লাক্ল-ফানবা ঙমদ্রবী কয়া য়াওরি, নহাক্না খঙনৈ হায়রিবা নুংশিতোম্বী হায়বী অদুসু মখোয়গুম্বশিংগী মরক্তা অমনি, মহাক্তু য়াম্না মথোঙ চাদবী অমনি, মাগা কয়া নকশিন্নরুগনু। মখোয়দি নূপা-নহা কয়াদগী ফাওবা শেল লৌথোকপা ঙম্বী ঙাক্তনি। মখোয়গী শাজত্তু ঐ য়াম্না পামদে।" মালতীনা মঙোন্দা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদুগী মনুংদা ৱাফম অনীখক্কী মরমদা মহাক ৱাখল খল্পরকই। অহানবদা মাগী থবক-ইথ্বাং শূবা, পৈশা তানবগী ৱাফম, অদুগা অনীশুবদা মফমদুগী ফত্তবা, লীচৎ চুমদবী নূপীশিং অদুগী ৱাফম অসিনি। অহানবগী ৱাফম অসিদা মহাক্কীদি থোইনা ৱানা খন্নীংঙাই লৈতে, মহাক্না আশ্রমগী থবক শূবা য়াওবা তারবসু চুন্না হৌনবী ওইনা নত্তগা মতম লেন্নবা ওইনা য়াওবা য়াই, শেল তানবা ওইনা য়াওবদি দরকার ওইদে, মহাক্কীদি থা খূদিংগী ভারা ওইনা দুকান্দগী নূপা লীশীং অহুম হেন্না লাকই, অদুদগী লৌদগী কারকপা ফৌবোৎ চামমুক তাইথোকপগী চহীদা পৈশা য়াম্না লাকই। হন্দক্তি মহাক মদু লৌফমদা চৎলগা তাইথোক্লগনি। মঙোন্দা শেলগী অৱাৎপা করিসু লৈরোই। অদুগা আশ্রমদা লৈবী মথোঙ চাদবী নূপীশিং অদুগী মতাংদদি মহাকসু মখোয়বু হঙ্গোইন্না খল্লি। মহাক হান্না খঙই নুংশিতোম্বীদু য়ূম্লোন্নবা পাখং অমগা নত্তবা লমচৎ চৎলম্বদগী মপুরোইবগী ময়ুমদগী তাম্থোরকখিবা নূপীনি। অদুগা মফমদু লমচৎ চুমদবী নূপী কয়া লৈবা মফমনি হায়বদু মহাক হান্নদগী তায়, অদুবু মহাক শাউবদগী কঙাওনবা ফীবম অমদা অদুম লাকখিবনি। মালতীনা

হায়বগুম্না মহাক মখোয়গুম্বা নূপীশিং অদুদগী লাপথোক্লবা খল্লি। মহাক ফমুংদা অমুক হীপথদুনা ৱাখলদু ইতাউ তাউনা লৈখ্রে, মঙগী তাইবঙ অমদা তৌবগুম মমাঙদা উরিবা পোৎশিং অদুগা মাগা করিমতা মরী শন্নদবগুম, ওইশিন্নদবগুম তৌই। পাকখ্রবা সংসার অসিদা অৱাবগী ইরৈদা ঈরাক্লরবা, খ্বাইদগী তোল্লবা ফীবমদা তারক্লবা মতমদা মহাক্না ইমুং-মনুংগী মীওইশিংগী নুংশিবা অদু মমল য়াম্না খল্লকই। মহাক অদুক্কী মতিক পূক্নীং হন্থবা মওঙদা লৈখ্রে মদুদি মহাক্কী লেঙদবা শক্তম অদু চুম্নগী থৱায় য়াওদ্রবা মূর্ত্তি অমগুম উখ্রে।

অসুম্না লৈরিঙৈদা খঙহৌদনা চাক চানবগী কাংশি খীংলকই। মরোল থোক্তবী নূপীমচা লতানা কাদুনা চঙলক্তুনা মখূৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা মাবু মেসবোমদা পুদুনা চৎমিন্নখ্রে।

ইন্দ্রাণী চারমদাইগী ময়াম চঙলক্তুনা লাঙলিবা ডাইনিং-হোলগী ফালদা তুমিন্না ফমদুনা লৈ।

আশাসু চাক চাবা চঙলকপদা মাবু উদুনা হংলকই, "লৈফম কা ফংলবা নত্রা?"

"উম, ইচে," ইন্দ্রাণীনা খুম্মী।

ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা ফম্লিবী মরোল থোক্তবী নূপীমচা লতানা মখূৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা মশাদা থিল্লগা আশাদা নোক্তুনা মঙক নোম্লকই।

আশাসু নোক্তুনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই, "ও, ও, নহাক্না লৈমিন্নরবা? য়াম্না ফবে। ঐ লাক্কে তৌরম্বনি, ঙসায় অয়ুক্তগী মী অমা উন্নবা চৎলুবদগী হৌজিক্তা লাকপদা ওয়রি।"

চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা মখোয় মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা আশা মফি-মরোল শেৎলগা অফিস কানবা থোরক্নে। মহাক্না ইন্দ্রাণীগী কা মপাদা লাক্তুনা মাগী লৈফমগী মওঙ অদু য়েংলরে। তমুবীনা লায়য়েংবা চৎলুবদগী হল্লক্তুনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ, অদুগা লতানা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা পোৎ অমা লোইশিনবা য়াওদুনা লৈ।

আশানা থোঙগী থোঙবাদা মখূৎ নাম্মনা পায়দুনা হায়রকই, "ফরেদনা কাসিদা লৈবা। লতা, ফজনা লৈমিন্নৌকো।"

লতানা ইন্দ্রাণীগী মখূৎ নাম্ম মখূৎ অনীনা পুল্লপ পায়দুনা মখজাইদা থন্নদুনা হরাউবগী মতৌ উৎলকই, অদুগা মঙক নোম্লকই। মহাক্না তৌরিবদু ইন্দ্রাণীবু নুংশি, ফজনা লৈমিন্নগনি হায়রিবনি।

আশাসু মানা হায়রিবদু ভাব তাদুনা মঙোন্দা মোমোন নোক্তুনা য়েংলগা মঙক নোম্লকই, অদুগা মখোয়গী কাগী মপা অদুদগী থোকখ্রে।

# ১৬

ইবোচৌবগী মরূপ শরৎ হৌজিক হান্নদগী পৈশা য়াম্না হেন্না পায়খৎলক্লে, অচৌবা ঠিকা লৌদুনা শেল কয়া তান্দুনা লৌ-শীং, সম্পত্তি য়াম্না লৈরে। মহাক থবক য়াম্না চিপ্লি, ঠিকা তৌবগী চেনবদা ময়ুমদা অয়াম্বা মতমদা লৈতে। নোংমদি মহাক্না নন্দিনীগা উন্নবদা ইবোচৌবদু ইম্ফালদা অমুক ট্রান্সফর তৌরক্লে হায়বা তারে। মহাক্না শারদাবুদি মপামদা হল্লক্তুনা লৈরে হায়বা খঙবা কুইরে। মদুগী মতাংদা মহাক্না ইবোচৌবগা অমুক্তং উন্ননীংই, অদুগা মাগী ইনকম-টেক্স্র থীবগী মতাংদা মাগা তান্ননীংবা খরসু লৈ। মরম অসিনা মহাক্না নোংমা সন্ধ্যাদা মাগী মরূপ ইবোচৌবগী ময়ুমদা লাক্লে। মখোয় অনী ফম্ফমকাদা ফম্মিন্নদুনা মাগী ইনকম-টেক্স্র থীবগী ৱা অদু তান্নরকই। মদু লোইরগা শরৎনা মঙোন্দা হায়রকই, "ইবোচৌবা, নহাক্না শারদাবু লৌশিনবীদনা মপামদা অদুম থম্বীরিবা অসি করিগীনো?"

মরূপ্তুনা হংলকপা অপান্নবা ৱাহং অদুদা ইবোচৌবা শকফম খরা ওন্না পাউখুম পাক পীফম খঙদনা লৈ।

শরৎনা অমুক হায়রকই, "মহাক্না মপামদা অদুম্না লৈবসি নুংঙাইতে, য়ারবদি মহাকপু লৌশিনবীয়ু।"

ইবোচৌবনা হৈনিংদনা হায়রকই, "শরৎ, ঐ মাবু য়ানীংদবা খরা লৈ।"

"কৈদৌরবগে?"

"মহাক আশ্রমদা লৈবী আশাগা তিন্নদুনা মফমদুদা তোয়না চৎলি, নুপা-নহাগসু চৎমিন্নে হায়বা পাউ তারে। ঐখোয়গী লৈকাইদা মাবু ফজদনা ঙাঙনৈ। শরৎ, ঐ মাগী অদুগুম্বা শাজৎ অদু পামদে।"

মদু তাবদা শরৎ খরা ঙক্লা হায়রকই, "অওইব্রনে? শারদানা অদুম্না তৌরমগনি হায়বদি থাজদে।"

ইবোচৌবনা লুকথদুনা হায়রকই, "শরৎ, নুপী হায়বসিবু কয়া য়াম্না থাজনীংঙাই ওইবগে? মপুরোইবনা য়ুমদা লৈত্রিঙৈদা নুপী কয়ানা ওক্তবা লীচৎ চৎপগী ৱাথোক

কয়া তারিবা অসিনি। মাসু অদু মঙায়, ঐনা য়ুমদা লৈত্রিঙ্গৈদো মানা অদুক য়াম্না নীংতম্বদু পামদে, অদুন্না তৌবদু মাবু থাজনীংঙাই ওইদে। নহাকসু খল্লু আশ্রম অদু ওক্তবী কয়াগী লৈফমনি।"

শরৎ মদু তাবদা নুংঙাইত্রে, মাগী লৈকাইগী মচন অমগুম্লবী, মানা পীক্লিঙৈদগী মশক মুন্না খঙলকপী শারদা অসি মহাক্না য়াম্না অফবী নূপী অমা ওইনা লৌই, মানা ফত্তবা শাজৎ চৎলমগনি হায়বসি মহাক য়াম্নমক থাজদে। অদুগা মাগী নুংঙাইতবা অমনা শারদানা মাগী মরূপ্তুদা লৈখিবা অদু মহাক মশামক্না মরু ওইনা শীনরূদগীনি, হৌজিক্না মখোয় অনীগী মরক্তা অসিগুম্বা ফীবম অমা লাকপদু মহাক মরনাইগী ওইবা নুংঙাইতবা অমগুম খল্লি। অদুবু হীরম অসিগী মতাংদা মহাক্না অকনবা অরেপ্পা মত অমা পীরকপদি তৌদ্রে। মহাক্না ইচম চম্না হায়রকই, "ঐ আশাগা অমুক্তং উন্নগে, অদুগা মঙোন্দা মদুগী মরমদা হায়গে।"

"করি হায়গদৌরিবনো?"

"শারদাবু মাগী মনাক্তা লাকহনগনু, মাগা তিন্নগনু হায়দুনা।"

"মদুবু হেক্তা হায়বা নুংঙাইবা ৱারা?"

"করিগী নুংঙাইতনি? ঐ মদু মঙোন্দা শোয়দনা হায়গনি। মহাক্না নূপী কয়াগী পুন্সীদা মিংচৎ থীহন্নবা, নুংঙাইহন্দনবা তৌবদু চুমদে," শরৎনা আশাবু শাউনা হায়রকই।

"মদু মীঙোন্দা ঙাক্তা তাইনবা চুমদে, মাগী মনাক্তা চৎলুরিবা, নকশিন্নরুরিবা অদুনা অরানবনি।"

শরৎনা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "নন্দিনীনা মসিগুম্বগী মরমদা করিমতা খন্দ্রিবা করিগীনো? মহাক্নদি করি হায়?"

"মহাক্তি করি হায়গনি? মহাক ঐঙোন্দদুম শাউরিবনি, মহাক হীরম খূদিংমক্তা আশাবু ঙাঙবা, শোকপা করিমতা য়াদে।"

শরৎনা খজিক্তং ঈংথনা অমুক হায়রকই, "অদুবু, ইবোচৌবা, নহাক্না শারদাগা অমুক্তংদি উন্নদুনা করিগুম্বা খরা শেংদোক্লবা ফৈ, অসিগুম্বা ফীবমদা অসুম লৈবা চুমদে।"

ইবোচৌবা মায়থোঙ মক্না তূমিন্না অদুম লৈ, পাউখুম পীরক্তে।

শরৎ খঙই মাগী মরূপ্তু মানা হায়রিবদুদা কয়া য়ানীংদে। অদুবু মহাক্না ইবোচৌববু য়ারিবমখৈ থেমজিন্দুনা মদুগী মতাংদা ৱাখল খন্থনবা হায়রম্লগা মাগী

মনাক্তগী হনখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। শরৎ অয়ুক্তা নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা আশাগা উন্নবগী ৱাখলদা চৎলে। মহাক্কা মফমদুদা আশাগা উন্ননবা চৎলবসু মদুদা লৈবা নূপী অমবু হেক্তা উন্নবা য়াব্রা, উন্নবগী নিয়ম-নীতি করি করি লৈবগে হায়বনচিংবদি করিমতা খঙদে। মহাক্কা মফম অদুদা চৎপদু মদুনা অহানবনি। মহাক্কা আশ্রমগী ময়াদা লৈরম্বা মীশিংদা হংদুনা মদুগী গেট মপাদা লাক্লে। চেক্কী ফক্লাংনা ইকোয় কোয়না খাজিনবা নূপীশিং ঙাক্তা লৈবা মফম অদুগী তোপতোপ্পা শক্তম অদু উবদা মহাক মপুক্নীংদা লাওতক্লবা, নিংকোক নিংকোক তৌবা ৱাখল অমা ফাওই, মফমদুদা মহাক পাক হেক চঙশিনবা ঙমদে। মপান্দসু কনামতা লৈরমদে। মনুংদদি নূপীশিং খরনা ৱা ঙাওবগী অমদি ফিনচিংবা শাবগী কোনগী মখোল তায়। মহাক গেট ময়াদা ঙহাক তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈরে।

তাঞ্জা অদুদা গেট অদু হাংদোক্তুনা নূপী অনীখক থোরক্লে।

শরৎনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়রকই, "ৱা অমতা হংজগে?"

"করি ওইরবনো?"

"সিদা লৈবা মী অমতা উন্নজগে হায়ববু য়াগদ্রা, করম তৌনা উন্নগদগে?"

"কনা উন্নবীগদবনো?"

শরৎনা আশাবু উন্ননীংবগী ৱাদু হায়রকই।

"ও, আশাগা উন্নবীগদবা? য়াদি য়াই, অদুবু ঐখোয়গী অসিদা নূপা-নহাদি কয়া চঙহন্দে, মশক মুন্না খঙবা মী, মরী-মতা নত্তগা ইমুং-মনুংগী মীতমক চঙহল্লি। অদোম আশাগী মরী-মতা ওইবীরব্রা?"

"নৎচদে, মহাক ঐগা চুন্না খঙনবা মীশক অমনি।"

মদু তাবদা নূপী অনী অদু খজিক্তং ঙকচাননা য়েংনরকই, অমনা হায়রকই, "খঙদে অদুদি, ঐখোয়গী সুপরিনটেন্দেন্ট ইচে মালতীগা অমুক্তং উন্নবীয়ু, মহাক্কা য়ারবদি য়াই।" মদু হায়রগা নূপী অনী অদু সড়ক ময়াগী দুকান অমদা পোৎ লৈবা চঙখ্রে।

শরৎতি গেট ময়াদা অদুম লেপ্তুনা লৈহৌরে।

নূপী অনী অদুনা দুকান্দগী পোৎ লৈরুরগা হল্লকপা ফাওবা শরৎনা অদুম্না অদুম লেপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা মখোয় অনীগী মরক্তা অমনা খরা নুংঙাইতবা মান্না হংলকই, "কৈদৌরে, ইচে মালতী উন্নবীদ্রব্রা?"

নূপী অদু ভাব তারে মহাক মনুংদা পাক হেক চঙবা হঙ্গোইদুনা লৈরবনি। "ফরে, অদুম লৈবীরম্মু ঐখোয় হায়জরক্কে," নূপী অদুনা হায়রকই।

মখোয় অনী চঙখ্রবা মতুং ঙহাক লৈরগা মশা নোইরপ তৌবী, কুলৈ কুচুদগী খরা হেন্না ঙৌবী, আনোক উপ্পী, চহী মীয়ায় চল্লবী নূপী অমা থোরকই। শরৎ ভাবনা খঙই নূপী অদু আশ্রমগী সুপরিনটেন্দেন্ট মালতী হায়বী অদু শোয়দনা ওইরমগনি। মহাক্না গেট ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্বা অদু উবদা নূপী অদুগী অথৌবা মনুং হুঞ্জিন্না উবা মানবা মমীৎ অদুনা মঙোন্দা অর্থ লৈনা হাইফেৎ মুন্না য়েংলকই।

"ইবুংঙোরা আশাগা উন্নবীগে হায়বদু?" নূপী অদুনা হায়রকই।

"অহোয়।"

"মহাক্কী মরী-মতা ওইবীরব্রা, কনা ওইবীরবনো?"

"মরী-মতাদি নৎচদে, ঐহাক মাগা চুন্না লাইরিক তম্মিন্নখিবা মীশক অমনি, মঙোন্দা ৱা অমতা হায়জনীংদুনা লাকচবনি।"

মালতীনা শরৎকী মতৌদু হাইফেৎ চিংনবা মান্না হায়রকই, "মরী-মতা নত্তবা নূপাশিংদি ’সিদা কয়া চঙহন্দে, ইবুংঙো, য়াম্না লুবা উন্নদবা য়াদবা জাৎলা, ঐঙোন্দা হায়নীংবা ৱাদু হায়রম্বা য়ারোইদ্রা?"

"য়াম্না লুবা ৱাদি নত্তে, অদুবু য়ারবদি মাগা অমুক্তং উন্নজনীংই। ৱাফম খরা মশাদা হায়জনীংদুনা তৌবনি।"

মালতী মীকুপ অমতং ৱাখল খল্লরকই। মহাক্না আশাবু জ্ঞান তাবী, আশ্রমগী অফবা থবক-থৌরাঙশিংদা মাগা খোঙবু ওইনা থবক তৌমিন্নবী, অফবী নূপী অমা ওইনা লৌই। মহাক্না আশাবু য়াম্না থাজৈ; আশানা ফত্তবা অমতা তৌরমগনি হায়বসি মহাক্না থাজদে। লাক্লিবা মীশক অদুনা অচম্বা মীওই ওইরমদুনা আশাগী মরু ওইবা পাউ পুরক্লম্বা থোক্লবদি মহাক মাগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্কনি। মরম অদুনা মালতীনা অকোনবদা হায়রকই, "ফরে, ইবুংঙো, উন্নরো, অদুবু কুইবদি য়াদে। অসুম্না তৌবা অসি ঐখোয়গী অসিদা নুংঙাইতবা খরা লৈ, অদুননি। লাক্লো ঐগী ইতুং ইল্লকউ।"

শরৎ মালতীগা লোয়ননা গেট মনুংদা চঙলক্লে।

মালতীনা মাবু মী উন্নফম কা অমদা পুশিল্লকই। কা অদু মরাক-ময়ুং হাইফেৎ মান্নবা ফনা চাউবা কা অমনি। মদুদা সোফা খরা ইকোয় কোয়না থাই, ময়ায়দা অকোয়বা টেবল অমা লৈ। মদুগী মথক্তা *ফেমিনা* অমদি *সন* চেফোঙগী কপি

অনীখক লৈ। ফক্লাংদা মশক নাইবী নুপী খরগী ফোটো চাউনা ফ্রেম চন্দুনা থেৎলি; মখোয়গী মনুংদা সরোজিনী নাইদু, ইন্দিরা গান্ধী, মাদর তেরেসা অমদি আশ্রম অদুবু লিংখৎলম্বী কল্যাণীগী ফোটো য়াওই। মালতীনা মাবু মফম অদুদা ফমহল্লল্লগা আশাদা পাউ পীবা চৎখ্রে।

শরৎ ফম্না ফম্না কাগী অকোয়বা অদু য়েংলকই। মঙোন্দা নৌনা থোকপা কাদুগী শক্তম অদুনা মাগী পূক্লীংদা থুক লাউবা অনৌবা ৱাখল অমা পোকহল্লকই। ৱাখলদু করিনো হায়বদি ময়েক শেংদে। মদু চুম্নগী অঙকপা, মীনুংশি অমদি অৱাবগা ঈরোইনবা লাঙতক্লবা ৱাখল অমনি। মহাক্লা ঙহাক অদুম্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা থোঙদা আশাগী মূর্ত্তিদু খঙহৌদনা উরক্লে। আশা নুপী অমনা ময়ূমদা লৈবগুম্না অচম্বা ফিজোল শেৎলি, শংবান্নবা ফনেক অমা শেৎলি, লৈমচুগী মোইরাংফি চনবা ফি মতেক অমা ইল্লি।

শরৎপু উবদা মহাক খরা ঙকচাননা উই। শরৎনা অদুম্না মাবু উন্নবা লাক্কনি হায়বসি মঙোন্দা য়াম্না থাজদবা অমনি। মতম কুইরবগী মমাঙদা লাইরিক তম্মিন্নবদা খঙনখিবা অদুগী মতুংদা মখোয় নোংমতা উন্নদুনা ৱারী শাখিবা লৈতে। মহাক্লা কা মনুংদা চঙলক্লগা খরা কোইবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "করি থবক্কীনো, শরৎ, ঐবু করি মরমগী উন্নবা পাম্বীরিবনো?"

শরৎ মাগী ৱাহং অদুদা পাউখুম পাক পীরক্তে, অরুবা ৱাফম অমা হৌদোক্লমদাইগী খরা ইচঙ থৌবা ঙমদবা, চমম্নবা মওঙদা ঙহাক তূমিন্না লৈ।

আশা মাগা মায়য়োক্লনা সোফা অমদা ফমথরকই।

মপান্দা কুচু মুবী ৱাইশিৎপী নুপী অমা সিড়ি ময়াগী ফালদা ফমদুনা উখোঙদা ঙাদুনা লৈ। মহাক্তু কনাগুম্বা নুপানা আশ্রমগী মী উন্নফম কাদা নুপী উন্নবা লাকপা মতমদা শঙনবা মালতীনা হেক হেক শিন্নবা নুপীনি।

শরৎনা আশাদা হাইফেৎ য়েংলগা লূকথদুনা হায়রকই, "আশা, ঐনা ঙসি লাক্লিবা অসি ঐগী মরূপ ইবোচৌবগা মরী লৈনবা ৱাফম অমগীনি।"

"হায়বীয়ু, করিনো?"

"মহাক হৌজিক মাগী নুপী শারদাগা খাইনদুনা লৈরে।"

"উম, ঐসু তাজরে, মদু য়াম্না নুংঙাইতবা অমনি।"

শরৎনা অতৈ ৱা থোইনা কোইনা অমুক হায়রুবা তৌদনা অপান্ননা হেক্তো মঙোন্দা অসুম্না হায়রকই, "মদুগী মরমদু অদোমনি হায়বা তাজরে, অদুনা ঐ অদোমগা

ৱারী খরা শাগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

মাগী ৱাদু তাবদা আশাদু খরা ঙক্লা হায়রকই, "ঐনা করম্না মদুগী মরম ওইগদৌরিবনো?"

"অদোম্না মাবু তিন্নদুনা, আশ্রমদা লাকহন্দুনা মাগী লমচৎপু চিংননীংঙাই ওইহল্লে। মহাক্না আশ্রমদা লাক্লগা ফত্তবা নূপাশিংগা লোয়নদুনা চৎমিন্নৈ হায়বা পাউ তায়। অদোম্না মহাকপু আশ্রমদা লাকপা অসিগুম্বা নূপাশিংগা সঙ্গ তৌহন্দুনা, ফত্তবা নূপীশিংগী মরক্তা থাজিন্দুনা মাবু লমচৎ চুমদবী ওইহন্নবা হোৎনৈ।"

মদু তাবদা আশাগী মায়থোঙদু খঙহৌদনা য়াম্না লাংশিনখ্রে। মহাক্না নুংঙাইতনা হায়রকই, "করি হায়বা, ঐনা মাবু লমচৎ চুমদবী ওইহনগদৌরে হায়বা ?"

"উম, অদোম্না মাবু ওক্তবী নূপী ওইহনগদৌরে, অদোমগা নকশিন্নরমদ্রবদি মহাক অসিগুম্বা ফীবমদা তারম্লোই," শরৎনা খরা শাউরপ্না হায়রকই। "য়ারবদি অদোম শারদাগা লাপথোক্লবা হোৎনবীয়ু।"

আশানা ইকাইনা অমসুং নুংঙাইতনা হায়রকই, "শরৎ, ঐবু অদুক লান্না লৌরিবা করিগীনো? ঐনা শারদাবু ইনাউগুম্না নুংশি, মহাকপু কনাগুম্বা ফত্তবা নূপা অমতগা সঙ্গ তৌহন্নবা নত্ত্রগা আশ্রমগী ওক্তবী নূপী অমতগা লোয়নহন্নবা শীনখিবা লৈতে। মহাক্না চুন্না আশ্রমগী ওইবা থবক খরা তৌনীংবদগী মচেগা লোয়ননা লাকপতনি। ঐগী থৌরাঙদা য়াওবা নূপা কনামতগসু মাগা নকশিন্নবা লৈতে। মাগী মরমদা খল্লিবা ৱাখল অদু য়াম্না ওন্নরে, মদু য়াম্না নুংঙাইতনীংঙাইনি। অদুগা, শরৎ, ঐ ঙসি ফাওবদা আশ্রমগী নত্ত্রগা কনাগুম্বা মী অমতগী ফত্তনবা তৌখিদ্রি। ইবোচৌবনা ঐবু খল্লিবা অদু ঐ ঙক্লা থোকই। ফরে অদুবু, মহাক্লা ঐবু শারদাগা লোয়নবা পামদ্রবসু ঐ মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনগে, অদুবু ঐ মাবুদি নুংশি, নন্দিনীবুসু। ঐ মখোয়গা কায়নবদি ৱানা থোক্কনি।" তাঞ্জা অসিদা আশা মমীত্তা পিরাং চেল্লক্লে, মীকূপ খরগী মনুংদা মাগী খজাইদা পিগী মরিক খরা চেম্থরকই। মহাক্লা অমুক শমথরকই, "মসি পূন্নমক ঐগী ইরালনি, ইশাগী ইশক অমদি ঙমখৈ অদু ঐনা খঙদবদগী থোক্লিবনি। য়ুম থাদোক্তুনা আশ্রমদা লৈরবী নূপী অমবু কনানা ফজনা ঙাঙনবীগনি? অদুবু, শরৎ, নহাক ঐগা লাইরিক তম্মিন্নখিবা মরূপ অমনি, ঐখোয়গুম্বী নূপী অমগী মরমদা খজিক্তং খল্লু, ঐখোয়গুম্বা অমনা তৌগদবা আশাসি করিনো? করিসু লৈতে। চুন্না শিবা ঙাইবা ওইনা হিংবনি, ঐ নঙোন্দা শেংনা হায়গে, ঐ হৌজিক আশ্রম অসিগী ফনবা থবক খরা পায়খৎলি, মসিনা ঐগী পুন্সীগী লাইনীংনি, মসিদা

নুংঙাইনবা পূক্নীং পোত্থানবা হোৎনরিবনি। মসিদা শারদাখোয়না য়াওবা অসিগীদমক্তনি ঐবু অদুক য়াম্না লান্না, ওন্ন-তৈননা খল্লিবা। ফরে, ঐ করিসু শাউনীংদে, অদুবু মসিমতংদি ইবোচৌবদা শেংদোকপিয়ু ঐনা শারদাগী ফত্তনবা করিমতা তৌখিদে, মহাক্কীদমক ফনবতা খল্লিবনি হায়না।"

ইনাক খুল্লবা নুংঙাই-য়াইফব্বা ইমুংদা পোক্লব্বী, মতম অমদা লাইরিক তম্মিন্নরিঙৈদা মহাক্না য়াম্না হঙ্গোইনা ব্যবহার তৌনা খনখিবী, অচৌবা পুলিস অফিসারগী মচানূপী আশানা ঙসিদি অদুগুম্বা ফীবমদা লৈরগা তোম্বনা ঙাঙলকপা অদুদা শরৎ মপূক্নীংদা থুক লাউবা, নুংঙাইতবা ৱাখল অমা পোক্লকই। মহাক আশাদা খরা থীনা হায়গে হায়দুনা ঙাঙবা হৌরম্বনি, অদুবু আশাগী অদুগুম্বা ৱাঙাঙ অদুনা মাবু ইপঙ পঙশিলহনখ্রে, ৱাহৈ অমতা মচীন্দগী থোরকখিদ্রে।

মখোয় অনী তূমিন্না অমুক লৈনখ্রে, কাদু ইচীক চীকখ্রে।

মপান্দা সিড়ি ময়াদা ফম্লিবী নূপী অদুনা মরক মরক্তা মখোয়দা য়েংলকই।

ঙহাক্কী মতুংদা শরৎনা অচীকপা অদু থুগায়দুনা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "অদুবু, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, পূম্নমক অসিনা নুংঙাইতবা খরদি থোকহল্লে। মফম অসিদা লৈবা নূপী কয়াগী লীচৎকী মরমদা ময়াম্না খঙনৈ, মফম অসিবু মীনা ফজনা ঙাঙনদে।"

"উম, চুম্মী, ঐ পূম্নমক খঙই। ঐ শারদাবু 'সিদা লাক্তনবা হায়গে। মহাক 'সিদা লাক্তবদি ফনা কুইরে, অদুবু করিগুম্বা লাক্লবদি ঐ শোয়দনা হায়গে," আশানা পূক্নীং ঈথক হৌবা খোনফম অমদা অরোইবা ওইনা হায়রকই।

শরৎতু খুম্নক্তনা তূমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈখ্রে।

আশানা অমুক হায়রকই, "ফরে, অদুদি ঐ চঙখ্রগে, কুইনা লৈরবদি ইচে মালতীনা ঙাঙলক্কনি। ঐ অদোম্না হায়রিবা পূম্নমক্তু খঙজরে।"

মহাক্না কাদুদগী থোকখ্রবা মতুংদা শরৎসু হৌগত্তুনা থোরক্লে। মহাক্না আশ্রম অদুদগী ৱাখল মওল মওল খন্দুনা থোরকই। ঙসি মহাক্না আশাদা হায়রুরিবা ৱাফম অসি চুম্না হায়না খনবা হৌরকই। আশা উন্নরুরবা মতুংদদি মাগী পূক্নীং ৱাখল অসি ওন্ন-তৈনবা মওঙ অমদা লাকপা হৌরক্লে। মহাক্না আশাবু শাউনীংবগী মহুত্তা মাগীদমক্তা ৱাবা অমদি মানা আশ্রমগীদমক্তা তৌরিবা থবক খূদিংমক অদুগীদমক মরু ওইনা খনবা হৌরকই। আশাগী ৱাঙাঙ, চেকশিনবা মায়থোঙগী মতৌ, মমীত্তগী তাখিবা পিগী ঈরা অদু মহাক্না চৎনা চৎনা নীংশিংলকই। আশানা হায়বা ৱা অদু তারুরগা মাবু

লান্না লৌরুবা অদুগীদমক মহাক নুংঙাইতবা পোকপা হৌরকই। ৱারী শারিঙৈগী মতমদদি মহাক আশানা হায়রিবদু খরা য়াংনা লৌরুই, থোইনদুম থাজবা ঙমখিদে, অদুবু হৌজিক্তি মাগী ৱাহৈশিং অদুগী অরূম্বা অদু মাগী থম্মোয়দা ফাওবা হৌরকই।

নুমিত্তু ময়ূমদা হল্লক্লবসু মহাক মাগা উন্নরুবা অদুগী মরমদা অদুম খন্দুনা লৈরে। মহাক্না ইবোচৌবদা মহাক্না আশাগা উন্নরুবা অমদি মাগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা খঙহন্নবা অমদি মানা হায়রকপা ৱাফমশিং অদু তম্নবগী মতাংদা অমুক খনবা হৌরকই। মানা আশাগী মরমদা তমদুনা মানা তৌরিবা অফবা থবক অমদি মহাক্না শারদাগী মরমদা শেংদোরক্লিবা খূদিংমক অদু তম্বদা ইবোচৌবনা থাজবা ঙমগদ্রা? মদু মহাক খঙবা ঙমদে, অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, মানা ৱাফম পূন্নমক অসি ইবোচৌবদা শোয়দনা খঙহন্নবা মাগী মপূক্লীংদা লেপ্লে।

## ১৭

আশা শরৎ উন্নরুবা হঞ্জিল্লক্লগা মাগী কাদা চঙদুনা ফমুংদা চিন্তা তৌদুনা লৈরে। সুনীতিদি মতমদুদা কা অদুদা লৈতে. মপান্দা ফি শূরি। আশা ঙসিমুক পূক্নীং নুংশিবা অমুক্তা য়াওখিদ্রি। শারদাবু মপুরোইবনা লৌশিন্দবগী ৱা অদু মহাক্না হান্না নন্দিনীদগী তাখ্রবসু নন্দিনীনা মদুগী মরমদা মঙোন্দা নাকোইননা হায়খি, মহাক মশামক্না মদুগী হৌফম ওইবা মরমনি হায়বা অদুদি ফোঙদোকখিদে; ঙসিদি শারদাবু মপুরোইবনা লৌশিনবীদবগী মরমদু মহাক মশামক্না থোকহনবনি হায়না শরৎনা হায়রম্লবদা মহাক য়াম্না ইকাইবা পোকই। মহাক ৱাখল খল্লুরগা স্বরমপী হোল্লকই, মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। নুমিত্তুমা মহাক থৱায় নুংঙাইতনা লেল্লে।

নুংদাংদা মহাক অথেঙবা ফাওবা ৱাখল কয়া অসুম খন্দুনা তূম্বা য়াদে। মহাক্না শারদাবু মাগী মনাক্তা লাক্তনবা হায়বা ঙমগদ্রা? মদু নুংঙাইতনা থোকপা অমনি। মদুগী খনবদা মহাক চমম্নে। অদুদগী অমুকসু ইবোচৌবনা নুংঙাইত্রিবা খুদিংমক অদু মহাক্না অমুক্তং মশানা শেংদোকপা চুম্মী হায়না কন্না খল্লি, অদুবু মদুসু মতাং চাবা তাঞ্জা অমা লাক্ত্রিবমখৈদি মহাক্না অদুম্না তৌবদু য়াম্না হঙ্গোইনা থোকই। অসুম্না মহাক অহিংদু তূম্বা য়াদনা য়াওল তোয়না ওন্দুনা লৈরে।

সুনীতিদি তূম্বগী শূ-শা লাউবা মখোল তারকই। আশা মাবু কল্লকপা পোক্লকই। মহাক্তি মাগুম্না ৱাখলগী পোখাবা ঙহাক্তা ফংদ্রে। নুমিৎ থেঙজিল্লকপগী মী চীকপা হেনগৎলকই, লম্বীদা চৎপা গাড়িগী মখোল তাখিদ্রে, থেঙনা থবক শূবা আশ্রমগী নূপী খরনা কোন শাবগী মখোল খরা তারম্বদগী হৌজিক্তি তাখিদ্রে। অহিংদু নুংশিৎ খরা শীৎলি। ঙহাক্তংগী মতুংদা খঙহৌদনা মপান্দা মী খরনা ৱা ঙাঙনবগুম্বগী ড্রুং ড্রুং ঙম্বা খোঞ্জেল খরা তারকই। আশা নাকোং থাঙ্গত্তুনা মদু তানবা হোৎনরকই, অদুবু ময়েক্তি করিমতা শেংদে। মদু মপান্দা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপা মাল্লি, অসুম্না অহিংদা মতম চাদনা মী ৱারী শাবগী খোঞ্জেলদু তাবদা মহাক চিংনবা পোকই। অদুবু মহাক হৌদি হৌগত্রে। ঙহাক্বী মতুংদা ড্রুং ড্রুং ঙংদুনা মী খরনা ৱারী শাবগী

মখোল অদু তাখিদ্রে। খঙহৌদনা পূমচীক অমুক চীকখ্রে। নুংশিৎনা উপালশিংগী মরক্তা হুমদুনা শীৎপগী শউমদি খরা তারি। তীংলি হায়বা অহিংগী উচেক অমা-অনীনা অতিয়াদা হ্রাউনা পাইদুনা খোংবগী মখোল তারকই। নুমিৎ নীনি হুন্নিসি নোং খরা চুখি, নোংগী ঈরিকপু পামজবা, অহাঙবা মালংগী ইপোমদা শান্নবদা খোয়দাজবা উচেকশিং অদুগী খোঞ্জেলদু অচীকপা অহিং অদুদা থোইদোক্না শুম্মৎনীংঙাই ওইবা নুংশিবা সুর অমা য়াওই। হঙোই, কৌজেং, হারৌনচিংবা কয়াসু অহিংদুদা খোংবগী মখোল তারকই। আশা মখোয়দু তাবদা পুন্সীদা অমুক্তা ফাওখিদ্রিবা মফম খঙদ্রবা নুংশিবা ৱাখল কয়া মপূক্নীংদা ফাওরকই, সংসারগী করিগুম্বা অঙকপা অরোনবা মশক অমা উবগুম তৌরকই। মহাক হায়ফম খঙদবা পূক্নীং লাঙতক্লবগা ঈরোইনবা অঙকপা নুংঙাইবা ৱাখল অমসু ফাওরকই। অসুম্না কুইনা তূম্বা য়াদনা লৈরম্লগা মহাক খঙহৌদনা তূমথখ্রে।

নোংঙাল্লগা মহাক য়াম্না থেঙবা ফাওবা মীকপ থোক্লে । সুনীতিনা মাবু হৌদোরকই। মানা হৌগৎপদু নুংশা ফনা য়াম্না হাইগৎলম্লে। মহাক্না থুনা মচীন-ময়া শেংদোক্লবা মতুংদা মাগী হৈনবী মতুং ইন্না ফমুংদা ধর্ম্মগী লাইরিক পাবা হৌরকই।

সুনীতিনা মঙোন্দা য়েংদুনা হংলকই, "আশা, নহাক ঙরাংদগী থৱায় ইনুং নুংঙাইতনা উই, কৈদৌরবগে? নহাক্না ঙরাং উন্নবা লাক্লম্বা মীশক অদুনা কনানো, মহাক্না করি হায়রম্বগে?"

আশানা মমায় হনগৎলক্লগা মীকূপ অমতং মমীৎ তূকথদুনা লৈরুরগা খুম্লকই. "সুনীতি, ঙরাং লাক্লম্বা অদু শরৎ হায়বা মীশক অমনি। মহাক শারদাগী মপুরোইবা ইবোচৌবগী মমান্নবনি, ঐগসু লাইরিক তম্মিন্নখিবনি।"

"মহাক্না করি হায়রম্বগে?" সুনীতিনা খঙনীংনা অমুকসু হংলকই।

আশানা ঈংথনা সুনীতিদা ঙরাং শরৎনা মঙোন্দা হায়রম্বা ইবোচৌবা অমদি শারদাগী ৱাফম খূদিংমক অদু তম্লকই।

সুনীতিনা মদু তাবদা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "আশা, মদুদি তশেংনা নুংঙাইতবা ৱানি, মীবু অদুক য়াম্না লান্না লৌবা চুমদে।"

আশাদু খুমদনা তূমিন্না লৈ।

সুনীতিনা অমুক হায়রকই, "অদুদি হৌজিক কমদৌবা তারিবগে? নহাক্না শারদাবু আশ্রমদা অমুক লাক্তনবা হায়বা তারিব্রা?"

আশাদু স্বরমপী হোল্লকই, মখূৎনা মখদাঙ শৌরগা হায়রকই, "সুনীতি,

খঙদে, ঐনা মরম ওইদুনা মখোয়গী নুংঙাইতবা থোকপা ওইরবদি ঐ অদুন্না হায়বা তাবনি।"

"পূন্নমকসি ইনুং নুংঙাইতবা অমনি।"

"অদুবু কমদৌনি মতাংনা য়াদ্রবদি?"

মখোয় অনী তূমিন্না অমুক লৈনখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা মালতী মখোয়গী কাদা চঙলক্লে।

আশানা মাগী ফমুংদগী হৌগত্তুনা মালতীগী ফম্নবা প্লাষ্টিক্কী স্তুল অমা থারকই। মালতীনা মদুদা ফম্লগা চেকশিনবা, লাঙতক্লবা মায়থোঙগী মতৌ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "আশা, ঐ নঙোন্দা ৱাফম অমতা তান্নগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

"করিনো, ইচে?"

"অতৈ করিসু নত্তে, নহান নোংমা ঐখোয়গী 'সিদা লাকপা ইন্দ্রাণী হায়বী অদুগী মরমদনি, মহাকসি লাক্লবা খরা লুগদৌরি।"

"কৈদৌরবগে, ইচে?" আশা খরা ঙক্না খঙনীংনা হংলকই।

"য়েংউ, মহাক ঙরাং অহিং পূং তরামাথোইমুক তাবা অদুৱাইদা ইমুংদগী মপাল থোকখি হায় ........।"

"অদুগা কৈদৌরবা ?" আশানা মরক থত্তুনা হংলকই।

"মতমদুদা লতাসু মীকপ থোক্তুনা লৈমাল্লে। মহাক্না কুইনা চঙলক্তবা অদুদা লতানা থোক্তুনা য়েংলুবদা মহাক চেকপন ময়াদা হৌবা অৱাংবা বোরোই পান্থীদুগী মখোঙদা লেপ্তুনা মখূত্তা তেঙ্কিদগী ঈশিং চিংখৎনবা থৌরী অদু পায়দুনা লৈরম্লিবনি।"

মদু তাবদা আশানা খরা থক্কৎনা শোল্লকই, "ইস, করি ৱানো! মথন্তা শিজগে তৌরম্লিবা .......?"

"উম, মদু নত্তনা করি ওইগনি? লতানা মাবু ফাদুনা পুশিল্লকপনি, অদুগা ঐবু হৌদোক্লবনি। মহাক্না মখূৎ-মশানা ইঙ্গিৎ তৌদুনা ঐঙোন্দা ফজনা ভাব তানবা তাকই, অদুগা ঐগী খূৎ পায়দুনা চিংই। ঐনা চৎলুবদা মহাক্না ইন্দ্রাণীবু কা মনুংদা মপান্দগী পুনা লোন্দুনা থম্লম্মী। তমুবীসু মপান্দা লৈরম্মী।"

আশা ঙরাং অহিং মহাক্না মপান্দা মীনা ৱা ঙাঙবগী ঙ্রুং ঙ্রুং লাউবা খোঞ্জেল তাখিবা অদু নীংশিংলকই।

"মহাক্তি কমদৌনা লৈরম্মী?" আশানা হংলকই।

"ঐনা চঙবদা মহাক ফমুংদা নূংগী মূর্ত্তিগুম ফমদুনা লৈরম্মী, মীনা ঙাঙবসু

তাদে, ৱাখল অমদা উংদুনা তরং অমদা লৈরম্মী।"

"ইস, ওম্থোকপা মতৌনি!" আশানা স্বরমপী ফৃইনা হোল্লদুনা হায়রকই।

সুনীতিসু ৱারী অদু তাবদা কিবগুম, পাখৎপগুম তৌনা চঙরক্লনা লৈখ্রে।

মালতীনা মীকুপ খরদং ৱাখল খন্থরুরগা হায়রকই, "আশা, ঐ মাবু তশেংনা সিদা লৈহনবা কিরে, করিগুম্বা মানা অসুম্না অমুক তৌদুনা মথন্তা শিজরম্লবদি কমদৌনি? মদুনা ঐখোয়গী আশ্রমগী মিংচৎপু থীহনগনি, মীনা মফমসিবু য়াম্না ফত্তনা ঙাঙনরগনি।"

"অদুবু মহাকপু মফম কদায়দা চৎলু হায়রুগনি? মসিদি মরাইৱক থীরবী অমদি কনা লৈত্রবী কয়াগী চঙজফমনি। মহাকসু মফমসিদা চঙজফম লৌদুনা লৈরিবনি।"

মালতীসু ৱাখল থোক্তনা ঙহাক থৱায় ৱানা লৈ। অদুদগী মহাক্লা হায়রকই, "খঙদে অদুদি, আশা, নহাক মাগা অমুক্তং ৱারী শাদুনা য়েংউ জ্ঞান খজিক্তং তারক্লবা; নত্রবদি ফীবমসি লুগদৌরি। মানা তৌরিবা অসিনা ঐখোয় খূদিংমক চেম্থগদৌরিবনি।"

"উম, ইচে, ঐ মাগা অমুক্তং ৱারী শাগে।"

মালতীনা মখোয়গী কাদগী থোকখ্রবা মতুংদা সুনীতিনা হায়রকই, "করিগীনো মানা অসুম্না তৌরিবসি? ওম্থোকপা মতৌ হায়বদুনি।"

"করিগী ওইগনি? নীংবা কায়বদগীনি, মপুরোইবনা থীনা তৌবীরকপা, মীঙোন্দা অরানবা কয়া তৌরুবা, ৱাখলগী পোত্থাফম খঙলক্তবা, অদুনা হিংবা পাম্লক্তবা অসি মঙায়।"

আশানা নন্দিনীগী মচীন্দগী ইন্দ্রাণীনা তৌখিবা ফত্তবা কয়াগী মরমদা লোইনা তাখ্রে। মহাক্লা মাগী মরূপ নন্দিনীবু তাথীনা তৌখিবা, শারদাবু থীনা তৌদুনা মপুরোইবগী য়ুমদা লৈবা ঙমদনবা তৌখিবা পূম্নমক্তু মহাক খঙই। মহাক্লা সুনীতিদসু পূম্নমক্তু খঙহন্দুনা ৱারী শারকই।

সুনীতিসু ৱারী অদু তাবদা ঙক্লা থোকই।

আশানা ইন্দ্রাণীবু ফত্তবা থবক কয়া তৌখিবী অমনি হায়বদু খঙলবসু মাবু মীৎয়েং অদোমদগী ঙাক্তা য়েংদুনা মাগী ওইরিবা অৱাবা ফীবম অসিদা থৌওইবীদবদি পামদে, মীওইবগী ওইবা মীনুংশিগী মীৎয়েং অমদগী য়েংদুনা মহাক্কী মতেং পাংবা পাম্মী, আশ্রমগী মপুং ওইবা পান্দমসু মদুমক্নি। অদুননি মহাক্লা ইন্দ্রাণীগা ৱারী শাগে হায়না মালতীদা হায়খ্রিবদু।

আশা মহাক্লা পাবা হৌগৎলম্বা লাইরিক অদু খুমজিন্দুনা বেডসাইদ টেবল

মথক্তা থম্লগা হায়রকই, "সুনীতি, ঐ ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা অমুক্তা চঙলুখিগে।"

"ফৈ, চঙলুচো, অমুক্তুং ৰারী শাদুনা য়েংউ।"

আশা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা চৎনবা মাগী কাদগী থোরক্লে।

মতমদু মেসতা অয়ুক্কী চা থক্লবা মতম হেন্থ্রে। থেঙনা চা থকপা মখোয় অমা-অনীদি মেসতগী থোরকই। আশানা ভেরেন্দাদা চৎপদা লতাসু চা থক্লুবদগী থোরকপা থেংনরে। মহাক্লা লতাদা ইন্দ্রাণীগী মরমদা হংবদা মহাক্লা মখূৎ-মশানা ইঙ্গিৎ তৌদুনা ইন্দ্রাণীনা ঙরাং অহিং তৌখিবদু তম্লকই, অদুগা মানা মমীত্তা মখূৎ অনীনা থমদুনা ঙরাং অহিং ইন্দ্রাণীবু শঙবদা মহাক তূমদ্রে, অদুনা য়াহৌ থেঙলির্বনি হায়না খঙহল্লকই, অদুগা ইন্দ্রাণীদু হৌজিক হীপ্তুনা লৈহৌই, মথন্তা মুরুম মুরুম শোনবা, কপ্পা অসিনচিংবস্ তৌই হায়না ইঙ্গিৎ তৌরকই।

আশা ইন্দ্রাণীগী কারোমদা লাক্লে, লতাদি অতোপ্পা মমান্নবী অমগী কাদা চঙখ্রে। মহাক্লা ইন্দ্রাণীগী কাগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা মতমদা কাদু চেক-মোক লাউরমদে। (মখোয়গী কাদা লৈরম্বা তমুবী হায়বী নূপী অদুদি অয়ুক অঙনবদা মরী-মতা খরা লাক্লুনা পুখ্রে।) ইন্দ্রাণী মথন্তা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্মী। আশানা থোঙজিল কানশিন্দুনা ইন্দ্রাণীগী ফমাঙদা লেপ্তুনা কৌরকই, "ইন্দ্রাণী।"

ইন্দ্রাণীদু মা চঙলকপা অদুদা মায়থোঙদা থোইনা অহোংবা মতৌ উৎলক্তে। মানা কৌরিবা অদু তাবগুম তাদবগুম তৌনা তরং অমদা খুম্লকই, "হুম।"

আশা মাগী ওইরিবা পূক্নীংগী ফীবম অদু মুন্না খঙনা মঙোন্দা ৰা হেক্তা হাখু হাথুনা ঙাঙবা তৌরক্তে। মহাক্লা ইন্দ্রাণীগী ফমুং মচীদা তপ্না চঙশিন্দুনা ফম্লগা মাগী মরেংবান্দা মখূৎ নাম্ম থম্লদুনা হায়রকই, "করিনো, ইন্দ্রাণী, নহাক্লা তৌরিবা মতৌসি? ইচে মালতীনা নহাক্কী মরমদা ঐঙোন্দা পাউ পূম্নমক তম্লরে। অদুম্না অহিংদা থোক্লুনা নথন্তা শিজনবা থৌরাঙ তৌরিবা করিগীনো?"

ইন্দ্রাণী মানা হায়রিবদু তাদবা মান্না ৰাখল অমদা অদুম উংদুনা মমীৎ কূপ্তুনা পাঙদুনা লৈ, পাউখুম অমতা পীরক্তে।

আশানা অমুক হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক ঐনা হায়রিবসি তাব্রা?"

"উম।"

আশা খঙই মীকূপ অদুদা ইন্দ্রাণীদু ভাব তানা করিসু ৰারী শাবা য়াররোই, অদুবু মানা মঙোন্দা হায়নীংবা খরদি হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক ৰাখল করিমতা খন্দ্রমাল্লে। আত্মঘাত তৌবা হায়বসি অচৌবা পাপ অমনি। করি ৰাখলদগীনো নহাক্লা

অসুন্না তৌরিবা?"

ইন্দ্রাণীনা মমায় অদু মোন্দা শূরু শূরু নৈরদুনা স্বরমপী হোল্লগা খঙহৌদনা শাউনা হায়রকই, "ইচে আশা, ঐ ঙহাক্তা ইথন্তা লৈগে, ঐ পোত্থাফম য়াম্না খঙদে!"

মাগী ৱাখল লৈতাদবা মতৌ অদু উবদা আশা ৱা অমতা ঙাঙদনা ফমুং মচীদুদা ঙহাক অদুম ফমদুনা লৈরে। অদুদগী মানা খূদক অদুদা ইন্দ্রাণীদা ৱা ঙাঙবা কান্নররোই খল্লদুনা হায়রকই, "ফরে অদুদি, ইন্দ্রাণী, নহাক নথন্তা তৃমিন্না ঙহাক্তা পোত্থাউ, মপাল থোরক্কনু। ঐ কোন্না নঙগা অমুক উন্নবা লাক্কে।"

তাঞ্জা অদুদা লতাসু কা অদুদা চঙলক্লে।

আশানা মাবু থোঙজিল ময়াদা পুথোক্লদুনা হায়রকই, "লতা, নহাক নচে ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা খরা অদুম লৈয়ু, চথোক্কনু।"

লতানা চেকশিনবা মায়থোঙগী মতৌ অমগা লোয়ননা আশাদা য়েংলগা মখূৎনা ইঙ্গিৎ খরা তৌরকই। মহাক্না হায়রিবা অদুদি অসিনি মহাক নুমিত্তুদি থবক শূফমদা চৎলরোই, ইন্দ্রাণীবু চেকশিন্না শঙদুনা লৈরগনি, তমুবীসু অয়ূক মাগী মরী-মতা লাক্কুনা পুদুনা চৎখিবদুনা মহাক মথন্তা ঙায়রে।

আশানা মানা তৌরিবা ইঙ্গিৎ অদু খঙনা হায়রকই, "ফরে, অদুদি নহাক্না মাবু খরা য়েংশিল্লু, ঐ কোন্না অমুক চঙলক্কে।"

আশা মফম অদুদগী থোকখ্রে।

নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা অফিস কূম্লক্লগা আশা মফি-মরোল হোংদোক্লগা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লে। মতমদু পূং মঙামুক তারম্লগনি। ইন্দ্রাণী হন্দক্তি ফমুং মথক্তা থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা লৈরম্মী।

"ইন্দ্রাণী, লতাদি?" আশানা ইন্দ্রাণীগী পুক্নীংগী ফীবমদু য়েংবা ওইনা হায়রকই।

"মহাক লৈতে, ইচে মালতীনা কৌদুনা চৎখ্রি," ইন্দ্রাণীনা খুম্লকই।

মহাক্না জ্ঞান খজিক্তুং তাবা মান্না পাউখুম পীরকপা অদুদা আশা মাগা ৱারী খরা শাবা য়ারগনি হায়না খল্লদুনা নুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক্না ঙসায়গুম্না ইন্দ্রাণীগী ফমুং মচীদা চঙশিন্দুনা ফম্লগা ঈংনা হায়বা হৌরকই, "ইন্দ্রাণী, ঐ নঙোন্দা ৱা খরা হায়গদবা লৈ। নহাক্না ঙরাং তৌরিবা মতৌ অদু করি মতৌনো? মতুং মনাউ অদুম্না তৌগনু।"

ইন্দ্রাণী ৱাফম অদুগী মরমদা পল্লুবদা ঙসায়গী মতৌগুম্না তৃমিন্না লৈখি।

আশানা অমুক মখা তানা হায়রকই, "হায়য়ু, ইন্দ্রাণী, তৃমিন্না লৈবা য়ারোই,

নহাক্কী নুংঙাইতবা পূন্নমক্তু ঐঙোন্দা হায়য়ু। সংসার অসিদা মীপূম খূদিংমক হিংনরি, নঙোন্দগী হেন্না নুংঙাইতবা, অৱাবা কয়া য়াওরি, সিদা লৈরিবশিং অসিগী মরমদা অমুক্তং নীংশিংউ, মখোয় নঙোন্দগী হেন্না অৱাবা, ফীবম ফত্তবা কয়ানি। নহাক্না অসুক য়াম্না খাঙবা ঙমদ্রিবা করিগীনো?"

ইন্দ্রাণী তুমিন্না লৈরম্বদগী খঙহৌদনা হায়রকই, "সংসার অসি নরক্কী মশকনি, হিংবা হায়বসিমক পাপনি। অৱাবা খাঙলিবা মীশিংদু থৌনা লৈবা নত্তে, পাঙদবনি, শিবা কিবনি। অৱাবা কোক্লবগীদমক সংসার থাদোকপা হায়বসি নীংজগদবা অমনি।"

মাগী ৱাহৈদু তাবদা আশা ঙকপা পোকই। মহাক খঙলকই ইন্দ্রাণী হৌজিক ফাওবা মশানা শিজবগী ৱাখল অদু থাদোক্লি। মহাক্কী ৱাখল অদু চনীং তাদ্রি, মহৌশাগী ফীবমদা লৈত্রি। আশানা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নঙনা খল্লিবা অদুমক ওন্নরে। ঈশ্বরনা মীওইববু হিংলুচো হায়দুনা থারকপনি, আত্মঘাত তৌবা হায়বসি মাগা শীংনবনি ...।"

ইন্দ্রাণীনা মরক থৎলদুনা অর্থ লৈনা করেম্নবা মওঙদা নোক্লদুনা হায়রকই, "হুম, ঈশ্বর. নোক্তুম নোক্লীংই। ঈশ্বর হায়বদু লৈব্রা? ভাবনা শাবা, মীনা মশাগী নুংঙাইনবা শোনবা অদুরা? সংসার অসিদা মাগী থৌশিল অমতা লৈতে, নিয়ম অমতা লৈতে, মীনা মানা মানা থোকপা তৌদুনা হিংনীংবা মওঙদা পঙহিং হিংনবনি, মদুগী ওইফম থোকপা ফল অদু মথন্তা লাকচবনি, ফংফম থোকপা অদু মথন্তা ফংজবনি, মদু মীনা ঈশ্বরননি হায়জিনবনি। ঐ ঈশ্বরবু শূকথা থাজদে। ঐ হৌজিক হিংবসু পামদে, মীশিংবুসু তূক্কচে। ঐ খঙই শিবা হায়বা অদুমক নুংঙাইবনি, স্বর্গনি; ইথন্তা শিজবদা ঈশ্বরনা শাউই হায়বদু কনানা হায়রিবনো? মদু পূন্নমক অদু নখোয়না ভাবনা শাবনি।"

আশানা খঙলে ইন্দ্রাণীগী মপূক্নীংদা ফত্ত্রা ৱাখল ঙাক্তা পীক থন্না লৈৱে, সংসার অসি অকায়-অতোইনা থল্লবা, নিয়ম য়াওদ্রবা, অমম্বা মফম ওইনা মহাক্না উখ্রে; মহাক লাইফত্তবা অমনা খুদুমচন্দুনা লৈবগুম তৌখ্রে, অফ-নুংঙাই খূদিংমক ওন্নতৈননা উই, অফবা ৱা হায়বা খূদিংমক তাদে, ফত্তবা ৱা ঙাক্তা মচীন্দা থোরকই। আশা মাগী মতৌদু উবদা তশেংনা অকিবা, নুংশাথীবা পোকই। ইন্দ্রাণীদু মহাক্না তৌরকপা ফত্তবা থবকশিং, খল্লকপা ফত্তবা ৱাখলশিং অমদি মশাগী কান্নবা য়েংবদা মীগী খন্দবা মতৌ পূন্নমক অদুনা মাবু অদুম্না তৌহল্লকপনি হায়না মহাক্না খল্লি। আশা ৱা ঙাঙফম খঙদনা মায়থোঙ মক্না তুমিন্না লৈখ্রে। ইন্দ্রাণীদা তৌরিবা মওঙ অদু ৱাখলগী লায়না মখল অমনি, মদু তরাই তরাইনা থেমজিনবগী ৱাহৈ খরা হায়রগা নত্ত্রগা অফবা পাউতাক খরা পীরগা হেক্তা ফগদবা মান্দে, মদু কুইরক্লবা মওঙ অমনি। আশানা মদু

খঙনা ঈংথনা হায়রকই, "ফরে, ইন্দ্রাণী, নঙনা লাই থাজদ্রবসু মদুদা করিসু অকায়বা লৈতে; অদুবু নঙগী নুংঙাইতবা ৱারী খরদি ঐখোয়দা শাদোকপা য়াইদনা।"

ইন্দ্রাণীনা শাউরংননা হায়রকই, "মদু দরকার লৈতে, ঐ হৌজিক অতে করিসু পামদে, শিবা, শিবা নত্তনা! পুন্সী অসি নরক অমনি, ঐ মসিদগী নাম্থোকপা পাম্মী। নখোয়না ঐবু খাল্লিবা করিগীনো?" অদুদগী মানা খঙহৌদনা মকোক্কী নারুম মথক্কী শম অদু খূবাম অনী অদুনা পায়রদুনা শূরু শূরু নোইরগা স্বর ফূইনা হোল্লদুনা অমুক লাউরকই, "ইস, ঐ খাঙবদা ৱারে! কোক অসি পুবা ঙমদে, ঐগী ইনাক্তগী চৎখ্রো, ঐ ঙহাক্তা ইথন্তা লৈগে।"

থোঙনাউদগী হুমজিল্লকপা নুংশিৎনা মাগী থাদোক্লবা অফাবা মশমশিং অদু চুবা অমদি লেংজুমদা ইচাই চাইথরকই।

আশা থৱায় ৱানা, ৱাখল থোক্তনা ঙহাক তূমিন্না লৈখ্রে। ইন্দ্রাণীগী মতৌ অদুদা ৱা ঙাঙবগী দরকার লৈত্রে। মহাক্না লতাদা ইন্দ্রাণীবু নীংথিনা অমুক শিন্নরম্লগা মাগী কাদগী থোরক্লে।

আশা মশাগী কাদা চঙদ্রিঙৈদা মালতীগী কাদা চঙলক্লে। মালতীদু আনোক অমা উপ্লগা টেবল ময়াদা ফম্লদুনা রেজিষ্টর অমদা করিগুম্বা খরা ইদুনা লৈরম্মী। আশা চঙলকপা উৎদা মহাক্না মমায় হনগৎলগা হায়রকই, "আশা, চঙলকউ, অফিস কূম্লকপা কয়াম কুইরে?"

"ঙহাক ওইরে, ইচে, ঐ হৌজিক ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা ঙহাক্তং চঙলুবনি," আশানা মালতীগী মনাক্তা চঙলদুনা ফমুং মচীদা ফম্লদুনা হায়রকই।

"মহাক কমদৌহৌরি?" মালতীনা লূকথদুনা রেজিষ্টর অদুদা ইনা ইনা হায়রকই।

"ঐ মাগী মরমদা ইচেগা ৱারী খরা শাগে হায়দুনা চঙলক্লিবনি; মহাক জ্ঞান তানা ৱারী শাবা য়াদে, ভাব অমদা অদুম লৈহৌই। মথন্তা মুরুম মুরুম শোনবা, কপ-খোৎপসু য়াম্না তৌমাল্লে।"

মালতী ইরিবা অদু লেপ্পুনা ঙহাক তূমিন্না লৈ, অদুগা অনোক অদু মখূৎ নাম্মনা লৌথোক্তুনা টেবলদা থম্লগা শকফম হঞ্জিন্না হায়রকই, "ঐসু মাগী মরমসি য়াম্না খল্লবনি, আশা, কমদৌসিগে? নহাক্না মুন্না অমুক্তা তান্নসি, ঐদি ঙসায় হায়খিবদুনি মাবু মফমসিদা লৈহনবা তশেংনা কিবা পোক্লবনি। মহাক ঙসিগীসু চাক চাদ্রিবনি, থেম্বসু য়াদে। কয়াদা লুখ্রবনো! নহাক মাগী মপামগী ইমুং-মনুং অদু মুন্না খঙই হায়বদাই, মখোয়গা অমুক্তা উন্নদুনা ৱারী শারগা করিগুম্বা উপায় অমা তৌদুনা মাবু

পুহনখিনবা তৌসিরা?"

"অদুবু মখোয়গা নুংঙাইনদবা খরা লৈবদগী মপামদা চঙদে হায়বদুনি লুরিবা।"

"খঙদে, অদুদি কমদৌসিগে? নহাক অমুক্তা খল্লু।"

"ইচে, ঐনা খনবদি মহাক ডাক্তর অমদা অমুক্তং য়েংহনবা ফব্রা অসিনি। মঙোন্দা লৈরিবসি শাথিবা নীংবা কায়বগী মওঙনি, ব্রাখলগী খল অমা কায়বা মাল্লি। ডাক্তরদা অমুক্তং য়েংথোকহল্লগা মদুনা ফবা ঙমদ্রগা করি তৌসিগে হায়বদু অমুক খন্নবা য়াই। য়াদ য়াদ্রগা ময়ূমগী মীদসু তাকপা তাবনি।"

মালতী আশাগী ব্রাদু তাবদা ব্রাখল মুন্না খন্থরকই, অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "ফরে অদুদি, মাবু অমুক্তং য়েংথোক্লবা তৌরসি।"

মথংগী নুমিত্তা ইন্দ্রাণীবু ডাক্তর অমা কৌদুনা য়েংহল্লে। হৌনবী মতুং ইন্না লায়য়েংদুনা মাবু হীদাক-লাংথক্লচিংবা পীজবা হৌরে। মহাক অহিংদা নীংথি-নুংঙাইনা অমুক্তা তূমদবনি, অদুবু হীদাক চারবা মতুংদদি ফজনা তূম্লে। অয়ূক-নুংথিলগী মতমদসু আশানা মাগী মনাক্তা মরক মরক্তা য়েংবদা মহাক অয়াম্বা মতমদা তূমদুনা লৈ। অসুম্না নুমিৎ খরনি লায়য়েংলবা মতুংদদি মহাক খরা ফগৎলক্লে, মশাদু খরা ঈংথনা, পোত্থানা উরক্লে।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতমনি। আশা মাগী মনাক্তা চঙলকই। ইন্দ্রাণীদু ফমুংদা হীপ্তুনা লৈ। লতাদি থবক শূফমদা চৎখিদুনা কা অদুদা লৈতে।

আশানা মাগী ফমুং ময়াদা লেপ্লদুনা হংলকই, "ইন্দ্রাণী, কমদৌরি, হকচাং খরা নুংঙাইরব্রা?"

"ইচে আশা, হকচাংসি য়াম্না চোকথৈ, কোকসু ঙাওই," ইন্দ্রাণীনা হায়রকই। অদুদগী মহাক ফমুংদগী হৌগত্তুনা ফম্নবা হোৎনরকই।

আশানা মাবু খাম্লদুনা হায়রকই, "য়ারে, য়ারে, অদুম হীপ্পু।"

ইন্দ্রাণীদু হৌগত্তুনা ফমুংদা ফম্লে, অদুগা ফমাঙদা লৈবা স্তুল অমদা আশাবু ফম্নবা হায়রকই।

আশা মাগী মতৌদু উবদা নুংঙাইবা পোকই। ইন্দ্রাণীদু ফনা য়াম্না ঈংথনা জ্ঞান তানা উরে। আশানা ফমুং ময়াদা লৈবা স্তুল অদুদা ফম্লদুনা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, ঐ নঙোন্দা ব্রারী অমুক্তং শানীংদুনা লৈরিবনি, অদুগী লাক্লিবনি। নহাক অদুম্না তৌবা হৌনব্রা? ইচে মালতীনসু নহাকপু য়াম্না শাউরবনি। আশ্রমদা লৈবা অসি করিগুম্বা নিয়ম-নীতি খরগী মখাদা লৈরিবনি, তৌনীংবা অমা হেক্তা তৌবা য়াদে। নহাক্না

করিগুম্বা নথন্তা শিজরম্লবদি কমদৌনি? নহাকপুসু অদুগা আশ্রম অসিবুসু মীনা কয়াম থীনা হায়নগনি? ফরে, মদুসু তোক্লসি, মদু অমরোমদা খরবু লায়রি। নহাক্লা নশাগী পুন্সীবু মমল য়াওদবগুম অরেম্বদা মাঙহন্নবা হোৎনরিবা করিগীনো? মদু য়াম্না তৌহৈদবা থবক্নি। মতুং মনাউ অদুম্না খক তৌগনু।"

"ঐগী পুন্সীগী মমলদি করিসু য়াওদ্রবনি, ইচে, হিংবগী অর্থ করিসু লৈত্রে।"

"করিগী য়াওদনি? মীওইবা খুদিংমক হিংবগী অর্থ লৈ। ঈশ্বরনা জীব খুদিংমক মানা শীনবা নিয়ম অমগী মতুং ইন্না হিংহনবা পাম্মী। মহাক্লা ঐখোয়বু লৌশিনবীদ্রিবা মতম অদু ফাওবা ঐখোয় অসুম হিংগদবনি।"

মমাঙগী থৌদোক্তা আশানা ঈশ্বরগী ৰাফম পল্লবদা ইন্দ্রাণীনা মরৈ কন্না য়েত্তুনা শাউনা ঙাঙলকখিবা অদু ঙসিদি তৌরক্তে। মহাক্লা ঙহাক তূমিন্না লৈরুরগা খঙহৌদনা হায়রকই, "ইচে, পুন্সীসি নুংঙাইতে, হিংবসি নুংঙাইতে। ঐ হৌজিকসু হিংনীংবা পোক্তে।"

"নঙনা নুংঙাইত্রিবা খুদিংমক অদু ঐঙোন্দা অমুক্তং হায়দোকউ।"

"ঐগী মরমদা ইচেনা পুম্নমক খঙলবনি। ঐনা করি অমুক হায়নীংঙাই লৈবগে? হৌজিক সংসার অসিদা ঐগীদমক কনাসু লৈত্রে ...," অসি হায়রগা মহাক খঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, অদুদগী ফিগী মচীনা মপি তৈথোক্তুনা কপ্পা হৌরকই।

"করিগী লৈতনি? নহাক্কী ইমা অমদি ইবুং লৈরিবা অসিদি। নহাক্কী করি ৰানীংঙাই লৈবগে?" আশানা হায়রকই। মহাক্লা ইন্দ্রাণীগী মপুরোইববুদি মহাক্লা নুংঙাইরোই খন্দুনা পল্লক্লে ।

মদু তাবদা ইন্দ্রাণী মপি তৈথোক্লদুনা স্বর ফূইনা হোল্লকই, অদুগা হায়রকই. "ইচে আশা, ঐনা মখোয় পুম্নমক্কী ফত্তনবা, নুংঙাইতনবা তৌরুরগা মখোয়না ঐগীদমক করি খনখিগনি? মখোয়গা ঐগা অদুক্কী মতিক লাপ্নখ্রে, মখোয়না ঐবু হিংলি হায়বা ফাওবা য়ৌনা খল্লম্লরোই।"

"কদায়দগী ওম্ব্রোকপা ৰানি, ইন্দ্রাণী, মমা অমনা মচাবু নুংশিদবা ঙম্বা ওইথোক্তবনি, নহাক্লা মাগী নুংঙাইতনবা তৌখ্রবসু মহাক্লা নহাকপু শোয়দনা ঙাকপিগনি। অদুগা নহাক্কী নবুং ইবোচৌবসু অদু মঙায়, ঐ মাবু মশক মুন্না খঙই, মহাক অদুক হাক্লা মীনুংশি য়াওদবা মী নত্তে, মহাক্লসু নঙবু শোয়দনা ঙাকপিগনি।"

মমাগী মতাংদদি ইন্দ্রাণী আশানা হায়রিবা অদু খরমখৈ থাজবা ঙম্মী, মরমদি মমানা মাবু মতম চুপ্পদা নুংশিনা তৌদুনা কনখত্তুনা লাকই, অদুগা মহাক্লা মঙোন্দা

তৌখিবা মরাল অদুসু অদুক চাউখিবা নত্তে; অদুবু মবুংগী মতাংদদি মহাক থাজবা ঙমদে, মরমদি মানা মবুংগী মফমদা তৌখিবা অদু ঙাকপিফম থোক্রুবা মরাল অমনি হায়না খল্লি, মঙোন্দতা নত্তনা মনম্মা শারদা অমদি নন্দিনীদা তৌখিবা মরাল খূদিংমক অদু মহাক ইচম চন্না খনবা ঙমদে।

মহাক্না তূমিন্না লৈখ্রবদা আশানা অমুক হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক্কী মরমদা মখোয়দা পাউ পীযুরা? মখোয়না নহাক 'সিদা লৈ হায়বা খঙদ্রিবা নত্ত্রা?"

"নত্তে, নত্তে, ইচে আশা, পীরুনু। ঐ অদুম্না তৌবদু পামদে, য়াম্না ইকাইজে। ঐ অসুম খাঙজগে, পুন্সী 'সিমা অসুম খাঙজরগে, মসিমক ঐনা তৌজরুবা ইপাপকী চপ চাবা মহৈনি," ইন্দ্রাণীনা হায়রকই। অদুদগী মহাক্কী মমীত্তা নৌহৌনা পিরাং অমুক শিন্থুরকই।

কা অদু ঙহাক অমুক ইচীক চীকখ্রে।

আশা ইন্দ্রাণীগী পূক্নীংদা লাক্লিবা অহোংবা ৱাখল অদু খরমখৈ খঙই। মহাক্না হায়রকই, "ফরে, ইন্দ্রাণী, নহাক মতুং মনাউ অদুম্না অমুক তৌরনুকো। নহাক অমুক্তং নীংশিংঙউ, 'সিদা লৈরিবশিং অসি নঙোন্দগী হেন্না অৱাবা তারবা, লাইবক থীরবা কয়ানি, মখোয় খূদিংমক হিংলি। ঐখোয়না হৌজিক তৌগদবদি ঐখোয় ময়ামগী ফীবমসি ফগৎনবা হোৎনবা, নুংঙাইনা হিংনবা হোৎনবা অসিনি। নহাকসু অসিগুম্বগী মরমদা খল্লবদি শোয়দনা পূক্নীং ঈংথগনি, নুংঙাইগনি।"

ইন্দ্রাণী ঙহাক লূকথদুনা কপ্পুরগা মপি তৈথোক্নুনা মমায় হনগৎলগা হায়রকই, "ইচে, ঐ হৌজিক্তি খঙলে, ঐ তাইবঙপাল অসিগী মরমদা খঙলে, ঐনা তৌখিবা খূদিংমক্তু ফত্ত্রবা, ঙাকপিফম থোক্রুবা ইরাল ঙাক্তনি।"

অওইবমক ইন্দ্রাণী মশানা শিজগে তৌরুবদগী লায়য়েংলবা মতুং অসিদা মঙোন্দা পুন্সীগী মরমদা অনৌবা জ্ঞান খরা লাকপগুম তৌখ্রে। মহাক মীওইবগী অমদি মীওইবশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরীগী মরমদসু ৱাখল খরা খন্থুরকখি। মীওইনা হিংবদা কাহেন্না ফত্তবা, করাম্বা মওঙদা মশাগী ওইজবা থিরুবা, মানা লুনা নীংজবা মপুরোইবগা পুন্সীগী নুংঙাইবা খূদিংমক ফংমিন্নগনি হায়না আশা তৌরুবা, মী অতৈবু নীংশিংলুদনা সংসার অসি মখোয় অনীতগীনি হায়না খল্লুবা, অদুবু মমৈথঙদা মপুরোইবনা লন-থুম অমদি শেলগী নত্তনা মাবু করিসু থৌওইনা তৌরক্তবা পূন্নমক অদু নীংশিংলুবদা মঙোন্দা য়াম্না নুংঙইত্তবা পোক্রকখি। মহাক মখোয়শিং অদু আশাদা ফোঙদোকফমদি খঙদে।

আশানা মাগী ৱাখল অদু খরা খঙবা মান্না নুংশিনা হায়রকই, "কৈদৌনি,

ইনাউসিদি ৱাখলদা নুংঙাইতবা থল্লুনু, নঙগী নুংঙাইনবা, ফন্নবসু ইচেনা শোয়দনা হোৎনগনি।"

মাগী ৱাহৈ অদুনা ইন্দ্রাণীবু পুক্লীং লুমহল্লকই। মদুনা মঙোন্দা করিগুম্বা অঙকপা প্রভাব অমা পীরকই, মাগী ৱাখল চাউথোকহল্লকই।

আশানা ইন্দ্রাণীদা হরাউ-হরাউ হায়রকই, "ফরে, অদুদি পোত্থারো। করিগুম্বা নুংঙাইতবা লৈরবসু ঐগী কাদা অসুম হেক্তা মরক মরক্তা চখোরকউ, ৱারী শাসি।"

## ১৮

ইবোচৌবখোয়গী ইমুংদু হৌজিক্তি য়াম্না চীক্লে, মখোয়দা থবক নোম্নবা থম্বা নুমিৎলৈদু থামুক্কী মমাঙদা ময়ূমদা খরা লৈরুখিগে হায়দুনা চৎখ্রে। মানা পুরম্বা ইমুংগী থবক খূদিংমক অদু হৌজিক্তি ইবোচৌবগী মমানা পুবা তারে। মহাক মপাঙ্গলসু অদুক হাক্লা কন্দ্রে. মদু পূম্নমক তৌবা অদু মঙোন্দা অৱাবগী মশকনি। অদুগা অমুকসু চীকপগী নুংঙাইতবা অমসু লৈ। ইবোচৌবনা অফিস কাখ্রগা চাউখ্রবা য়ূম অদুদা মহাক মথন্তা লৈহৌই, মী কনাগসু ৱারী শানীংঙাই লৈতে। ওইরিবা ফীবম অসিদা মঙোন্দা হায়ফম খঙদবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমদি ইরৈ লৈরে।

ইবোচৌবসু অফিস কাবা নত্তনা ময়ূমদগী কয়া চখোক্তে। মহাক য়ূমদা লৈবা মতমদা লাইরিক পাদুনা লেপ্লি। নুংথিলগী মতমদা অফিস কূম্লক্লগা মহাক মাগী মমাঙগী লৈকোন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বীগী মখোঙদা লৈবা নূংনা চনবা ফম্ফমদা ফমদুনা লাইরিক পাদুনা লৈবা য়াওই। নোংমা  নুংথিল অমসু মহাক অসুম্না লৈকোন্দুদা ফমদুনা লাইরিক পাদুনা লৈ। মতমদু নুমিৎনা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা তানীং-তামাঙ তৌরে, নুমিৎকী অরোইবা ঙাঙলৈনবা মঙালনা উতোন-ৱাতোন খরদা য়ৈরি, অদুবু লৈমায়গী শরুক্তি নুমিৎকী মঙাল লৈত্রে। বসন্তগী মমৈনি। লৈকোন্দা হৌবা উপালশিংগী মনা অদু য়াম্না পূংনা ইশং শংনা লৈ। লৈহাউ, কবোক্লে, গুলাব, কুন্দ, জবাকুসুম কয়া মকাফন্না শাৎলি। নুমিদাংৱাইগী অতপ্পা নুংশিৎনা লৈহাউ অমদি কবোক্লেগী মনম শন্দোক্নুনা লৈকোল অদু লৈনম্না শীঙ্খুংনা নম্মী। ইবোচৌবা পারিবা লাইরিক অদু মরক মরক্তা লেপ্তুনা লৈকোন্দা শাৎলিবা লৈশিং অদুদা ৱাখল অমদা ইতাউ তাউনা য়েংদুনা লৈ। মহাক্কী পূক্নীংদু পোত্থাফম ইখঙ খঙদে। পুক্নীদা নুংঙাইতবা, চিংনবা, খোয়শাউনবা ৱাখল কয়ানা মরম ওইদুনা মাগী থম্মোয়গী অঙৗংবা নুংঙাইবা মশক অদু মাঙখিবা কুইরে। মহাক্কী পূক্নীং লৈতাদবা, পোত্থাফম খঙদবা মতৌ অদুদা মহাক করিগুম্বা অমদি শোয়রে, করিগুম্বা অমদি ৱাৎলে হায়বদু মপূক্নীংদা ফাওই, অদুবু মহাক মদুদগী নাম্থোক্লবা উপায়দি মফম খঙদে। মাগী মথক্তা অৱাংবদা হৈনৌ, লৈহাউ

অমদি অতে উপালশিংগী উনা মরক্তা সন্ধ্যাগী উচেকশিংনা লাওলি। মানা ফম্লিবা মফম অদুদগী নক্কা হৈনৌ পাম্বী অমগী মনাপুংলবা মশা মরক্তা অনৌবা লমখুনু মচা অনীখক মপী লাকপা উবদা মশা ফ্রৎ ফ্রৎ খপ্পুনা উশাশিং অদু শ্রোৎ শ্রোৎ লাউরকই। লাওলিবা উচেকশিংদু সন্ধ্যা ওইরকপদা করিগুম্বা থৌরাঙ অমা তৌবগুম, মখোয় খূদিংমক করিগুম্বা খরা ইখঙ খঙনবগুম, প্রকৃতিগী মরক অদুদা নুংঙাইবগী অঙকপা ময়াই অমদা তাউবগুম উই। মখোয়গী নুংঙাইবা মতৌ অদু মহাক খঙহৌদনা কল্লকপা পোক্লকই, মহাক্তি মখোয়গুম্না নুংঙাইবা ঙমদ্রে। মহাক স্বরমপী অমুক্তং হোল্লগা লাইরিক অদু খুমজিন্দুনা তূমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা মখোয়গী গেটতা গাড়ি অমা খামখিবগী মখোল তারকই। ঙহাক্কী মতুংদা মাগী মমান্নবা শরৎ মাগী মনাক্তা চুমদ্রীং চঙলক্লে।

ইবোচৌবনা ব্রাখল অমদা উংদুনা লৈরম্বদগী শরৎ লাকপা উরকপদা মাবু কৌশিল্লকই।

শরৎ মাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্ফম অদুদা ফম্লরে। মহৌশাসু মখোয় অনী লৈকোল অদুদা ফম্লগা ব্রারী-ব্রাতাই কয়া হেক হেক শাদুনা লেনখি। শরৎ লৈকোল অদু য়াম্না নুংশিনা তৌই। মহাক্না মদুদা লাক্লগা শাৎলম্বা লৈশিংগী মখল, মচু, মওঙ-মতৌ কয়াগী মরমদা হেক হেক ব্রারী শাই। ঙসিদি মহাক মদুগুম্বগী মরমদা ব্রারী শারক্তে। মহাক্না মীকূপ খরদং তূমিন্না ফম্লগা হায়রকই, "ইবোচৌবা, ঐ নহানমুক আশাগা উন্নবা চৎলুরে, মদুগী পাউদু নঙোন্দা তমগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

মদু তাবদা ইবোচৌবগী শকফমদু খরা হঞ্জিনখি।

শরৎনা অমুক হায়রকই, "ঐনা মঙোন্দা শারদাবু লোয়নদনবা, মাবু আশ্রমদা লাকহন্দনবা হায়রম্লে।"

ইবোচৌবগী মায়থোঙগী মতৌ অদুনা অসুম্না হায়বগুম তৌই, "হৌজিক মদুগী করি অমুক কান্নরিবগে?"

শরৎনা মাগী অনীংবা ব্রাখল অদু মপূক্লীংদা খঙই। হৌজিক শারদানা আশাগা লাপথোক্লরবসু মাগী মিংচৎ থীবা, মীনা ফজদনা ঙাঙনখিবা অদুদি কোক্লরোইদবা দোষ অমনি। শরৎনা হায়রকই, "ইবোচৌবা, আশানা ঐঙোন্দা শারদাগী মতাংদু নঙোন্দা অমুক্তং শেংদোক্লবা হায়রকই।"

"করম্না শেংদোক্লবা হায়রক্লিবা?"

"মাগা নকশিন্নবনা মরম ওইদুনা শারদাগী লমচত্তা করিসু অমোৎপা লৈতে।

মাগী থৌরাঙদা য়াওরিবা নূপাশিংগা অমদি আশ্রমগী ওক্তবী নূপীশিংগা শারদাগা নোংমতা নকশিন্নরুবা তৌদে ....।"

ইবোচৌবনা মরক থত্তুনা হায়রকই, "কান্নদে, শরৎ, ঐ মসিগী ৱারী শাবা ফাওবা পামদে, নূপী অমগী লীচৎপু অদুম্না হেক্তা লায়না শেংদোকপা য়াবা নত্তে।"

শরৎনা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ইবোচৌবা, আশানা আশ্রম অদুগী অফবা থবক খরা তশেংনা পূকচেল শেংনা তৌবা মাল্লি, মদুদা শারদা মশানা আশ্রমগীদমক ফনবা খন্দুনা য়াওরুবতনি, মদু ফত্তবা মায়কৈদা ঙাক্তা খনবসু চুমদে।" মহাক্না ৱারী শাবদা আশাগী মমীত্তগী শিঙ্খিবা পি অদু নীংশিংলকই, অদুবু মদুগী মরমদদি মাগী মরূপ অদুদা করিমতা পল্লক্তে ।

"মহাক্না করি করি তৌরিবা?" ইবোচৌবনা হংলকই।

"আশ্রমদা লৈবা মীওইশিংগী ফনবা থবক-থৌরাঙ খরা পায়খৎপা ওইরমগনি। মানা ঐঙোন্দদি শেংনা হায়রক্তে।"

ইবোচৌবা মতৈমো নন্দিনীনা নোংমা মঙোন্দা আশ্রমদুদা মখোয়না তৌরিবা থবক-থৌরাঙ অদুগী মরমদা হায়খিবদু নীংশিংলকই। মাগী মরূপ শরৎ মশামক পূক্নীং খরা নৌথবা মান্না মখোয়না তৌরিবা থবক অদু অফবগী ভাবতা অদুগা আশ্রম অদুদা পূক্নীং চঙবগী মওঙদা ঙাঙলকপা অদু ইবোচৌবা মপূক্নীংদা ফাওই, অদুবু মহাক মদুগী মরমদদি করিমতা হায়রক্তে, তুমিন্না লৈখ্রে।

শরৎনা নুমিত্তু মাগী মনাক্তা ফনা কুইনা ফমদুনা শারদাগী মতাংদা মাগী পূক্নীং হোংনবা ৱা কয়া হায়রম্লগা মাগী মনাক্তগী হনখ্রে।

শরৎ চৎখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা লৈকোলগী ফম্ফম অদুদগী হৌগত্তুনা থোরক্লে, অদুগা মাগী কাদা চঙখ্রে। মহাক শরৎনা হায়রম্বা ৱাফম খরা অসুম নীংশিংবা হৌরকই। হৌজিক মাগী পূক্নীংগী ফীবম অদু ইফৎ ফত্তে, নুংশিবা, থাজবা, কখোকপা অসিনচিংবগী ৱাফমদু থোইনা মপূক্নীংদা অর্থ লৈনা লৌদে। মীওইবনা মশাগী নুংঙাইবা নত্ত্রগা মশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মী অতৈগী য়াম্না খনবা হায়বসি ওইথোক্তবনি হায়না মানা লৌই। থোইদোক্না আশানা অদুম্না তৌবদা মহাক্না থোইনদুম চিংনবা পোকই। "অদুম্না তৌবগী মিংদা মহাক্না নূপা-নহা কয়া সঙ্গ তৌবগী খুদোংচাবা লৌরিবনি। আশ্রমদা লৈবী নূপী অমনবু কয়া জুগোৎ চাগনি? মহাক্না নূপী অতৈবুসু ফত্তবা লম্বীদা চিংশিন্নবা হোৎনরিবনি," মহাক্না খল্লকই। অসুম্না মহাক পূক্নীংগী পোত্থাফম খঙদনা লৈ। অদুদগী মহাক্না টেবলদগী মানা লৈকোন্দা পারুবা লাইরিক অদু লৌখত্তুনা

অমুক পানবা হোৎনরকই, অদুবু মদুদসু পূক্নীং চঙদদুনা মহাক মদু খুমজিনখ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা ইবোচৌবনা মাগী মরূপ শরৎতু বাজারদা অমুক থেংনৈ। শরৎনা মঙোন্দা মহাক আশ্রমদা চত্তুনা আশাগা অমুক উন্নরুরে হায়না পাউ তম্লকই, অদুগা আশানা পায়খৎলিবা উপায় লৈত্রবী নূপীশিংগীদমক শেল তুংখত্তুনা তৌরিবা থৌরাঙ অদুগী মরমদা মঙোন্দা খঙহল্লকই। ইবোচৌবনা য়াম্না ঙকপদি শরৎসু আশাগী থৌরাঙ অদুদা য়াওনীংবগী ৱাখল ফোঙদোরকই। শরৎনা হায়রকই মহাক আশাগা উন্নবদা মালতীসু য়াওনা ৱারী শারুরে, আশ্রম অদুগী ফগৎনবগী মরমদা খন্নরুরে, মখোয়না পাম্বা মতুং ইন্না মহাক্না আশ্রমগী শঙ অমা শাদুনা কৎনবা হোৎনরগনি।

শারদাগা নন্দিনীগগী মতাংদদি শরৎনা মঙোন্দা অসুম্না হায়রকই, "শারদাদি আশাগী মনাক্তা অমুক্তা লাকখিদ্রে হায়। অদুগা নন্দিনীদি অদুম লাকমাগ্লে। মাদি আশ্রম অদুগী ফনবা পায়খৎলিবা থবক-থৌরাঙ অদুদগী তোকউ হায়বা য়াগদবা মান্দে।"

ইবোচৌবা তুমিন্না লৈ, মতৈমা নন্দিনীগী মতাংদদি মহাক ৱা করিসু হায়রক্তে।

মখোয় অনী কায়নরবা মতুংদা ইবোচৌবা মাগী মরূপ শরৎকী অহোংবা ৱাখল অমদি মাগী থৌরাঙ অদুগী মরমদা খন্দুনা লাকই। মহাক্না মপূক্নীংদা চমন্নবা. অঙকপা অমগা লোয়ননা খল্লি, "পূন্নমক অদুগী কান্নবা করিনো? পৈশা অরেম্বদা হুন্দোকপনি। মথোঙ চাদবীশিং অদুগীদমক্তা ঐখোয়না করি তৌগদৌরিবনো? মখোয় ফৰক্লরোইদবা ঙাক্তনি। মদু মখোয়বু থোইনদুম থৌগৎপা অমনি।"

মথংগী নুমিৎনি! ইবোচৌবনা মাগী কাদা লৈরিঙৈদা মমানা চঙলক্নুনা থোঙজিল ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো, ৱা অমতা হায়গে।"

"করি ৱানো, ইমা?"

মমানা মানা হায়গদৌরিবা ৱা অদু পাক হৌদোকপা ঙমদনা মীকূপ অমতং তুমিন্না লৈরগা মমায় মক্না হায়রকই, "ইবুংঙো, ঐখোয়গী ইন্দ্রাণীগী ৱানি। মহাক্তু মপুরোইবগী মনাক্তা লৈতদুনা নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা লৈরে হায়না তায়। ঐনা ঙসায় ঈশৈ তিন্নবগী ফম্বদা ইমান্নবা অমনা তম্লকপনি। মানা মখোয়গী মী অমা মফমদুদা উন্নবা চৎলুবদা ইন্দ্রাণীদু মদুদা লৈরে হায়বদু খঙলকপনি।"

ইবোচৌবা মাগী ৱাদু তাবদা থোইনা ঙকপা অমদি থক্কৎপা তৌদে, মায়থোঙগী

অহোংবা করিমতা লৈতনা হায়রকই, "করি মরমগীনো মানা মদুদা লৈরিবদি?"

"কনানা খঙগনি, ইবুংঙো? করিগুম্বা নুংঙাইনদবা অমদগী ওইরমগনি।"

ইবোচৌবনা হান্নগী অচেৎপা মায়থোঙ অদুদা হায়রকই, "ইমা, মাগী মপুরোইবা লৈরি, ঐখোয়না করি তৌফম থোকপগে? মহাক্তি মাগী ফংফম থোকপা সম্পত্তি পন্দুনা মানা থোকপা তৌগনি হায়দুনা লৈখ্রবনি।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা মমাদু নুংঙাইতনা উই। মমাগী নুংঙাইনদবা থৌদোক অয়া অদুগী য়েংলুরবদি মহাক্না মচানূপাদা ইন্দ্রাণীগী ৱা পল্লুবা অসি য়াম্না নাতৈ পন্দবা, নুংঙাইতবা মওঙ অমনি; অদুবু মহাক্না মদু পন্দবদি ওমদে, মরমদি মচানূপীগী জীবম ফৎলক্ত্রবা নত্ত্রগা শোক্লক্লবা মতমদুদা মমা অমা ওইনা মাগী থম্মোয়দ। খাঙবা ওমদে, মচানূপাদা মদুগী মরমদা খঙহল্লগা করিগুম্বা মওঙ অমদা মচানূপীগী অৱাবদু কাক্কদবগুম খল্লি। মহাক্না মরাল লৈরবা মীগুম্না শক্তি য়াওদনা ইতূক তূকথনা হায়রকই, "ইবুংঙো, নচন অদু হন্না য়েংবদা ঐখোয় নত্তনা কনাসু লৈত্রবনি।"

মদু তাবদা ইবোচৌবনা খরা শাউনা হায়রকই, "করি লৈতনি, ইমা? ঐনা হায়খিবদুনি, মাগী মপুরোইবা লৈরি, মদুগী দায়িত্ব মানা লৌগদবনি। ঐখোয়গী পবকার লৈতে।"

মমাদু মায়থোঙ লাংশিন্না লৈ।

ইবোচৌবনা অমুক মখা তানা হায়বা হৌরকই, "ইমা, মহাক খরা খঙসনু! মহাক খঙদ্রি পুন্সী হায়বসি করিনো, মীওইবগী মরী হায়বা অসিনা করিনো হায়বদু। মহাক মপুরোইবনা পূন্নমক্তগী হেল্লি হায়না খনবনি, মখোয় অনীখক্তগী নুংঙাইনবা পাংনবদা ঙাওবনি, মী কনাগীসু খন্দবনি। হৌজিক্তি মহাক কৈদৌরবগে, মহাক নুংঙাইরব্রা, মহাক্কীদমক্তা কনা লৈরিবগে? ইমা, ঐসু মাবু ইচন্নি, নুংশিরিবনি। মহাক খরা হেনমল্লি, ঐনা হায়রিবা অসিনি মহাক খরা খঙসনু।"

মমাদু থোঙজিল ময়াদুদা ফমদুনা ফি মচানা মপি তৈথোক্তুনা শূৎ শূৎ কপ্পা হৌরকই।

ইবোচৌবনা অমুক হায়রকই, "মহাক খঙদ্রি মীওইবগী মমা-মচা, মচীন-মনাউ ওইবগী মরী হায়বসি কয়াম লুবগে হায়বদু। ফরে, ঐ মসিগী মতাংদা ৱা মখা তানা হায়নীংদে। ইমানা মাগীদমক য়াম্না খল্লগা ইমানা অসুম্না তৌবা ফৈ হায়বদু খল্লগা তৌবীয়ু, ঐদি করিসু য়াওরোই।"

মমাদু নুংঙাইতনা মাগী কাদগী থোকখ্রে।

মমা থোকখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা ফমুংদা ফমদুনা ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই। ঙসি মমানা মঙোন্দা নৌনা তল্লিবা মচননূপী ইন্দ্রাণীগী পাউ অদুনা মঙোন্দা অনৌবা খোয়শাউনবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা পোকহল্লকই। মমাগা ৱারী শাবদা মচননূপীগী মরমদা শাউনা চৈদুনা ঙাঙখ্রবসু মহাক মাগী ৱাখল অদুদগী নাহোকপদি ইঙম ঙমদে। মহাক স্বর ফৃইনা হোল্লগা ইমুংগী লময়ায়দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলকই। মহাক্কী মচীন্দা খঙহৌদনা শোল্লকই, "ফত্তবী নূপী, ফত্তবনা মশরুক ওইবী, ইমুংগী লন-থুম, সম্পত্তি পূন্নমক মাঙহন্নবা শীনবি; ফৈ খঙসনু, মফম অদুমক্তা মাগী চপ চাবা মফমনি। মহাক্কীদমক্তা ঐখোয়না করি তৌফম থোকই?" মহাক মচননূপীনা তৌখিবা থবক, ফত্তবা থৌশিল কয়াদু নীংশিংলুরগা হেন্না হেন্না শাউনীংবা পোক্লকই। অদুবু মহাক্না মমাগী মমীত্তা পি তাখিবা অদু নীংশিংদুনা অমুক খল্লকই, "ফরে, ঐ মসিগী মতাংদা ৱাদি অমুক ঙাঙলরোই, তুমিন্না লৈরগনি।"

নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইবোচৌবগী মমাদি মথৱায় অদুম নুংঙাইতনা লৈখ্রে। অয়াম্বা মতমদা মহাক মমায়-মমীৎ ইপোম পোম্না উই। মচাগীদমক্তা ৱাবা ৱাখল অদু মঙোন্দা মতম চুপ্পদা চিন্তাগী পোৎলুম ওইরে। মহাক মশামক আশ্রমদা চত্তুনা মচানূপীগী মরমদা হংনীংই, অদুবু মদুসু মহাক ঙমদে, মরমদি মদু ইবোচৌবনা করিগুম্বা খঙলক্লবদি মাবু য়াম্না শাউগনি; হৌখিবা থৌদোকশিংগা মরী লৈনন্না মহাকসু মরাল ইরে লৈবগুম মচানূপাবু ইকি কি। মহাক মনুংদা নুংঙাইত্রবসু মচানূপীগী মরমদা ইবোচৌবদা ৱারী অমুক শারক্তে ।

ইন্দ্রাণীনা আশ্রমদা লৈরবা মতুংদা মাগী মপুরোইবা বিধুনা মাবু নোংমতা থিরকপা নগুগা হংবা তৌরদে। মখোয়গী য়ুম-হিঙ্গোল অদুদা মপুরোইবনা নূপী অতোম্বী অদুগা লোয়ননা নুংঙাইনা লৈরমগনি হায়বসি খল্লুবদা মহাক য়াম্নমক খোয়রাঙ খোয়শাউনৈ। মানা তৌরুবা, হোৎনরুবা অয়াম্বা থবক খুদিংমক অদু অরেম্বনি হায়বা খঙলক্লুবা মতুংদা হৌজিক মহাক নীংবা কায়বগী মওঙদা অদুম লৈ। অদুবু আশাগী খেমজিনবা ব্রাহ্মে খরনা মাগী মথন্তা শিজবগী ব্রাখল অদুদি থাদোকখ্রে। মহাক্না হৌজিক খল্লকই, "ফৈ, হিংখিগনি, পুক্সীগী তৌফম থোকপা থৌদাং খরদি পাঙথোক্লমখিগনি।" আশানা মঙোন্দা ওইজবা থাদোকপা, তোল্লবা মীগী মতেং পাংবা, আশ্রমগী চাওখৎনবা হোৎনবা অসিনচিংবগী মরমদা ব্রারী শাবদগী মহাক হীরম অদোমদা পুক্লীং খরা চঙবা হৌরকই। ব্রাখল অদুনা অমরোমদা মঙোন্দা পুক্লীংগী পোখাবা খজিক্তুং পী।

নোংমা নুংদাং অমনি। আশাগা ইন্দ্রাণীগা চাক চাবা তোক্লবা মতুংদা ভেরেন্দাদা থাবা ফাল অশাংবা অমদা ফমদুনা ব্রারী শারকই। মেসতা থেঙনা চাবা মী খরদি হৌজিকসু চাক চাবগী লাঙলি, চাক চাবা তোক্লবা মখোয় খরনা মাগী মাগী কাদা ঈশৈ শক্লুনা, যন্ত্র খোংদুনা লাঙলি। মখোয় অনী ব্রারী অসুম শাবদা আশানা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক্না সিদা লৈরিবসি নখোয়গী তামো অমদি ইমাদা অসুম খঙহন্দনা লৈবসি চুমদে, মখোয়দা অমুক্তং খঙহনবদি ফৈ। নহাক মসিগী মতাংদা মুন্না অমুক্তং খল্লু।"

মদু তাবদা ইন্দ্রাণীনা মঙক হাইরদুনা মহৌশাগুম অদুম য়ানীংদবা উত্তুনা হায়রকই, "নত্তে, ইচে, ঐ ঐখোয়গী তামোদা শক অসি কৈদৌঙৈদসু উৎপা ঙম্লরোই। ঐনা মঙোন্দা ইরাল কয়া লঙজখ্রবনি। ঐনা পুক্সী অসিমা তপ তৌরবসু ঐগী ইরাল অদুদগী কোকপা ঙম্লরোই। অদুগা ইমাদসু ঐনা ইরাল লঙজখ্রবনি, মাগী অনীংবগী মায়য়োক্তা ঐনা মাবু মথন্তা য়ুমদা হুন্দোক্লমদুনা মাগী নুংঙাইতনবা তৌখ্রে, মহাক্না ঐবু শাউদুনা য়ুমদা পুক্সী অসিমা চঙলক্তনবা হায়রকখিবনি।"

আশাদু মঙোন্দা মদুগী মরমদা তকশিন্দুনা অমুক হায়রক্লে , মীকুপ অমতং ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, পূন্নমক অসি নুংঙাইতবা মওঙ অমনি।"

"অদুবু, ইচে, ঐনা হায়খ্রবদুনি মসি ঐগী দোষননি, ঐ অদুম তূমিন্না খাঙজরগে খল্লে।"

মখোয় অনী ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈনরুরগা আশানা অতোপ্পা ৱাফম অমা হৌদোক্লদুনা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নখোয়গী তামোদি ঐবুসু শাউরিবনি, শারদাগা লোয়নৈ, মাবু আশ্রমদা লাকহন্দুনা লমচৎ নাইদবী ওইহনগদৌরে হায়না। ঐনা মাগী মমান্নবা শরৎতা মদুগী ৱাফম অদু শেংদোকখ্রে, অদুবু মানা ঐবু অসুম লান্না লৌরমখিগদ্রা খঙদে, ঐ ইশামক্লসু মঙোন্দা ৱাফম পূন্নমক অদুগী মরমদা অমুক্তং ৱারী শাগে খল্লিবনি।"

"ইনম্মা শারদাবু ˚সিদা লাক্লিবা, অদুদি করিগীনো?" ইন্দ্রাণীনা খরা ঙক্লা হংলকই।

"মহাক নঙ লাক্তিৈঙদা ˚সিদা নন্দিনীগা লোয়ননা মরক মরক্তা হেক হেক লাক্লম্মী, মহাকসু ঐগী থৌরাঙ অদুদা য়াওই। অদুবু কোন্নদি মহাক ˚সিদা লাকখিদ্রে, ঐনা নন্দিনীদা মাবু অমুক পুরক্তনবসু হায়খি।"

নন্দিনীনা আশ্রমদা লাকপগী ৱাসি তাবদা ইন্দ্রাণীনা খরা লাঙতক্লনা হংলকই, "ইনম্মা নন্দিনীদি হৌজিকসু অদুম লাক্লিব্রা?"

"উম, মহাক্তি লাক্লি, মহাক নহান্দসু ˚সিদা লাক্লম্মী।"

"মহাক ঐনা ˚সিদা লৈবগী ৱাসি খঙখ্রব্রা?"

"খঙখ্রে।"

ইন্দ্রাণীদু তূমিন্না ৱাখল খল্লগা লৈ।

আশা খঙই নন্দিনীগা নুংঙাইনদবা খরা লৈবদগী ইন্দ্রাণীনা মাবু উন্নবা পাল্লমদবা য়াই হায়বদু। অদুবু মহাক মদুগী মরমদা মখা তানা ৱারী শারক্তে । মখোয় অনী আশ্রমগী ওইবা অতৈ ৱারী খরা অসুম শারকই; আশানা মহাক মশাগী ওইবা ৱারী খরসু শারকই।

ইন্দ্রাণীনা হংলকই, "ইচেদি য়ুমদা কৈদৌঙৈদসু হল্লরোইদ্রা?"

"ঐ হনগে হায়না খন্দ্রে, ঙল্লিবমখৈদি ˚সিদা অসুম খাঙলগে হায়না খল্লে।"

"পাবুংখোয়দি নোংমতা বা অমতা হায়রক্তব্রা?"

মদু তাবদা আশাদু মীকূপ অমতং তূমিন্না লৈখি, অদুগা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, মহাক নোংমা ঐখোয়গী অসিদা লাক্তুনা ঐবু য়ুমদা লারুবা

হায়রম্মী, অদুবু মদুদা ঐনা য়াখিদ্রে।" (নুমিৎ অদুদা মাগী মপা এস, পি, প্রতাপপ্না আশ্রমগী ফম্ফমকাগী সোফাদা ফমদুনা মচানূপীবু ময়ূমদা চৎনবা থেম্বদা য়াদ্রবদা রুমালনা মপি তৈথোক্তুনা কপ্লম্মী, মদুমক্তি আশানা ইন্দ্রাণীদা তম্লক্লে ।)

"ইচে, মহাক্না নহানমখৈ লাক্তুগা হৌজিক্তা লাক্লিবদি করিগীনো?"

"কনানা খঙগনি, ইন্দ্রাণী? ঐনা আশ্রমগী তৌরিবা থবক-থৌরাঙগী মরমদা মহাক খরা তামাল্লে। ঐগী থৌরাঙ অসিদা ইমান্নবী নূপী পুলিস খরসু য়াওই, মখোয়না তম্বদগী ওইরম্বা য়াই।"

ইন্দ্রাণী ভাবনা খঙলকই আশানা আশ্রমগীদমক ফনবা হোৎনরিবা পূন্নমক অদুগী মরমদা তাবা অমদি মচানূপীবু থীনা তৌখিবা অদুগী নীংঙল্লক্তবনা মরম ওইদুনা মচানূপীবু কৌবা লাকপা ওইরমগনি। মহাক্না হায়রকই, "পাবুংদি নুংঙাইরল্লরোই।"

"উম, ইন্দ্রাণী, ঐ খঙই মহাক নুংঙাইতে, অদুবু করিদি তৌগনি? ঐদি য়ূমদা লৈবদু পামদ্রে। ঐ ময়ামসিদগী কায়নদুনা য়ূমদা অমুক লৈবা অদু তশেংনা হৈনররোই। ঐ আশ্রমসিগী ৱাখল নত্তনা অতৈ অপাম্বা, অনীংবনচিংবসু থোইনা করিসু অমুক লৈত্রে।"

ইন্দ্রাণীদু লূকথদুনা পূক্লীং চঙ্না তাদুনা লৈ। নুংঙাই য়াইফনা হৌরক্লবী, ইমুংগী করিসু ৱাত্ত-পাদনা হৌরক্লবী আশানা অদুক য়াম্না মশাগী খল্লক্তনা, ওইজবা থাদোক্তুনা ঙাঙলকপা ৱাঙাঙ অদু তাবদা মাগী থম্মোয়দা থুক লাউই। মহাক্তি পুন্সী অসিদা মশাগী ওইজবা থিবা ৱাখল নত্তনা করিগুম্বা অমতসু খনবা ঙমদনা লাক্লি। ঙমখৈ লৈতনা মশাগী ওইজবা থিবা, অপাম্বগী লাংদা থুবা, মী কন্নাগীসু খন্দবা অদুনা মাগী পূক্লীং অদু মতম লৈবা খিবিক্তা অফবা ফীবমদা লৈরুদে, ইমুংগী মী অমদি অতোপ্পা কন্নাগসু নুংশিনবা অফবা মরী থম্বা ঙল্লক্তে। নুংশিনবা, মীওইবগী অফবা মরী থম্বগী নুংঙাইবা অদু মহাক্তি অমুক্তা ফজনা খঙলক্তি । আশাগা লোয়নবা অসিতনি হায়বা য়াই মানা অতোপ্পা মীগা ফজনা লোয়নবা অসি। আশানা মাবু লুনা তৌবা, মাগী ফনবা খনবা মতৌ অদু তশেংনা মঙোন্দদি অনৌবা থেংনবা অমনি। মহাক আশাগী মগুণ অমদি মতিক ময়াইগী শক্তি অদুদগী নাম্থোকপা ঙমদে।

আশানা মশাগী মরমদা মখাতানা অমুক হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, মতম অমদদি পাবুংসু অদুক্কী মতিক তমথিরম্মী, ঐবু শাউরম্মী মদুদি মহাক্না ঐনা কন্না নাবা মতম অমদা পাউ চেনবদা ফাওবদা 'সিদা লাকখিদে। হৌজিক্তি মহাক মদুগীদমক নীংঙল্লক্লে ।"

মাগী ৱাদু তাবদা ইন্দ্রাণীদু থুক লাউই। মহাক মশাগী ওইবা থৌদোক অমদি ৱাফম কয়াগা মরী লৈননা ৱাখল কয়া খন্থরকই। মমা-মপা ওইবা অমনা মচাবু নুংশিবগা মপুরোইবা অমনা নুংশিবগা খেন্নবা অদু মপূক্লীংদা ফাওরকই। মপুরোইবা অমনা মশাগী কান্নবা য়েংবা, ওইজবা থিবা মওঙদা নুংশিবা কান্দা মমা-মপা ওইবা অমনা অদুগুম্বগী ৱাফম করিসু য়েংদনা মচাবু নুংশিদবা ঙমদবা মওঙদা নুংশিবা অদু মহাক ফজনা খঙলকই। অকোনবা মখলগী নুংশিবা অদু মহাক হৌজিক্তা য়াম্না ঈখৌলাংবা পোক্লকই। অদুবু মহাক মদুগী ৱাফম অদু ফোঙদি ফোঙদোরক্তে। মহাক্না আশ্রমগীদমক আশানা হোৎনরিবা থবক-থৌরম কয়া অদুগী মরমদা কূপথনা হংদুনা ৱারী অমুক শারকই।

আশানা মঙোন্দা আশ্রমগী য়াম্না ফীবম ফত্তবা কাঙবুগী মতেং পাংনবা থৌরাঙ, মখোয়গীদমক থপ্লিবা ফগু অদুগী মরমদা মুন্না খঙহল্লকই, অদুগা আশ্রমগী নৌনা শাগে নীংলিবা শঙ অদুগী মরমদসু খঙহন্দুনা মহাক্না হায়রকই, "নখোয়গী তামোগা তিন্নবা শরৎ হায়বা মমান্নবা অদুনা শঙগী শরূক অমা শাগনি হায়দুনা ইচে মালতীগা ঐখোয় অনীদা খঙহল্লম্লে।"

"উম, মহাক হৌজিক য়াম্না ইনাক খুনবা মী ওইরবনি, তৌসনু, অদুগুম্বা থবক অদু অফবনি।"

ইন্দ্রাণীগী ৱাদু তাবদা আশা মপূক্লীংদা নুংঙাইবা পোক্লকই। আশ্রমগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবদা ইন্দ্রাণীসু নুংঙাইবা পোক্লে, মফমদুদা লৈরিবা ফীবম ফত্তবা মীওইশিংগীদমক্তা মহাকসু ৱাখল খল্লে। মদুমক মাগী তশেংনা অফবা অহোংবা ৱাখল অমনি। সংসার অসি অর্থ য়াওদ্রবা, অমম্বা নরক্কী মফম ওইনা উখিদুনা আশা খূদিংমক মাঙখিদুনা আত্মঘাতকী ৱাখলতমক তৌদুনা লৈরুরবা ইন্দ্রাণীনা হৌজিক্তি হিংবা পাল্লে, পুন্সী অসিদা অপাকপা মীৎয়েং অমনা য়েংবা ঙল্লে। মদুদনি মহাক্না নুংঙাইরিবদু।

নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে। মেসতা থেঙনা চাক চাবগী লাঙলম্বা কাঙবু অদু চাক চাবা লোইদুনা মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে। মালতীনা তোর্চ অমা পায়দুনা ভেরেন্দাদা কোয়না চত্তুনা য়েংবা উরক্লে। কা অমদা ঈশৈ শক্তুনা, যন্ত্র খোংদুনা লাঙলম্বা মখোয় অদুসু হৌজিক্তি তূমিন তূমিন লৈনখ্রে। আশাগা ইন্দ্রাণীগসু মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে।

নোংমা ইন্দ্রাণীনা বাজারদা পোৎ লৈবা চৎপদা লাংজিংদা লৈবী রাধে কৌবী

মরোইয়োনবী নুপী অমনা মঙোন্দা মাগী মপুরোইবা বিধুগা চীংমী নুপী অদুগা মখোয়গী য়ুমদুদা লৈমিন্নবগী মরমদা ৱারী শারগা ইন্দ্রাণীগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোরকই। ইন্দ্রাণী মদু তাবদা নৌহৌননা থম্মোয়দা নুংঙাইতবা ৱাখল কয়া ফাওরকই, লম অদু মহাক্কী মরলনা লৈবনি, মাগী মিংদা লৈবনি, অদুগা য়ুম অদু শাবদসু মানা পৈশা য়াম্না হাপ্তুনা শাগ্রবনি; হৌজিক মপুরোইবনা অদুক য়াম্না নীংতম্লা, মাগী করিসু য়েংদনা তৌবা মতৌ অদু তশেংনা মীওইবগী মতৌ নত্তে। মহাক্না নুংঙাইতনা খল্লি, "হৈ, মহাকপুসু ঈশ্বরনা ৱারকপা মতাং অমা লাকখিগনি।"

নুমিৎ অদু ইন্দ্রাণী আশ্রমদা হল্লক্লগা নুংঙাইতনা চিন্তা তৌদুনা লৈ। হান্নদি মহাক মপুরোইবনা মাবু নোংমদি খিবা লাকপা য়াই হায়বগী বাখল ফাওবা হাইফেৎ তৌরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি অদুগুম্বা ৱাখলদু পুরা থাদোকখ্রে।

ইন্দ্রাণী আশ্রমদা লেনবা নুংঙাইনবা নুংথিলগী মতমদা ময়াম্না থবক শূনরিবা অদু য়াওবা হৌরে। মহাক মপুন্সীদা কেনতা হৌরকপনি, খূৎনা শূবা থবক অমতা তৌরক্তে; অদুবু মহাক মদু নৌনা তম্লে, ফি শাবা, লংচাক চাকপা হৈনবা হোৎনরে। মখোয় অতৈগীদি মফম অদুদা থবক শূবদু মরনাই শেল খোক্লবনি, অদুবু মাগীদি মদু ঙাওগী নত্তে, মতম লেন্নবনি; থবক শূদ্রবদি মহাক পোথাফম খঙদে। অয়ূক অঙনবা অমদি নুমিদাংগী মতমদদি মহাক অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পাদুনা লেল্লি। আশ্রমগী লাইব্রেরিদা লাইরিক মখল কয়া লৈ-- ধর্মগী, শক্লাইরবী নুপীশিংগী মরমদা ইবা লাইরিক অমদি অচৌবা মীওইশিংগী পুন্সীৱারী অসিনচিংবা। লাইরিক পাবগী হৈনবী অসি আশানা মঙোন্দা লাকহনখিবনি, অহানবদদি মহাক লাইরিক পাবগী হৈনবী অসি করিমতা লৈরমদে। অসুম্না আশ্রমদা লৈবা মতুং খরা লৈরগা মহাক মফমদুদা লৈবদু খরা হৈনরক্লে।

মতম খরা হৌখ্রে। নোংমদি ইন্দ্রাণীনা বাজারদা অমুক চৎপদা মরোইয়োনবী রাধে থেংনদুনা মঙোন্দা তম্লকই মাগী মপুরোইবা বিধু অদু মতম খরগী মমাঙদা নাদুনা লৈখিদ্রে। মদু তাবদা ইন্দ্রাণী শকফম অদু খংহোং হোংখ্রে। মাগী মায়থোঙ অদু য়াম্না অৱাবসু নত্তে, হৌখিবা থৌদোক্কা মরী লৈননা পেন্দবা কয়াগী খোয়শাউনবা ৱাখলগী মমি তাবা মতৌ অমনি।

নুপী অদুনা অমুক হায়রকই, "নখোয়গী ইমুংদসু বিধুখোয়গী মীনা পাউ পীখিদ্রমাক্লে।"

"উম, পীদবনা ফৈ, মদুগী কান্নবা লৈতে, ইচে। মহাক ঐগা খাইনরবা মীনি।"

নূপী অদুনা বিধু নারম্বগী ৱারী অদু তন্নদুনা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, মহাক য়ু কাহেন্না থকমন্দুনা লৈখিদবনি, শিরমদাই মতম খরা অদুদি য়েংবদা অৱাবগী মশকনি (বিধুনা ঈ ওবগী মতাং অমদি মহাক্লা তন্নক্তে), মাগী সেবা ফাওবা তৌবীনীংঙাই লৈতদুনা লৈকাইগী মীনা চঙদুনা তৌই। কোন্নদি পাউ পীরুদুনা মাগী ইমুংগী মীশিং লাকই।"

"রোজদি, লৈতব্রা?"

"কদায়দগী মহাক্তি বিধুনা নাবা মতম খরা লৈরগা সেবা তৌবা ঙমদে হায়দুনা অদুম ময়ুমদা চৎখ্রে।"

"হৌজিক্তি য়ুম অদুদা কনা কনা লৈরিবগে?"

"বিধুগী ইমুংগী মী খরা লৈবা উই।"

ইন্দ্রাণী কাংখোং চাইবা ইমুংগী ফীবমদুগী মরমদা খনবদা চমন্নবা পোকই। থৌদোক পূন্নমক অদু মঙোন্দা মঙগী মশকনি। মপুরোইবা অদু মঙোন্দগী অদুক্কী মতিক লাপথোকখিবগুম তৌবা অদুনা মহাক লৈখিদবগী পাউ অদু মঙোন্দা মীতোপ অমা লৈখিদবগী পাউ ওইনা ফাওবা থোকই। অদুবু মদুগী মতুং তাবা ওইরকপা য়াবা সমস্যা কয়াগীদি মহাক খন্দবা ঙমদে। মহাক আশ্রমদা হল্লকপদা ৱাখল অমদা ইতাউ তাউনা হল্লকই। সংসার অসিগী নিয়ম য়াওদবা মতৌ কয়াবু হেন্না ময়েক শেংনা খঙলকই। তাইবঙপাল অসি করিগুম্বা অচেৎপা লীপুন অমতনা পুন্দ্রবা, অচাইবা পোৎশিংগী মফম অমা ওইনা মমীত্তা উরকই। মহাক লম্বীদা চৎলবসু কনাগুম্বা অমতবু উদবগুম তৌই।

আশ্রম য়ৌরগা মহাক মাগী কাদা চঙদুনা মানা পুরকপা খাউ অদু টেবল ময়াদা থম্লগা ফমুংদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। মহাক খাউ অদুদগী মানা লৈরকপা পোৎ-চৈ অদু ফাওবা লৌথোক্তে। লতাসু লৈরমদে, মহাক থবক শূফমদা লৈরমগদবা মাল্লি। ইন্দ্রাণী অসুম্না মথন্তা ফনা কুইনা ফমদুনা লৈরে। মহাক কপসু কপ্তে, য়াম্নসু ৱানা উদে, করিগুম্বা ৱাখল অমদা অদুম ইতাউ তাউনা লৈ। নীংবা কায়বা, সংসার অসি অরেম্বনি, হিংবা হায়বা অসিমক অর্থ লৈতবনি হায়না খনখিবা ৱাখল, অদুগা অমুকসু মপুরোইবনা মাবু থীনা তৌরকখিবা মতৌ পূন্নমক অদুনা মাবু তশেংনা থৌদোক অদুদা অর্থ লৈহন্দবগুম তৌহল্লি। মাগীদি মপুরোইবা লৈরবসু লৈত্রবসু থোইনা খেন্নবা লৈত্রবনি; অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, মহাক হৌজিক

লুখ্রাবী হায়বদুদি ওইরে, মদু মাগী পুন্সীদা অচৌবা অহোংবা তাঙ্কক অমনি। অদুগা অমরোমদা মাগী লৈহৌরিবা য়ুম-হিঙ্গোল, সম্পত্তি পুন্নমক্তু কাংখোং চাইবা ফীবম অমদা লৈবগী ব্বাফমদু মহাক্লা মীকূপ অদুদা কূপ্না খল্বুরুবা ঙমদ্রবসু করিগুম্বা নুংগী অরোনবা অব্বাবগী ব্বাখল অমদি মপুক্লীংদা ফাওরকই। নুমিত্তু মহাক কাদগী মপাল ইথোক থোক্তনা লেপ্লে, আশ্রমগী কনাগুম্বী অমতদসু মহাক্লা মাগী মপুরোইবা লৈখিদবগী ব্বা অদু তমথোক্তে। অদু খঙহনবদু মহাক ইকাইবসু পোকই, অদুগা খঙহল্লুবগী থোইনা অর্থ লৈতবা, কান্নদবগুমসু খল্লি।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা ইন্দ্রাণী পুক্লীং ইনুং নুংঙাইতদুনা আশ্রমগী মীওইশিংগসু ব্বারী ইশা শাদে, থবক শূফমদসু থোক্তে।

মাগী অহোংবা মতৌদু আশানা উরবদা নোংমা অয়ুক অমদি মহাক্লা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা মাগা অমুক্তং ব্বারী শানবগী ব্বাখলদা চঙলকই।

আশানা মাগী কাদা চঙলকপদা ইন্দ্রাণী ফমুংদা ফমদুনা ফি অমা ফোক্তুনা লৈরম্মী। মাগী মায়থোঙদু মোংহাদে। মহাক্লা আশাবু উবদা মমায় হনগত্তুনা হায়রকই, "চঙলকউ, ইচে, ফম্বীয়ু। করি ব্বা হায়বীগদবা লৈবগে?"

আশানা ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মাগী ফমুং মচীদা ফল্লদুনা হায়রকই, "করিসু থোইদোকপা হায়গদবা লৈতে। ঐ নহাক্কা ব্বারী অসুম শানীংদুনা লাকপনি। নহাকপু হন্দক মরক নথব্বায় ইনুং নুংঙাইতনা উই, করিগীনো?"

ইন্দ্রাণী মাগী অঙৈংবা মায়থোঙ অদুগা লোয়ননা ঙহাক লূকথদুনা তূমিন্না লৈ, পাউখুম পাক পীরক্তে। অদুদগী মহাক্লা আশাদা মাগী মপুরোইবা লৈখিদবা অমদি মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা মখোয়গী য়ুম-হিঙ্গোল অদুগী কাংখোং চাইবা ফীবম অদুগী মরমদা ব্বারী শাদুনা খঙহল্লকই। মহাক্লা মদুগী মরমদা আশ্রমগী অতোপ্পা কনাগুম্বা মীওই অমতদা খঙহন্দুনা ব্বারী শাখিদ্রবসু আশাদদি মদু থোইনা অমুক লোৎশিন্দুনা থম্বা তৌদ্রে।

আশা মদু তাবদা নুংঙাইতনা উরকই। মহাক্লা ঙরাং ইন্দ্রাণীদু মফি-মরোল শেত্তুনা কদায়দনো অমসু চৎলুবা উই। মহাক্লা হংলকই, "ইন্দ্রাণী, ঙরাংদি নহাক কদায়দা চৎলুবগে?"

"লাংজিংদা ঐখোয়গী য়ুম-হিঙ্গোলগী ফীবম অদু য়েংশিনবা চৎলুবনি।"

"হৌজিক মদুদা কনা লৈরবগে?"

"ইকুবোক্কা ইনাউনূপাগনা কনশিন্দুনা লৈহৌরে। ঐনা চঙলুবদা ইনাউনূপানা

ঐঙোন্দা করেম্নদুনা উশিন্তনা ঙাঙলকই।"

"মখোয়না করি হায়রক্লিবা?"

"করি হায়রুগনি? ঐবু করিগী লাক্লিবনো, ঐদি য়ুম অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি 'সিনি।"

"করি ৱানো অদুদি? মদুবু মখোয়গী য়ুমদৌনা?"

"য়ুম-হিঙ্গোল অদু নমদুনা লৌনবা তৌবা শরৌনি। মখোয়দি ঐনা মদুদা কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই হায়না খল্লম্বা য়াই।"

"ইস, ওম্থোকপা ৱাখলনি।"

"ঐনা মখোয়দা য়ুমদু কনশিন্দুনা লৈবা য়ারোই, মদু থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি হায়রুবদা ইকুবোক্লা মখোয় কৈদৌঙৈদসু চৎলোই, মদু লৈখিদ্রবা মচাগী য়ুমনি. অতৈ কন্নাগী নত্তে হায়না ৱা কন্না ঙাঙলকই। ঐসু শাউদুনা খরা খুমদুনা খৎনবদা ইনাউনুপানা ঐঙোন্দা ফৃগদবগী চোংশিল্লকই।"

আশানা শোল্লকই, "অঙকপনি. মী হায়বসি কয়াদা ঙকখ্রবনো!"

"ইচে, মখোয়না তৌরিবসি ঐবু উশিন্তবগী ৱানি. অতৈ করিসু নত্তে। ঐ ইথন্তা নায়তোম তারবনি, মতু শোল্লবনি, ঐনা করিসু তৌবা ঙম্লরোই হায়দুনা তৌরিবনি।"

"অদুদগী কৈদৌরে?"

"ঐ কিদুনা অদুম থোরক্লে। ঐনা চঙলুবদু মফমদুদা লৈবী মরোইয়োনবা ইচে রাধে হায়বী নূপী অমগা লোয়ননা চঙমিন্নরুবনি। লম্বীদা চৎনা চৎনা ইচে রাধেনা নুংঙাইতদুনা ঐঙোন্দা ৱা অমা হৌদোরকই।"

"করি ৱা হৌদোরকই?"

"মখোয়না তৌরিবা অসি লৈকাইগী মীশিংদা খঙহন্নগদবনি, ক্লবকী মীওইশিংদা তাক্কদবনি 'সিনি। অদুদগী ইবানী মানা চিংদুনা ক্লবকী সেক্রিটরিগী ময়ুমদা চঙদুনা ৱাফম অদু খঙহল্লম্লে। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা মহাক্লা ক্লবকী মেম্বরশিংগা খন্নরগা শোয়দনা ঐগী ফনবা শীনগনি হায়হৌই। ঐনা মঙোন্দা ঐগী লৈফমসু তাক্লম্মী।"

"উম, মদু ফৈ, মখোয়না হেক্তা খুশি তৌবদু নুংঙাইতে," আশানা মুন্না তারগা হায়রকই। "হৌজিক্কী মতম অসিদি মী খুদিংমক অচুম-অরানগী বিচার য়াওনদ্রবনি: অঙম অঙম্বা চানবগী, ফোয়দুনা লৌনবগী যুগ অমনি, মী লৈতবা মতু শোনবা মীদি হিংহৈদ্রে।"

ইন্দ্রাণীনা মঙোন্দা মাগী মপুরোইবগী ইমুংগী মীশিংনা মহৌশাসু মঙোন্দগী

লন-থুম, সম্পত্তি কয়া লৌনবগী ৱাখলদা মপুরোইবদা ঈনশিনখিবা কয়াগী মরমদসু ৱারী শাদুনা খঙহল্লকই।

আশানা ইন্দ্রাণীবু মাগী অৱাবা মতাং অদুদা থেমজিন্দুনা পুক্নীং লুম্নবা ৱারী ঙহাক শারগা মাগী কা অদুদগী থোরক্লে।

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা ক্লবকী সেক্রিটরি অদু আশ্রমগী গেটতা লাক্লুনা ইন্দ্রাণীবু থিররে। মহাক্তু মী মুনং তৌবা, জেকেট লীৎপা মশা-মউ ফবা, ৱাং-চাউবা মীশক অমনি, মমীৎ-মনা শিংই, ময়ামগী থবক তৌবদা মথৱায় য়াওবা মীনি। মহাক লাকপদুদা নূপী অমা-অনীনা ইন্দ্রাণীদা পাউ পীরদুনা ইন্দ্রাণী গেটতা থোরক্লে।

সেক্রিটরি অদুনা ফুরিৎখাউদগী শো অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীরদুনা হায়রকই, "সে, ইচে, য়ুমগী শো অসি পায়শিনবীয়ু। মখোয় য়ুমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি। মখোয়না পীরম্বা শোসি ঐনা পুজরক্লবনি।"

ইন্দ্রাণীনা শোদু লৌশিল্লগা তৌবিমল খঙবা উত্তুনা হরাউ-হরাউ হায়রকই, "য়াম্না নুংঙাইরে, ইবুংঙো।"

সেক্রিটরি অদুনা হায়রকই, "ইচে, মখোয়না লৈকাইদা লাক্লগা লমহেনবা য়ারোই। হৌজিক্তি ইচেগী করিসু ৱানীংঙাই লৈত্রে।"

"ইবুংঙো, মখোয়না করি করি হায়বগে, মতৌ করম্না চৎখিবগে?"

"ঐখোয়না চৎখিনবা হায়বদা মখোয় মরৈ য়াম্না তৌই। অহল অদুনা হায় মদু মাগী লৈখিদ্রবা মচানূপাগী য়ুম-হিঙ্গোলনি, মখোয়না লৈফম থোকই। মদুদা ঐখোয় ক্লবকী মেম্বরশিংনা হিঙ্গোলগী পাট্টা পুথোরক্লবা মখোয়দা হায়। মদু মখোয় ঙমদ্রে। ঐখোয়না হায় লৈখিদ্রবা মীশক অদুগী নূপী ইচে লৈরিবনিনা মখোয়না অদুক য়াম্না নীংতম্বা য়ারোই, ইচেনা য়ারগদি মখোয়না লৈবা য়াই, য়াদ্রগদি মখোয় লৈবা য়ারোই। অদুদগী মখোয়না ইচেদি য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি হায়রকই। মদুদা ঐখোয়না য়ুম থাদোকখ্রবা মী অমগী ময়ুম-হিঙ্গোলবু মপুগী অয়াবা য়াওদনা হেক্তা কনশিন্দুনা লৈবা হায়বসি নিয়ম নত্তে, করিগুম্বা মখোয়না ঐখোয়না হায়রিবসি য়াদ্রবদি খুদোংথীনীংঙাই ওইরক্কনি হায়দুনা হায়বদগী মখোয় কিরক্তুনা নোংঙাল্লগা শো অসি ঐখোয়দা শিন্নরম্লগা চৎখ্রিবনি।"

"য়াম্না নুংঙাইরে, ইবুংঙো, ঐহাক নখোয়গী লমন তোল্লবনি।"

"ইচে, অদুদি ঐ অমুক য়ৌজরগে।"

সেক্রিটরি অদু চৎখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণী ময়ুমগী শো অদু পায়দুনা চঙলক্লে।

মহাক্না মাগী কাদা চঙলক্লগা ফমুং মচীদা ফম্লগা ৱাখলনা ফুম্বংননা মখুত্তা পায়রিবা অরংবা শো অদুদা ঙহাক য়েংলকই। অদুদগী খঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। ঙসিদি য়ুম-হিঙ্গোল অদু মা মথন্তগী মখুত্তা তারে, মদুদা নত্তনা মাগী দুকান, লৌ-শীংনচিংবা সম্পত্তি কয়াসু লৈরি। অদুবু মহাক্কী পুক্নীংদা নুংঙাইবা হায়বদুদি লৈরিব্রা? শরূক মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে। সংসার অসিমক মাগী মমীত্তা অহাঙবা ওইনা উই। অসুন্না মহাক ঙহাক ৱাখলদা উংদুনা চমন্ননা ফম্লগা শো অদু মাগী ট্রঙ্ক মনুংদা হাপচিনখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুকনি। ইন্দ্রাণী লাংজিংদা চৎনবা মফি-মরোল শেৎলে। মহাক পুমঙৌ ফনেক শেৎলি, মপান য়াওদবা অঙৌবা ফি অমা ইল্লি, চন্দন অমুবা থিল্লি। মানা ফি শেৎপা উবদা লতানা মঙোন্দা কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়না মখুৎনা ইঙ্গিৎ তৌদুনা হংলকই।

ইন্দ্রাণীনা মাগী ইঙ্গিৎ অদু খঙনা খুম্লকই, "লতা, ঐ লাংজিংদা চৎলুগে, ঐগী য়ুম-হিঙ্গোল অদু য়েংশিল্লুখিগে।"

লতানা মখুৎনা মচীনবান ময়াদা থম্লগা ইন্দ্রাণীদা চাক চাবগী মতাংদা ইঙ্গিৎ অমা তৌরকই।

ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "ঐ হল্লক্লগা চাগনি, খরদি থেঙবা য়াই।"

লতানা মখুৎনা মেসরোমদা থিল্লগা ইন্দ্রাণীনা হল্লক্লগা চানবা চাক অদু কাদা লৌশিন্দুনা থমগে হায়বগী ইঙ্গিৎ অমা তৌরকই।

ইন্দ্রাণী আশ্রমদগী থোরক্লে। মানা থোরকপদু পুং নিপাল মখায়মুক তারম্লগনি।

মহাক্না লাংজিং য়ৌরগা মরোইয়োনবী রাধেখোয়গী ময়ুমদা হান্না চঙদুনা মাগা লোয়ননা ময়ুমদুদা চঙমিন্নগে হায়না খন্দুনা মাবু হংলুবদা মহাক্তি কৈথেলদা চৎখি হায়দুনা লৈরমদ্রে। ইন্দ্রাণী মখোয়দগী থোরক্কুনা ময়ুমগী থোঙ্গাল তান্না তপ্না তপ্না চৎপা হৌরকই। মহাক্না ময়ুম থাদোকখিবসি চাউরাক্না থা তরেৎমুক্কী মমাঙদনি। মতমদু য়ান্না শাংবা নত্রবসু অকোয়বা অদু ইহোং হোংবগুম মমীত্তা উই। খঙহৌদনা মহাক মখোয়গী জিঙঘনা মমায় পানবা গেট অদু য়ৌরক্লে। মহাক মদু হাংদোক্কুনা চঙলক্লে। সড়ক্তগী য়ান্না চঙশিন্দনা লৈরিবা মখোয়গী চাউরবা হিঙ্গোল অদুগী ময়ায়দা শাবা কুইদ্রিবা চেক্না শাবা তিন্না কুপ্না য়ুম অদু চিক্না লেপ্তুনা লৈরি। হিঙ্গোলগী অকোয়বা অদু য়েঙ্খাং-নাপী, মনা-মশীংনচিংবা করিমতা হৌদে, মানা থারম্বা খুদিংমকসু হৌজিক্তি লৈরমদ্রে, অয়াম্বা শরূক্তা নাপী ঙাক্তা হৌই। চঙফম ময়াদা লৈবা মখোয়গী পুখ্রী অমসু ঈমায়দা কঙ ঙাক্তা কুপশিন্দুনা লৈ।

ইন্দ্রাণী মাঙ্গোল কাখত্তুনা থোঙদা লোল্লিবা অচৌবা শো অদু হাংদোক্লে। মহাক্না অহানবদা ময়ায়গী কা অদুদা চঙলকই। কাগী লৈমায়দু কুইনা ৱাই শীত্তবগী মোৎলি, উফুল ইথাং থাংই, নূপা ঙাক্তা লৈরম্বগী থোইনা য়েংশিন্দবগী মওঙনি। কা অদুদা মাগী পোৎ-চৈ থোইনা লৈতে। মহাক্না কাদুগা থংননা লৈবা তুম্ফম কাদা চঙলকই। মদুদদি মখোয়গী য়োৎকী অলমারী অমা, উগী অলমারী অনী, ড্রেশিং টেবল, ফিয়ানখোক, ফমুং-কাংথোল অসিনচিংবা লৈ। ফক্লাংদা থেৎহৌবা ঘড়ি অচৌবা অমদি লৈরমদ্রে, মদু থেৎলম্বগী য়োৎপিদু ঙাক্তা ইহাঙ হাঙনা লৈ। মদু উবদা মহাক খঙহৌদনা মপূক্নীংদা ৱাখল অমা খন্থরকই। মহাক ফম্ফমকা অদোমদা অমুক চঙদুনা য়েংলকই। মদুদা থম্বা মমল অতাঙবা পোৎশিং— টেলিভিজন, রেফ্রিজরেটর, টেপ-রিকোর্ডরনচিংবা অদুসু অমতা লৈরমদ্রে। ইন্দ্রাণী মখোয়দু লৈরমদবা উবদা মশাদু পাখৎপনা থক থক নীকখ্রে। মানা চাকশঙদা অমুক চঙদুনা য়েংলকই। মদুদসু গ্যাস-স্তোভ, শিলিন্দর, কোললিক্লচিংবা অমতা লৈরমদ্রে, চেঙফু ফাওবা লৈরমদে। শন্না হায়রবদা য়ুম অদুদা উপু-কাংথোল খরা নত্তনা অয়াম্বা পোত্তি অমতা লৈরমদ্রে। অচৌবা য়ুমদুগী অচীকপা, অহাঙবা কাশিং, লৈরিবা অহোংবা মতৌ পূন্নমক অদু উবদা ইন্দ্রীণী অকিবা পোকই; মহাক চাকশঙদগী থোরক্লগা মকোক ঙাওবগুম তৌনা স্বরমপী হোন্দুনা কাংথোল মচী অমদা ফমদুনা মদুগী নোংঙাদা মকোক্তু শৌদুনা লূকথরগা লৈখ্রে। কাদু য়াম্না চীকই, মপান্দা খোংবা খোইনিং, শেন্দাংগুম্বগী মখোল খরা অমদি মরক মরক্তা সড়ক্তা চেনবা গাড়িগী মখোল নত্তনা অতৈ খোঞ্জেলদি থোইনা তাবা ফংদে। ইন্দ্রাণী অদুম্না কুইনা ফমদুনা লৈখ্রে। মীকূপ অদুদা মঙোন্দা অকিবা, লাঙতক্নবা ৱাখল ঙাক্তা পীক থন্না লাকই। মহাক অরেপ্পা ৱাখল অমতা খনবা ঙমদে। চীকখ্রবা অচৌবা য়ুম অদু কনাসু অয়েৎপা য়াওদ্রবসু মদুদা লৈবগী ৱাখলদি মহাক খনবা ঙমদে। মদুগী অচীকপা মতৌ, চীক্লবা অহিংগী মতমদা ওইরমগদবা শক্তম অদুগী মরমদা খল্লুবদা মপূক্নীংদা অকিবা পোকই। চাউরবা য়ুম অদু মঙোন্দা অর্থ লৈতবা অমগুম থোকই। কুইনা ৱাখলদা অদুম উংদুনা ফমদুনা লৈরুরগা মহাক অমুক হৌগৎলক্লে, মপাল অমুক থোরক্তুনা য়ুমগী শো অদু লোনশিল্লে।

মহাক্না আশ্রমদা অমুক হল্লকপা অদু পুং তরামাথোইমুক তারে। মহাক লতানা মখোয়গী কাদা থাংজিন্দুনা থল্লম্বা মাগী চাক শরূক অদু খরদং চারগা তোক্লে। লতাদি থবক শূফমদা চঙখিদুনা কাদুদা লৈরমদে। ইন্দ্রাণী খরা শাংনা চখোক্লুবগী ৱাবনা ফমুংদা ঙহাক হীপ্তুনা পোত্থারকই, অদুবু মপূক্নীংদুদি পোত্থাফম খঙদে, নুমিত্তুদা

মঙোন্দা ফাওবা নুংঙাইতবা ৱাখল অদু অঙকপনি, য়ুমদুগী চীক্লা লৈহৌবা ফীবম অমদি মপোৎ-মচৈ কয়া মাঙখিবগী ৱাদু নীংশিংলুবদা মহাক লৈফম খঙদে। মকুবোকখোয়না মাগী পোৎ-চৈ কয়া পুখিবা, মখোয়গী ৱাখল মতা অদু মহাক য়াম্না শাউনীংই। মাগী খ্বাইদগী ৱারবা তাঞ্জা অসিদা ফাওবা মখোয়না মঙোন্দগী লৌবদু পেন্দ্রি। অদুবু মহাক পোৎশিং অদুগীদমক কনাদসু অমুক ৱাকৎকে হায়নদি খন্দ্রে। হৌজিক মহাক মাগী চীক্লা লৈহৌবা য়ূম অদুগী মরমদনা হেন্না মরু ওইনা খনবা হৌরকই, অদুবু মদুগী মতাংদসু মহাক করি তৌগদগে হায়বা অদুদি অরেপ্পা করিমতা খঙবা ঙমদে। মহাক মরক মরক্তা স্বরমপী অমুক অমুক হোল্লকই। অসুম্না নুমিত্তুদি মহাক ৱাখল নুংঙাইতনা লেপ্লে।

ইন্দ্রাণীগী মমাদু মতম অমদা মচানুপীবু শাউদুনা ময়ুমদা ফাওবা চগুলক্তনবা হায়খ্রবসু মচানুপীগী অদুগুম্বা ফীবম অদুগী খল্লুবদা মহাক হেন্না হেন্না নুংঙাইতবা পোক্লক্লে। মহাক মশা ফাওবা শোক্লে। মপুন্সীদা নুংঙাই-য়াইফনা, ৱাত্ত-পাদনা হৌরক্লবী মচানুপীনা অদুগুম্বা আশ্রমদা লেপ্লমগদবা পুন্সী অদুগী খল্লুবদা মহাক মীকুপ অমতসু পোথাফম খঙদে। অদুবু মহাক্লা মাগী অদুগুম্বা ৱাখল অদু ইবোচৌবদদি ফোঙদোক্তে, মরাল লৈরবা মীশক অমগুম্না মহাক্লা মচানুপাদা থোইদোক্লা ইমুংগী ৱাথোক ওইনবগী মরম ওইখ্রবী ইন্দ্রাণীগী মরমদা ৱারী শাবসি ইহং হঙ্গোই। মঙোন্দা নুংগী অৱাবা মৈচাক অমনা মতম চুপ্পদা ওক্তনা লৈ। মহাক করিগুম্বদা মচানুপীগী লৈফম অদু থিদুনা তৃমিন্না চৎলগা মাবু অমুক্তং উন্নরুগে হায়বা ৱাখল ফাওবা খল্লি। অদুবু অদুম্না খল্লবসু মহাক চৎপদি ঙমদে, মশা অদুসু ইশোন শোল্লি। অসুম্না মচানুপীগী মনাক্তা চৎকে নীংনা নীংনা চৎপা ঙমদনা মতম খরা হৌখ্রে। মহাক্কী মশাদুদি নোংমা নোংমগী অসুম শোকচিল্লক্তুনা নোংমদি খঙহৌদনা মহাক অনাবগী ফীবমদা লৈখ্রে।

মহাক নাদুনা লৈখ্রবা মতুংদা ইমুংদুদা খুদোংচাদবা কয়া থোক্লে। ইমুংগী থবক খুদিংমক্তু ইবোচৌবনা লোইনা তৌবা তারকই। মানা থবক কাখ্রগা মমানা মথক্তা লৈহৌবা অদু খুদোংচাদদুনা মহাক নুমিৎ খরনি ছুটি লৌদুনা ময়ুমদা লৈরে। নোংমদি মহাক্লা খাঙবোক্তা চক্তুনা মখোয়দা মহৌশা লৈরম্বা নুমিৎলৈ অদু অমুক লাক্লবা হায়রুবে। নোংমা নীনিগী মতুংদা নুমিৎলৈ মখোয়দা অমুক লাক্তুনা লৈররে। মহাক লাক্লবা মতুংদদি ইবোচৌবা ইমুংগী থবক নোম্বগী, মমাবু সেবা তৌবগী, মাবু শঙবগী খুদোংচাদবশিং অদু খরা কোকখ্রে। মহাক অফিস অমুক কাবা ঙম্লে।

নোংমা মানা অফিস কৃম্লকপদা মাগী মমান্নবা শরৎখোয়দা চৎলি। মহাক্লা চৎপদা শরৎ মাঙ্গোন্দা ফমদুনা বই অমদা হিসাবকুম্বা অমা শূদুনা লৈরম্মী। ইবোচৌবা লাকপা উবদা মহাক্লা মাবু হরাউ-হরাউ কৌশিল্লকই। শরৎ মহাক্লা ফাক্লম্বা বই অদু খুমজিন্দুনা পায়রগা ইবোচৌববু মাগী ফম্ফমকাদা পুশিন্দুনা মখোয় অনী ফম্মিন্নরে।

মহাক্না বই অদু ফক্লাং ময়াগী রেক অমদা থল্লগা হায়রকই, "কদোমদগীনো, অফিসতগীরা?"

"উম," ইবোচৌবনা খুম্লকই।

ইবোচৌবগী মায়থোঙদু থোইনা মকা লামদবা মতৌদু উবদা শরৎ মঙোন্দা করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমা লৈরম্বা য়াই হায়না খল্লবসু মদুগী মরমদা খুদক্তুদা মঙোন্দা করিমতা হংলক্তে। মহাক্না ইচম চম্না হংলকই, "কমদৌরিবগে?"

ইবোচৌবনা মাগী ইমুংদা থোক্লিবা মমা নাবগী নুংঙাইতবা থৌদোক অদুগী মরমদা খ্নারী শারকই।

"ডাক্তরনা করি হায়রিবগে?" শরৎনা হংলকই।

"থম্মোয়গী লায়নানি হায়," ইবোচৌবনা খুম্লকই। অদুদগী মহাক মীকূপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা মখূৎনা মরাইবক্তা শৌদুনা লূকথরগা অমুক শমথরকই, "শরৎ, ঐনা খনবদা মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা খ্নাখল খরা লৈরে, মদুদগী থোকহনব্রা হায়না খল্লিবনি।"

"করি নুংঙাইতবা লৈরবগে?"

ইবোচৌবনা জ্ঞান তানা ঈংথনা হায়রকই, "শরৎ, খ্না হায়ববু অতৈ করিসু নত্তে, ঐখোয়গী ইন্দ্রাণীদু হৌজিক নূপীশিংগী লৈফম আশ্রমদা লৈখ্রে।"

"উম, ঐসু তারে," শরৎনা হায়রকই, "নহানমুক আশাগা উন্নবদা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রকই।"

"ইমানা মচানিনা মাবু নুংশি, মাগীদমক খ্নাই, মাগী খ্নাখলদা মশা শোকখিব্রা খল্লি।"

"অদুব্রু, ইবোচৌবা, নহাক্না ইমাগীদমক য়েংদুনা ইন্দ্রাণীবু কৌশিনবীবা কৈদৌবগে?"

"মদুদি ওইথোক্তবা খ্নানি, শরৎ, ঐ মাবু হৌজিক ফাওবা তশেংনা কিবা পোকই, মাগা নকশিন্নবা পামদে। ঐ মাবু কৈদৌঙৈদসু য়ূমদা চঙহন্নীংদে।"

শরৎনা লূকথদুনা খ্নাখল খল্লগা নুংঙাইতনা হায়রকই, "মদু চুমদে, ইবোচৌবা, মদুনা ইমাবু হেন্না খ্নাহনগনি, মাগী ফীবম হেন্না ফহল্লোই।"

ইবোচৌবা খুম্লক্তনা তুমিন্না লৈ।

শরৎনা অমুক হায়রকই, "ইবোচৌবা, ইন্দ্রাণীদু হৌজিক্তি ফীবম য়াম্না ফত্রে, মপুরোইবসু লৈখিদ্রে। কৈদৌরুগনি মাবু অসুম শাউরুদুনা?"

"মপুরোইবা লৈখিদ্রে হায়বা?" ইবোচৌবনা খরা ঙকপগা লোয়ননা হংলকই।

"উম, নহানমুক আশানা ঐঙোন্দা তন্নকপনি, য়ু থকমনবদগী নাদুনা লৈখিদবা

ওইরমাল্লে। আশানা অহানবদা ঐঙোন্দা ইন্দ্রাণীগী বাসি— মদুদা লৈ হায়বা ফাওবা— করিমতা ৱারী শাদবনি, কোন্না মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুং অসিদতা ঐঙোন্দা খঙহল্লকপনি। ঐ মদুদা ওম্থোক্লা ঙক্লা থোকখ্রে।"

"মপুরোইবা লৈবগা লৈতবগা মঙোন্দা করি খেন্নবা লৈবগে? মপুরোইবদু হিংলিঙৈদা নত্ত্রা মাবু য়ুমদগী তাম্থোকপিরক্তুনা লৈফম লৈত্রিবসি?"

"চুম্মী, অদুবু মহাক হৌজিক লুখ্রাবী হায়বদুদি ওইরে, য়াম্না নুংঙাইতবা ফীবমদা লৈরে, মাবু খরা য়েংশিনবীবা ফত্রা 'সিনি," শরৎনা হায়রকই। অদুদগী মীকূপ খরদং তূমিন্না লৈরুরগা মানা অমুক শমথরকই, "ইবোচৌবা, ইন্দ্রাণীদু থৱায় নুংঙাইতবদগী মশা মথন্তা শিজগে তৌরুরে হায়না তায়, মতম খরদি ৱাখল ফাওবা চোইরুবগুম তৌরুরমাল্লে। ঐ খঙই আশানা মাবু জ্ঞান নীংথিনা তাহল্লকপনি, অদুগা মহাক্লা মাবু আশ্রমগী অফবা থবক তৌবদা পূক্নীং চঙহন্নবা হোৎনবী।"

ইবোচৌবা ৱারী অদু তাবদা কয়া থাজদনা মাগী মরূপ অদুদা য়েংদুনা লৈ।

শরৎনা অমুক হায়রকই, "ইবোচৌবা, হৌজিক মাবু শাউরব্রনু, ইমাগী ফন্নবগীদমক হন্দুনা মাবু ঙাকপিয়ু। সংসার অসিদা লান্দবা মী কনা লৈ? নোংমা জ্ঞান তারকপা, অফবা থবক তৌরকপদা পূন্নমক ঙাকপিবা য়াবা ঙাক্তনি। য়েংঙউ, হৌজিক নখোয় নত্তনা মাগী কনা লৈরি?"

ইবোচৌবা মায়থোঙ মক্লা ৱা অমতা ঙাঙদনা তূমিন্না লৈ। শরৎসু ঙহাক তূমিন্না লৈ। কা অদু ঙহাক্তং ইচীক চীকখ্রে।

মতমদু সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে। ইমুং অদু খরা মমশিল্লক্তুনা শরৎনা হৌগত্তুনা মৈ থানগৎলি। অদুদগী মহাক্লা মাগী ফম্ফমদুদা অমুক চঙশিন্দুনা ফমথরকই।

তাঞ্জা অদুদা শরৎকী মচননূপী অমনা চা পুশিল্লকই। শরৎনা চা কপ হাপ্লা ট্রে অদু লৌদুনা ময়ায়গী টেবলদা থম্নগা কপ অমা ইবোচৌবদা লাল্লকই। মখোয় অনী চা থকমিন্নরকই।

ইবোচৌবনা চা থক্লা থক্লা হংলকই, "শরৎ, নহাকসু আশাখোয়গী থৌরাঙ অদুদা য়াওরবা নত্ত্রা? আশ্রমগী শঙ অদুসু শাগদৌরব্রা?"

"উম।"

"মফম অদুদা লৈরিবা চোঙলম চাদ্রবী নূপীশিং অদুগীদমক হোৎনদুনা করি কান্নবগে?"

"ইবোচৌবা, ঐনা নোংমসু হায়খিবদুনি মফমদুদা লৈরিবা অদু ফত্তবা, জুগোৎ

চাদবী ঙাক্তা নত্তে, অফবা কয়াসু য়াওরি, মখোয় অয়াম্বদি মরাইবক থীরবী, কনা লৈত্রবী, মীনা তাথী-তাওইনা তৌবীদুনা তাঞ্জোকপিরক্রবী ঙাক্তনি। তশেংনমক অসিগুম্বীশিং অসিগী মরমদা খন্দবা ঙমদে। সমাজদা নুপীশিংগী ফীবম অসি তশেংনা ফত্ত্রিবনি, মখোয়বু হন্থনা য়েংবা, ওৎ-নৈবগী থৌওঙ কয়া অদুম হৌজিকসু য়াম্না তৌরিবনি। চঙজফম লৈত্রবী, উপায় লৈত্রবী কয়ানা লৈরিবা মফম অসি তশেংনা শেমগত্তবা য়াদবনি।"

ইবোচৌবা মাগী মরূপকী ৱাহৈ অদুদা খরা ঙক্লা থোকই। মহাক্তি নোংমতা অদুগুম্বা ৱাখল অদু খল্লুবা তৌদে। মহাক্তি কখোকপা নত্ত্রগা ময়ামগী থবক তৌবা অসিনচিংবসি থোইদোক্লা অর্থ লৈনা, মরু ওইনা খন্দে। মহাক্লা খল্লি মীশিংনা মশা মশাগী দোষ লৈদুনা, লমচৎকী নিয়ম য়াওদদুনা অৱাবা খুদোংথীবা তারকপনা অয়াম্বনি, মদুদা মীনুংশি নত্ত্রগা মতেং ঙাক্তনা কান্নরোই, মশা মশানা জ্ঞান তাজরকপদুনি মরু ওইরিবা, থোইদোক্লা নুপীশিংনা মশাগী দোষ কয়াদগী ইমুং-মনুংগা নত্ত্রগা মপুরোইবগা তিন্নবা য়ারক্তুগা মখোয়দুগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবা হায়বা অসি অর্থ য়াওদবনি, মদুদা ইহো হোবা পোৎ খরা লৈরি। মহাক্তি মীওইবগী ওইরিবা ফীবম অসি মী মী মশাদা লৈ হায়না কন্না থাজে। মাগী মচননুপী ইন্দ্রাণীনা আশ্রমদা লৈখিবা অদুসু মাগী মশাগী দোষননি হায়না মহাক্লা লৌই, মচননুপী অদুনা আশ্রমদা লৈরবা মতুংদা জ্ঞান তারকপী অমা ওইরে হায়বা অদুসু মহাক পুরা থাজবা ঙমদে। মহাক্লা মাগী মরূপ শরৎকী কখোকপা অমদি মতেং পাংবগী অফবা ৱাখল অদুদি য়ৈথবা তৌদনা মদুগী মতাংদা মশাগী মত অমা ফোঙদোক্লেদুনা হায়রকই, "শরৎ, পাকচাউবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা অপূনবা সমাজগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবা, মীওইশিংবু হেন্না ফজনা ভাব তাহন্নবা হোৎনবদুনা হেন্না ফৈ। মীওইশিংনা জ্ঞান তানরবদি অসিগুম্বা মীওই করিসু থোরক্লোই; চুম্মী, কনাসু লৈজদ্রবীশিংগী ৱানা অমনি, মখোয়গীদি তোঙানবা থৌরাঙ অমা তৌবীবা য়াই। অদুবু মখোয় নত্তবা অতৈশিংগীদি সমাজগী মীওইশিংগী মনুংদা অয়াম্বনা ফৎনরক্তবা, পূকচেল কন্নরকপা, শাজৎ য়াওনরক্তবদগী থোরকপনি। মসি অপূনবা সমাজগী ফত্তবগী করিগুম্বা মহৈ অমনি। সমাজগী ফীবম ফগৎলক্লগা মথন্তা লৈরক্লোই।"

শরৎ মাগী মরূপ অদুনা ৱাফম অদুগী মতাংদা খন্নবা ওইনা মশাগী মত অমা ফোঙদোরক্তুনা হায়রকপা অদুদা নুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক্লা হায়রকই,"মদু য়াম্না চুম্মী, অদুবু সমাজগী মীওই খুদিংমকপু জ্ঞান তাহনবা, ফহনবা হায়বা অসিদি করম্না

হেক্তা ঙমগনি? মসিদি য়াম্না পাকচাউবা অরুবা পোৎ অমনি, মসিদা ধর্ম্মগী, লৈঙাক্লোনগী, জ্ঞানগী, মহৈ-মশিং তম্বগী ওইবা মচাক কয়া চঙই। মীওইবশিংগী সমস্যাশিং অসি মীশীং হেনগৎলক্লিবমখৈ, বিজ্ঞান্না চাওখৎলক্লিবমখৈ অসুম অসুম হেন্না লুরকপগী মওঙ লাকই, মরমদি মদুনা মীওইবশিংদা পূক্নীং লাঙতক্লবা, চরাঙনবা, পোথাফম খঙদবা হেনগৎহল্লি। চরাঙনদুনা হিংবা নুংঙাইত্রবদা মীগী মরীনা করম্না ফগৎলক্কনি? অদুনা ওইরিবা সমাজগী মওঙ অসিদা নূপীশিংগী ফীবমসু মশানা অদুম ফৎলক্তবনি; অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐখোয়না পাকচাউনা সমাজগী থবক তৌবা ঙম্বা নত্তবনিনা ঐখোয়না ঙম্বা শরুক খরদং অদুদা তৌবগী ৱাতনি।"

ইবোচৌবা মদু তাবদা মপূক্নীংদা তূমিন্না খল্লি, "মীওইশিং অদুনা মদুবু মমল লৈনা লৌবীগদ্রা? অদুগা মখোয়গী মপালথোংগী ফীবম ফগৎহন্নবা হোৎনবা অদুনা মখোয়গী নুংগী ওইবা ৱাখল অমদি লীচৎ অদু হেক্তা ফগৎহনবা ঙমগদ্রা? মদু ওইথোক্কদবা মান্দে।" অদুবু মহাক্না মাগী ৱাখল অদু ফোঙদোক্তুনা মাগী মরূপ অদুদা থোইনা অমুক য়েৎলক্ত্রে।

ইবোচৌবা মরূপ অদুগী ময়ূমদগী থোরকপা অদু ফন্না য়াম্না মমশিনখ্রে। মহাক্না থোরকপদা শারদাখোয়গী সড়ক ময়াদা লৈবা জিঙঘনা কূপ্পা য়ুম অদু চীক্লা লেপ্তুনা লৈবা উই। য়ূমগী চুথেক্তা হৌবা বোটল-ব্রস পাম্বীশিংদা শাৎপা অঙাঙবা লৈশিংদু ইলেক্ট্রিকী মঙান্দা ফজনা উরি। মতম অমদা মহাক্না মখোয়দু উবদা ফাওখিবা পূক্নীং নৌথবা ৱাখল অদু ঙসিদি ফাওরক্তে. মমাঙদা উরিবা শক্তম খূদিংমক্তু মঙদা উবগুম তৌই; শারদাখোয়গী ময়ূম অদু ঙসিদি লাপথ্রবা অতোপ্পা লমলানবা অমগী ময়ূমগুম খল্লি।

ময়ূম য়ৌরগা মহাক মাগী কাদা চঙদ্রিঙৈদা মমাগী কা মপাদা চত্তুনা থোঙদা চেপথদুনা মমাগী ফীবম অদু য়েংলকই। নুমিৎলৈনা ফমাঙদা মোরা অমদা ফমদুনা মমাবু শঙদুনা লৈরি। মমাদু খরা পোত্থানা উই, ফমুংদা লোংনা মমীৎ তূকথনা পাঙদুনা হীপ্লি।

মহাক চঙলকপা উবদা মমানা মঙোন্দা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "ইবুংঙো, অফিসতগী অসুক থেঙনা হল্লক্লিবা করিগীনো?"

"ইমা, শরৎখোয়দা ঙহাক চৎলুরে অদুননি।"

মমাদু ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈখ্রে।

ইবোচৌবা কাগী মনীং থংবা ফক্লাং ময়াদা থাবা উগী সোফা অমদা ফমথরকই।

মহাক লাক্লবা অদুদা নুমিৎলৈনা হায়রকই, "ইবুংঙো, অদুদি ঐ ইমুংগী থবক-ইত্থাং খরা অমুক তৌরুখিগে।"

"ফরে, ইনে।"

নুমিৎলৈনা থোকখ্রবা মতুংদা মমানা ইবোচৌবদা হায়রকই, "ইবুংঙো, নহাক শরৎখোয়দদি কৈদৌবা চৎলুরিবনো?"

" স্নুম র্চখোক্লুবনি, উন্নদবা কুইরে হায়দুনা," ইবোচৌবনা খুল্লকই।

মহাক্লা ইন্দ্রাণীগী মপুরোইবা লৈখিদবগী পাউ অদু নাদুনা লৈরিবী মমাদা খূদক অদুদা তল্লগা নুংঙাইরোইদ্রা হায়না খল্লকই; অদুবু থংনবা মীকৃপ্তা মদু মমাদা থুনা মতম চানা খঙহনবা চুম্মী হায়না খন্দুনা ৱাফম অদু মমাদা তল্লকই।

মমাগী মায়থোঙদু মদু তাবদা খরা লাঙতক্লনা উই। মহাক্লা হংলকই, "করম্না লৈখিদবনো?"

ইবোচৌবনা ঈংথনা, মায়থোঙদা থোইনা অহোংবা লৈতনা হায়রকই, "য় থকমনবদগী নাদুনা লৈখিদবনি। ফত্তবা, ওক্তবা মীনবু কয়া কুইনা হিংগনি?"

মমাদু ফনা হায়দুনসু লুখ্রা ওইহৌরবী মচানূপীদুগীদমক খন্দবদি ঙমদে। মহাক মায়থোঙ মক্লা অৱাবগী স্বরমপী অমা হোল্লকই, অদুবু মহাক্লা মচানূপাদা মাগী মশাগী ওইবা ৱাখলদি করিসু ফোঙদোরক্তে।

ইবোচৌবা মমাগী মনাক্তা ঙহাক ফমদুনা শঙদুনা লৈরম্লগা কা অদুদগী থোরক্লে।

মথংগী নুমিৎ খরনি অদুসু ইবোচৌবগী মমাদু নাবা ইফৎ ফত্ত্রে। ইবোচৌবনা ডাক্তরনচিংবা কয়া কৌদুনা মাবু কন্না লায়য়েংদুনা হোৎনরে, অদুবু মাগী ফীবমদুদি করিমতা ফগৎলক্তে।

শরৎনা ইবোচৌবগা ৱারী শাখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণীবু উন্নরুরে, অদুগা মঙোন্দ মমা কন্না নাদুনা লৈবগী পাউদু পীরুরে। মহাক্লা ইবোচৌবদা হান্না মদুগী মরমদা অমুক হায়দ্রবসু পাউ অদু ইন্দ্রাণীদা পীফম থোকই হায়না খন্দুনা চৎলুবনি।

পাউ অদু তাবগী নুংথিলদু ইন্দ্রাণী ৱাখল নূংঙাইতনা লৈখ্রে। মহাক্লা মমাব্ করম্না উন্নবা চৎলুগনি? মহাক মবুংগী মমাঙদা মশক অদু কৈদৌঙৈদসু উৎপা ঙম্লরোই। অদুগা অদুগুম্বা মতাং অদুদা মমাবু করম্না সেবা তৌবা চত্তনা খাঙদুনা লৈবা ঙমগনি? মতম তাঞ্জা, থোকখিবা থৌদোক্লা মীওইববু কয়াদা অৱাবা ফীবমদা

তাহনখ্রবা! মহাকপু হায়ফম খঙদবা অৱাবা মৈচাক অমনা ওৎপা হৌরকই। মঙোন্দা কল্লবা মশক উদবা দণ্ডিগী য়োৎহিলং অমনা পুনবগুম তৌখ্রে, খল্লু খল্লুরগা মদুনা মাবু হেন্না হেন্না কন্না লাকশিল্লকপগুম তৌরকই। মহাক স্বরমপী তোয়না হোল্লকই, পাকচাউখ্রবা সংসার অসি মৈশানা থল্লবা মফম অমগুম তৌরকই।

নুমিত্তুগী নুংদাং অদু মহাক ভেরেন্দাদা থাবা ফানশাং অদুদা মথন্তা ফমদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈ, মমীত্তা অশাবা পি লেপ্পা লৈতনা শিঙ্খরকই। অসুন্না মমা নাবগী পাউ ফংবা মতুং নুমিৎ খরনি অদু মহাক য়াম্না পোত্থাফম খঙদনা লেপ্লি। নুংথিলদা অয়াম্বা মতমদা ৱাখলদা উংদুনা লৈ, নুমিদাংদনা থেঙনা থেঙনা মথন্তা মপান্দা ফমদুনা লৈ। মহাক কনাদসু মাগী নুংঙাইতবা নত্তুগা অৱাবা ৱাখল অদু ফোঙদোক্তে। নোংমদি মহাক্না হান্নগুম মপান্দা থাবা ফাল অদুদা ফমদুনা লৈরিঙৈদা আশাদু চাক চাবা তেক্লবা মতুংদা মাগী কা মপারোমদা লাক্লে। মহাক্না অদুম্না ফমদুনা লৈরম্বা উবদা আশানা হংলকই, "ইন্দ্রাণী, নথন্তা ফমদুনা করি ৱাখল খল্লিবনো?"

ইন্দ্রাণীনা মঙোন্দা মমা নাবগী পাউ অদু তম্লকই, অদুগা হায়রকই, "ইচে, ঐ বাখলসি ঙহাক্তা পোত্থাফম খঙদে, ঐ ইমাবু উন্নবা চৎনীংবনা খাঙবা ঙমদে।"

আশা মানা হায়রিবা অদু ভাব তাই, অদুবু ইন্দ্রাণীখোয়গী ইমুং-মনুংগী ওইবা বাখোক, লৈরিবা ফত্তবা মরী অদুগী মরমদা খল্লুবদা মহাক অরেপ্পা মত অমা হেক্তা পুদক্তা পীদুনা ৱা হায়বা ঙমদ্রে। মহাক্না ইচম চম্না হায়রকই, "ইনাউসিদি, করিগী উন্দদগে? তাঞ্জা অমা লাকখিগনি।"

"অদুবু, ইচে," ইন্দ্রাণীনা মমীত্তা পিরাং চেন্না খোঞ্জেল নীক্না হায়রকই, "মদু করম্না ওইখোক্কনি? ঐদি কৈদৌঙৈদসু য়ূমদা চঙবা ঙম্লরোই।"

আশাসু নুংঙাইতনা লৈ।

ইন্দ্রাণীনা অমুক হায়রকই, "ইচে, সংসার অসিদা ঐমুক ৱাবা কনা লৈরমগনি? ঐ মীকুপ অমা ফাওবা পোত্থাফম খঙদ্রে। অসুক য়াম্না ৱানা ঙৌদুনা সংসার অসিদা হিংগদবগী শরুকপুদি ঐবু খরা থুনা লৌশিনবীখিনবা ঈশ্বরদা খুরুম্লিবনি।"

"ইন্দ্রাণী, ঐনা নঙোন্দা হেক হেক হায়খিবদু কাউরব্রা? ঐখোয় অসুম হিংমিন্নখিগদবনি, অৱাবা কয়া মায়য়োক্নরবসু। করিগী অদুগুম্বা ৱাখল খল্লিবনো? নহাক্কী অৱাবা অসি কোক্লবা করি তৌসিগে হায়বদু খন্নসি।"

ইন্দ্রাণী তুমিন্না লৈ।

আশানা ঙহাক ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নঙ নহাক্কী তামোদা অমুক্তং

লাক্লে হায়দুনা খুরুম্মু। মহাক্না নহাকপু শোয়দনা ঙাকপিগনি।"

ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "অদুম্না খুরুম্নগা ঐবু করম্না হেক্তা ঙাকপিরক্কদগে? ঐনা তৌখিবা পূন্নমক অদু ঙাকপিবা য়াবগী ৱাংমদনি।" মহাক স্বরমপী অমা শাংনা চিংখৎলি, অদুগা মমীৎ উইশিন্দুনা চমন্নবা মওঙদা লৈ।

আশাসু ৱা ঙাওফম খঙদনা ফম্না কুইনা তূমিন্না লৈরে। অদুদগী মহাক্না হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক্না খল্লিবা অদুম্না ঙাক্তসু খনগনু, নহাক্না পূকচেল তিংনা হায়জরবদি ঐনা হায়রিবা অসিনি নবুংনা নহাকপু শোয়দনা ঙাকপিগনি। মীওইবগী মরাল হায়বসি ঙাকপিবা য়াবা ঙাক্তনি। মহাক্না নঙগী ওইরিবা ফীবম অসিগী মরমদসু শোয়দনা খনগনি।"

মখোয় অনী ঙহাক ৱারী শারগা মতম থেঙজিল্লক্তুনা মাগী মাগী কাদা চঙনখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। নন্দিনী আশ্রমদা মাগী মরূপ আশাগা উন্নবা লাকই। মখোয় অনী ৱারী শাবদা আশানা নন্দিনীদা ইন্দ্রাণীগী মরমদা হৌদোক্লুরে। নহানমখৈদি মহাক্না নন্দিনীদা ইন্দ্রাণীগী ৱাসি কয়া পন্দবনি। নন্দিনীনা খরা পেন্দবা উত্তুনা হায়রকই, "মাগী ৱা করিগী হৌদোরক্লিবনো? নহাক্না মাবু অসুক লুনা তৌরিবা, মাগী মরমদা অদুক য়াম্না খন্দুনা হোৎনরিবসি করিগীনো? মাগুম্না ফত্তবা নূপী সংসারদা অমুক লৈরমগনি থাজদে।"

আশানা ঈংথনা হায়রকই, "নন্দিনী, হৌজিক মহাক জ্ঞান খরা তারে, আশ্রমদা লৈবদগী মাগী ৱাখল ফম্না য়াম্না হোংখ্রে।"

"করম্না হোংখ্রিবা, মাবু হৌজিক মীগা তিন্নবা য়াররা?"

আশানা নন্দিনীদা ইন্দ্রাণীনা আশ্রমদা লাক্লুবা মতুংদা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক কয়া অদু লীরকই, মাগী ৱাখল অমদি শাজত্তা হোংলকপা, মপুরোইবা লৈখিদবা অসিনচিংবা পূন্নমক অদুগী মরমদা তম্নকই।

ইন্দ্রাণীগী ৱারী অদু তাবদা নন্দিনী মাগী মরূপ অদুদা শকফম খরা হোংনা য়েংদুনা লৈ।

আশানা অমুক মখা তারকই, "য়েংউ, নন্দিনী, মহাক হৌজিক য়াম্না নায়তোম তাবী, উপায় লৈত্রবী ওইরবনি, কম্নাদসু ফত্তবা তৌবগী ৱাখল লৈত্রে। ঐনা মাবু কূপ্না য়েংশিন্দুনা লৈরিবনি। মহাক হৌজিক মথন্তা হিংবদা ফাওবা অৱাবা ওইরে। মাবু খরা

য়েংশিনবীদবা য়াদে।"

নন্দিনী আশাগী ৱাহৈ অদুদা পূক্নীং চঙনা তায়, মাগী মায়থোঙদা থাজদবা, অঙকপা মতৌ অমগা লোয়ননা ৱাখল খন্থবগী মমি তারকই; তশেংনা মাগী মরূপ আশানা হোৎনরিবা অদু মখোয়না থুংনবা নীংলিবা আশ্রম অদুগী মরু ওইবা পান্দমশিংগী মনুংদা অমনি; মফম অদুদা চুম্না উপায় লৈত্রবী, লৈফম লৈত্রবী কয়াবু লৈহনবগী ৱা ঙাক্তা নত্তনা মখোয় খরগী লমচৎ শেম্বা, জ্ঞান তাহল্লকপা হোৎনবা হায়বা অসিসু মদুগী য়াম্না মরু ওইবা পান্দম অমনি।

নন্দিনীনা হংলকই, "হৌজিক মহাক্কী ময়ূম-হিঙ্গোল, মরল-মথুম খূদিংমক অদুদি কমদৌখ্রে?"

"য়ূম-হিঙ্গোল অদুদি ভারাগী মী থম্লে হায়, অদুগা মাগী চহীগী লৌদগী কারকপা ফৌশিংগী মনুংদা ফৌবোৎ য়াঙখৈখক্তি আশ্রমদা লৈবা মীওইশিংগীদমক্তা চানবা পীথোক্লগনি হায়না মহাক্না ফোঙদোরকই।"

মদু তাবদা নন্দিনী অমুক হেন্না ঙকপা থাজদবা মতৌ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "অওইব্রা, ইন্দ্রাণীনা অদুম্না তশেংনা হায়ব্রা?"

"অওইবনি, মহাক হৌজিক মাগী মরল-মথুম খূদিংমক তশেংনা আশ্রমগী ফনবা থবক্তা শীজিন্নবা পাম্মী। মাগী হোংলক্লিবা ৱাখল অসি তশেংনা অঙকপনি। মহাক মাগী অপাম্বা কয়া লোইনা মাঙখিবগুম তৌখ্রে। তৌবদি মদু মাগী ওইরিবা ফীবম অসিমক্না ওইবসু য়াই; অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, মঙোন্দা লাক্লিবা লন-থুম কখোকপগী ৱাখল অসিদি কনাগী থৌইনশিন্দগীসু নত্তে, মহাক মশা মথন্তা ফোঙদোকচরকপনি। মসিমক য়াম্না অঙকপা অমনি।"

আশাগী ৱাহৈ অদুনা নন্দিনীদা করিগুম্বা অকনবা ইথিল অমা পীরকপগুম তৌরকই; মদু মহাক্না তয়াং তশোয়না লৌবা ঙম্লক্তে। মহাক্না খ্বাইদগী শাউনীংখিবা, খ্বাইদগী তূক্কচনা খনখিবা মীশক অমা ওইখ্রবসু ইন্দ্রাণীনা ৱাখল হোংলক্নুনা, লমচৎ হোংলক্নুনা মানা নুংশিনা খনবা আশ্রম অদুগী অফবা থবক খরা তৌনীংবগী ৱাখল লৈরে হায়বসি তাবদা মঙোন্দা তশেংনা ঙকপগা লোয়নবা নুংঙাইবা ৱাখল অমা ফাওদবা ঙমদে।

নন্দিনীনা তূমিন্না ঙহাক ৱাখল খন্দুনা লৈরুরগা হায়রকই, "ফরে, আশা, মহাক্না তশেংনা অদুম্না তৌরক্লবদি কৈ। মদু ইচে মালতীগা নঙগনা আশ্রমগী ফনবা হোৎনরিবা থবক অদুগী মহৈ অমনি।"

নন্দিনীগী পুক্লীংগী ফীবম অদু য়েংদুনা আশানা হায়রকই, “অদুগা, নন্দিনী, হৌজিক নঙসু মহাকপু শাউবা নত্রগা নুংঙাইতবা তৌরুরনু, হৌখিবা থৌদোকশিং অদু কাউথোক্লো? ঐ মাবু নঙোন্দা লাল্লে হায়জহনগে। নঙনা 'সিদা অমুক অনীরক লাক্লিবা অসি মহাকসু খঙবনি, অদুবু মহাক নঙগদি অমুক্তা উন্নবা থোরকপদি ঙমদে।”

নন্দিনীগী মায়থোঙদু হেন্না ৱাখলগী মমি তারকই, মহাক্না জ্ঞান তানা হায়রকই, “ফরে, আশা, থোকখিবা পূন্নমক্তু থোকখ্রে কমদৌনি? নখোয়না হোৎনদুনা মাবু জ্ঞান তাহল্লে, আশ্রমগী ফনবা থবক্তা পুক্লীং চঙহল্লে, মদুদা ঐসু নুংঙাইরে।”

আশা নন্দিনীগী পাউখুম অদুদা নুংঙাইনা উরকই, মাগী মরূপ অদুগী পুকচেল চাউবা মতৌ অদু মহাক তশেংনা মপুক্লীংদা থাগৎলি। মহাক্না ইন্দ্রাণীখোয়গী ইমুংগী মরমদা ৱারী শাদুনা মখোয়গী মমা নাবা, ইন্দ্রাণীনা মবুংবু কিবদগী ময়ূমদা চঙবা ঙমদবগী নুংঙাইতবা অসিনচিংবগী মরমদসু পাউ তম্লকই।

মদু তাবদদি নন্দিনী শকফম থোইনা হোংদনা লৈ। মহাক্না ইবোচৌববু শারদাগী মতাংদা নুংঙাইখিদবা অদুনা মাগী ৱা পল্লকপা অদুদা মহাক ৱা পাক ঙাঙলক্তে। ইন্দ্রাণীনা তৌখিবা পূন্নমক অদুদি মহাক্না মাবু অপঙবী অমগুম্না খন্দুনা মপুক্লীংদা ঙাকপিবা ঙম্মী, অদুবু ইবোচৌবনা মঙোন্দা ঙাঙখিবা ৱাঙাঙ, মনাউনুপীনা নুংঙাইতনা লেল্লিবা পুন্সী খুৎলেন অদুগী মরমদা খল্লুবদদি মহাক্না ইবোচৌববু মপুক্লীংদা ঙাকপিবা ঙমদে। মহাক্না খরা অর্থ লৈনা হায়রকই, “মদুদি মখোয়গী ইমুং-মনুংগী ওইবা ৱানি, ঐখোয়না করি হায়রুগনি?”

“চুম্মী, অদুবুদি, ঐনা চুম্না ইন্দ্রাণীগী নুংঙাইতবা ফীবম অদু খঙহনবতনি,” আশানা হায়রকই। অদুদগী মহাক্না মীকুপ খরা তুমিন্না লৈরুবগা অমুক হায়রকই, “নন্দিনী, ঐনা ইবোচৌবদা মাগী মতাংদা করিগুম্বা খরা খঙহন্দুনা, অদুগা শারদাগী মতাংদসু ৱাফম পূন্নমক শেংদোক্নুনা ৱারী অমুক্তংদি শানীংলিবনি।”

“মদুদি নঙগী অনীংবগী মখা পোনবনি।”

তাঙ্গা অদুদা কা অদুদা সুনীতিসু চঙলক্লে। মহাক্না নন্দিনীবু হৱাউ-হৱাউ কৌদুনা মখোয় অহুম ঙহাক ৱারী অতৈ অতৈ শারকই। অদুদগী নন্দিনী আশ্রম অদুদগী থোরক্লে।

মহাক্না ময়ুম য়ৌরগা মহাক্না আশ্রমদগী তারকপা ইন্দ্রাণী অমদি মাগী ইমুংগী ৱারী অদু শারদাদা তম্লকই। শারদাসু ৱারী অদু তাবদা য়াম্না ঙক্না থোকই, মঙগুম্না থোকই; অদুবু মহাক্না ইন্দ্রাণী অমদি মপুরোইবগী ইমুংবু নুংঙাইতদুনা লৈবনা মদুগী মরমদদি কুপ্না হংদুনা ৱারী শারক্লে।

২১

শরৎ নোংমা নুংথিল অমা ইবোচৌবগী মমা নাবা হংবা মখোয়দা চৎলি। মহাক্না লাকপদা ইবোচৌবগী মমাদু গ্লুকোজ দ্রিপ কাপ্লুনা লৈ। লৈকাইদা লৈবী নর্শ অমনা ফমাঙদা থাবা মোরা অমদা ফমদুনা হীদাক কাপকদবগী থৌরাঙ তৌরম্মী। নুমিৎলৈনা খূয়া মপাদা লেপ্লগা নর্শ অদুনা মঙোন্দা হায়বশিং অদু তৌনবা ঙাইদুনা লৈ। ইবোচৌবগা মখোয় অনী কা অদুদা চঙদুনা অনাবগী ফীবম অদু য়েংলম্লগা মপান্দা অমুক খোরক্লুনা ফম্ফমকাদা চঙদুনা ফম্মিন্নরে। শরৎনা হায়রকই, "ইবোচৌবা, ইমাগী অসিগুম্বা ফীবম অসিদা ইন্দ্রাণীবু হৌজিক ফাওবা অমুক্তং কৌবীদুনা উন্নহন্নবা শানবিদ্রিবা করিগীনো? করিগুম্বা ফত্তনুংদা থোক্লবদি কমদৌনি? নহাক য়াম্না নীংঙল্লোই।"

ইবোচৌবা ৱাখল থোক্লনা লৈ. পাউখুম পীরক্তে।

শরৎনা অমুক হায়রকই. "কান্নদে, ইবোচৌবা, ৱাখল মুন্না খল্লু। মহাক অপঙবীনি, মানা লানখিবা খূদিংমক্কু ঙাকপিয়ু। মহাকপু কৌবীদুনা ইমাগা অমুক্তং উন্নহল্লু।"

শরৎ নুমিত্তু মাগী মনাক্তা ঙহাক ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফম্লম্লগা হনখ্রে।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা মমাগী কাদা অমুক চঙলকই। মহাক্না চঙলকপদা নর্শ অদুগা নুমিৎলৈগা মমাগী মনাক্তা তূমিন্না ফমদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মায়থোঙদু চেকশিন্না উই, মহাক চঙলকপদা ৱা ঙাঙলক্তে। ইবোচৌবা সোফাদা অমুক চঙদুনা ফমখ্রে।

মীকূপ খরগী মতুংদা নর্শ অদুনা মমাদা হীদাক অমা পীজনবা থৌরাঙ তৌরকই। ইবোচৌবগী মমাদু মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ। নর্শ অদুনা গুলি অমগা ঈশিং গ্লাস অমগা পায়রগা কৌদুনা হায়রকই, "ইনে, সে. হীদাক অসিমতং চাসি।"

ইবোচৌবগী মমাদু মমীৎ পাঙথোরকই। নুমিৎলৈনা চঙশিন্দুনা মাবু খজিক্তং শৌগৎলি; নর্শ অদুনা পায়রিবা গুলি অদু ময়াদা ইনবিরগা ঈশিং খরা পীথকই। অনাবা অদুনা হীদাক অদু চাবা লোইরগা ৱাবগুম তৌনা স্বর শাংনা হোন্দোকই। নুমিৎলৈ মানা শৌগৎলম্বা অনাবগী মকোক অদু মোন্দা তপ্না থম্লগা ফমুং ময়াদগী

অমুক হন্দোরক্লে।

ইবোচৌবগী মমানা লোংনা হীপ্লগা মমীৎ তূকথনা পাঙলদুনা তপ্না কৌরকই, “ইবুংঙো।”

“করিনো, ইমা?” ইবোচৌবনা খুল্লকই।

“ঐগী ইনাক্তগী চথোকখিনু। অসুম লৈয়ু।”

ইবোচৌবা মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা থুক লাউই। নাদুনা পুক্লীং হকচাং শোঙ্বরক্লবা মতমদা খল্লকপা করিগুম্বা অকিবা ৱাখল অমদগীনি মমানা মদু হায়রক্লিবদু। নহানমখৈদি ইবোচৌবা অফিস কারুবা য়াওই, নুমিৎলৈনা মমাবু শঙদুনা লৈহৌই। মদুদা মমানা নুংশাথীদুনা হায়রকপা মাল্লি। ইবোচৌবনা হায়রকই, “চথোক্লোই, ইমা, ঐ অফিসতগী নুমিৎ খরনি ছুটি লৌরবনি।”

ঙহাক্কী মতুংদা নর্শ অদু গ্লুকোজ ড্রিপ কাপ্পা অদু লোইদুনা চৎখ্রে।

নুমিৎলৈসু ইমুংগী থবক-ইথ্বাং নোম্বা থোকখ্রে।

মমাদু নর্শ অদুনা হীদাক কাপ্লম্বা অমসুং হীদাক পীজরল্লবা মতুংদা মশাদ্ খজিক্তং পোখানা উই। কাদু ইচীক চীকই, হীদাক্কী মনম নম্মী; মমাগী শোক্লব শকফম অদু উবদা ইবোচৌবা ৱাখল থোক্তনা তূমিন্না লূকথদুনা ফমদুনা লৈ।

অচীকপা অদু থুগায়দুনা মমানা কৌরকই, “ইবুংঙো।”

“করিনো, ইমা?”

মমাদু চেপ্না হীপ্তুনা ৱাখল খনবগুম তৌনা ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈখ্রে মহাক্কী মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মঙোন্দা মচানূপী উদবগী মৈচাক অদুগা লোয়নন ইমুংদু কাংখোং চাইবগী, মশাগী মরালবু নীংশিংদুনা নীংঙমদবগী করিগুম্বা নুংঙাইতবা ৱাখলগী চৈনা অমা কন্না লৈ। অসুন্না নারিঙৈগী মতম অদুদা মাগী পুক্লীংদা লৈরম্ব ফত্তবা, শাউনীংবা ৱাখল খূদিংমক মাঙখ্রে। মাগী থম্মোয়দু য়াম্না নৌথখ্রে।

মহাক্না ইথা থাজদনা খঙহৌদনা হায়রকই, “ইবুংঙো, ঐনা শারদাবু অমুক্তং কৌশিনবীবা পাম্মী।”

ইবোচৌবা মমাগী ৱাহৈ অদুদা ঙক্লা থোকই, মমানা নহানমখৈদি শারদাবু অমুক্তা পন্দবনি। ইবোচৌবা মদুগী পাউখুম খুমদনা লৈ।

মমানা অমুক হায়রকই, “ইবুংঙো, ঙসিদি নহাক লৈত্রিঙৈদা ইন্দ্রাণীখোয়গা আশ্রমদা লৈমিন্নবী আশা হায়বী নূপী অমা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী ......।”

“আশাবু ঐখোয়দা লাক্লম্লিবা?” ইবোচৌবনা ঙক্লা মমাগী ৱাহৈ অদুদা মরক

থত্তুনা হংলকই।

"উম, ইবুংঙো, মহাক্তু নতৈমা নন্দিনীগা মরূপনি হায়, মমিংদু আশা হায়বা ওইরমাল্লে," মমানা মমিংদু অমুক অরেপ্পা ওইনা নীংশিংদুনা হায়রকই।

"মহাক্না করি হায়রম্মী?"

"মহাক্না শারদাবু ইচম চম্না আশ্রমগী ফনবা থবক তৌবদা মতেং পাংবা য়াওবী, মরাল করিসু লৈতবী অমনি হায়না শেংদোক্লম্মী, মাবু য়ুমদা পুশিনবিনবা তকশিল্লম্মী। ইবুংঙো, ঐ হৌজিক্তি খঙলে ঐখোয়না ৱাখল খন্দবদগী শারদাগী মরমদা মীনা ফত্তনা পাউথোকপা কয়াদু থাজরুবনি, মাবু লান্না লৌরুবনি।"

ইবোচৌবনা খরা শূকথনা হায়রকই, "মহাক মদুগীদমক লাক্লিব্রা? অতৈ করি করি হায়রম্মী?"

"মদু ঙাক্তগী নত্তে, মহাক ইন্দ্রাণীগা লৈমিন্নবা অদুদা ঐগীসু অনাবা হংবা লাকপনি," মমানা হায়রকই। অদুদগী মহাক ঙহাক তুমিন্না লৈখি। মীকুপ খরদং অদুম্না বাখল খনবগুম তৌনা লৈরুরগা মহাক্না খঞ্জাননা অমুক হায়রকই, "ইবুংঙো, মহাক্না ঐঙোন্দা ইন্দ্রাণীগী ৱাসু পল্লম্মী, নচন্দু ঐগী ইনাক্তা লাক্লীংবনা য়াম্না লাঙতক্লনা লৈরে, মহাকপুসু য়ুমদা চঙহনবীয়ু হায়রম্মী।" মদু হায়রগা মমাদু মমীত্তগী মপি তারকই।

ইবোচৌবা মমীৎ উইশিন্নগা মীকুপ অমতং লৈরুরগা স্বরমপী হোল্লকই, ৱা অমতা ঙাঙলক্তে।

তাঞ্জা অদুদা নুমিৎলৈ ৱাটর-বেগ অমা পুদুনা কা অদুদা চঙলক্লে। মহাক্না ৱাটর-বেগ অদু ফি অমনা য়োম্লগা অনাবগী মখোঙ ওল্লম্বা শামতুফি অমা হাইদোক্তুনা মদু অনাবগী মখোঙদা থম্লগা ফি অদুনা অমুক ওমশিল্লকই। মহাক্না অনাবগী ফৈজুপ অদু তাশিন-খোমজিন্দুনা, মাগী ফীবম অদু য়েংদুনা সেবা তৌবা হৌরকই।

মহাক্না সেবা তৌহৌরবা মতুংদা ইবোচৌবা কা অদুদগী থোরক্লে।

মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুৱাইদা ইন্দ্রাণী পূমঙৌ ফনেক শেত্তুনা মপামগী য়ুমগী গেটতা চঙলক্লে। মহাক খাউ অমা য়াল্লকই। মমায়দু ইমক মকই। মহাক্না খোঙথাং তপ্না চঙলক্তুনা মমানা লৈরিবা কা অদুগী মপাদা লাক্লে। মহাক্না থোঙদা চঙলকপা অদু উবদা মমাবু সেবা তৌরিবী নুমিৎলৈনা মাবু মশক খঙদবনা মীতোপ ওইরবোই নীংদুনা মঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলগা হায়রকই, "লেঙশিনবিরকউ।"

ইন্দ্রাণীনা চঙলকপা মতমদুদা মমাদু মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ। ইন্দ্রাণীনা লুখুম ওইরপ্পা মমাগী ফমাঙদা লেপ্লদুনা মমাবু কৌরকই, "ইমা।"

নুমিৎলৈনা মাবু ইন্দ্রাণীনি হায়বদু ভাব তারক্লদুনা হায়রকই, "ও, ইবেম্মা ওইরে, ঐদি খঙলুদ্রে।"

ইন্দ্রাণী মমাগী ফমুং মচীদা ফল্লদুনা মমাগী মশা পায়দুনা হায়রকই, "ইমা, ঐ লাক্লে।"

মমাদু মমীৎ তপ্পা পাঙথোরকই, মচানূপীনা অদুম্না মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্বা অদু মঙোন্দা মঙগুম্না থোক্লুনা থাজদবা মীৎয়েং অমনা ঙহাক য়েংলকই, অদুগা কৌরকই, "ইবেম্মা!"

"ইমা, ঐ লাক্লে, নঙগী ননাক্তা!"

ইন্দ্রাণী মমাগী শোক্লবা শকফম অদু উবদা অমসুং মাগী খোঞ্জেল অদু তাবদা খঙহৌদনা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, অদুদগী মহাক্না পাকথদুনা মমাবু কোন্দুনা কপ্পা হৌরকই। মমাসু কপ্পা হৌরকই। মখোয় অনীগী কপমিন্নবগী খোঞ্জেলনা কা অদু ইনিন নিনখ্রে।

মমানা মপি তৈথোক্লদুনা হায়রকই, "ঙসিদি ইচাবু উরে, ঐগী অৱাবা কোক্লগনি।"

"ইমা, ঐ নঙবু থাদোক্লুনা কৈদৌঙৈদসু চৎলম্লোইদবনি!"

"ইবেম্মা!" মমানা থম্মোয় শোক্লা কপ্পা কপ্পা হায়রকই।

মখোয় অনী ফনা কুইনা কপমিন্নদুনা লৈখ্রে। অদুদগী ইন্দ্রাণীনা কপ্পা তোক্লুনা ঈংথনা মমাগী লাইওঙ, নারিবা ফীবম অদুগী মরমদা হংদুনা ৱারী শাবা হৌরকই, মানা পুরকপা খাউদুগী মনুংদগী হোরলিক্ল লীক্লী অমা লৌথোক্লুনা বেডসাইদ টেবল মথক্তা থম্মী, খাউ অদুদা য়াওবা সেম খরসু লৌথোক্লুনা নুমিৎলৈদা লৌশিন্নবা হায়রকই। নুমিৎলৈনা হৌগৎলগা মখোয়দু লৌশিন্দুনা অতোপ্পা খাউ অমদা হাপ্লগা রেক মথক্তা থম্মী

ইন্দ্রাণী মমাগী ফমুং মচীদুদা অদুম ফল্লদুনা মখূৎ নাম্মনা মমাগী খূদাংদা নাল্লদুনা লৈ। কংলবা মমাগী খূদাং অমদি পাম্বোম অদু নানবা ফংবা অদুদা মহাক য়াম্না পেন্না উই।

"ইমা," ইন্দ্রাণীনা খোঞ্জেল তপ্পা কৌরকই।

"করিনো?"

"ঐখোয়গী তামোদি লৈতব্রা?"

"মহাক হৌজিক্তা ꠸সিদা লৈরম্বনি, মাগী কাদা লৈরম্বা য়াই।"

ইন্দ্রাণী অচেৎপা, অঙৗংবা শকফম অমগা লোয়নননা হায়রকই, "ইমা, ঐ তামোগা অমুক্তং উন্নবা চঙলুগে।"

মমাগী মায়থোঙদা নুংশাথীবা অমদি অৱাবগী মমি তারকই, অদুবু মহাক্না মচানূপীবূ অমুক খাম্বদি তৌদ্রে।

ইন্দ্রাণী হৌগত্তুনা কা অদুদগী থোকখ্রগা খোঙথাং তপ্না কিথী-কিরুম তৌনা মবুংগী কা মপাদা লাক্লে। মহাক্না থোঙদগী উরে মবুংদু চৌকিদা ফম্লগা টেবলদা ডাইরিগুম্বা অমা ফাক্লগা করিগুম্বা অমা ইদুনা লৈরি। মহাক্না থোঙ অদুদগী তপ্না কৌরকই, "তামো।"

ইবোচৌবা মমায় হনগৎলকই। পূমঙৌ ফনেক শেৎলবী চন্দন অমুবা থিল্লবী মচননূপী ইন্দ্রাণীনা কাগী থোঙ ময়াদা লেপ্তুনা লৈবদু উবদা মহাক মঙোন্দা ঙক্লা থাজদনা য়েংলকই। ইবোচৌবগী শকফমদু চেৎলি, মীৎয়েংদুদা অকনবা মতৌ অমা লৈ। মহাক্না হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক করিগী ꠸সিদা লাক্লিবনো?"

ইন্দ্রাণী শকফমদু খরা হোংনা অমুক চঙশিল্লকপা তৌদনা লেপ্লিবা মফম অদুদা খোঙফম লেঙদনা লৈ।

ইবোচৌবনা অমুক হায়রকই, "নহাক ঐখোয়গা শন্নররোই হায়দুনা তোঙান্না লৈখ্রবনি, অদুগা হৌজিক্লা ঐখোয়দা লাক্লিবা করিগীনো? হৌজিক নহাক ꠸সিদা চঙলকপগী দরকার অমুক লৈতে।"

ইন্দ্রাণী হান্নগী ফীবম অদুদা অদুম লূকথদুনা লৈ।

ইবোচৌবনা অশাউবা অদু থিংবা ঙমদনা ঙাঙবা হৌরকই, "নহাক হৌজিক্তি খঙলব্রা সংসার অসি করিনো, মীওইবগী মরী হায়বসিনা করিনো হায়বদু? খঙউ, ঐসি নহাক্কী কনাসু নত্তে। ঐদি নঙনা তৌখিবা পূন্নমক অদু ইচম চম্না লৌবা ঙমদে, হৌজিকসু নহাকপু কিনা খল্লি, নহাক করিগুম্বদা উরব্রা মহূ পুবা লিন্না ইমুংদা চঙলকপা, ঙসিসু নঙবু অদুগুম্বা লিন অমগুম কিবা পোকই। নহাক হৌজিক ঐখোয়গী মাঙনবা করি অমুক শীনবা লাক্লিবনো?"

ইন্দ্রাণীদু অশাবা মূর্ত্তিগুম লেঙদনা লূকথদুনা অদুম লেপ্তুনা লৈখ্রে।

ইবোচৌবগী অয়াকপা খোঞ্জেল অদুনা অচীকপা ইমুং অদু ইনিন নিল্লি। শাউবদগী মহাক মচননূপীগী হৌজিক ওইরিবা ফীবম অদু ফাওবা পুরা কাউখ্রে। মহাক্না মখা তারকই, "নঙনা তৌখিবা পূন্নমক অদু নীংশিংব্রা? নূপী অমগী থম্মোয়দা

অদুক ফত্তবা, পূকচেল কনবা ৱাখল লৈরম্বা য়াই হায়বসি মগুনি, অঙকপগী মশকনি। ঐদি হৌজিক ফাওবা নহাকপু কি হায়রিবসিনি, নহাক ঐখোয়দা চঙলক্কনু, থুনা 'সিদগী চৎখ্রো।"

ইন্দ্রাণী কপ্পা কপ্পা চঙশিন্দুনা মবুংগী মখোঙদা তুখ্রে, অদুগা অনীকপা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "তামো, ঐবু ঙাকপিয়ু, ঐনা তৌখ্রিবা পুন্নমক্তু পঙবদগীনি, ঐ তামোগী মফমদা য়াম্না লানখ্রে।"

ইবোচৌবা ফুক হৌগত্তুনা খরা হন্দোকখ্রে, অদুগা শাউনা লাউরকই, "চৎখ্রো, ইন্দ্রাণী, ঐনা হায়রিবসিনি, নহাক 'সিদগী থুনা চৎখ্রো! নত্রবদি নহাক খুদোংচারোই।"

ইন্দ্রাণীদু লৈমায়দা হীপ্তুনা থরো থরো ওন্দুনা কপ্তুনা লৈখ্রে।

ইবোচৌবা কা অদুদগী থোকখ্রে।

মহাক্না লাউদুনা চৈখিবগী মখোল অদু তাবদা নুমিৎলৈ কা অদুদা চঙলক্লে। মহাক ইন্দ্রাণীনা লৈমায়দা ওন্দুনা লৈরম্বা মতৌ অদু উবদা পাখৎখ্রে। মহাক্না থুনা চেনশিন্দুনা ইন্দ্রাণীবু কোনখত্তুনা হায়রকই, "করি মতৌনা, ইবেম্মা! মাঙলেদনা তৌরিবসিদি, হৌগৎলু!"

মহাক্না ইন্দ্রাণীবু কোনখৎলগা শৌদুনা কা অদুদগী পুথোকখ্রে।

নুমিত্তু ইন্দ্রাণী মমাগী মনাক্তা কুইনা থম্মোয় শোক্না কপ্তুনা লৈরম্লগা আশ্রমদা অমুক হনখ্রে।

নুমিৎ অদুগী মতুংদা ইন্দ্রাণী মমাগী মনাক্তা অমুক লাকখিদ্রে।

ইবোচৌবা মমাবু শঙবদা অয়াম্বা মতমদা অহিং নীংথি-নুংঙাইনা তুমদে। নোংমা মহাক্না নুংদাং অমা মমাবু শঙলুরগা থেঙনা মাগী কাদা তুম্বা চঙলকই। মহাক্না ফমুংদা মহৌশাগুম ৱাখল মওল মওল খন্দুনা ঙহাক তুমথবা য়াদনা লৈরম্লগা খঙহৌদনা তুমথখ্রে। মহাক্না হেক তুমথরকপগা মঙোন্দা অঙকপা মঙ অমা মঙলে। মহাক্কী মপাবুং অদু অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা ময়ুমদা লাকপা উরকই। মহাক্কী শক্তমদু য়াম্না ময়েক শেংই, মায়থোঙদা অৱাবগী মমি তাবা উই, ৱাদি করিমতা ঙাঙদে। মহাক্না ইমুংগী ফম্ফমকাদা ফম্লগা নুংঙাইতবা মওঙদা মমীত্তা পি তারকই। মাগী মায়থোঙ অদুনা ইমুং অদুদা ওইরিবা মওঙ অদুগীদমক য়াম্না নুংঙাইতবা মতৌ উৎলি। অসুম্না ঙহাক লৈরম্লগা মাগী শক্তম অদু খঙহৌদনা মমি শামখ্রে। অদুদগী মহাক্কী মূর্ত্তি অদু মাঙখিবগুম, ইমুংদগী থোকখিবগুম তৌনা মশক উখিদ্রে। তাঞ্জা

অদুদা ইবোচৌবা মীকপ খংথোক থোরকই। মঙ অদুদা লৈখিদ্রবা মপাগী শক্তমদু ময়েক শেংনা উমনখিবনা মহাক মশাদু ভুজুংবা পোকই; মপাগী ফীবম, মায়থোঙদা উৎপা অৱাবগী মতৌ অদুনা মঙোন্দা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা পোকহল্লকই। মহাক অদুগুন্না নুংঙাইতবা অদু অমুক্তা থেংনখিদ্রি। লৈখিদ্রবা অহল-লমনগী থৱায়না ইমুংদা থোক্লিবা থৌদোক খূদিংমকপু উবগুম, অৱা-নুংঙাই খূদিংমক্তা শরুক য়াবগুম, ইমুংগী মীশিংবু শেন্নবগুম মপূক্নীংদা ফাওবা হৌরকই। মহাক নুংঙাইমন্দবদগী অমুক ভূমথবা য়াদ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লে। মহাক ফমুংদগী হৌগৎলক্লে।

মহাক্না মমাগী কা মপারোমদা লাক্লুনা মমাগী ফীবম খঙনীংদুনা চঙলকই। নুমিৎলৈসু ঙন্না হৌগত্নুনা থোরকপদা মখোয় অনী ভেরেন্দাদা থেংনরে। ইবোচৌবনা হংলকই, "ইনে, ঐখোয়গী ইমাদু কমদৌরিবগে?"

"হৌজিক ভূমহৌরি।"

"ঙরাং ঐনা চঙখ্রবা মতুংদা করিসু তৌরক্ত্রা, খরা পোথাব্রা?"

"কবিসু থোইদোকপা তৌদে, ইবুংঙো, অদুবু মহাক ঙরাং অহিংদি ইন্দ্রাণীবু শোন্দুনা য়াম্না কপ্পুনা লৈ।"

ইবোচৌবা মদু তাবদা শকফম খরা হঞ্জিনখি। মহাক ঙরাং অহিংগী মঙ অদু নীংশিংলকই, মপাগী অৱাবা শক্তম অদুগা মরী লৈননা মমাগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা ৱাখল খল্লকই। ইন্দ্রাণীবু নহামুক থীনা চৈখিবা, মহাক্না মমাগী মনাক্তা থম্মোয় শোক্লা কপ্পুনা লৈরম্লগা চৎখিবা, মদুগী মতুংদা যুমদুদা অমুক লাকখিদবা অদু তশেংনা মমাগী য়াম্না নুংঙাইতবা অমনি। মঙ অদুদা তৌরিবদুগা থোক্লিবা পূন্নমক অদুগা অঙকপা খঙঙমদ্রবা মওঙ অমদা মরী লৈনবগুম তৌবা মতৌ অদুদা মহাক মপূক্নীংদা থুক লাউবা পোকই। ইবোচৌবদু লূকথদুনা লৈ, মমাদু ভূম্লি হায়বদুদা মহাক মাগী কাদা অমুক চঙলুদনা থোরক্লে।

অয়ুক অদুদি মহাক মঙদা উরম্বা মপাগী শক্তমদু হঞ্জিন হঞ্জিন নীংশিংদুনা লৈ। সংসার অসিদা মশক্তি উদবা করিগুম্বা অঙকপা আত্মাগী ওইবা লীলা অমা লৈরি হায়না মহাক্না খনবা হৌরকই। মপাবুংগী শক্তম অদুনা ইমুংগী কাংখোং চাইবা মওঙ অদুগীদমক মতম চূপ্পদা পেন্দবা, অৱাবা মতৌ অমা লৈবগুম মাগী মপূক্নীংদা হন্না হন্না খল্লকই। ঙসিদি মহাক মশামক্কী শক্তি খূদিংমক মাঙখিবগুম, করিগুম্বা খূজিল-থৌরাঙ তৌবা অচৌবা শক্তি অমা লৈবগুম, মীশিংদা মাগী করিগুম্বা অকনবা ৱারকপগী অধিকার অমতা লৈতবগুম, মহাক মশাগী দোষ ফাওবা লৈবগুম তৌনা

মথন্তা খঞ্জবা হৌরকই। অসুম্না ঙসিদি মঙোন্দা নহানমখৈ অমুক্তা খনখিদবা অনৌবা ৱাখল ঙাক্তা লাকই।

ইবোচৌবা মমাগী ফীবমদুগী মতুং ইন্না মরক মরক্তা ছুটি লৌই। অফিস চৎপা নুমিত্তুনা মহাক্না নুমিৎলৈদা মমাবু চেকশিন্না শঙদুনা লৈনবা শিন্নরম্মী।

নোংমদি মহাক্না অফিসতা লৈরিঙৈদা আশাদু মাগী মনাক্তা ইথা থাজদনা লাক্লে। আশানা মাগী কাগী থোঙজিন্দা চেপথদুনা মাবু য়েংলকই। মহাক্না আশাবু পূক্নীংদদি কয়া য়ানীংদবা অমা লৈরবসু থায়না তম্মিন্নখিবা মরূপ অমদা তৌবা হৌনবী ব্যবহারদু কায়দনা মাবু তরান্না কৌশিন্দুনা হায়রকই, "আশা, করি থবক্লীনো? চঙবীরকউ, ফম্বীয়ু।"

"ঐ অদোমগা ৱারী খরদং শানীংদুনা লাকপনি," আশানা ইবোচৌবগী টেবল ময়াদা থাবা চৌকি অমদা ফন্নদুনা হায়রকই।

"করি মতাংগী ওইরবনো?"

আশানা অতপ্পা খোঞ্জেলদা হায়রকই, "ইবোচৌবা, শারদাগী ৱাফমনি। ঐ মাগী মরমদা পাউ তারে, মহাক্না লৈরিবা মওঙদু নুংঙাইতে। মহাক চুম্না মচেগী মতুং ইন্দুনা আশ্রমগী ফনবা থবক খরা তৌবতনি। মহাকপু লান্না লৌগনু। ঐ মসি হায়গে হায়দুনা লাকপনি।"

শারদাগী মতাং পন্দুনা ঙাঙলকপা অদু ইবোচৌবা কয়া নুংঙাইতে; মহাক পাউখুম পীরক্তনা লৈ।

আশানা অমুক হায়রকই, " ইবোচৌবা, ঐ খঙই অদোম্না ঐবুসু লান্না লৌই হায়বদু, ঐ নন্দিনীগী মফমদগী ৱাফম পূম্নমক তারে।"

ইবোচৌবনা খরা পেন্দবা মতৌ উত্তুনা হায়রকই, "করিগী ৱাফম অসি হৌদোকপিরক্লিবনো?"

"হৌদোক্তবা য়াদে, মসি কুইরবনি ঐনা অদোমদা অমুক্তং শেংদোক্কে খল্লক্লিবা। মরাল লৈতবী শারদাবু অসুম্না থৌওইদনা তৌবীবদু ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।"

"মহাকপু মরাল লৈতবী ......? মদুবু হেক্তা হায়রগা য়াব্রা?" ইবোচৌবনা শাউরপ্না হায়রকই। "নখোয়গী আশ্রমগী অফবা থবক তৌবগী মিংদা ওক্তবী কয়াগা সঙ্গ তৌবা, নূপা কয়াগা লোয়নদুনা চৎপা ... হুম কান্নদে, আশা, ঐ মসিগী মরমদা ৱা য়াম্না ঙাংবা নুংঙাইতে। মহাক নূপীনি, ঐগী ৱা তাদনা অদুক য়াম্না খুশি তৌবা

পামদে। ঐ মাবু শাউনীংই, তূক্কচবা পোকই।"

মদু তাবদা আশা মায়থোঙ খরা লাংশিন্না নুংঙাইতনা উই। মহাক্না হায়রকই, "ইবোচৌবা, চুস্মী, ঐখোয়গী আশ্রমদা ওক্তবী নূপীশিংসু লৈ, অদুবু শারদাগা মখোয় কনাগসু নকশিন্নবা, তোৎন-তিন্নবা লৈতে। মহাক্না নূপা কনাগসু নক্নবা, লোয়নবা তৌদে। নোংমা নন্দিনী মখোয় অনীনা আশ্রমদা লাকপদা ওক্তবা নূপা অনীনা মখোয়বু ইন্নরকপদগী নন্দিনীনা মখোয়বু থীনা চৈদুনা লৈহৌবগী ৱারীদি লৈ। নূপাশিং অদুনা মখোয়বু ইন্নদুনা চৎলিঙৈদা আশ্রমগী নূপী খরনা উহৌদুনা নন্দিনীগা শারদাগা মখোয় অনীগী ফত্তবা মিংচৎ কয়া শন্দোকখিবনি। মদুগীদমক শারদাবু শাউগনু। ইবোচৌবা, শারদাসি য়াম্না নুংশিবা ইনাউনি। মাগী মরাল করিসু লৈতে, মঙোন্দা করিমতা চিংননীংঙাই লৈতে। অদুগা ৱাফম অমনা ঐখোয়গী আশ্রমগী শেল-থুমগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবদা ঐখোয়না মরূপ-মপাং নূপা খরদি পেট্রোন ওইবীনবা হায়জবদগী মখোয় ঐখোয়গী থৌরাঙ অদুদা য়াওই, মদুদা ফত্তবা ৱাখল করিসু লৈতে।"

ইবোচৌবা শারদাগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংদুগী মতাংদা ৱা য়াম্না ঙাঙলক্তে, থোইদোক্না মাগী নূপীগী মরমদা ৱা হায়বসি মঙোন্দা খরা হঙ্গোইনা থোকই।

মহাক্না তূমিন্না লৈখ্রবদা আশানা অমুক মখা তানা হায়রকই, "ঐনা ৱাশক্তুনা হায়রিবা অসিনি, ইবোচৌবা, শারদাগী দোষ করিসু লৈতে, মাবু লৌশিনবীয়ু।"

ইবোচৌবা করিমতা খুমদনা অদুম লৈখ্রে।

আশানা আশ্রম অদুগী মরমদা অমুক হায়বা হৌরকই, "ইবোচৌবা, ঐখোয়গী আশ্রম অসিবু মী কয়ানা লাম্না লৌনৈ। চুস্মী, ঐখোয়গী অসিদা মথোঙ চাদবী, শেমদোকপা য়াররোইদবা কয়াসু য়াওরি; অদুবু অয়াম্বদি ইচম চম্বী, পুন্সীগী অৱা-চৈনা কয়া ফংলবী, হায়নীংঙাই লৈতনা মরাইবক থীরবী, মখোয়গীদমক্তা হন্না য়েংবদা কনাসু লৈত্রবী ঙাক্তনি। মখোয়গী মনুংদা শোইনাইরবীশিংসু য়াওরি, আশ্রমসি নত্তনা মখোয়গী অতোপ্পা হিংফম জগা লৈতে।" অদুদগী মহাক্না মীকুপ খরদং তূমিন্না লৈরুরগা মতিন য়োথরগা অমুক শমথরকই, "ইবোচৌবা, সমাজ অসিদা ঐখোয় নূপীগা নখোয় নূপাগা য়াম্না খেন্নে। ফন্নমক হায়দুনসু নূপীগী পোকপদগী লোয়নরক্লবা অশোনবা, ঙমখৈ কয়া লৈ -- মদুমক্না নূপীশিং অসি হন্থবা, মীখা পোনবা, অৱাবা কয়া মায়য়োক্লবগী মরম অমনি। সমাজগী মীওইশিংনা মসিগুম্বগী মরমদা করিসু খন্থবীবা লৈতে, নূপীশিংবু ওৎ-নৈবগী সমস্যা কয়া লোইবা লৈতনা থোরক্লি। ঐখোয়গী আশ্রম অসিদা মপুরোইবা অমদি ইমুং-মনুংগী মীনা থীনা তৌবীবদগী লাকপা মশীংনা

মমা-মপা লৈত্রবা অমদি শোইনাইরবা মীশিংনা লাকপা মশীংদগী য়াম্না হেল্লি। ঐখোয়না পাকচাউনা অপূনবা সমাজগী ওইনা তৌবা ঙমদ্রবসু আশ্রমদা লৈবা নূপীশিংগী ফীবম ফগৎনবা, মখোয়গী হিংবদা খরদং নুংঙাইনবা থবক খরা তৌবনি। মসিদ শারদাসু য়াওখিবতনি, মসিগীদমক মহাকপু করিগী শাউরিবনো?"

ইবোচৌবা আশাগী রাহৈশিং অদু তাবদা ইপঙ পঙশিনবগুম, রা ঙাঙবগী শক্তি ফাওবা মাঙখিবগুম তৌনা লৈখ্রে।

মখোয় অনী তূমিন্না ঙহাক অমুক লৈনখ্রে। কা অদু ইচীক চীকখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা অফিসকী মী অমা কা অদুদা চঙলক্লুনা ইবোচৌববু নুমিত্তুদা তৌগদবা অফিসকী মিটিং অমগীদমক ময়াম্না মাবু ঙাইনরে হায়না কৌররে। ইবোচৌব আশা লৈবা অদুদা পাক হৌগৎপা ঙমদনা লৈ।

আশানা মদু উবদা নুংঙাইতদুনা চৎনবা হৌগৎলদুনা হায়রকই, "ফরে, ইবোচৌবা ঙসিদি ঐ চৎলগে, হয়েং কোন্না মতাং চারবদি অমুক উন্নসি, ঐনা হায়রিবসি অমুক্তংদি মুন্ন খন্থবীয়ু।" মানা ইবোচৌবদা ইন্দ্রাণীগী মরমদসু রা খরা হায়নীংবনি, অদুবু মদ খুদোংচাদ্রে।

আশা হনখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা বাখলদা উংদুনা ঙহাক তূমিন্না ফমদুনা লৈ অদুদগী মহাক মাগী কাদগী থোকখ্রে।

ইবোচৌবগী মমাগী অনাবগী ফীবম অদু য়াম্না ফৎচিল্লক্লে. মহাক ফমু অদুম তাদুনা ফমশেন্নদুনা লৈখ্রে; মরক মরক্তা জ্ঞান মাঙই, রা মতৎ মতৎ ওইন খজিক খজিক ঙাঙবদগী হেন্না ঙাঙবা ঙমদ্রে। ইবোচৌবা অফিসতগী ছুটি শাং লৌরে, নুমিৎলৈ মখোয় অনী শিল্লোন-শিঞ্জিন তৌদুনা মমাবু শঙদুনা লৈরে। নোংম অহিং অথেংবা অমদি নুমিৎলৈনা মাবু তূম্বদগী হৌদোরকই। মহাক্না মাঙ্গোল মচীং লেপ্লগা মখোল নীক্না হায়রকই, "ইবুংঙো, ইমাদু করিনোমা তৌখ্রে, রা ঙাঙব অমতা খুমখিদ্রে।"

ইবোচৌবা থুনা মমাগী কারোমদা চঙশিন্দুনা য়েংলকই। মহাক্না চঙবদা মম করিমতা জ্ঞান তাদনা লৈরম্লে, কোয়চেন চেন্নবা করিমতা নংদ্রিঙৈদা মমাদু খঙহৌদন সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে। মতম পূম্বগী ওইনা মাগী মায়থোঙদগী পুন্সীগী অরাব মমি অদু মাঙখ্রে। নুমিৎলৈনা পাউ পীদুনা য়ূমথংনবা অমদি লৈকাইগী মীশিং লাকপ হৌরকই। খঙহৌদনা ইমুং, মাঙ্গোল, শূমাঙ পূন্নমক অদু মীনা ইরাঙ লাঙবা হৌরকই

নুংদাং অদুদা মমাগী অশিবা হকচাং অদু হৌনবী মতুং ইন্না সংস্কার তৌখ্রে।

নোংঙাল্লগা অয়ূক্কী পূং নিপাল তাবা অদুৱাইদা ইন্দ্রাণী মখোয়গী গেটতা কপ কপ্পুনা চঙলক্লে। মহাক লৈকাইগী মীনা মমা শিবগী পাউ পিরুবদগী লাকপনি। মহাক কপ্পুনা মমায় খুমদুনা চৎপদা খোঙফম চোইরে। মহাক্না মমা লৈরম্বা কা অদুদা চঙদুনা মমাবু কৌদুনা থম্মোয় শোক্না কপ্পা হৌরকই। "লোইরেদকো, ইমা, পুন্নমক লোইরেদকো!" মহাক্না অহীকপা খোঞ্জেলনা অসুন্না হন্না হন্না লাউদুনা কপ্লকই। মহাক মশাদু লেপ্পা ফাওবা ঙমদনা সোফাদা পাকথদুনা লৈখ্রে।

নুমিৎলৈনা কাদুদা চঙলক্তুনা মাবু কোনখৎলরে, অদুবু মহাক খঙহৌদনা জ্ঞান তাদনা লেকথদুনা লৈখ্রে। নুমিৎলৈনা পাখৎনা মপান্দা লৈবা মীশিংবু কৌশিল্লকই। মপান্দা লৈরম্বা লৈকাইগী নূপা অমা-অনী ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা চেনশিল্লকই। নুমিৎলৈনা ইন্দ্রাণীগী মকোক্তা ঈশিং য়ৈবা হৌরকই। ইবোচৌবসু চঙলক্তুনা মাগী মনাক্তা লেপ্লরে।

নুমিৎলৈনা মকোক্তা ঈশিং ঙহাক য়ৈরবা মতুংদা ইন্দ্রাণী স্বর খরা চনীং তানা হোল্লকই, জ্ঞান খজিক্তং লাকপা মান্না উরকই। নুমিৎলৈনা কৌরকই, "ইন্দ্রাণী, ইবেম্মা ইন্দ্রাণী।"

ইন্দ্রাণী মমীত্তি পাঙথোরক্তনা নাশোন পীক্না খুম্লকই, "হুম।"

নুমিৎলৈনা অমোনবা ফি অকংবা অমনা মাগী অচোৎপা মকোক অদু নপথোকপিরকই। মহাক্না ইন্দ্রাণীগী মখোঙ অদু সোফা মথক্তা নীংথিনা থাঙ্গৎপিরে, সোফাগী চোৎলম্বা জগা খরসু ফিনা নপথোক্তুনা তৈথোক্লগা মদুদা মাবু ফজনা হীপহল্লে, অদুগা হৌগত্তুনা মোন অমা লৌরুদুনা মাবু খাঙহল্লে। নুমিৎলৈনা হায়রকই, "ইবেম্মা, খরা নুংঙাইরকপ্রা য়েংউ।"

ইন্দ্রাণীদু মমীৎ তপ্পা পাঙথোরক্লে। মহাক্কী মনাক্তা মবুংগী মূর্ত্তি অদু লেপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা ইন্দ্রাণীনা অৱাবা মায়থোঙগা লোয়ননা লাঙতক্লনা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুদগী মীকূপ খরগী মতুংদা মহাক্না খোঞ্জেল তপ্পা কৌরকই, "তামো!"

"ইন্দ্রাণী!"

ইন্দ্রাণী ঙহাক মমীৎ তূকথদুনা পাঙদুনা লৈ, অদুদগী খঙহৌদনা মমীত্তা মপি অমুক শিন্থবা হৌরকই, মরিক খরদি মাগী খজাইদা চেন্থরকই।

মবুংগী মায়থোঙ অদুনা মাবু অমুক শাউদবা, ঈংথবা অৱাবগী মতৌ উৎলকপদা ইন্দ্রাণী হেন্না থম্মোয় শোক্না কপ্পা হৌরকই। মীকূপ অদুদা অদুম্না কপ্পা নত্তনা মাগী পূক্নীং ফোঙদোক্লবা করিগুম্বা ৱাহৈ অমতা লৈতবগুম তৌই। মমা লৈখিদবগী মতম

অদুদা পুক্নীং নৌথবা অদুনা মখোয় হায়ফম খঙদবা মওঙ অমদা হেন্না নকশিন্নহন্দুনা হৌখিবা থৌদোক পূন্নমক্তু পূমকাউ কাউহন্দুনা অৱাবগী ঈপাক অমদা লূপমিন্নদুনা লৈখ্রে।

নুমিৎলৈনা হংলকই, "ইবেম্মা, খজিক্তং নুংঙাইরক্লবদি ফমুংদা হীপ্লুসিরা?"

নুমিৎলৈনা কোনখত্তুনা ইন্দ্রাণীবু শৌদুনা ফমুংদা পুশিনখ্রে।

ইন্দ্রাণীগী মনাক্তা লৈরম্বা লৈকাইগী মী অমা-অনীদুগা ইবোচৌবগা কা অদুদগী থোকখ্রে।

নুমিত্তু ডাক্তরনচিংবা কৌদুনা ইন্দ্রাণীবু য়েংহল্লে, হীদাক-লাংথক পীজরে, ফমুংদা ফজনা হীপ্তুনা পোত্থাহল্লে। নুংথিলদা শরৎসু মখোয়দা লাকই। মহাক ইবোচৌবগী মমা লৈখিদবদু খঙদুনা লাকপা নত্তে, চুম্না লাকপনি, থোক্লম্বা থৌদোক অদুনা মহাকপু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। মহাক্না ইন্দ্রাণীবু থেমদুনা য়ূমদুদগী হনখিদনবা হায়বদা ইন্দ্রাণীনা য়াদ্রে। ইন্দ্রাণীদু নুংথিলদা খরা ফরক্লবা মতুংদা মহাক্না গাড়িদা হাপ্তুনা আশ্রমদা থিনবীখ্রে।

ইবোচৌবনা মখোয়গী ৱাইথৌগী হিঙ্গোলদবু শঙবা নেপালী চন্দ্র বাহাদু অদু কৌদুনা ময়ূমদা লৈহল্লে। কর্ম য়ৌদ্রিঙৈগী মরক অদু মহাক থবক য়াম্না চিল্লি ইন্দ্রাণীসু নোংমা নীনিগী মতুংদদি মশা খরা কনখৎলদুনা নুমিৎ খূদিংগী থবক নোম্ব লাক্লে। মহাক থেঙনা আশ্রমদা হেক হেক হনখি। য়ূমগী মরী-মতা অমদি মবুংন মাবু য়ূমদুদা অদুম লৈনবা হায়বদা মহাক্লা য়াদে।

অসুন্না নুমিৎ খরনি লৈরগা মমাগী শ্রাদ্ধ অদু লোইখ্রে। মদুগী মতুংদা নুমিৎলৈস ময়ূমদা চৎনীংবগী ৱাখল ফোঙদোরক্লে। ইবোচৌবনা মাবু অমুক খাম্বা তৌদ্রে মাগী পীফম থোকপা পৈশানচিংবা পীরগা ময়ূমদা চৎহনখ্রে। য়ূম অদু কর্ম লোইখ্রবা মতুং অদুদা পূমচীক চীকখ্রে। ইন্দ্রাণীসু অমুক লাকখিদ্রে। ইবোচৌবনা চন্দ্র বাহাদুর মাগী মনাক্তা অদুম লৈহন্দুনা মানা অফিস কাখ্রগা য়ূম শঙবা, য়ূমগী থবক-ইচ্ছা নোম্বা অসিনচিংবা তৌহল্লি। ইবোচৌবগী পুক্ষীদা তশেংনা অচৌবা অহোংবা অম লাক্লে। অচৌবা য়ূম-হিঙ্গোল অদু হান্না চীকপদগী শরূক চামা হেন্না চীকখ্রে, অচীকপ অদুনা মাগী পুক্নীং হকচাং ফাওবা অঙকপা মওঙ অমদা চাশিল্লকপগুম তৌরকই মহাক অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পাদুনা লেনবা নত্তনা পোত্থাফম খঙদে। নুংথিলগী মতমদা অফিস কূমল্লগা মহাক মখোয়গী মমাঙদা লৈবা লৈকোল অদুদা মহৌশাগুম

কুইনা ফমদুনা লাইরিক পাদুনা লৈবা য়াওই।

নুংদাংদা মহাক চাক চাবা তোক্লগা করিগুম্বদা শূমাঙদা কুইনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। অসিগুম্বা মতমদা মাগী মকোক্তা ব্রাখল কয়া থিংঙমদনা চঙলকই — ইন্দ্রাণীগী, মানা লৈরিবা আশ্রমগী, আশানা শেংদোরকপা শারদাগী ব্রাফম অমদি মাগী মরূপ শরৎনা আশ্রম অদুগী ফনবা থবক্তা পূক্নীং চঙলকপা, মদুগী শরূক খরা শানবা থৌরাঙ তৌবা অসিনচিংবা কয়া। অদুবু মহাক মখোয়দুগী মরমদা খনবদা অদুক্কী মতিক চমন্নবা পোকই, মহাক মশাগী ওইবা করিগুম্বা অরেপ্পা বিচার অমতা তৌবা ঙমদে। অসুন্না কুইনা ব্রাখল অমদা ইতাউ তাউনা চৎলম্লগা মহাক ইমুংদা চঙখি।

ইন্দ্রাণী মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা নায়তোম তাবগী অমদি নুংঙাইতবগী ৱাখল অদু শরূক চামা হেল্লকই। মানা নুংঙাইতবা অমদি চিন্তা তৌবা উরগা আশানা মাগী মপূক্লীং চাউথোক্লবা হেক হেক থেমজিল্লি। আশানা মঙোন্দা হায়, "কৈদৌনি, ইন্দ্রাণী. সংসার অসি 'সি ঙাক্তনি? কায়নবা হায়বসি তাইবঙপালগী হৌনশানি। নহাক্কীদমক ঐখোয় লৈরি, করি ৱানীংঙাই লৈবগে? মফমসিদা লৈরিবা ঐখোয় পুম্নমকসি ইচীন-ইনাউ ঙাক্তনি। ঐখোয় পুম্নমক অমনা অমগীদমক হিংলি। মমা-মপা লৈতবা, মচীন-মনাউ লৈতবা, হন্না য়েংবদা কনা লৈত্রবা কনানা অমনা অমগী মমা-মপা, মচীন মনাউ শক্তুনা অৱাৎপা খুদিংমক্তু মেনখৎনরি, ঐখোয়গী করিসু ৱাত্তে, করিসু ৱানীংঙাই লৈতে। নহাক্কীদি নহাক্কী নবুংবু লৈরি, অতৈগীদি কনাসু লৈতবা য়াওরিবা অসিনি।" মাগী ৱাহৈ অদুনা ইন্দ্রাণীগী পূক্লীংবু খরা চাউথোকহল্লি।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। ইন্দ্রাণীগী মায়থোঙদা তাবা অৱাবগী মমি অদু খরমৈ কোকখ্রে। মহাক খরা চনীং তানা মহৌশাগী ওইবা আশ্রমগী পুন্সী অদু অমুক লেনবা হৌরে। করিগুম্বা নুমিত্তা মহাক আশাগা লাই খুরুম্বা চৎমিন্নে, হল্লক্লগা মাগী কাদা *গীতা* অমদি অতৈ ধর্ম্মগী লাইরিক্লচিংবা পাদুনা লৈ। অসুম্না তৌদ্রবদি মঙোন্দা করিগুম্বা ৱাখলগী তমথিবা পোত্থাফম খঙদবগী মওঙ অমা হেক হেক লাকপা য়াওই। মাগী অসিগুম্বা পুন্সীগী তানফম অসিদা আশানা মতম পূম্বদা মাগী পূক্লীং ৱাখলদু থৌগৎলি। অদুবু নোংমদি মহাক্লা নুংঙাইতবা পাউ অমা তারে, আশাগী মপা প্রতাপ্পা আশ্রমদা লাক্তুনা মালতী উন্নরগা মচানূপীবু য়ূমদা পুনবা কন্না হায়নরল্লে। মদু আশানা অফিস কাখ্রিঙৈদনি। আশানা অফিসতগী কূম্লক্লগা ইন্দ্রাণীনা মাগী কাদা ৱাফম অদুগী মরমদা ৱারী শাবা চঙলক্রে। মানা পাউ অদু তম্বদা আশানা হায়রকই. "ঐঙোন্দসু ইচে মালতীনা তম্লক্রে।"

ইন্দ্রাণীনা মাগী ফমুংদা ফম্লদুনা অঙাং মচাগুম্না হায়রকই, "ইচে, য়ারবদি চৎখিনুকো, নহাক চৎখ্রবদি ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইরোই।"

"চৎলোই, ইন্দ্রাণী, ঐ কৈদৌঙৈদসু চৎলোই। ঐ আশ্রম অসি থাদোক্তুনা কৈদৌঙৈদসু চৎকে হায়না খন্দে।"

মাগী ৱাহৈ অদু তাবদা ইন্দ্রাণী হরাউনা উরকই। মহাক ঙহাক আশাগী মনাক্তা লৈরম্লগা মাগী কাদগী থোকখ্রে।

মথংগী নুমিৎনি। আশা অফিস কূম্লক্লগা মফি-মরোল হোংদোক্তুনা থোঙনাউ ময়াদা ঙহাক্তং ফমদুনা মপান্দগী হুম্লকপা নুংশিৎ অদু মশাদা য়ৈহন্দুনা লৈ। নুমিত্তু নুংশা খরা ওমচাক্লনা শাই। মহাক্না অসুম্না ফমদুনা লৈরিঙৈদা মাগী মরূপ নন্দিনী অদু গেটতা চঙলকপা উরক্লে। আশা ফম্লম্বদগী হৌগত্তুনা থোঙলোমদা থোরক্লগা ভেরেন্দাগী সিড়ি ময়াদা লেপ্লগা মাগী মরূপ অদু চঙলকপা ঙাইদুনা লৈ। মখোয় অনী মাগী কাদা চঙমিন্নরক্লে।

নন্দিনীনা ফমুংদা ফম্লগা মাগী বেগ অদু হাংদোক্তুনা পৈশা খরা লৌথোক্তুনা আশাদা পীরগা হায়রকই, "সে, মসি লৌশিল্লু, ঐ ঙরাং লাক্লে তৌবনি থবক খরা লৈদুনা লাকপা ঙমদ্রে।" নন্দিনীনা তলব ফংবা খূদিংগী মাগী আশ্রমগী ফগুদা পীফম থোকপা শেল অদু বেঙ্ক একাউন্টতা হাপচিনবসু য়াওই নত্তগা আশাগী মনাক্তা লাক্তুনা পীরবসু য়াওই। শারদাগীদি মপুরোইবনা য়ানীংদবা অদুনা মহাক থৌরাঙ অদুদা অমুক য়াওখিদ্রে।

আশানা পৈশা অদু লৌশিল্লগা হৌগত্তুনা মাগী উপু অমদা হাপচিনখ্রে।

নন্দিনীনা ফিগী মচীনা হুমাই হুম্লদুনা শোল্লকই, "ইস, ওহ্মোক্লা শাখ্রে।" অদুদগী মানা থোঙনাউদা য়েংলগা অমুক হায়রকই, "আশা, অনৌবা শঙ অসি শাবা লোইব্রক্লবনিনা য়াম্না ফরে, মসি পূম্লোই লোইব্রবদি মী লৈফম লৈতবগী অৱাবদু কোক্লগনি।"

আশানা মাগী মনাক্তা অমুক ফমথরক্লদুনা হায়রকই, "উম, কোক্লগনি নীংই। হন্দক শরৎনা মী য়াম্না থারক্তুনা মসি থুনা লোইশিন্নবা হোৎনবনি। ঐখোয়গীসি চৎখিবা মশীংদগী লাকপা মশীংনা হেল্লি, লৈফমগী খুদোংচাদবা অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লবনি।"

নন্দিনীনা হায়রকই, "ফরে, মহাক্লা কন্না হোৎনবীবদু য়াম্না ফৈ। হৌজিক আশ্রমগী ফীবম অসি ফগৎলক্লগনি।"

মখোয় অনী অসুম ৱারী শারকপদা আশানা ঙরাং মহাক লৈত্রিঙৈদা মপানা আশ্রমদা লাক্তুনা মাবু য়ুমদা লাক্লবা হায়রম্বা, মপাগী মশা ফৎলক্তবগী মরমদা নন্দিনীদা ৱারী শাদুনা খঙহল্লকই।

নন্দিনীনা হায়রকই, "অদুদি নহাক করম তৌবা তারিবগে?"

আশানা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "নন্দিনী, ঐ আশ্রম অসি কৈদৌঙৈদসু থাদোক্কুনা চৎনীংদে। মফম অসিদা লৈরিবা উপায় লৈত্রবী, মরাইবক থীরবী কয়া অসি থাদোক্কুনা ঐ চৎপা পামদে। অদুগা হৌজিক ঐ য়ুমদা লৈবসু য়াম্না হৈনররোই।"

"অদুবু খনখো, আশা, মতাং মতাংগী হায়বা অমদি লৈ।"

"ঐ মুন্না খল্লবনি, নন্দিনী। ঐ চৎলরোই হায়না পুক্নীংদা লেপ্লে।"

মখোয় অনী ঙহাক তূমিন্না লৈনখ্রে।

অদুদগী আশানা ইন্দ্রাণীগী মরমদা অমুক হৌদোক্লদুনা হায়রকই, "নন্দিনী, নহাক তারব্রা ইন্দ্রাণীগী মমাদু হন্দক্তা লৈখিদ্রে?"

"হাইমা, তাদেনা ঐখোয়দি।"

"মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী পুক্নীংদু অমুক হেন্না শোক্লখ্রে। ঙরাং ঐবু য়ুমদা কৌরবা অদুদা মহাক ঐ চৎখিগদ্রা হায়না য়াম্না লাঙতক্লবা ফোঙদোক্লম্মী।"

"মহাকপু মবুংনা ময়ুমদা কৌশিনবীদ্রা?"

"মবুংনদি মাবু য়ুমদা লাক্লবা হায়মাল্লে, অদুবু মহাক্না চৎপগী ৱাদি হায়দে।"

"করিগীনো অদুদি?"

"কনানা খঙগনি? মাগী অনীংবা অমা লৈরম্বা য়াই।"

নন্দিনীনা মপুক্নীংদা খল্লকই, "মাগী সম্পত্তি শরুক লৌখিবা অদুনা মবুংগী মনাক্তা লৈবা ইকাইবনা ওইরম্বসু য়াই।" অদুবু মদু মহাক্না আশাদদি ফোঙদোরক্তে।

আশানা ঙহাক্তং তূমিন্না লৈরুরগা অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, হৌজিক্তি নখোয়না মখোয়গী ইমুংগীদমক খরা খনবা ফৈ।"

নন্দিনীদু আশাগী ৱাহৈ অদুদা শকফম খরা হোংনা হায়রকই, "করিনো ঐখোয়না খনগদবা?"

আশানা খজিক্তং লকক তৌনা হায়রকই, "য়ারবদি শারদাবু ইবোচৌবগী মনাক্তা থাখিনবা তৌবীয়ু।"

মদু তাবদা নন্দিনীনা খরা পেন্দবগা লোয়ননা হায়রকই, "আশা, মদুবু ঐখোয়না হেক্তা শীনবা য়াবা ৱারা? মখোয়না তৌবনা মখোয়না ফংজবনি। ইশাগী ইজ্জত, ইকাইবগী ৱা য়েংদনা থবক খূদিংমক হেক্তা তৌবা য়াব্রা?"

"চুম্মী, নন্দিনী, অদুবু ঐনা শারদাগী মতাংদদি ইবোচৌবদা নোংমা শেংদোকখ্রবনি। মহাক শোয়দনা মদুগী মরমদা খল্লরমগনি নীংই।"

"তোক্লসি, আশা, ঐ মাগী মরমদা ৱারী শানীংদে। ঐ খঙই মহাক পূকচেল পীকপা মীনি, মহাক্লা ৱাখল খম্বরন্নবদি পূন্নমক অসি করিসু থোক্লমদবা য়াই।"

আশাদু মাগী মরূপ নন্দিনীগী পেন্দবা মতৌ অদু উবদা ইবোচৌবগী মরমদা ৱা অমুক মখা তানা হায়রক্লে । অদুবু ইন্দ্রাণীগী মতাংদদি নন্দিনীগী পূক্নীংগী ফীবম অদু হান্না খঙবনিনা মহাক্লা অসুম্না হায়রকই, "নন্দিনী, ইন্দ্রাণীনা নঙবু অমুক্তং উন্ননীংবগী ৱা ঐঙোন্দা হেক হেক হায়। মাবু অমুক্তং কৌরক্লে। নহাক মাগা উন্নগেরা?"

নন্দিনীনা মদুদা য়ারদুনা আশা হৌগত্তুনা ইন্দ্রাণীবু কৌবা চৎখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা আশা ইন্দ্রাণীগা লোয়ননা কা অদোমদা লাক্লে। আশানা মাঙ থারগা ইন্দ্রাণীনা মতুং থংদুনা কা অদুদা মখোয় অনী চঙলকই। ইন্দ্রাণীদু মরু লূকথৈ।

আশা নন্দিনীগী মনাক্তা ফমুং মচীদা ফম্লে।

"ইনম্মা," ইন্দ্রাণীনা কৌরকই।

নন্দিনীদু তূমিন্না লৈ।

ইন্দ্রাণীনা অমুক হায়রকই, "ইনম্মা, ঐবু শাউনু, ঐনা পঙবদগী পূন্নমক্তু থোকখিবা ঙাক্তনি। ঐ কুইরবনি ইনম্মদা অসুম্না অমুক্তং হায়গে খনবা।" মদু হায়রগা মহাক মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, মখোল ফাইরকই। অদুদগী মহাক্লা খঙহৌদনা নন্দিনীগী মরেংবান্দা মরাইবক্তু থম্লগা কপ্পা হৌরকই। মহাক্কী মমীৎকী পিনা নন্দিনীগী লেংবান অদু ইচোৎ চোৎখ্রে। মহাক্লা নন্দিনীগী মরেংবান্দা মমায় অদু শূরু শূরু নৈদুনা মতৎ মতৎ ওইবা খোঞ্জেলদা অমুক হায়রকই, "ইনম্মা, ঐনা ইনম্মদা ঙাঙখি-শকখিবা পূন্নমক্তু ঐনা লানবা ঙাক্তনি, ঐবু ঙাকপিয়ু।"

নন্দিনীনা মহাকপু মখূৎ নাম্মনা কোল্লদুনা হায়রকই, "ফরে, ইন্দ্রাণী, হৌখিবা পূন্নমক্তু হৌখ্রে, ঐ হৌজিক মদুগী করিসু খন্দ্রে, নঙবু শাউদ্রে। য়েংঙউ, ঐখোয় হৌজিক আশ্রমগী ফননা থবক কয়া তৌমিন্নদুনা লৈরগদবনি। নহাকসু মদুগী করিসু খল্লুরনু।"

ইন্দ্রাণীনা নন্দিনীবু কোন্দুনা ফনা কুইনা অসুম কপ্পুনা লৈ। নন্দিনীনা মহাকপু নীংথিনা থেমজিল্লে।

নুমিত্তু নন্দিনীনা আশ্রমদগী হনখিবদু থেঙলে।

মহাক্লা ময়ূম য়ৌরকপদা শারদাদু হিঙ্গোন্দা মনা-মশীং ঈশিং চাইদুনা লৈরম্মী।

মহাক্না মফি-মরোল হোংদোক্কুনা থোরক্লগা মহাক্না আশ্রমদা চৎলুবদা তারকপা ইবোচৌবগী মমা লৈখিদবগী পাউ অদু মনাউনূপীদা তন্নকই। শারদা মদু তাবদা নুংঙাইতনা উরকই। নন্দিনীনা মঙোন্দা ইন্দ্রাণীগা উন্নরকপগী, মহাক্না তৌরিবা আশ্রমগী থবক, মাগী ওইরিবা ফীবম অসিনচিংবগী মরমদসু ৱারী শারকই। শারদা মদু পূক্নীং চঙনা তাদুনা লৈ। নন্দিনীনা হায়রকই, "শারদা, ইন্দ্রাণীদু হৌজিক তশেংনমক য়াম্না হেংলে। ঐদি মাগীদমক্তা নুংঙাইতবা পোকই, মাগী মতৌদু তশেংনা নুংশিনীংঙাইনি।"

শারদা ঙহাক তুমিন্না নৈরুরগা হায়রকই, "মহাক আশ্রমদা লৈবদগী লমচৎ হোংলকপা, জ্ঞান তারকপা ওইরমগনি।"

"অওইবমক্তি, আশানা মাবু কুপ্না পান্নদুনা হোৎনবনি, অদুগা মাগী ওইরক্লিবা ফীবম অদুনসু খরমখৈবুদি ওইবা য়াই। অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, কনাগুম্বা অমবু ফনবা হোৎনবা হায়বসি আশ্রমগী মপুং ওইবা পান্দমনি।"

শারদাসু মচেনা হায়রিবা অদু য়ানীংই।

নন্দিনীনা মনাউনূপীদা আশানা মঙোন্দা তন্নকপা ইবোচৌবা উন্নবগী, মহাক্না ইবোচৌবদা মহাক্কী মরমদা শেংদোকখিবগী ৱা অদুসু তন্নকই। মদু তাবদা শারদা ঈশিং চাইবদু লেপ্লগা ঙহাক শকফম হঞ্জিন্না লৈ।

নন্দিনীনা হায়রকই, "শারদা, মখোয়গী ইমুংগী খুদোংচাদবা ফীবম অদুগী য়েংদুনা আশানা নঙবু ইবোচৌবগী মনাক্তা চৎহনখিনবা কন্না হায়রকই।"

শারদাদু মদুগী মতাংদা মশাগী ওইবা মত অমতা পীরক্তে। মাগী মতৌ অদুনা অসুম্না হায়বগুম তৌই মদুদা মাগী থোইদোকপা হায়নীংঙাই করিসু লৈতে. মচেগী অনীংবা ৱাখল অদুনা মরু ওইবনি, মহাক মদুগী মতুং ইন্না পূন্নমক তৌগনি।

নন্দিনীসু মনাউনূপীগী পূক্নীংগী মতাদু খঙবগুম তৌনা অমুক হায়রকই, "শারদা, ঐনা নঙবু মাগী মনাক্তা ইচম চন্না হেক্তা চৎহনবদি পামদে।"

নুমিত্তুগী নুংদাংদা নন্দিনীনা চাকশঙদা চাক থোংলিঙৈদা শারদাদি মাগী কাদা চঙদুনা লাইরিক অমা পাগে হায়দুনা পুথোরকই। শোভাসু চাকশঙদা মচেগী মনাক্তা য়েঙ্গাং শেমদুনা লৈ। শারদা লাইরিক পাবদু পূক্নীং চঙলক্তদুনা মপান্দা থোরক্লে। মহাক্না সিড়িদা ফমদুনা ঙসায় মচেনা মঙোন্দা তমখিবা মপুরোইবখোয়গী ইমুংগী ৱাফম অদুগী মরমদা অসুম খনবা হৌরকই। মহাক্না অমরোমদা মপুরোইববু ৱারৌরবসু ইমুংদুগী ওইরিবা ফীবম অমদি মাগীদমক খনবদা ৱাদবদি ঙমদে। মহাক্না ইন্দ্রাণীগীসু খনবা হৌরকই। মচেনা মঙোন্দা তমখিবা মাগী ৱাফম খুদিংমক অদু নীংশিংলুরগা

মহাক্না খঙহৌদনা খন্নকই, "মহাক হৌজিক্তি মশাগী মরাল খুদিংমক খঙজরক্লে, মরাইবক থীরবী অমসু ওইরে, মাগী ফীবম অদু নুংশিনীংঙাইনি, মাগা মান্নরুদুনা কৈদৌরুগনি?" মহাক্না মপুরোইবখোয়গী ইমুংগী মরমদা খনবদা নুংঙাইত্রবসু মহাক মশানা করিসু তৌবদি ঙমদে, ফীবম্না মাবু মাগী অনীংবা ৱাখল, শক্তি পূম্নমক্কা লোয়ননা পুন্দুনা থমখিবগুম তৌই।

মহাক্না অসুন্না ৱাখল খন্দুনা ফমদুনা লৈরিঙৈদা মনাউনূপী শোভানা মাবু চাক লোইরে হায়না কৌশিল্লক্তুনা মহাক ইমুংদা চঙখ্রে।

নোংমা অয়ূক অমনি। আশাদু আশ্রমদা লৈবা উদ্রবদা ইন্দ্রাণীনা মালতীদা মাগী মরমদা হংলকই। মালতীনা মঙোন্দা হায়রকই, "মহাক ঙরাং অহিং মপা মশা ঙমদ্রে হায়দুনা মী থারক্তুনা গাড়িদা লৌবা লাকপদগী ময়ূমদা চৎখি।"

মদু তাবদা ইন্দ্রাণী ঙক্লা থোক্লে। মহাক্লা হংলকই, "কয়াম কন্না ঙমদবা জাৎনো? কমদৌরিবনো?"

"কন্না ঙমদবা ওইরমাল্লে, মপানা মাবু উনীংদুনা কৌরুচো হায়দুনা কন্না হায়বদগী কৌরবনি হায়।"

ইন্দ্রাণীদু নুংঙাইত্রে, অদুবু অনাবগা মরী লৈননা চৎখিবা অদুদা অমুকসু থোইনা খন্নীংঙাই লৈত্রবগুম তৌই। মহাকসু মমা লৈখিদবা মতাংদা উন্নহৌদবগী য়াম্না নুংঙাইখিদে।

নুমিৎ খরনি হৌখ্রে। আশা আশ্রমদা অদুম লাক্লে। ইন্দ্রাণীগী পূক্নীংদা লাঙতক্লবা পোক্লকই। মহাক্লা আশাগা ঙহাক লৈতনা ৱারী শাবা, হীরম খূদিংমক্তা তাথোক-তাশিন্নবগী খুদোংচাবা অমা মাঙখিবা অসি মঙোন্দা অচৌবা নুংঙাইতবা অমনি। আশানা চৎখিবা অদু পুরা ওইনা চৎখিদুনা অমুক লাক্লরোইদ্রা হায়বা ফাওবা মহাক্লা খল্লকই। অদুবু মহাক ধর্ম্মগী লাইরিক-লাইসুনচিংবা পাদুনা, লাই নীংদুনা ৱাখলদু খজিক্তং পোত্থানবা হোৎনরকই। অসুম্না নোংমা নোংমা অসুম হৌখিদুনা থা অমরোম ফাজিনখ্রে, আশাদি আশ্রমদা অদুম লাক্লে। নোংমদি মহাক্লা মালতীগা ভেরেন্দাদা লেপ্তুনা ৱারী শারিঙৈদা পোস্টমেন্না মালতীদা আশাগী চিঠি অমা পীরম্লে. মদু আশানা লংফৈদগী থারকপনি। মালতীনা চিঠি অদু হাংদোক্তুনা মখোয় অনি পামিন্নরকই। মরোল অদু মখাগী অসিনিঃ

"ইচে, ঐ হৌজিক পাবুংগী মশা লায়য়েংদুনা মহাক্লা লোয়ননা দিল্লীদা লৈরি; ঐনা চৎলমদাইদা খুদোং অমা চাদবদগী ইচেগা উন্নবা ঙম্লমদ্রে। পাবুংগী লায়য়েংবদা

মতম খরা চঙখিগদৌরি, অদুনা ঐ কয়া কুইনা লৈখিগদগে হায়বা খঙবা ঙমদ্রি। ঐ মতম চুপ্পদা আশ্রম অদুবু নীংশিংই, মদুদা লৈরিবা ময়াম পুন্নমক্কী মরমদা খন্দুনা লৈ। ইন্দ্রাণীদু ঐনা চৎখিবসি নুংঙাইরম্লোই, ঐনা মাবু নীংশিংলকই হায়না পাউ তম্বীয়ু, মহাকপু পূক্নীং চাউথোক্লা লৈনবা ৱা খরা হায়বীয়ু। সুনীতি, লতা অমদি মখোয় অতৈদসু ঐনা মখোয়বু নীংশিংলকই হায়না পাউ তম্বীয়ু। ঐ সিদা থোইদোকপা অৱাবা, খুদোংচাদবা লৈতে, ময়ামগীসু থোইদোকপা লৈরম্লোই হায়না নীংই। হয়েং ঐনা থোরক্লগা অমুক উন্নসি।

"নহাক্কী,

"আশা।"

ইন্দ্রাণী আশাগী পাউ অদু ফংবদা পূক্নীং খজিক্তুংদি ঈংথরে।

নোংমা নুংথিল অমা শরৎনা ইবোচৌবখোয়দা লাকপদা মহাক্লা ইন্দ্রাণীবু ময়ূমদা কৌশিনবীনবা ইবোচৌবদা অমুক হায়রকই। মদুদা ইবোচৌবনা মচন্দু মহাক্লা য়ূমদা লাক্লবা হায়রবসু লাকউ য়াদবগী ৱা তম্লকই। শরৎনা ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "ওম্থোকপনি, মঙোন্দা করিগুম্বা নুংঙাইতবা ৱাখল খরদি লৈরি।"

"অদুবু মদুদা করিনো তৌগদবা?"

"ফরে, অদুবু অমুক্তুংদি থেমদুনা য়েংখো।"

মখোয় অনী আশ্রমগী ওইবা ৱারী খরা অসুম শারকপদা ইবোচৌবনা খঙহৌদনা হংলকই, "শরৎ, নহাক্লা শাবা আশ্রমগী শঙ অদু লোইগদৌরবা নত্ত্রা?"

ইবোচৌবনা ইথা থাজদনা মঙোন্দা আশ্রম অদুগী মরমদা পূক্নীং চঙবা মান্না হংলকপা অদুদা শরৎ ঙক্লা থোকই অদুগা নুংসু নুংঙাইবা পোকই। মহাক্লা হরাউ-হরাউ হায়রকই, "উম, লোইরক্কদৌরে। মদু থুনা শঙ্গানবা হোৎনরগনি।"

"মদু আশানা হায়বদগী শাবা নত্ত্রা?"

"উম, মানা অহানবা ওইনা মপূং ওইনা হায়বনি, অদুগা কোন্নদি সুপরিনটেন্দেন্ট মালতীসু ঐঙোন্দা শঙ অদুতং শাবীনবা কন্না হায়রকই। মদু লোইরবদি মখোয় নূপী কয়া লাক্লগা লৈফম চন্দবগী খুদোংচাদবা লৈরিবদু ফনা য়াম্না কোক্লগনি নীংই।"

ইবোচৌবনা পূক্নীং খরা নুংঙাইনা হায়রকই, "য়াম্না ফরে নহাক্লা মদু শাবীবা।"

শরৎ ঙসিদি মাগী মরূপকী পূক্নীংদা অহোংবা ৱাখল খরা লাকপা অদু উবদা

য়াম্না নুংঙাইবা পোক্লকই। আশ্রম অদুদা লৈবদগী মচননূপী ইন্দ্রাণীগী লমচৎ, ৱাখল হোংলকপা, আশানা আশ্রমগী হোৎনরিবা অদুগী অফবা ফল লাকপা অমদি মদুগী মরুওইবদু খঙলকপা অদুনা মাগী মরূপ ইবোচৌবগী পূক্নীংদা অহোংবা ৱাখল অদু লাকপা ওইরম্বা য়াই হায়না মহাক্না খল্লকই।

ইবোচৌবনা অমুক হায়রকই, "হৌজিক আশাদি আশ্রমগী করি করি অনৌবা থৌরাঙ পায়খৎলিবগে?"

"হৌজিক্তি মহাক আশ্রমদা লৈতে, মপা নাদুনা ময়ূমদা কৌরকপদগী মপাগা লোয়ননা লংফৈদা লায়য়েংবা চৎমিন্নখ্রি হায়না ইচে মালতীনা তম্লকই। মহাক্না পায়খৎলম্বা থবকশিং অদুদি ইন্দ্রাণীগা ইচে মালতীগনা অদুম মহুৎ শিন্দুনা হোৎনরি হায়। নন্দিনীসু মরক মরক্তা লাক্লুনা ইন্দ্রাণীগা ৱা তান্নরমাল্লে।"

ইবোচৌবা মদু তাবদা খরা ঙক্না হায়রকই, 'ইতৈমা নন্দিনীগা মাগা হৌজিক চান্নদুনা আশ্রমগী মরমদা ৱা তান্নরিবা?"

"উম, অওইবনি, ইচে মালতীনা অদুম্না তম্মী; হৌজিক ইন্দ্রাণী নন্দিনীনা লুনা তৌবা মীশক অমা ওইরে, ইন্দ্রাণীনা আশ্রমগীদমক ফৌ অমদি শেল-থুম কয়া পুথোক্লুনা হোৎনৈ, মদুদা নন্দিনীনা য়াম্না পেল্লি।"

ইবোচৌবা খঙই মাগী মতৈমা নন্দিনী অসি পূকচেল চাউবা মীনি, মহাক্না ইন্দ্রাণীবু অঙাংগুম্না খন্দুনা মাগী হৌখিবা মরাল খূদিংমক ঙাকপিবা অমদি মাগী অফবা থবক অদুদা পূক্নীং থৌগৎপিবা ওইরমগনি। ইবোচৌবা করিগুম্বা মওঙ অমদা ইকাইবা অমদি নায়তোম তাবগী নুংঙাইতবা অমা মপূক্নীংদা ফাওরকই, অদুবু মহাক্না মদু ফোঙদি ফোঙদোক্তে । মহাক্না হায়রকই, "শরৎ, ইন্দ্রাণীনা অসুম্না তৌরকপা অসিদা ঐসু নুংঙাইরে। আশানা মাবু জ্ঞান তাহল্লকপনি হায়বসি খল্লুবদা ঐ আশাবু হৌজিক্তি পূক্নীংদা তশেংনা থাগৎনীংবা পোকই।"

"অওইবমক্তি মানা তৌরিবা অসি মমল নাইদবনি। ইন্দ্রাণীগীতা নত্তনা উপায় লৈত্রবী অমদি শোইনাইরবী আশ্রমগী নূপী কয়াগীসু মহাক্না হোৎনরিবনি।"

"মহাক্না মখোয়গী করি করি তৌবগে?"

"উপায় লৈত্রবীশিং অদুগী দরকার ওইবা পোৎ-চৈশিং অমদি মফি-মরোল লৈবী, নাব-য়েকপগী অচঙবা খরচ পুথোকই। করিগুম্বা মখোয়বু লংফৈদা পুদুনা লায়য়েংবা তারবা ফাওবা মহাক্না অচঙবা শেল অয়াম্বা পুথোকই। পূম্নমক্তু মহাক্না মাগী তূংখৎলিবা ফগু অদুদগী শীজিন্নে।"

"মদু তশেংনা অফবা থবক্নি।"

শরৎ ঙসিদি মাগী মরূপ্তুনা হায়রকপা ৱাহৈ খুদিংমক্তুনা মাগী পূক্নীংদা নুংঙাইবা পোকহল্লকই।

মখোয় অনী ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈনখ্রে। অদুদগী মখোয় লনাইগী ওইবা ৱারী খরা অমুক শানরকই। শরৎনা ইবোচৌবগী পুন্সীদা ওইরিবা মওঙ অদুগী মরমদা নুংঙাইতবা উত্তুনা হায়রকই, "ইবোচৌবা, নহাক্না হৌজিক ফাওবা শারদাবু কৌশিনবীদ্রিবা করিগীনো?"

ইবোচৌবদু পাউখুম পীরক্তনা লূকথদুনা লৈ।

শরৎনা অমুক হায়রকই, "ইবোচৌবা, মুন্না অমুক্তং খল্লু। মাবু অসুম মপামদা থম্বীর্বসি চুমদে। নূপী ওইবীগী পুন্সীবু মরু ওইনা খনবীয়ু। মখোয়বু মতম চুপ্পদা নুংশিবা মীৎয়েং অমনা য়েংবীবা চুম্মী, মখোয়সি নুংশিবগী অতোপ্পা শক্তমনি, ময়ূম পাল্লবী নূপীনা মপুরোইবগী নুংশিবা য়াওদনা চাউথোক্লা, পূক্নীং লুম্না করম্না হিংবা ওইথোক্কনি?"

ইবোচৌবা শরৎনা হায়রিবা অদুগী অর্থদু মুন্না ভাব তাদে, অদুবু নূপীশিংগীদমক্তা ফনবা খনবা মাগী মরূপ অদুগী ৱাঙাঙ অদুদা করিগুম্বা অচুম্বা, মনুং হুঞ্জিন্না উশিনবা ঙম্বা মীৎয়েং অমদি ৱাখল খরদি য়াওরি হায়বদু মপূক্নীংদা ফাওরকই। মহাক্না ৱাখল খল্লগা হায়রকই, "শরৎ, হীরম অসিগী মতাংদা ঐখোয়না খনবা ঙাক্তনা য়াবা নত্তে, ইতৈমা নন্দিনীসু লৈরি, মহাক্না ঐবু য়াম্না শাউদুনা লৈরিবনি, মখোয়গী অনীংবা ৱাখল তোঙান্না লৈরম্বা য়াই ......।"

শরৎনা মরক থৎলদুনা হায়রকই, "তোঙানবা ৱাখল হায়ববু করিনো? নহাকপু শাউবদগী নন্দিনীনা শারদাবু নহাক্কী ননাক্তা চৎহল্লরোই হায়না খনবগী ৱারা? নত্রগা শারদানা অতোপ্পা নত্তবা ৱাখল খল্লমগনি হায়বগী ৱারা? মদু পূন্নমক অদুদি অরেম্বা ৱানি, ইবোচৌবা, মনাউনূপীবু লুনা তৌথ্রবী, মমাগুম্না কোন্দুনা লৈরিবী নন্দিনীনা মনাউনূপীগী নুংঙাইতবা মতৌবু অসুম য়েংদুনা লৈবা ঙম্বা ওইথোক্তে। মহাক্না শোয়দনা শারদাবু নহাক্কী ননাক্তা লাকহনবা পামগনি। অদুগা নহাকপু লুনা নীংজবী শারদানা পুন্সীদা নত্তবা ৱাখল খল্লমগনি হায়বসি ওইথোক্তবা ৱানি। নহাক্না খল্লিবা পূন্নমক্তু ওন্নরে। ইবোচৌবা, ঐনা হায়রিবা অসিনি, মহাকপু মতাং চাবা অমা য়েংলগা অমুক্তংদি কৌবীয়ু।"

ইবোচৌবদু পাউখুম পীরক্তনা তূমিন্না অমুক লৈখ্রে। শরৎনা উরকই মাগী মরূপ অদু হৌজিক্তি ফনা য়াম্না পূক্নীং ওনখ্রে। মহাক ফোঙদি ফোঙদোক্রবসু

মদুগীদমক থম্মোয়নুংদা নুংঙাইবা ফাওই।

মতমদু মমশিল্লক্লে। শরৎ ইবোচৌবগী মনাক্তুগী হনখ্রে।

শরৎ থিন্দোক্লুরগা ইবোচৌবা মাগী কাদা চঙদুনা মৈ থানগৎলগা তুমিন্না ফমুংদা ফমদুনা লৈ। মহাক্লা শরৎনা হায়রম্বা ইন্দ্রাণী অমদি শারদাগী ৱাফম খূদিং-মক্তুগী মরমদা খল্লকই। অদুবু মহাক মখোয়গী মতাংদা করি তৌগদগে হায়বদি অরেপ্পা অমতা খঙদে। চাউরবা হাঙলবা য়ুম অদুগী অচীকপা মতৌ অদুনা মঙোন্দা হায়ফম খঙদবা অৱাবা ৱাখল অমা পীরকই। চন্দ্র বাহাদুরসু চখোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্ত্রি। অসুন্না মহাক্লা কুইনা ৱাখল খন্দুনা অসুম ফমদুনা লৈরিঙৈদা মতম থেঙজিনখিবা খঙহৌদে।

নোংমা নুংথিল অমা শরৎনা আশ্রমদা মাগী শাবা লোইরক্লবা শঙ অদু য়েংশিনবা চৎলি। মহাক্লা মালতীগা মাগী অফিস কাদা উন্নবা চঙবদা নন্দিনীদু মাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী।

মালতীনা শরৎপু কৌশিল্লদুনা হায়রকই, "চঙলকউ, ইবুংঙো, ফম্লোলাউ।"

শরৎ চঙলক্তুনা মালতীগী টেবল ময়াদা থাবা চৌকি অমদা ফম্লরে।

নন্দিনীসু শরৎপু উবদা হরাউ-হরাউ তৌরকই। মখোয় লৈকাই অমতদা লৈমিন্নরবসু ৱারী-ৱাতাই শাদুনা উন্নদবদি কুইরে।

মালতীনা হায়রকই, "ইবুংঙো, ঐখোয়সু হৌজিক্তা নহাক্কী মরমদা ৱারী শানরম্লিবনি। হৌজিক্তি শঙ অসি শাবা লোইরক্লবনিনা শঙ্গাবগী ৱাফম অমসু নহাক্কা খন্ননীংই। লৈফম চন্দবগী য়েংলুরবদি মসি য়াম্না থুনা শঙ্গানীংলবনি।"

"অহোয়, ইচে, ঐসু অদুম্না খঞ্জরিবনি, য়াম্না থুনা শঙ্গাবা পাম্মী। চৎলিবা থা অসিগী মনুংদদি পুরা লোইদুনা শঙ্গাবা ঙম্লগনি নীংই।"

মখোয় মদুগী মরমদা খন্নদুনা ৱারী শারকপদা মালতীনা হায়রকই, "আশাসু শঙ্গাবা অসিদং য়াওরবদি নুংঙাইগদবনি, মহাক চৎখিবসি ওম্বোক্লা নুংঙাইতে। মহাক্লা শঙ অসি শাবা হৌরকপদা কয়াদা হরাউখিবা! মদু ঐ নীংশিংলি।"

"মাবু 'সিদা অমুক লাক্লরোইদ্রা?" শরৎনা হংই।

"ইবুংঙো, অরেপ্পা খঙদে, মহাক হৌজিক মপাগী লায়য়েংবগী দিল্লীদা লৈরিবদু কয়াম কুইনা লৈরক্কদগে, অদুগা মদুদগী থোরক্লগা করি হায়রগদগে হায়বদু খঙবা ঙমদে।"

নন্দিনীনা ৱারী শাবা অদুদা য়াওদুনা হায়রকই, "মহাক খরা কুইনা লৈরকপা য়াই হায়না ঐঙোন্দা চিঠি ইরকই।"

"মহাক চৎখিবা অসি ইন্দ্রাণীসু য়াম্না নুংঙাইরম্লরোই," শরৎনা হায়রকই।

"অওইবনি, ইবুংঙো, মহাকসু য়াম্না নুংঙাইব্রে, আশানা চথোকখিবা অসি মঙোন্দদি লৈফম খঙদে। অদুবু ইন্দ্রাণীদা খজিক্তং শাফবা অমদি মবুংনা মাবু ঙাকপিবা, মাবু মরক মরক্তা য়েংশিনবীবা লাকপা অসিনি।"

শরৎনা খরা ঙক্না হংলকই, "ইচে, ইবোচৌববু আশ্রমদা লাকপ্রা?"

"উম, মহাক মরক মরক্তা ইন্দ্রাণী উন্নবা লাকই। মহাক হৌজিক্তি মচননূপীনা আশ্রমগীদমক্তা কথোক্লিবা পূন্নমক অসিদা পুক্নীং থৌগত্তুনা নুংঙাইবা উৎলি।"

শরৎনা হায়রকই, "মহাক ঐগসু ৱারী শারে, মহাক হৌজিক আশ্রম অসিগীদমক তশেংনা খল্লে।"

ইবোচৌবগী মমিং পল্লক্তুনা ৱারী শানরকপা অদুদা নন্দিনীদি তুমিন্না লৈ, মত করিমতা পীরক্তে।

মালতীনা হায়রকই, "য়াম্না ফৈ, অসুন্না অফবা থবক তৌবদা ইমুংগী মীশিংনা শৌগৎপিরগা, মতেং পাংবিরগা ঐখোয়গী আশ্রম অসি হিংগদৌরিবনি। নত্রবদি ঐখোয়গী আশ্রম অসি করম্না হিংগনি? ঐখোয়না হোৎনরিবা অসি ময়ামগী মতেংদগীনি।"

"চুম্মি, ইচে," শরৎনা হায়রকই, "ঐনসু মঙোন্দা আশ্রম অসিগী মরমদা ফজনা খঙহন্দুনা ৱারী শাবনি, মহাক্না অহানবদা মফম অসিবু য়াম্না লান্না লৌরম্মী। হৌজিক্তি মদু তৌখিদ্রে।"

মখোয় ঙহাক অমুক তুমিন্না লৈনখ্রে।

অদুদগী মালতীনা ইন্দ্রাণীখোয়গী ইমুংগী মরমদা অমুক হৌদোক্লদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো, মখোয়গী ইমুং অসি মমা লৈখিদ্রবা মতুংদা হৌজিক্তি য়াম্না নুংঙাইত্রমাল্লে।"

"উম, ইচে।"

মালতীনা নন্দিনীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নন্দিনী, শারদাবু মপুরোইবগী মনাক্তা থাখিবা চুমদ্রা? অসিগুম্বা ফীবম অসিদা মানা অসুম মপামদা লৈবসি য়াম্না নুংঙাইতবা অমনি।"

নন্দিনী শকফম হোংদনা লৈ, পাউখুম পাক পীরক্তে।

শরৎ অসিগুম্বা ৱাফমসি হান্নদগী নন্দিনীদা অমুক্তং হৌদোক্কে নীংদুনা লৈবনি, অদুবু মাগা উন্নবগী খুদোংচাখিদে, অদুগা ঙসিসু মহাক্না মঙোন্দা মদুগী ৱাফমদু

অপান্ননা হায়বা ঙমদনা লৈবনি; মালতীনা অহল অমা ওইনা ৱাফম অদু কোন্না হৌদোরকপা অদুদা মহাক নুংঙাইবা পোকই। মহাক ৱাফম অদুগী মতাংদা নন্দিনীগী মত তাগদবগী পূক্নীং চঙনা ঙাইদুনা লৈ। নন্দিনীগী তৃমিন্না লৈবা মতৌ অদুনা অসুম্না হায়বগুম তৌই, "মদু অরুবা ৱাফম অমনি, অদুক কোন্না হেক্তা ঙাঙনবদু পামদে।" মহাক্না মীকুপ অমগী মতুংদা হায়রকই, "ইচে, ঐ শারদাবু কৈদৌঙৈদসু চৎহনগে খন্দ্রে, মহাক ঐগী ইনাক্তা অদুম লৈজরসনু হায়না খল্লে।"

মালতীনা হায়রকই, "নন্দিনী, অদুদি ফত্তে, পূন্নমকসি করিগুম্বা ভাব তানদবা অমদগী ওইবসু য়াই।"

"ইচে, মতাংনা য়াদ্রবদি কমদৌনি, ময়ুম পাল্লবী নূপী কয়া মপামদা লৈনরিবা অসিদি? ৱাফম অসি নাকল অমরোমদগী ঙাক্তা বিচার তৌবা চুমদে। মসি ঐখোয়গী ইরালদৌনা হায়বীরিবা করিগীনো? মাবু থীনা থৌশাদনা তৌবীরগা ঐখোয়না অসুম নোঞ্জদুনা তৌগদ্রা?"

মালতী নন্দিনীগী ৱাহৈ অদুসু চুম্মী হায়না খনবগুম তৌনা নুংঙাইতনা লৈ।

শরৎনা ৱারী শাবা অদুদা য়াওদুনা হায়রকই. "নন্দিনী, হৌজিক্তি ইবোচৌবদু শারদাগীদমক য়াম্না নীংঙল্লক্তে, মহাক্না ইকাইবদগী শারদাবু কৌবা লাকপা ঙমদবনি।"

"কান্নরোই. শরৎ, থবক খূদিংমক মাগী অনীংবা, অপাম্বগী মতুং ইন্না হেক্তা তৌবা য়ারোই। ঐখোয়গীসু অনীংবা, অপাম্বা ৱাখলগী বিচার লৈ।"

মালতীসু ৱা ঙাঙফম খঙদনা তৃমিন্না ঙহাক অমুক লৈখ্রে। ৱাফম অদু ইরায় লায়বা নত্তবনা মহাক ৱা ঙাঙবা ইনুং নুংঙাইত্রে। মহাক্না অকোনবদা হায়রকই. "অদুবু, নন্দিনী, অমবু ওইরে অমবু ওইরে, করিগুম্বা ইবোচৌবনা কৌবা লাক্লবদি ৱাফম খূদিংমক নীংথিনা শেংদোক্লরগা শারদাবু চৎহনখো। কৈদৌরুনি অসুম শাউরুদুনা?"

ৱাফম অদু মতাং অদুৱাইদা লোইশিন্নখ্রে।

শরৎ চৎলমদাইদা মাগী থবক শূফমদা চঙদুনা ঙহাক য়েংলম্লগা হনখ্রে। অদুগা নন্দিনীসু মালতীগী মনাক্তা ঙহাক লৈরম্লগা আশ্রমদগী হনখ্রে।

## ২৪

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা শরৎনা কৎপা আশ্রমগী শঙ অদু শাবা পূল্লোই লোইরে, রংনচিংবা ফজনা তৈদুনা য়েংবদা মীৎ থক্কৎনীংঙাই ওইনা ফজরে। নোংমা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক অমদা মদু শঙ্গাবগী থৌরম পাঙথোক্লবা চাউনা শেম-শারে। চেক্লা শারবা শঙশাং অদুগী মমাঙদা শামিয়ানা নীংথিনা চাউনা খল্লি, নাপী মথক্তা চৌকি কয়া থাদুনা লৈ; শঙদুগী মমাঙদা শাবা প্লেটফোর্ম অমদা ফজরবা চৌকি অহুম থাই, অনেম্বা সাইদ-টেবল অমগী মথক্তা ফজবা লৈরোং লোনবা অঙৌবা ফিদা অমা থাই, মদুগী মথক্তা ফজবা, অতেকপা মচু মচুগী লৈ কয়া হাপ্পা ফুলগ্লাস অমা লৈ। ফনেক মপান্নাইবা শেৎপী আশ্রমগী নূপী খরনা থৌরম অদু শীনবগী চখোক-চৎশিন তৌদুনা থৌ চিন্না উই। প্লেটফোর্মগী নাকল অনীদা অনেম্বা টেবলদা সাউণ্ড-বোক্স অনীখক খিল্লি, মদুদা লৈবাক নীংবগী ঈশৈ খরা কয়া হৌদনা খোংই। ধূপকী নুংশিবা মনম ৱা ৱা নম্মী। ঙহাক্কী মতুংদা বার্ত্তোন তৌবা মীওইশিং – অচৌবা ফম্নাইবশিং, শক্লাইরবী নূপীশিং, আশ্রমগী পেট্রোন ওইবা মীশকশিং অমদি অতৈ মরী লৈনবা মীওই কয়া লাকপা হৌনরে। আশ্রমগী নূপীশিং অমদি অরাকপা মীশক কয়াশিংদু ফম্ফমদা ফম্নখ্রে। শামিয়ানা মখা অদু তিল্লিবা মীয়ামগী ইনিন্না ইনিন নিনবা হৌরক্লে। অথোইবা অতিথি ওইগদবা মন্ত্রীদি লাক্ত্রি, অদুবু সভানেত্রী ওইগদবা মশা নোয়বী, ৱাং-চাউবী, আনোক উপ্পী, চহী মীয়ায়দগী খরা হেল্লবী শক্লাইরবী রাজনীতিগী লুচিংবী নূপী অমদি লাক্কুনা লৈরে।

ইবোচৌবসু শরৎকা লোয়ননা থৌরম অদু য়াওনবা লাক্লে। মখোয় অনী ফম্ফমদা ফম্লগা থৌরম অদু হৌবা ঙাইদুনা লৈরে। শরৎনা মরক মরক্তা ইবোচৌবদা থৌরম অদুগা মরী লৈননা ৱারী খরা অসুম শারকই। নূপী ঙাক্তনা মপূং ওইনা তিনবা থৌরম অদুদা লাকপদা ইবোচৌবা ইকোই কোইনা থোকই, ইপঙ পঙশিনবগুম তৌই। মীগী ইনিন, মপান্নাইবা শেৎপী নূপীশিংগী শক্তমশিং, মখোয়গীতা ওইবা সংসার অমগী শক্তমদু মঙোন্দা য়াম্না নৌনা থোকই। মখল কয়াগী নূপীশিংনা অসুম্না তোপতোপ্পা

থৌরম অমদা তিনবসি মহাক অমুক্তা উখিদ্রি। খ্বাইদগী চম্বী নূপীশিংদগীনা খ্বাইদগী কেবী, তৌঙম্বী মানবী নূপী কয়া ফাওবা য়াওরে। বার্ত্তোন ফংদুনা লাকপা নূপাশিংগী মশীংদি য়ামদে, মমাঙগী ফম্ফম পরেং অদুদা খরতমক ফম্মী। মখোয় খরদি কুর্তা-পায়জামা নত্ত্রগা ফৈজোম শেৎলি; রাজনীতিগী মীওই, সমাজসেবক নত্ত্রগা পৈশা পায়বা মরুওইবা মীওইশিং ঙাক্তা মাল্লি। ইবোচৌবনা থৌরমদু হৌবা ঙাইদুনা ফল্লিঙৈদা নন্দিনীগা শারদাগসু মালতীনা চিংদুনা চঙলক্লে অদুগা মাগী ওইরোমদা ফম্ফম তরামুক লাপ্না ফমহনখ্রে। মখোয়বু উবদা শরৎনা ইবোচৌবদা হায়রকই, "নন্দিনীগা শারদাগসু লাক্লে। শারদাসি ইচে মালতীনা কন্না হায়বদগী ঐনা চঙদুনা হায়বদগী লাকপনি।" শরৎনা হায়রক্লিবা অদু শারদা লাকপদুদা মরূপ্তুগী পুক্নীংগী ফীবমদু য়েংনীংদুনা হায়রকপনি। অদুবু ইবোচৌবা শারদানা থৌরম অদুদা লাকপদুদা করিসু হায়রক্তে।

ইবোচৌবা শারদাগা কায়নখ্রবা মতুংদা মাবু উবসি ঙসিগী অসিনা অহানবনি। শারদা হীগোক মচুগী ফি অমা ফনেক মপান্নাইবা মথক্তা শাড়ি হাইগত্তুনা শেৎলি, মখূত্তা বেগ অমুবা অমা য়াল্লি,ময়াঙ খরা কংশিন্না উরে, মায়থোঙসু ময়েং খরা তারে, মীৎফম অদুসু খরা হঞ্জিল্লি, মাগী মূর্ত্তি অদু ঙসিদি মঙোন্দা ইনৌ নৌবা শক্তম অমা ওইনা থোকই। কুইনা কায়নরুবনা মহাক্না শারদাবু লম্নানবী অতোপ্পী অমা ওইনা ফাওবা মাগী পুক্নীংদা ফাওই।

ঙহাক্কী মতুংদা মন্ত্রী লাক্তুনা থৌরম অদু হৌনবা থৌরাঙ তৌখ্রে। মাগী মরূপ শরৎসু কৌখত্তুনা প্লেটফোর্মদা ফমহনখ্রে। ফি অঙৌবা মপালচনবনা মপান্নাইবা মথক্তা শাড়ি হাইগত্তুনা শেৎপী আশ্রমগী নূপী মঙা-তরূক্না লেপ্তুনা শৈহৌ ঈশৈ শকপা হৌরকই। রারী-রাতাই শাদুনা লাঙলম্বা ভাবক পূম্নমক তূমিন তূমিন্না লৈনখ্রে। হারমোনিয়মগা লোয়ননা শকপা শৈশকপী নূপীশিংগী খোঞ্জেল অদু সাউণ্ড-বোক্স অদুদা য়াম্না ময়েক শেংনা থোরকই; মরোল অদুদি থায়নগী মৈতৈ চনুরাশিংগী থৌনা-লিংজেল শীংথাদুনা শকপা ঈশৈনি। ঈশৈদু শকপা লোইরবা মতুংদা মালতীনা ময়াম্বু তরাম্না ওকপগী রাহে খরা হায়রকই। অদুদগী মন্ত্রীনা মচু মচুগী চে কয়া লংদা তিংদুনা লৈতেং তৌরবা শঙ অদু হৌনবী মতুং ইন্না শঙ্গাখ্রে। মদুগী মতুংদা শক্লাইরবী নূপী লুচিংবী খরগী ভাষন লৈ। অহানবদা অহল ওইরূপ তৌবী মশা নোয়বী নূপী অমা কৌখত্তুনা রা ঙঙবা হৌখ্রে।

ইবোচৌবা ভাষনগী শরূক অদু পুক্নীং চঙনা তাদুনা লৈ। নূপী অদুনা ঙাঙলিবা অয়াম্বা অদু নূপীশিংবু নূপাশিংনা তাথী-তাওইনা তৌবীবগী, ওৎ-নৈবগী, নূপা-নূপী অধিকার মান্নগদবনি হায়বগী, থোইদোক্লা নূপাশিংগী মায়য়োক্তা অকনবা প্রতিবাদ

তৌবগী ৱা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অসুম্না প্রতিষ্ঠানগী নত্তুগা রাজনীতিগী মরু ওইবী লুচিংবী খরসু মথং মথং ঙাঙবা হৌরকই। মখোয়না ঙাঙবা অয়াম্বা অদুদা অসিগুম্বা আশ্রম অসিগী কান্নবা, নূপীশিংনা সমাজদা য়ারিবা থৌদাং, নূপীশিংগী থাক, নূপা-নূপী অধিকার মান্নবা অসিনচিংবগী মরমদা ৱাফম কয়া য়াওই। মখোয় অমা-অনীদি থোইদোক্লা নূপীশিংগী মায়কৈদা য়াম্না হেন্না তোংশিনমনখিদুনা নূপাশিং অসি নূপীগী মখা থাবা, মখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না লৈংদবনি হায়বগী ৱা ফাওবা য়ৌনা ঙাঙলকপা য়াওই। ইবোচৌবা মখোয়দু তাবদা খরা নুংঙাইতবসু য়াংরকই। অকেনবা ঙাঙবী নূপী অদুদি পাউতাক মানবা ৱাফম কয়া হেৎলকই। নূপাগী মায়োক্তা অকনবা রাহে কয়া শীজিন্নে। নূপীগী মীৎয়েংলোমদগী ঙাক্তা য়েংদুনা ঙাঙলিবশিংদুদা করিগুম্বা অহোবা, অওইবগা চানদবা ৱাফম কয়া য়াওই। নূপীশিং অদু ঙাঙবা লোইনগা শরৎপুসু রা খরা ঙাঙনবা হায়বদগী ৱা খরা ঙাঙই। মহাক্তি ইচম চম্না অসিগুম্বা নূপীশিংগী ওইবা আশ্রম অসিগী মরু ওইবা, উপায় লৈত্রবী নূপীশিংগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবা অমদি মহাক মশামক্লা ফীবম ফত্তবী চগুজফম লৈত্রবী কয়াগী লৈফমদু চন্দবগী সমস্যা অদু উদুনা মদু খরমখৈ কোরুবগীদমক শঙ অদু শাখিবনি হায়বগী মরমদা খরা তেন্না ঙাঙলগা তোকই। অদুদগী অথোইবা অতিথিনা মথংদা ঙাংবদা অসিগুম্বা আশ্রম অসি লৈতবা য়াদবগী, হৌজিক্কী সমাজদা নূপীশিংগী ফীবম ফৎলক্তবগী, লৈফম লৈতবী কয়া থোরকপগী অদুগা মখোয়গীদমক অসিগুম্বা শঙ অমা শাদুনা কৎলিবা শরৎকী পূকচেল চাউবা মতৌ অদু থাগত্তুনা ঙাঙই। অসুম্না মাগী মথংদা ঙাঙবী সভানেত্রী ওইরিবী অদুসু আশ্রম অদুগা মরী লৈনবা বাফম খরা হায়রগা শরৎপু থাগত্তুনা ঙাঙলগা ৱা ঙাঙবগী শরূক অদু লোইশিনখ্রে।

ৱা ঙাঙবা অদু লোইখ্রবা মতুংদা নূপীশিংগী কলচরেল প্রোগ্রাম অমা চৎনবা থৌরাঙ তৌরকই। ষ্টেজ মথক্তা ফম্লিবা পূন্নমক কূমথদুনা মখাগী ফম্ফমদা ফমখ্রে। শরৎসু ষ্টেজদগী কূমথরক্তুনা ইবোচৌবগী মনাক্তা অমুক ফম্লরে। অহানবদা ঈশৈগী থৌরম অমা হৌনবগীদমক যন্ত্রনচিংবা কয়া থাংজিল্লক্লে। আশ্রমগী নূপী খরনা ঈশৈ মথং মথং শক্লকই। চান্দনীসু কেনা শমজিদা গুলাব অমা থেত্তুনা মমীৎ-মনা, মখূৎ-মশা য়াওনা মতমগী ওইবা হিন্দী ফিলমগী ঈশৈ অমগা মৈতৈরোনগী ঈশৈ অমগা মখোল য়াক্লা শক্লকই। মাবু উবদা ইবোচৌবনা শরৎতা হংলকই, "কনানো নূপী অসি?"

শরৎনা মাবু মশক তাক্লদুনা খুম্লকই, "চান্দনী হায়বী অফাওবী নূপী অমনি। মহাক্কুম্বা খরনি আশ্রমদা লাক্লবা ঙমদ্রিবসি।"

ইবোচৌবা নূপী অদুগী মতৌ অদুদা খরা হৈনদনা য়েংদুনা লৈ।

ঈশৈগী থৌরম অদুগী মতুংদা খোংজোম পর্ব, জগোইনচিংবগী থৌরম মথং মথং উৎপা হৌরকই। মখোয় অদুনা ইবোচৌবগী পূক্নীং অদু অমুক চিংশিনবা হৌরকই। নূপী খরদি তশেংনা মগুণ লৈবী কলাকার ঙাক্তা ওইনা তৌই। অশংবা রেশম ফুরিৎ লীৎপী, অপাবা ফি ইনবী, কুচু ঙৌবী ফীবম ফজরবী নূপী অমনা লৈমা জগোই শারকপা মতমদা ষ্টেজ মচীদগী শক্লকপী নূপী অমগী নুংশিবা ঈশৈগী খোঞ্জেল অদু য়াম্না পূক্নীং চিংশিন্নীংঙাই ওই। জগোই শাবীদুগী ফজবা শাথেক, শুম্বাৎনীংঙাই ওইবা ঈশৈগী নুংশিবা খোঞ্জেল অদুনা ভাবক পূন্নমক অদু শুম্বগুম তৌরকই। শরৎনা ইবোচৌবদা জগোই শাবী অমসুং ঈশৈ শক্লিবী নূপী অনী অদুগী মশক তাক্লকই, "মখোয়সি অফাওবী কলাকার ঙাক্তনি, পৃথিবীগী মফম কয়াদা কোয়দুনা মখোয়না জগোই-ঈশৈগী থৌরম কয়া উৎলুরে।" (শরৎ মালতীনা মখোয়দু মঙোন্দা মশক তাকখিবদগী খঙবনি।)

ইবোচৌবা মখোয় অদুগুম্বা কলাকারশিং অদুবুদি মপূক্নীংদা থাগৎলকই।

অরোইবদা নূপীশিংনা শান্নবা লীলা মচা অমা উৎনবা থৌরাঙ তৌবা হৌরকই। মদু আশ্রমগী অইবী অমনা ইবনি, মমিংনা "লৈ অমসুং মৈরি" কৌই হায়দুনা লাউথোরকই। ষ্টেজ মথক্তা লীলাদা চঙবা মচাক কয়া শেমদোক-শেমজিন তৌবা হৌখ্রে, যন্ত্রখোংবা কয়াসু ষ্টেজগী মরুমদা যন্ত্রনচিংবা পুশিন্দুনা চঙখ্রে। ইবোচৌবা মমাঙগী থৌরম অদু নুংঙাইখিবা অদুনা লীলা অদুবু য়াম্না য়েংনীংবা পোক্লকই।

ঙহাক্কী মতুংদা শেম-শাবা লোইদুনা লীলা অদু হৌখ্রে। নূপীনা শাবা মফল পুনবা, মকোই খাকপা, টুপী উপ্পা নূপা অমনা য়ু থক্নুনা ময়ূমদা নুংদাং থেঙনা হঞ্জিল্লক্লগা মাগী নূপী অদু খৎনবা হৌদুনা ফু-চৈবা হৌরকই। নূপী অদু লুহোংব কুইদ্রিবা ওইনা উৎলি। কা অদুদা নূপী অদুগী অউনপোৎ ইউন উল্লক্তবগুম খরা হাঙনা উই। নূপা অদুগী মমা অমসুং মচন অমগসু খৎনবা অদু তাদুনা থোরকই। মখোয়না খৎনবা অদু খাম্বগী মহুত্তা মৌ অদুগী মরমদা নূপা অদুদা ফত্তবা পাউ কয়া তমশিন্দুনা নূপা অদুবু হেন্না শাউহল্লি। অদুদগী নূপা অদুনা খঙহৌদনা স্তোভ অমা পুথোরক্লগা নূপী অদুগী মশাদা তেরশিং হৈজিনখ্রে, অদুগা মৈখেৎ অমা খেৎচিন্দুনা মাগী মফি অদু মৈ চুশিল্লকই। খঙহৌদনা নূপী অদু মৈনা চাকপগী চোংবা হৌরকই। (ড্রামা অদুদা থৌরাঙ অদু অদুক্কী মতিক হৈশিংনা তৌই মদুদি নূপী অদু মৈনা চাকপগী উৎলিবা মওঙ অদু য়াম্না মান্না উই।) মৈ চাক্লবী নূপী অদুনা মৈশা খাঙবা

ঙমদদুনা লাউ-খোংবা, কোয়চেন চেনবা, লৈমায়দা চোংবা, থরো থরো ওনবা শক্তম অদু য়েংবদা অকি-তুজুংবা পোক্লীংঙাইনি। ভাবক খুদিংমক পুক্লীং থক্কৎনা মীৎ কৃপ্তনা চেক-মোক লাউদনা য়েংদুনা লৈ। নূপী অদুনা লাউবা মখোল তাবদা লৈকাইগী মীশিং চেনশিন্নরক্লে। মতম অদুদা মপুরোইবা অদুগা মাগী মমাগা মচননূপীগনা মৈ চাক্লিবা মৌ অদু স্তোভ হৌগৎপদা শোয়দুনা চাক্লিবনি হায়দুনা মাবু কন্নবা হোৎনবা শাজিন্নদুনা লৈ। ময়াম চঙদুনা চাক্লিবা মৈ অদু মুখত্তুনা নূপী অদুবু কন্নবা হোৎনরে। অদুবু মাগী ফীবম অদুদি অদুক্কী মতিক শোকখ্রে মদুদি মশা পূম্বা অদু মৈনা অয়াম্বা শীনথুংনা চাকখ্রে। ময়ামদুনা মাবু হোসপিটালদা পুখত্তুনা লাইকন্নরে। নূপী অদু বা ঙাঙবা ঙমদ্রে, অদুবু লৈকাইগী মীশিং অদুনা মঙোন্দা ইমুংগী মীশিংনা হায়রিবদু চুম্বা হংবদা মহাক্না মঙক্তং হাইরগা য়ানীংদবা উৎলকই। ঙহাক লাক্লরবা মতুংদা মহাক লায়কন্নবা ঙমদনা শিখ্রে। খোয়শাউন্নরবা মীয়ামশিং অদুনা নূপী অদুগী মপুরোইবা অমদি ইমুংগী মীশিংদুদা রাহং পাউহং কয়া তৌবা হৌরকই, মখোয়বু চিংন্দুনা মফম অদুদগী চৎহন্দনা ফাদুনা থল্লে। অদুদগী ঙহাক্কী মতুংদা পুলিসতা পাউ পীরুদুনা ইমুংগী মীশিং অদু ফাদুনা পুখ্রে। নুংঙাইত্রবা পোলোইনা লোইবা লীলা মচা অদু মীয়াম্না মমীৎ কৃপ্তনা, অকি-তুজুংবা অমগা লোয়নননা য়েংনৈ। লোইরকপা মতমদা খূবা খূবাক অদু ইপোম হৌনা শামিয়ানা মনুংদা পূমনিন নিল্লি।

থৌরমদু লোইরদুনা য়েংলম্বা ভাবকশিংদু তপ্না তপ্না কায়নবা হৌরক্লে। ইবোচৌবগা শরৎকসু চৎনবা হৌগৎলকপদা শারদানা মখোয়দা ফল্লপ য়েংদুনা লৈরম্মী, অদুদগী মহাক মমায় ঙাংতক তৌনা লৈথোকখ্রে। মখোয় অনী মালতীগা অমুক্তং উন্নরম্লগা মফম অদুদগী থোরক্লে।

ইবোচৌবনা ময়ুম য়ৌরগা চোকথমন্দুনা ফমুংদা হীপ্তুনা ঙহাক পোত্থারকই। মতম অদুদা মহাক ঙসায় তাখিবা নূপীশিংনা ঙাঙখিবা ভাষনশিং অদু নীংশিংবা হৌরকই। মখোয় খরনা ঙাঙবদা নূপা-নূপী থাক চপ মান্নবা মওঙবা লৈনবা, নূপীদা নীংতম্বা পীনবা রা কয়া ফোঙদোকখিবা, মদুদা খরা হেঞ্জিনখিদুনা নূপাবু নূপীগী মখা থানা হিংহন্নীংবা পাম্বগী, অচোপ-অরেং খঙদনা নূপীগী থবকপু নূপাসু তৌহন্নীংবগী রা কয়া ফোঙদোকখিবা, অদুগা নূপা-নূপী লৈনবা মরীদা পূমহোং হোংদোক্নুনা হৌজিক্কী মতমগী ওইবা অনৌবা মরী অমা থন্নবা ঙাঙখিবা কয়া অদুদা মহাক্না য়ানীংদবা কয়াসু য়াওই। মখোয়না ঙাঙবদা নাকল অমতগী ওইনা ঙাঙবা, নূপাবু মশক খঙদবা, নূপাগী মায়কৈদা শোক্লিবা অদু খঙদবদা মহাক তশেংনা নুংঙাইতবা পোকই। মসিগী

মতাংদা মহাক ৱাখল কয়া খন্থবা হৌরকই। মহাক্না খল্লকই, "নূপা-নূপীগী ওইবা মরী অসি খূৎশেন্না হেক্তা খূদক্তা শেমদোকপা য়াবা নত্তে, মসিগী শাংলবা মরু লৈ। ৱাখল য়াম্না খন্থবা চঙই, ইতাউ তাউনা ৱা খরা ঙাঙবা অদুনা হেক্তা ওইবা য়ারোই। প্রকৃতিনা পীথোরকপা নূপা-নূপীগী পাঙ্গল খেন্নবা, পীথোরকপা মশক-মগুণ, পুক্নীংগী ফীবম খেন্নবা, শাংলবা ইতিহাসতা থেংনরকপা নূপা-নূপীগী লৈনরকপা মরী অমদি মী মীগী মশাগী ওইবা অপাম্বা, থম্মোয়দা পেঞ্জবা মওঙ কয়া অদু খন্থবা চঙই। অদুগা অমুকসু সমাজগী চৎনবী হায়বা অমসু লৈবি। মদুনা পুন্দুনা ঐখোয়না হিংলিবনি; শাজত্তা নূপীগী চৎনরোল, নূপাগী চৎনরোল তোঙান্না লৈ, মসিগা ওন্ন-তৈনবা তৌরুবদা মীয়াম্না নোক্লবা, ফজনা ঙাঙনদবগী মওঙ কয়া লৈ। মী অমা-অনীগী মচিং-মশোল নাইবা লীচৎ, অপাম্বা অমসুং মখোয়না তৌবা থবক্না থৌইনশিন ওইদুনা সমাজ অমগী চৎনবী অদু হেক্তা ওম্থোকপদি ওইথোক্তে; মরমদি চৎনবী হায়বা অসি মরু লৈবা, ঐতিহ্যদা য়ুম্ফম ওইবা, অকুপ্পা, মীয়াম পুম্নমক্না পাম্বা, য়ানবগী মতুং ইন্না মথন্তা লৈজবা অকনবা শক্তি অমনি। নূপা-নূপী লোয়নবদা ফিদমগী ওইবা মশানা পামজবা মওঙ কয়াসু লৈ, মদু মী খরনা হায়রগা হেক্তা ওম্থোকপা ওইথোক্তে। নূপাসু নূপীসু মখোয়দা ঈশ্বরনা পীথোরকপা মগুণদু কায়হন্দনা লীচৎ চৎপা, মদুগা লোয়ননা অনীমক শাজৎ ফজনবা, থাজবা থম্নবা, অচেৎপা নুংশিবগী মরী লৈনবগা লোয়ননা অমনা অমগী মফমদা ব্যবহার থম্নবা, মীওইবা অমগী মহৌশাগী ফংফম থোকপা অধিকার পুম্নমক অদু মুন্না মশক খঙনবা, লোয়ননা মীওইবা অমা ওইনা নুংশিবা পোক্লবা – পুম্নমক অসি লৈরবদি মশানা অদুম অফবা ওইরক্কনি। মসিগী মতাংদা অরেম্বদা পাউতাক পীবা মানবা নাকল অমতদগী য়েংদুনা ঙাঙবা ৱাঙাঙ ঙাক্লনা থোইনা কান্নবীংঙাই ওইদে।" অদুদগী মহাক্না মহাক মশাগী ওইবা ৱাফম – শারদাগা মখোয় অনীগী ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা অমুক খল্লকই। মদুগী মতাংদদি মহাক তশেংনা চমন্নবা পোকই। মহাক্না পাল্লিবা ফিদমগী ওইবা নূপা-নুপীগী ওইবা মরীদু মখোয় অনীগী মতাংদদি লৈখিব্রা হায়বদু মহাক খঙবা ঙমদে। মহাক্না ঙসায় (মতম কুইনা উখিদ্রবা মতুংদা) উখিবা শারদাগী শোক্লবা শকফম অদু নীংশিংলুরগা ঙসিদি মদুনা মঙোন্দা হায়ফম খঙদবা নুংনাংবা, অৱাবা ৱাখল অমসু পীরকই। মহাক ফন্না কুইনা ৱাখলদা উংদুনা লৈ। মহাক্কী হকচাংদু ঙসিদি নহানমখৈগা মান্নদবা মওঙদা চোকথবসু ফাওই। অসুম্না মহাক ফমুংদগী হৌগত্তনা কুইনা লৈরে।

নুমিত্তুগী নুংথিলদদি মহাক তশেংনা মশাদু ইঙম ঙমদবা হৌরকই।

# ২৫

মথংগী নুমিত্তদি মহাক মশাদু হেন্না ঙম্লক্তদুনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈরে। মহাক্না নাদুনা লৈরবা মতুং নুমিৎ হুম্নি শুবকপদা শরৎতু মাগী মনাক্তা লাকই। মানা নাদুনা লৈরম্বা অদু উবদা শরৎ তশেংনা য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক্না ইবোচৌবগা ঙহাক ৱাবী-ৱাতাই শাদুনা ফম্লগা আশ্রমলোমদা মালতীগা উন্নবা চৎখ্রে। মহাক্না আশ্রমদা চৎপগী বাফম অদুদি ইবোচৌবদা করিমতা হায়রমদে।

শরৎনা আশ্রম য়ৌরগা মালতীগা ফম্ফমকাদা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শারকই, অদুগা শারদাবু কৌবগী মতাংদা মুন্না খন্নরকই। ইন্দ্রাণীসু শরৎ লাকপা উবদা থোরক্তুনা মখোয়গী মনাক্তা ফম্লবে।

"ইবোচৌবদি শারদাবু কৌবা চৎসি হায়বা য়াদব্রা?" মালতীনা হংলকই।

শরৎনা মঙোন্দা ইবোচৌবদু মানা হৌজিক চৎলুবদা নাদুনা লৈহৌবগী ৱা অদু তম্লকই।

ইন্দ্রাণীনা খরা লাওতক্লনা হায়রকই, "তামোবু কয়াম কন্না ঙমহৌদবগে?"

"য়াম্না কন্না ঙমদবমক্তি নত্তে।"

"বাহাদুরদি মাগী মনাক্তা লৈরিবা নত্ত্রা?"

"লৈরি, অদুবু মহাকসু মখোয়গী অনকপা মরী-মতা অমা লুহোংগদবা য়াওদুনা ময়ূমদা থুনা অমুক্তং চৎনীংবগী ৱা ফোঙদোকমাল্লে।"

মদু তাবদা ইন্দ্রাণীনা নুংঙাইতনা মালতীদা তকশিন্দুনা হায়রকই, "ইচে, অমুক্তংদি শীনবিয়ু ইনম্মদু ঐখোয়গী য়ূমদা লাক্লবা। ইচেনা হায়রবদি ইনম্মা নন্দিনীদু শোয়দনা ৱাখল খন্থরক্কনি, ইনম্মা শারদাসু য়াদবা ঙম্লোই।"

মালতীদু লূকথদুনা ৱাখল খল্লকই। অসিগুম্বা থবক অসি মহাক মরু ওইনা খল্লি, মদু মাগী লৈথোকপা য়াদবা দায়িত্ব অমা ওইনা ফাওবা খল্লি। মহাক্না জ্ঞান তানা হায়রকই, "ফৈ, ঐ চৎকে। কৈদৌঙৈ চৎসিগে?"

শরৎনা হায়রকই, "ইচেনা শংবিরবদি হৌজিকমক চৎপা পাম্মী। ঐগা লোয়নননা

গাড়িদা চৎলগা ইচেবু অমুক থিঞ্জরক্কে।"

মালতী মাগী কাদা মফি-মরোল শেৎপা চঙলুরগা থোরক্কুনা শরৎকা লোয়নননা কার তোংদুনা নন্দিনীখোয়গী ময়ূমদা চৎখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা মখোয় নন্দিনীখোয়গী ময়ূম য়ৌদুনা গাড়িদু মখোয়গী থোঙ্গান্দা থারে। শরৎতি ব্বারী শাবা অদুদা মালতী মথন্তা ঙাওনসনু হায়না খন্দুনা মহাক ঙহাক্কী মতুংদা অমুক থোরক্কে হায়রম্লগা ময়ূমদা চঙখ্রে।

মালতীনা গেটতা চঙলকপদা নন্দিনীদু শূমাঙদা লৈরম্মী। মহাক্না মালতীবু উবদা খরা ঙক্না থাজদনা হায়রকই, "হাইমা, ইচে, করি থবক্কীনো? লেঙশিল্লকউ।"

মালতী মাগা লোয়ননা চঙলকই।

নন্দিনীনা মাবু মখোয়গী ফম্ফমকাদা পুশিল্লক্কে। মালতীনা সোফাদা ফম্লবা মতুংদা নন্দিনীনা মপান্দা অমুক থোক্কুনা মনাউনূপী শারদাবু কৌরগা চা লোন্নবা হায়রকই।

নন্দিনীনা চঙলক্কুনা ফম্ফমদা ফম্লরবা মতুংদা মালতীনা হায়রকই, "নন্দিনী, ঐনা লাক্লিবা অসি নহাক্না ব্বা অমতা খন্নগে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

"করি ব্বানো, ইচে?"

"ব্বা হায়ববু অতে করিসু নত্তে, শারদাগী ব্বাদুনি। ঐনসু নোংমা নঙোন্দা হায়খিবদুনি, মানা সিদা সুম লৈবসি নুংঙাইতে, য়ারবদি মাবু মপুরোইবগী মনাক্তা থিনবিখিনবা তৌসি হায়দুনা লাকপনি।"

নন্দিনী পাউখুম পীরক্তনা শকফম খরা হঞ্জিন্না লৈ।

মালতীনা ঈংথনা অমুক হায়রকই, "নন্দিনী, হৌজিক ইবোচৌবদু মশা ঙমদদুনা লৈরে, মাগী যূম্বান্দু য়াম্না নাতৈ চাদ্রে। নহাকসু মুন্না অমুক্তং খল্লু. শারদাবু মনাক্তা চৎহনখিবা চুম্মী, নত্রবদি য়াম্না নুংঙাইররোই। নন্দিনী, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু. ঐখোয়না আশ্রমদা অদুক য়াম্না হোৎনরিবা অসি নূপীশিংগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনরিবা নত্রা? ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইবা মীশিংগী ফাওবা করিসু তৌবা ঙমদ্রবদি কৈদৌরুগনি?"

নন্দিনীদু ব্বাখল য়াম্না খল্লনা উরকই।

মালতীনা অমুক মখা তানা হায়রকই, "নন্দিনী, ঐ খঙই নহাক্না ইবোচৌবগী ব্বা খরদি শোয়দনা শেংদোক্লবা পাম্লমগনি। অদুবু মানা নাদুনা লৈবসিনা খুদোংচাদ্রে, য়ারবদি ঐখোয়না মাগী পুক্নীংগী ওইবা ব্বাফম পূন্নমক্কু নঙোন্দা শেংদোক্কুনা ফোঙদোকহন্নবা থৌরাঙ অমা শীল্লবসু শীনগে।"

তাঞ্জা অদুদা শারদা চা পুদুনা থোরক্লে। মহাক্লা চাদু মখোয়দা পীরগা মখোয়গী মনাক্তা সোফা অমদা ফমথরক্লে।

মালতীনা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা অমুক হায়রকই, "ইবেম্মা শারদা, ঐনা লাক্লিবসি নহাক্কী মরমদা ৱারী শাবা লাক্লিবনি। হৌজিক ইবোচৌবদু মশা ঙমদদুনা লৈরে, মহাক্কী যূম্বাল চাদবসি উবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইত্রে, নহাক য়ারবদি মাগী মনাক্তা চৎনবা তৌ। ইন্দ্রাণীনসু নঙবু মবুংগী মনাক্তা লাক্লবা হায়বীয় হায়দুনা কন্না হায়রকই।"

শারদাদু লূকথদুনা লৈ।

কা অদু মীকূপ খরা পূমচীক চীকই। নন্দিনীসু মালতীনা মখোঙনা থোংনা মখোয়গী ময়ূমদা মদুগী মরমদা হায়বা লাকপা অদুদা ৱা কন্না ঙাঙদুনা লৈথোকপা ঙমদবগুম তৌনা লৈখ্রে। মহাক্লা মালতীবু মথক্কী অহল অমা ওইনা য়াম্না ব্যবহার তৌই। মহাক্লা অকোনবদা ইতিং তিংনা হায়রকই, "ফরে, ইচে, ঐখোয় মসিগী মতাংদা অমুক্তা খন্নখিগে।"

মালতী নন্দিনীনা ঈংথনা অদুম্না হায়রকপা অদুদা হরাউনা হায়রকই, "য়াম্না নুংঙাইরে, নন্দিনী, অমুক্তা মুন্না খন্নৌকো। য়ারবদি মাবু মপুরোইবগী মনাক্তা থুনা থাবিখিসি।"

মখোয় চা থকমিন্নরকই। মালতীনা ৱাফম অদুগী মরমদা মখা তানা অমুক শাংথনা ঙাঙলক্লে। মখোয় চা থক্লা থক্লা আশ্রমগী ওইবা ৱারী অতৈ খরসু অসুম শারকই। আশাগী মরমদা হৌদোক্লরকপদা মালতীনা হায়রকই, "মহাক্কী মপাবুংদু লায়য়েংবা লোইরমাক্লে, মহাক থুনা থোরক্লগনি হায়দুনা ঐঙোন্দা চিঠি ইদুনা খঙহল্লকই।"

তাঞ্জা অদুদা শরৎসু ময়ূমদগী অমুক থোরক্তুনা নন্দিনীখোয়দা চঙলক্লে, অদুগা মখোয়গা ঙহাক ৱারী শাদুনা ফম্মিন্নরে। মহাক্লা মালতীগা মখোয়গা করি হায়নখিবা অসিনচিংবগী মতাংদা করিমত্তা হংলক্লে।

ঙহাক্কী মতুংদা মখোয় নন্দিনীখোয়দগী থোরক্লে। শরৎনা মালতীবু আশ্রমদা থিন্নবা গাড়িদা হাপ্তুনা পুরক্লে। গাড়ি মনুংদা মালতীনা শরৎতা মহাক্লা নন্দিনীগা শারদাগী মতাংদা শারকপা ৱারী অদু তম্লকই। মহাক্লা হায়রকই, "ইবোচৌবনা চৎপা ঙমদ্রবসু নন্দিনীদা চিঠিগুম্বা অমা ইহন্দুনা মাগী পূক্নীংগী ওইবা ৱাফম খূদিংমক শেং-দোক্তুনা নন্দিনীগী নুংঙাইতবা অদু কোক্লবা থৌরাঙ অমদি শীল্লু।" শরৎ মদু তাবদা নুংঙাইরে, নন্দিনীগা মদুগী মরমদা ৱারী শানদুনা করিগুম্বা য়ানবা পুরকপা য়াবগী মওঙ অমা লাকপদু মহাক্লা য়াম্না মরু ওইনা লৌই।

মথংগী নুমিৎকী নুংথিলদা শরৎ ইবোচৌবখোয়দা অমুক চৎলে। মহাক্না চঙলক্তুনা ইবোচৌবগী ফমাঙদা ফম্লরে। মহাক্না হংলকই, "কমদৌরি? করিমতা ফত্ত্রিব্রা?"

"কোকসি য়াম্না ঙাওই, য়াম্নসু নিংথম্মী।"

চন্দ্র বাহাদুরসু কা অদুদা চঙলক্তুনা ইবোচৌবগী হীদাক পীথক্লবা থৌরাঙ তৌররে।

শরৎনা চন্দ্র বাহাদুরদা হংলকই, "ডাক্তর লাক্লম্লব্রা?"

"লাক্লম্লে, তামো।"

"মানা করি করি হায়রম্মী?"

"করিসু থোইদোকপা তৌরোই, মানা ইবা হীদাকশিং অসি চাং নাইনা পীজরগা শোয়দনা ফরক্কনি হায়রম্মী। লাইওঙসি টাইফোইডকুম্বগী মওঙ ওইরমাল্লে।"

"ফরে, বাহাদুর, নহাক্না ফজনা হোৎনবীবা য়াম্না নুংঙাইরে।"

চন্দ্র বাহাদুরদু ইবোচৌবগী হীদাক-লাংথক পীজবা লোইরম্লগা মপান্দা অতৈ থবক তৌবা অমুক থোকখ্রে।

মহাক থোকখ্রবা মতুংদা শরৎনা ঈংথনা হায়রকই, "ইবোচৌবা, ঐনা ঙরাং ইচে মালতীদা হায়জদুনা শারদাবু কৌবা চৎলুরে।"

ব্রাফম অদু তাবদা ইবোচৌবা খরা ঙক্লা হায়রকই, "শরৎ, নহাক্না মদুগী মরমদা ঐঙোন্দদি করিমতা হায়রমদ্রিবা করিগীনো?"

"মদু নঙোন্দা অমুক হায়রুদুনা কৈদৌগনি? নহাক্কী ফীবম অসিদা মহাক লাকপা য়াম্না দরকার ওই খন্দুনা ঐনা চৎলুরিবনি। বাহাদুরসু মতম খরা ময়ুমদা চৎলুখিগনি হায়বদাই? মহাক চৎখ্রগা য়ুম অসিদা নথন্তা করম্না লৈগনি?"

ইবোচৌবদু লোংনা হীপ্লগা মমীত্তু তুকথনা পাঙদুনা ঙহাক তুমিন্না লৈ. অদুগা হায়রকই, "শরৎ মাবু অদুম্না কৌরুবা অদু ঐ ওন্থোক্না ইকাইখ্রে।"

"করি ইকাইনীংঙাই লৈবগে? মসি হৌনবী অমনি। করিগুম্বা খরা লাম্না লৌনরুবদগী নুংঙাইনদবা থোকখ্রবসু হৌজিক্তি মদু কোক্লবা য়ারে। ইচে মালতীনা নন্দিনীদা বারী ফজনা শারে, শারদাবু সিদা লাকহন্নবা হায়রম্লে। অদুগা শারদা মশামক্তসু ইচে মালতীনা লাক্লবা হায়রম্লে।"

ইবোচৌবদু ব্রা ঙাঙদনা লৈ।

শরৎনা অমুক মখা তানা হায়রকই, "অদুবু, ইবোচৌবা, নহাক্না নন্দিনীদা

অমুক্তং হান্না শেংদোকহন্নীংই।"

"শরৎ, ঐনা হায়খিবদুনি ঐ মাগা উন্নবদি ঙম্লোই, য়াম্না ইকাইবা পোকই, মদুগা হৌজিক মদু করম্নস্ ওইথোক্কনি?"

শরৎনা মালতীনা হায়রকখিবা ৱা অদু নীংশিংলদুনা হায়রকই, "নহাক্না নন্দিনীদা হৌখিবা থৌদোক্কা মরী লৈননা চিঠি অমতংদি ইয়ু। ঐ মদু মঙোন্দা য়ৌহনখিগে।"

ইবোচৌবা মদুগী মরমদা ৱাখল খন্থরকই।

মাগী মতৌদু উবদা শরৎনা অমুক হায়রকই, "ফরে, ৱাখল খল্লগা চিঠিদু অমতংদি ইবা ঙম্বা য়েংউ, ঐ হয়েং অমুক লাক্কে।"

শরৎ চৎখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবা হীপ্পা হীপ্পা মদুগী মরমদা ৱাখল য়াম্না খনবা হৌরকই। মহাক মরুপ্পুনা হায়বদু তৌবা তারা? মদু মহাক ঙমগদ্রা? মদুদা নুংঙাইরোইদবা করি লৈবগে? চিঠি হায়বা অসি নাকল অমতগী ওইবা পোৎনি, মতৈমা নন্দিনীনস্ মঙোন্দা হায়নীংবা ৱা কয়া শোয়দনা লৈরমগনি। অদুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, মহাক শরৎনা হায়বম্বা বাফম অদু য়াম্না মুন্না খল্লে। থোইদোক্কা আশ্রমগী লুচিংবী অহল ওইবী মালতীনা শারদাবু কৌনবা হোৎনরিবা অদুসু মহাক্না লায়থোক্না খনবা ঙমদে। মতম অদুদদি মহাক মখোয়গী ৱাখল বিচার অদুনা করিগুম্বা মওঙ অমদা লমজিংবগুম তৌরকই। ইকাইবতনা মরম ওইদুনা মশাগী পুক্নীং ৱাখনবু লাকশিন্দুনা থম্লম্বা ড্রগং অদগী মহাক নাম্থোরকপগুম তৌরকই। মহাক্না নন্দিনীদা চিঠি অমতং ইনবা মপুক্নীংদা থারেপ লৌরকই।

খঙহৌদনা নুমিৎ তাশিল্লক্কে। চন্দ্র বাহাদুরনা চঙলক্লুনা মাগী কাগী মৈ থানগৎলরে। মহাক্না চন্দ্র বাহাদুরদা মাগী নোটবুক্কা কলমগা পুরক্লবা হায়রকই।

চন্দ্র বাহাদুরনা খরা ঙক্না হংলকই, "তামো, করি ইবিগদৌরিবনো, ইবা ঙমগদ্রা?"

"ঙমগনি, চিঠি অমতা ইগে তৌবনি," ইবোচৌবনা হায়রকই।

চন্দ্র বাহাদুরনা মঙোন্দা মাগী নোটবুক অদুগা কলম অমগা পীরে, অদুগা মপান্দা অমুক থোকখ্রে।

ইবোচৌবা নোটবুক অদুগা কলম অদুগা মোন ময়াদা থম্লগা হীপ্পা হীপ্পা ৱাখল খনবা হৌরকই। করিনো মহাক্না নন্দিনীদা হায়গদবা? হকচাং ঙমদবগী চোকথবগা, মকোক অদু ইতাউ তাউবগা ৱাখল অমতা থোরক্তে। অদুবু মমৈদা খুকউখুদা কুন্দুনা মহাক্না ফমুং মথক্তুদা চিঠি অদু ইবা হৌরকই। মতেক খরা ইরগা মহাক মকোক

ঙাওদুনা মোন্দা অমুক চেপ্তুনা হীপথৈ, ৱাখল অদু ইশম শন্নদে। অসুম্না ঙহাক ফনা কুইনা ৱানা হোৎনদুনা চিঠি অদু ইরে। মরোল অদু মখাগী অসিনি :

"ইতৈমা নন্দিনী, ঐনা ইতৈমগী মফমদা করিগুম্বা ৱাফম খরদং খঙহনজখিবনি। ঐ ইশামক লাক্তুনা শেংদোক্লবগী ৱাখল খনখিবনি, অদুবু ঐ মদু ঙমদ্রে। মতম অমদা ঐনা শারদাবু আশ্রমদা চৎপগী লান্না লৌরুবা অদুগা ইতৈমগা আশাগনা আশ্রমগী ফনবা তৌবা থবক খূদিংমক ওন্ননা খল্লুবা অদু ঐনা ৱাখল থেনবদগীনি। ঐ হৌজিক্ খঙলে শারদাগী দোষ করিসু লৈতে, ইতৈমখোয়না তৌরিবা অসিসু য়াম্না মরু ওইবা সমাজগী অচৌবা থবক অমনি। নোংমা আশানা ঐঙোন্দা শারদাগী মরমদা ৱারি পুম্নমক শাখ্রে, ঐনা মঙোন্দা চিংনরম্বা অদু ঐগী অচৌবা দোষনি। ইতৈমা, লান লৌরুবা ৱাখল অসিদগী ঐনা ইতৈমদা নোংমা হায়খিবা পুম্নমক অদুগীদমক ঐ ঙাকপিয়ু। ঐ শারদাদদি থোইদোকপা করিসু হায়নীংঙাই লৈতে; ঐ খঙই মহাক্ ইতৈমনা হায়বা অদুতা ইনাগদবীনি। অদুনা ঐনা ইতৈমদা ৱাফম পুম্নমক অসি ফোঙদোক্ হায়জবনি। ইচে মালতীনা হায়বা অদু য়াবীদুনা শারদাবু ঐখোয়গী য়ুমদা লাকহনবীয় হৌজিক ঐনা ঙমদদুনা লৈবদগী ইমুং অসি য়াম্না অৱাবা ফীবম ওইরে। ইতৈম মসিগী মতাংদা অমুক্তং খন্থবীয়ু।

"অদোমগী ননাউনূপা,

"ইবোচৌবা।"

ইবোচৌবা চিঠি অদু ইবা লোইরগা ৱাবগুম তৌনা অমুক হীপথরকই, অদু মাঙলোমদা য়েংদুনা তূমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈ। মশা ঙমদ্রিঙৈদা ইবা মরোল অদ ৱাখলগী পরিং ক্নায়বা নত্ত্রগা হায়ফম থোক্তবা রা হায়বা য়াওখিব্রা হায়না খল্লকই অদুবু মহাক মকোক ঙাওবা, নিংথম চনবা অদুনা মরম ওইদুনা মদু ফাওবা ফঙ খঙবা ঙমদ্রে। মানা ইবা চিঠিগী চেনা অদু নোটবুক্তগী শেংদোক্লগা ইনভেলপ অম হাপচিন্দুনা নোটবুক অদুদা অমুক য়েপশিন্দুনা বেডসাইদ টেবল মথক্তা থম্লগা তূমিং অদুম হীপ্তুনা লৈখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা চন্দ্র বাহাদুর চঙলক্তুনা মাগী দরকার ওইবা সেবানচিং অমুক তৌররে।

নুমিত্তুগী অহিংদু ইবোচৌবা লাইহৌ কন্না তৌদুনা অহিং নীংথিনা তূমদ্রে।

মশা অদুসু য়াম্না শাগৎলি, মরক মরক্তা হুমাং কাংই। নোংঙাল্লগদি মহাক্কী ঙমদবা অদু য়াম্না কন্না হেঞ্জিল্লক্নে। মাগী মশাদু ইনম নম্মী, মমীৎ পাঙনীংদে।

অয়ুক খরা থেঙথরক্লগা শরৎতু মাগী মনাক্তা অমুক লাক্লে। মহাক্না লাকপদুদা চন্দ্র বাহাদুরসু ইবোচৌবগী কাদা লৈ। শরৎনা ইবোচৌবগী ফমাংদা মোরা অমদা ফম্লদুনা চন্দ্র বাহাদুরদা হংলকই, "কমদৌরি?"

"তামোসি ঙরাং অহিং লাইহৌ কন্না তৌদুনা লাক্লে, অহিং তূমদ্রে, মহাক হৌজিক তূমখিবদা ঙায়রি।"

চন্দ্র বাহাদুরনা ইবোচৌবদু হৌদোক্নে তৌবদা শরৎনা হায়রকই, "হুম, হৌদেল্লুরনু, বাহাদুর। মহাক অদুম পোখারসনু।"

শরৎ ঙহাক তূমিন্না লৃকথদুনা ফমদুনা লৈ, অদুদগী মাগী মনাক্তা লেপ্লুনা লৈরিবা চন্দ্র বাহাদুরদা অমুক হংলকই, "ডাক্তরদি লাক্লম্লব্রা?"

"অঙনবদা লাক্লগ্লে, হীদাক অনৌবা খরা অমুক ইরম্মী।"

"মহাক্না করি হায়রম্মী?"

"করিসু থোইদোকপা তৌরোই, হীদাক চাং নাইনা চারগা খরা তপ্না ফরক্নি হায়রম্মী।"

শরৎ ঙহাক অমুক তূমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "বাহাদুর, ঐ বা অমা হংগে, ঙরাং ঐনা ইবোচৌবদা চিঠি অমতং ইনবা হায়রম্বনি। মদু মহাক ইবা ঙমখিব্রা?"

চন্দ্র বাহাদুরনা মঙোন্দা ইবোচৌবনা মাগী নোটবুক্তা কলমগা পীয়ু হায়দুনা মানা পীরগা ফমুংদা করিগুম্বা খবা ইখিবগী বাদু তম্লকই।

নোটবুক অদুগা কলম অদুগা হৌজিকসু বেডসাইদ টেবল মথক্তা অদুম লৈরি।

শরৎনা ভাব তারদুনা বেডসাইদ টেবল মথক্তা লৈরিবা নোটবুক অদু লৌদুনা ফাক্তুনা য়েংলকই। মহাক্না মদুদা ইবোচৌবনা য়েপখিবা ইনভেলপ অদু থেংনরে। মহাক্না মদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা ইবোচৌবগী মখুৎনা খরা পৈনা অহৌবদা "ইমৈমা নন্দিনী" হায়না থাবা চিঠি অদু থেংনরে। মহাক্না মদু ইনভেলপ অদুগী মনুংদা অমুক হাপচিন্দুনা মাগী ফুরিৎখাউদা হাপচিনখ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক্না হৌগত্তুনা হায়রকই, "অদুদি, বাহাদুর, ঐ অমুক চৎলুখিগে। মহাকপু খরা কূপ্না শেন্নদুনা য়েংবীয়ু। মহাক্না মীকপ থোরক্লগা মাগী চিঠিদু ঐনা পুখ্রে হায়না তম্মু।"

মহাক্না ইবোচৌবখোয়দগী থোরক্লগা ময়ূমদা হল্লকপদা নন্দিনীখোয়দা চুমদ্রীং চঙলে। মতমদু অয়ুক্কী পূং মাপল মখায়মুক তারম্লগনি। মানা শূমাঙদা চঙবদা নন্দিনীদু

মাগী কাদগী থোরকই। নন্দিনীনা মাবু উবদা কৌশিন্দুনা মাঙ্গোন্দা মোরা অমা থারগা মাবু ফমহল্লে। শরৎনা মঙোন্দা ইবোচৌবগী হৌজিক ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা খঙহল্লকই, অদুগা চিঠি অদু মঙোন্দা পীরে। মহাক কুইনা ফল্লমদনা নন্দিনীখোয়দগী হনখ্রে।

শরৎনা চৎখ্রবা মতুংদা নন্দিনীনা ইমুংদা চঙদুনা ফমুংদা ফল্লগা চিঠি অদু ফাক্তোক্লুনা পাবা হৌরকই। খঙহৌদনা মাগী শকফম অদু খরা হোংখিবগুম তৌরকই। চিঠি অদু পাবা লোইরগা মহাক ঙহাক ৱাখল খন্দুনা লৈখ্রে। অদুদগী চিঠি অদু মাগী টেবল মথক্তা লৈবা ডাইরি অমদা য়েপশিন্দুনা থনম্লগা মহাক অফিস কানবা মফি- মরোল শেত্নুনা থৌরাঙ তৌবা হৌখ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক অফিসতা চৎখ্রে।

শরৎনা লাক্লুনা নন্দিনীদা ইবোচৌবগী মরমদা ৱারী শারম্বা অদু শারদানা পর্দা মরুমদগী তাহৌই, অদুগা শরৎনা ইবোচৌবগী চিঠি অমা মচেদা পীরম্ব। অদুস মহাক উহৌই। মচেনা অফিস হেক কাখিবগা শারদানা মচেগী কাদা চঙদুনা চিঠি অদু থিবা হৌরকই। টেবল মথক্তা লৈরিবা মচেগী ডাইরি মনুংদা মচী অমা হেন্দোক্লুন অঙৌবা ইনভেলপ অমা য়েপ্পুনা য়াওরিবা অদু ইঙান ঙান্না অদুম উই। মহাক্না থুনমক ডাইরি অদুদগী ইনভেলপ অদু লৌথোক্লুনা হাংদোক্লগা মনুংদা য়াওরিব মপুরোইবগী চিঠি অদু পাবা হৌরকই। মহাক্না চৌকিদা ফমদুনা চিঠিগী মরোল অদু পানা পানা খঙহৌদনা মমীত্তগী পিরাং শিন্থরকই, পিগী মরিক খরা চিঠিগী মথক অদুদা তাখিদুনা ময়েক খরদি ইচাই চাইখায়খ্রে। চিঠিদু পাবা লোইরগা মহাক্না মদ পায়দুনা মমায়দা থল্লগা থম্মোয় শোক্লা কপ্পা হৌরকই। মপুরোইবগী শেংদোরকপা ৱাহে অমদি মাগী নাদুনা লৈরিবা ফীবম অদুনা মাবু য়াম্না খাঙঙমদবা নুংনাংবা মওঙ অমা ওইহল্লকই। নুংশিবা, মপাল নাইদ্রবা নুংশিবা— মদুগা ঈরোইনবা লাকঙম ফাঙমদ্রব অকনবা থম্মোয়গী ঈথক অমনা মাবু খুদুমচনবা হৌরকই। মপুরোইবগা তৎনব য়াররোইদবা করিগুম্বা অঙকপা খঙঙমদ্রবা অচেৎপা মরী অমনা মাবু পুনবগুম তৌরকই। মহাক্না কুইনা অদুম্না কপ্পুনা লৈরম্লগা চিঠি অদু হান্নগী থমফম ডাইরি অদুগী মনুংদা অমুক হাপচিনখ্রে, অদুগা মচেগী কাদগী থোরক্লে।

নুমিত্তুগী নুংথিলদা মচেনা অফিস কুম্লক্লবা মতুংদা শারদাবু মাগী কাদা কৌশিন্দুনা জ্ঞান তানা হায়রকই, "শারদা, ঐ ঙসি ইবোচৌবদগী চিঠি অমা ফংলে। মহাক্না নহাকপু মাগী মনাক্তা লাকহনবীনবা ঐঙোন্দা হায়রকই। মহাক্না নঙবু লান্না খল্লুব

বাফম কয়াদুসু ঐঙোন্দা শেংদোরকই। মহাক হৌজিকসু নাবা ফত্তিমাল্লে। ঐ মসিগী মতাংদা নঙগা রা অমুক্তং তান্নগে খন্দুনা নঙবু কৌশিল্লিবনি।"

শারদা ঙসায় মপুরোইবগী চিঠি অদু লোন্না পাখ্রবসু মদু মহাক্না মচেদা হায়দোরক্কে। মহাক তুমিন্না মচেগী মনাক্তা লূকথদুনা লেপ্তুনা লৈ।

নন্দিনীনা অমুক হায়রকই, "শারদা, মসিগী মতাংদা মুন্না অমুক্তং খল্লু। হৌজিক্তি মহাক্না পূন্নমক শেংদোক্তুনা হায়রক্লবনিনা মাগী খুদোংচাদবা ফীবম অসিগী য়েংদুনা নহাক্না মাগী মনাক্তা চৎপা চুম্বা হায়না খল্লিবনি।"

মচেগী ৱাহৈ অদুদা শারদানা করি পাউখুম পীরুগনি? মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক নংলবী, মপুরোইবগী চিঠিগী ৱাহৈ খরদুনা পূক্নীং লাওতক্লকহল্লবী শারদাদু মপালথোংদদি ফোঙদোরক্তুবসু থম্মোয়নুংদদি মচেগী ৱাহৈদুদা নুংঙাইবা পোক্লকই, লোয়ননা মর্মীত্তা পিরাং চেল্লকই।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা মালতীদু নন্দিনীখোয়দা অমুক লাক্লে। মহাক্না নন্দিনীদা হায় ইন্দ্রাণীদু ঙরাং মবুংগী মনাক্তা চৎলুই, ইবোচৌবদু মশা কন্না ঙমদবা হেঞ্জিল্লকপদগী ইন্দ্রাণীনা মঙোন্দা শারদাবু অমুক্কসু কৌবা চৎপীনবা কন্না হায়জবদগী মহাক মাবু কৌবা লাকপনি, ইন্দ্রাণীদি মবুংগী মনাক্তা ঙসাই ঙন্না সেবা তৌবা চৎখ্রে।

নন্দিনীদু ৱাখল খল্লুরকই, মায়থোঙদা নুংঙাইতবগী মমি তারকই। মহাক্না হায়রকই, "ফরে, ইচে, ঐ শারদাবু চৎহন্নবা তৌরগে। অদুবু মাবু ঙসিমক হেক চৎহনবা অদুদি ......। নুমিৎতি অমুক্তং য়েংখিবা পাম্মী।"

মালতীনা হরাউনা হায়রকই, "নুমিৎকীদি করিসু চিংনরুনু, ইবেম্মা। ঙসিসি য়াম্না ফবা নুমিৎনি, তরানি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎনি।"

নন্দিনী ফল্লম্বদগী হৌগত্তুনা অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে; মহাক মনাউনূপী শারদাগা বাফম অদুগী মরমদা তান্নবা চঙখিবনি।

ঙহাক্কী মতুংদা শারদাসু মখোয়না ফম্নিবা ফম্মংমকা অদুদা থোরক্লে।

মালতীনা মঙোন্দা হায়রকই, "ইবেম্মা শারদা, ইবোচৌবদু হৌজিক মশা কন্না ঙমদবা হেঞ্জিল্লক্লে। নহাক ঙসিদি ইচেগা লোয়ননা মাগী মনাক্তা চৎলসি। অসিগুম্বা ফীবম অসিদা নহাক্না মহাক্কী মনাক্তা চত্তুনা সেবা তৌবীদ্রবদি য়াম্না নুংঙাইররোই।"

নন্দিনীনা হায়রকই, "ফরে, শারদা, নহাক ইচেগা লোয়ননা চৎনবা নফিন্নরোল শেৎলুরো।"

শারদা মচেগী ৱাহৈ অদু তাবদা মফম অদুদগী থোকখ্রগা মাগী কাদা চঙখিদুনা

মফি-মরোল শেৎপা হৌখ্রে। খাউ অচৌবা অমদা মাগী ফিরোল খরা হাপচিল্লে, পোৎ-চৈ অতৈ লৈহৌবা খরদি কোন্না অমুক লৌরবা য়াই খন্দুনা খূদক্তুদা পুন… থৌরাঙ তৌদ্রে। মাগী মনাউনূপী শোভাসু মাগী মনাক্তা চঙলক্কুনা হংলরে। মচে… মপুরোইবগী মনাক্তা চৎলগনি হায়বদু খঙলবদা মহাক নুংঙাইত্রে। অদুবু মহাক… মচেগী পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা পুনবা থৌরাঙ তৌবা অদুদা য়াওরকই।

শারদানা মফি-মরোল শেত্তুনা থৌরাঙ তৌবা লোইরকপা অদুরাইদা নন্দিনী… মাগী মনাক্তা চঙলক্লে। মহাক্না শারদাদা হায়রকই, "লোইরব্রা? করি করি পোৎ-… পুগদবা রাৎলিবগে য়েংউ।"

"ফিরোল খরদি পুরে, লৈহৌবা পোৎ-চৈ অতৈদি কোন্না পুরগে।"

"ফরে, ফরে।"

নন্দিনীদু মনাউনূপীগী মনাক্তা লেপ্লগা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, ফি… মচীনা মমীৎকী পি অদু তৈথোক্লদুনা হায়রকই, "য়েংউ, শারদা, নীংথিনা লৈয়ু. … নোংমা নহাক্কী ননাক্তা লাক্কে।"

শারদাসু ফমুংদা ফম্লগা মচেগী মতৌ অদু উবদা ফিনা মপি তৈথোক্… কপ্পী।

শারদানা অদুম্না অসুম ফমদুনা লৈরবদা নন্দিনীনা অমুক হায়রকই, "ফ… হৌগৎলো, শারদা, চৎনবা তৌরো। ইচে মালতীদু কুইনা ঙাইমনখ্রে।"

শারদাদু হৌগৎলক্তুনা মচেগা শোভাগা ঙহাক লেপ্তুনা কপমিন্নরগা মচে… লোয়ননা মালতীগী মনাক্তা অমুক চঙলক্লে।

নন্দিনীগা শোভাগনা কোম্থোঙ ফাওবা থিন্দোক্লগা শারদা মালতীগা লোয়ন… চৎখ্রে।

## ২৬

ইন্দ্রাণী মবুংগী কাদা ফমদুনা মনম্মা শারদা লাকপা ঙাইদুনা লৈ। ইবোচৌবদি মতম অদুদা তুম্বগুম তৌনা লৈ। নর্শ অমনা মাবু হীদাক কাপ্লম্লগা হনখিবদা ঙায়রি। ইন্দ্রাণীনা মপান্দা মরক মরক্তা অমুক অমুক থোক্তুনা মনম্মা লাকপ্রা য়েংই। মহাক্লা কাদুদা লৈবিঙৈদা খঙহৌদনা মপান্দা মালতীগা মনম্মা শারদাগা ৱা খরা ঙাঙেনদুনা চঙলকপগী মখোল তারকই। মহাক্লা হৌগত্তুনা থোরকপদা মখোয় অনী মাঙ্গোলগী সিড়ি কাখৎলক্রে। মহাক্না মখোয় অনাবু হরাউ-হরাউ কৌশিল্লকই। মখোয় কাদুদা চঙলক্তুনা ফম্লরে।

মালতীনা হংলকই, "কমদৌরি?"

"তামোসি তুম্লি," ইন্দ্রাণীনা খুম্লকই।

ইবোচৌবা ঙরাং চন্দ্র বাহাদুরনা তমদুনা মাগী চিঠি অদু শরৎনা পুখিবগী ৱাদু খঙখ্রে। মহাক চিঠিদুগী মরমদা ৱাখল অসুম খন্দুনা লৈরম্লগা তুমথখি। মখোয় লাকপা মতম অদুদা মহাক্তি মশাদু ঙমদবদুনা পোথাফম খঙদবদগী নুংঙাইতবা মঙ অমা মঙলি। মহাক অৱাংবা চীং, অশংপা নারক মোংশোং, অচীকপা লম্নাঙ কয়া উই, মখোয়দুগী মরক্তা মথন্তা পঙচত্তা চৎলি, অতেকপা থোং অমদা ঈথক-ইরৈ কল্লবা অপাকপা তুরেল অমা লান্নবা হোংনৈ, থোং মখাদা লৈরিবা ঈশিংগী ঈমায় অদু উবদা অকি-তুজুংবা পোকই, মদু লাম্থোক্লগা নুংশাগী মৈশানা চাকথেক্লবা শারবা মরুভূমিগুম্বা মফম অমদা চৎপদা মশা অদু ৎমাংনা পুম্লুপ লূপ্লী। মহাক্লা ঙহাক্তং পোথানীংদুনা উগী মরুমগুম্বা অমা থিরকই, অদুবু মফম কদায়দসু উরুম থিবা খঙদে, লম্নাঙ অদুদা খঙহৌদনা মমশিল্লকই, কনাগুম্বা জীব অমত্তা উদে। মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা অকিবা পোকই। তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বা মী অমগী খোঞ্জেলনা মাবু কৌরকপগুম তৌরকই। মতম অদুদা মহাক মীকপ খংথোক থোরকই। মমীং পাঙথোরকপদা ইন্দ্রাণীনা ফমাঙদা ফম্লগা মঙোন্দা কৌদুনা লৈরম্মী, "তামো, তামো,

মীকপ থোক্লো, ঐখোয়গী ইনম্মা শারদাসু লাক্লে।"

ইবোচৌবা শারদাগা মালতীগদু মাগী কাগী ফক্লাং ময়াদা থাবা উগী সোংফা অদুদা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা মঙগুম্না থোকখ্রে। মহাক্না মালতীদা হায়রকই, "ইচে, লেঙবীরক্লিব্রা?"

"উম, ইবুংঙো, কমদৌরিবগে হকচাংদু খজিক্তং নুংঙাইত্রিব্রা?"

"ইতৈমা, লাইহৌ তৌবা, চোকথবা, তূম্নিংবা অসিনা পোত্থাফম খঙদে।"

শারদাদি তূমিন্না লূকথদুনা ফমদুনা লৈ, ৱা অমতা ঙাঙলক্তে।

মালতীনা হায়রকই, "ইবুংঙো, শারদাসি ঙসিদি ঐনা কৌদুনা পুরক্লবনি। নহাক্কী অসিগুম্বা ঙমদবা ফীবম অসিদা মহাক্না লাপথোক্না লৈবদু নুংঙাইতে। মহাক্না নহাক্কী সেবা তৌহল্লু। "

মালতীগী ৱাহৈ অদুদা ইবোচৌবা করিসু হায়নীংঙাই লৈতবগুম লোংনা হীপ্তুনা মমীত্তু তূকথনা পাঙদুনা লৈ।

মালতী ঙহাক ফমদুনা অহল অমা ওইনা মখোয়দা পাউতাক পীদুনা ৱারী-ৱাতাই খরা শারম্লগা আশ্রমদা হনখ্রে।

মহাক চৎখ্রবা মতুংদা ইন্দ্রাণীনা মনম্মগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্লগা হায়রকই, "ইনম্মা, নহাক লাকপসি কয়াদা নুংঙাইরবা! ঐখোয়গী তামোসি মশা কন্না ঙমদবসিদা থৱায় য়াম্না ৱারুরবনি। নহাক লাকপসিদা ঐগী পূক্নীং য়াম্না লুম্লে।"

মাগী হোংলম্বা ৱাঙাঙ, মতৌ অদুদা শারদা তশেংনা ঙকপা পোকই। তাঞ্জা অদুদা মহৌশাগী মখোয় অনীগী থম্মোয়দা লৈনরম্বা নুংঙাইনদবা খূদিংমক কাউখিবগুম তৌরকই।

ইন্দ্রাণীনা অমুক হায়রকই, " 'সিদা তামোগী মনাক্তা বাহাদুর হায়বা নেপালী অমা লৈ, মহাক্না তামোগী অয়াম্বা সেবা তৌদুনা লৈবনি, অদুবু মহাকসু ময়ূমদা মতম খরা চৎনীংবগী ৱা ফোঙদোক্লম্মী। হৌজিক্তি ইনম্মা লাক্লবনিনা পূম্নমক্কী অফবা, খুদোংচাবা ওইরগনি।"

মহাক্না মনম্মা শারদাবু মবুংগী সেবা তৌনবা শিন্নরম্লগা ইমুংগী থবক নোম্বা অমদি চাক-ঈশিং থোংনবা থৌরাঙ তৌবা থোকখ্রে।

মহাক থোকখ্রবা মতুংদা ইবোচৌবনা খোঞ্জেল তপ্না কৌরকই, "শারদা।"

"হুম।"

"নহাক্না লাকপসি য়াম্না নুংঙাইরে। ঐ ওম্বোক্না ৱারুরে, পুন্সী অসিদা অসুক

ৱাবা অমুক্তা থেংনখিদ্রি।"

শারদাদু খঙহৌদনা মমীত্তগী পি তারক্লে। মহাক মমায় খুমদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মতাং অদুদা থম্মোয় শোক্না কপ্পা নত্তুনা করিগুম্বা ৱাহৈ অমতসু মচীন্দগী থোরক্তে। অদুন্না কপ্পা অদুনা মপুরোইবগী মফমদা হায়নীংবা থম্মোয়গী ৱা খুদিংমক ফোঙদোকখ্রবগুম তৌই।

কা অদু ঙহাক ইচীক চীকখ্রে।

ইবোচৌবনা অচীকপদু থুগায়দুনা অমুক হায়রকই, "মহাক্না সিদা লাক্লিবা অসি ইতৈমা নন্দিনীদি খঙহৌব্রা?"

"খঙহৌই, মহাক্না চৎলু হায়দুনা লাক্লিবনি," শারদানা মপি তৈথোক্লদুনা হায়রকই।

ইবোচৌবনা পূক্নীং নুংশিবগুম তৌনা হায়রকই, "শারদা, ঐ মঙোন্দসু ওহ্লোক্না ইকাইখ্রে, মতম অমদা ঐনা নঙবু লান্না খল্লুবদগী মঙোন্দা ফাওবা থীনা ঙাঙখিবা পূন্নমক অদু নীংশিংলি, মদুগীদমক ঐ য়াম্না নুংঙাইতে।"

"অদুবু ইচেনা হৌজিক্তি মদুগীদমক করিসু খল্লে!"

"ঐ নুংঙাইরে, শারদা। ঐ নোংমা মঙোন্দা অমুক্তংদি ৱারী শাদুনা হায়জখিগনি।"

ঙাঞ্জা অদুদা ইন্দ্রাণীদু মবুংগী হীদাক পীথকপা কা অদুদা অমুক চঙলকই।

শারদাসু কা অদুদগী থোরক্তুনা ঈরু-মায়থজদুনা ইমুংগী থবক-ইথ্বাং নোম্নবা থৌরাঙ তৌবা হৌখ্রে। মহাক্না ইমুংগী অচৌবা কাশিং অদু ৱাই শীৎপা, পোৎ-চৈ লোইশিনবা অমদি ইমুংগী থবক অতৈনচিংবা কয়া তৌবা হৌরকই। নুমিৎ অদুমক্তদা অচৌবা য়ুম অদু অমুক মপু পাল্লবগুম, থরায় অমা য়াওরবগুম তৌনা উরকই।

নুংথিলদদি ইবোচৌবসু মশাদু খরা পোথাবগুম তৌরকই। ইন্দ্রাণীদু নুংথিল অথেঙবদা মবুংগী মনাক্তগী হনখ্রে।

ইন্দ্রাণী চৎখ্রবা মতুংদা চন্দ্র বাহাদুরসু হঞ্জিল্লক্লে। য়ুমদুদা শারদা লাক্লম্বা অদু উবদা মহাক নুংঙাইরে। মহাক্না ইবোচৌববু নহানমখৈদি থাদোকপা ঙমদনা লৈরম্বা অদু হৌজিক্তি শারদা লাক্লবনিনা মহাক্না ইবোচৌবদা ময়ুমদা চৎনবগী ৱা হায়নরে। নুমিৎ অদুমক্তদা মহাকসু ময়ুমদা চৎখ্রে।

মথংগী অয়ুকনি। শারদা য়াহৌ ঙন্না হৌগত্তুনা ইমুংগী থবক-ইথ্বাং নোম্বা হৌখ্রে, ধূপনচিংবা থাদোক্লে। অদুদগী মহাক্না মপুরোইবগী মনাক্তা চঙলক্তুনা মাগী ফমুং মচীদা ফম্লরে। মানা ঙসায় হৌগৎপদা মপুরোইবদি মীকপ থোকহৌদ্রি,

হৌজিক্তি মহাক মীকপ থোক্তুনা লৈরম্লে। মপুরোইবদু ঙসিদি অমুক হেন্না মমীৎ-মনা শিংনা উরে।

ইবোচৌবনা হংলকই, "শারদা, কয়াম কুইরে হৌগৎপা?"

"কুইরে।"

ইবোচৌবা মথন্নায় নুংঙাইনা উরকই। মহাক খঙই শারদানা ঙন্তা হৌগত্তুনা য়ুমগী থবক-ইথ্বাংশিংদু নোম্বা লোইরম্লগা মাগী মনাক্তা চঙলক্লিবনি। মাগী ইমুং অদুদা অদুম্না চেকশিন্না য়েংশিনবীনবা লৈতনা পাল্লকপা কুইরে। চন্দ্র বাহাদুর মখোয় অনী লৈরম্বা অদুদি নুপা ঙাক্তনিনা য়ুম পান্দবগুম্বনি।

অয়ুক অদু ইচীক চীকই। মপান্দদি লৈকোলগী মনুংদা হৌবা হৈনৌ অমদি লৈহাউ পাম্বীশিংগী মরক্তা উচেকশিংনা লাঙবগী মখোল তারি। অচৌবা য়ুম-হিঙ্গোল অদুগী তোপতোপ্পা অচীকপা মতৌদু মখোয় অনীমক্কী পুক্নীংদা ফাওই। মতম অমদা অচৌবা য়ুম অদুদা য়ামদ্রবসু ইমুংগী মী খরা পুন্না লৈমিন্নরিঙৈগী লাঙলম্বা শক্তম অদুগা ঙসিগী অসিগদি পুরা খেন্নবা অমনি।

মখোয় অনী ইমুং-মনুংগী হৌজিক ওইরিবা ফীবম অদুগী মরমদা ৱারী শারকপদা শারদানা মপুরোইবদা হায়রকই, "ইন্দ্রাণীনা হৌজিক ফাওবা আশ্রমদা অসুম লৈরিবসি করিগীনো? মহাকপু য়ুমদা লাক্লবা হায়বীদব্রা?"

"করিগী হায়দনি, শারদা? ঐনা মাবু য়ুমদা লাক্লবা কয়ারক হন্না হায়রবনি, মহাক্না লাকউ য়াদবনি।"

"করিগীনো অদুদি?"

"কনানা খঙগনি? মাগী অনীংবা করি লৈবনো হায়বা অদু খঙবা ঙমদে।"

"অদুবু মানা আশ্রমদা লৈবসি মীগী মমাঙদা ফজদে ঐখোয় লৈনা লৈনা। ঐ অমুক্তং মঙোন্দা নীংথিনা য়ুমদা লাক্লবা হায়গে।"

"ফৈ, নঙ অমুক্তং হায়দুনা য়েংউ।"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা ইবোচৌবা নাবা ফগৎলক্লে। শারদা নহানমখৈ ছুটি লৌদুনা লৈরম্বদগী কোলেজ কারে। মহাক্না থবক চৎপদা মচেগী অফিসতা চঙদুনা মপুরোইবা নাবা ফরকপগী ৱা অদু তম্লে। নন্দিনীসু পাউ অদু তাবদা নুংঙাইরে।

নোংমা মেরা থাগী নোং য়াম্না চুবা নুমিদাং অমনি। নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী নোং লেপ্তুনা তাদুনা পুথ্রী, খোংবাল, তুরেল খূদিংমক ঈশিংনা পাথোক্তুনা ইরং লংই। কন্না তাবা নোংগী শউম মরক অদুদা আশ্রমগী শঙ অমদি অকোয়বা অদু চীক্লা লৈ, মপান্দা থানবা ইলেক্ত্রিক্কী মঙান্দা শঙ অদুদা য়ৈরিবা অচৌবা নোংগী মরিকশিংদু ইরং লংনা উবা ফংই। মপালগী ভেরেন্দাদা কনাসু লৈবা উদে। মতমদু চাউরাক্লা পূং তরামুক খরা হেল্লম্লগনি। মালতীদি মাগী কাদা চে অমদা করিগুম্বা হিসাব খরা শূদুনা লৈ। নুমিদাংদা আশ্রমদা লৈরিবা খূদিংমক কোয়না চত্তুনা য়েংশিনবা লোইরবা মতুংদা অসুম্না থেঙনা থবক শূবা নত্ত্রগা লাইরিক পাবা অসি মাগী হৌনবীনি।

ঙহাক্কী মতুংদা কন্না তারম্বা নোং অদু খজিক্তং পারকই। গেটতগী থোইনা লাপ্তুনা লৈবা মালতীগী কা অদুদা গেটতা থীনবগী মখোলগুম্বা অমা শেংফাত্তুনা তারকই। মহাক্লা হৌগত্তুনা থোঙনাউ হাংদোক্তুনা মায়কৈ অদোমদা য়েংলকই। নোং মরক অদুদা থোরকপা গেটকী মখোল অদু করিগুম্বা হূইনা মদুদা থেংলুবদগী থোরকপ্রা নত্ত্রগা কনাগুম্বা য়ুথকপা নত্ত্রগা ঙাওশিন্নবা মীশিংনা থীল্লকপ্রা হায়দুনা মহাক ঙহাক খঞ্জাননা লৈ। (নূপী ঙাক্তগী লৈফম অদুদা ঙাওশিন্নবা মীশিংনা গেটতা লক্কদুনা থীনবা অসিনচিংবা কয়াসু মরক মরক্তা তৌই।) মহাক্লা থোঙনাউ ময়াদা নাকোং থাঙ্গত্তুনা ঙহাক অসুম লেপ্তুনা লৈ। অদুদগী গেট অদুদা খরা হেন্না হৌনা হন্না হন্না থীনবগী মখোল অমুক তারকই। মালতী মাগী মোন ময়াদা থম্বা তোর্চ অশাংবা অমা লৌথোক্তুনা পায়রগা ছাটিন অমা তূপ্লগা মাগী কাদগী গেট তম্না থোরক্লে।

মহাক্লা গেট অদু হাংদোকপদা আশা ফি অঙৌবা অমনা মকোক খুম্লদুনা মশাদু নোংনা পূম্লুপ লুপ্না গেট ময়াদা লেপ্তুনা লৈরম্লে। অনকপদা থানবা ইলেক্ত্রিক খূটিগী মঙান্দা মাগী ফীবমদু অদুম ময়েক শেংনা উই।

মালতী মাগী মতৌদুদা ঙক্লা য়েংলদুনা হংলকই, "আশা, করি মতৌনো

নঙনা তৌরক্লিবসি, অথেঙবা নুমিদাং অসিদা?"

আশা মশাদু চুম্না লেপ্লা ঙমদনা উই, স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি। মালতীগী ৱাহং অদুদা মহাক্না মখোল নীক্না খুল্লকই, "ইচে, ঐ অমুক হল্লক্লবনি।"

আশাগী মখোল নীকপা, মূর্তি চুম্না লেপ্লা ঙমদবা মতৌ অদু উবদা মালতী নুংশাথীবা পোক্লকই। মহাক্না থুনা চঙশিন্দুনা নোংনা লূপ্লবা আশাগী মশা অদু কোন্দুনা হংলকই, "কৈদৌরবগে নঙবু, আশা?"

আশানা মাগী লেংজূমদা ঙাথরদুনা অনাবগী মৈচাকুম্বা অমা খাঙবগী খোঞ্জেলদা শোল্লকই, "অহ .........!"

মালতী মাগী মতৌ অদুদা করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা থোক্লে খন্দুনা চিংনবা পোক্লকই, মঙোন্দা মখা তাবা ৱাহং অমুক হংবা তৌদনা আশাবু কোন্দুনা মাগী কা তম্না চঙমিন্নরক্লে। আশা মঙোন্দা শৌদুনা চৎলি, খোঙথাং চুম্না চৎপা ঙমদে।

মালতীনা মাবু মাগী কাদা পুশিন্দুনা চঙলক্লবা মতমদা আশা তশেংনা নাহেবা হৌরক্লে। মালতীনা উরক্লে আশাগী মমায় অমদি মখূৎ-মশাদা শোকপগী দাগফম লৈরম্মী। মানা আশাবু সোফা অমদা কোন্দুনা ফমহল্লগা হংলকই, "আশা, কৈদৌরে, ইচেদা হায়য়ু, নহাকপু কনানা অসুম্না ফূ-চৈবা তৌরকই?"

আশা নাবগী চৈনাখোল অদু খাঙবা ৱানা মাগী পাউখুম অদু পীদনা মতৎ মতৎ ওইবা ৱাহৈদা হায়রকই, "ইচে, ঐ অমুক্তা হীপথগে।" মহাক্না মাগী মকোক অদু সোফাগী পাম্বোমদা ঙাথদুনা হীপথরকই।

মালতীনা মাবু নুংশাথীনা শেন্নবা হৌরকই। মহাক্না হায়রকই, "ঙাইখো, আশা, নহাক্কী অচোৎপা ফিশিং অসি অমুক্তা হান্না হোংদোকখিসি।"

মহাক্না উপু মনুংদগী ফি লৌথোক্লুনা আশাবু ৱানা শৌদুনা হোৎনরগা মাগী অচোৎপা ফিরোল অদু হোংদোকহল্লে, অদুগা মাবু মাগী ফমুংদা পুশিন্দুনা জ্ঞান তানা হীপথহল্লে।

মালতীনা ফমুং মচীদা ফম্লগা অমুক হংলকই, "আশা, অমুক্তা হায়য়ু, কনানা নঙবু অসুম্না থীনা তৌরক্লিবনো?"

"ইমাতোনগী মচানূপা অনীনা ঐবু ফূবা হৌরকপদগী ঐ চেল্লকপনি।"

আশাগী মপাবুংদু লংফৈদগী লায়য়েংবা খোরক্লবা মতুং ইকুই কুইদনা লৈখিদ্রে। আশা মাগী সেবা তৌবা হোৎনবদা নোংমা ফাওবা আশ্রমদা চখোকপা ঙমখিদে।

মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা আশাবু মৌপ্পাশিং অদুনা তাথী-তাওইনা তৌদুনা থুনা চৎখিনবা তৌবা হৌরকখি। মদুদগী খৎনরক্কুনা মখোয়না মাবু ফূ-চৈবা তৌরকপনি।

মালতীনা নুংঙাইতনা শোন্দুনা হায়রকই, "ইস, করি মতৌনো অদুদি! মদুবু মীওইবগী শাজৎলা?" মহাক্কি আশানা ময়ূমদা চৎখিবদু মখোয়গী ইমুং-মনুংগী মওঙ্দু হান্না খঙদুনা য়াম্না চিংনখিবনি, অদুবু মপা নাবগী সেবা তৌবা চৎখিবা ওইবনা মহাক মদুদা খাম্বা ঙমখিদে।

মালতীনা খুনমক আশাগী অশোকপা, অখাম্বা মফমশিংদু ফি অমা ঈশিং অঈংবদা লূপ্পগা যৈবা হৌরকই, ঈ খোকপা মফম খরদনা (মাগী কাদা হান্না ময়ামগীদমক থৌরাঙ তৌদুনা থম্বা) হীদাক খরা পুখোক্কুনা তৈবা হৌরকই। মবূক্কী শরক্তা খোঙউপ্পা কাওরকপগী খরা থীনা মুনা খাম্বা মফম অমা লৈ, মদুদি আশানা খ্বাইদগী নাবা ফাওই হায়দুনা শোকপা ফাওবা য়াদে।

মালতীনা মাবু সেবা তৌদুনা হোৎনবদু খঙহৌদনা অহিং নোংয়ায় য়ৌশিনখ্রে। অহিং অদু মখোয় অনী হীপমিন্নরে।

মথংগী নুমিৎ মালতীনা আশ্রমগী ওইবা ডাক্তর কৌদুনা মাবু য়েংহল্লে: ডাক্তরনা ইবা হীদাক-লাংথক কয়া মঙোন্দা পীজদুনা হোৎনরে। মালতীনা মাবু শরৎনা নৌনা শাবা শঙ অদুগী হাঙদুনা লৈরিবা কা অমদা লৈহল্লে। আশানা হান্না লৈরম্বা কাগী ফমুং অদুদি অতোপ্পা নূপী অমা লাক্লুনা কনশিনখ্রে। মহাক্কী ফীবম ফওবা অদুনা মাগী সেবা তৌনবা ইন্দ্রাণীসু কা অদুদা হোংজিন্দুনা লৈহল্লে।

কাদুদা হোংজিল্লবা মতুংদা আশা ফমুংদা হীপ্পুনা লৈ, অদুগা ইন্দ্রাণীনা পোৎ লোইথোক-লোইশিন তৌবা লোইরবা মতুংদা মাগী ফমাঙদা স্তুল অমদা ফমদুনা লৈ। আশা চেক্লা শাবা শুনু ঊৌনা তৈরবা, থোঙ-থোঙনাউশিংদা অশংবা রং ফজনা তৈরবা কা অদু উবদা নুংঙাইবা ফাওই, আশ্রমগী ফীবম ফগৎলকপা হায়বসি মাগী তশেংনা পেঞ্জবা অমনি; মানা মপূক্লীংদা শরৎপু হন্না হন্না থাগৎলি। অসুম্না মীকূপ খরদি মহাক মশাগী অনাবা অদু ফাওবা কাউথোকপগুম তৌনা নুংঙাইবা রাখল অমদা ঙহাক তাউদুনা লৈরুই। অদুদগী মহাক্লা ভাব তাহৌদনা মশা অদু খজিক্তং লেঙগে তৌরুবদা খঙহৌদনা অনাবা কন্না ফাওরকই। মহাক্লা খঙহৌদনা শোল্লকই, "ইস, অহ ..........!"

ইন্দ্রাণীনা মাগী মতৌদু উবদা নুংশাথীনা হংলকই, "ইচে, কৈদৌরবগে?"

'ইন্দ্রাণী, ঐ অমুক্তং চেপকে, লেঙবা য়াদে। ইস, ওহ্নোক্লা নাখ্রে।"

ইন্দ্রাণীনা হৌগত্তুনা মাবু মশা পায়দুনা শৌগৎলগা ৱানা চেপহল্লে। আশা মমীৎ উইশিন্দুনা খাঙই।

ইন্দ্রাণীনা মাগী অশোকপা মফমশিং অদু হীদারুচিংবা তৈবা হৌরকই। ডাক্তরনা হায়রম্বা মতুং ইন্না মঙোন্দা গুলি অমসু পীজরকই।

নুংথিল য়ৌরকপদদি আশাদু খজিক্তং পোত্থানা উরকই। মহাক্লা ইন্দ্রাণীগা ৱারী-ৱাতাইনচিংবা খরা শাবা হৌরকই।

ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "য়ূমদা চৎলুবা অসিমক ইচেগী অচৌবা দশা অমনি।"

"অওইবনি, ইন্দ্রাণী, ঐ নুংঙাইরোই হায়বা হান্না খঙলিবনি। ঐ পাবুংগীদমক্তা য়েংদুনা চৎলুবনি। হৌজিক্তি মহাকসু লৈখিদ্রে, ঐ মতুংদা কৈদৌঙৈদসু অমুক মখোয়গী মনাক্তা চৎলরোই, ঐগী ইয়ূম লৈতে, আশ্রম অসিমক ঐগী চঙজফমনি, ঐগী য়ূমনি," আশানা মমীত্তা পিরাং চেন্না হায়রকই।

"পাবুং লৈখিদবা মতুংদা থুনা অদুম লাক্লম্বদি কৈদৌবগে, ইচে?"

"ইন্দ্রাণী, ঐ মখোয়গী শেল-থুমগী ফীবম ফত্তবা অদুদা মখোয়গীদমক য়েংদুনা মতম খরা লৈরকপনি। অদুবু পূম্নমক অদু অরেম্বনি, অর্থ লৈতে। ঐনা তৌবদু ফনা লৌবগী মহুত্তা ঐবু থীনা তৌবা, হাৎকে-তূপকে তৌবা অসিনচিংবা কয়া তৌই। ঐনা লৈদুনা মখোয়দা অসুম য়েৎলক্কনি হায়না খনবদগী ওইরম্বা য়াই নত্তগা ঐগী ফংফম থোকপা অধিকার কয়া তাল্লক্কনি হায়দুনা তৌবা ওইরম্বসু য়াই। ঐদি মখোয়দা করিসু তানবীরোইদবা অদুগা য়েৎসু য়েৎপিরোইদবনি, মদু মখোয় খঙদে। ইমাতোনগা মচাশিং অদুগসি সম্পত্তি অদুগীদা মরু ওইনা খনবনি, পাবুংসু নুংশিবদি নত্তে, মখোয়না মাবু লংফৈদা লায়য়েংবা অদু ফাওবা চৎহন্নীংদবনি, ঐনা নমদুনা পুরুবনি।"

"ফরে, ইচে, মখোয়দগী লাপথোরকপা। মখোয়গা অসুম লৈরবদি ইচেগী হেন্না খুদোংথীবা শোয়দনা থোক্কনি।"

মখোয় অনী আশ্রমগী ওইবা ৱারী খরসু শারকই। ইন্দ্রাণীনা আশা লৈত্রিঙৈদা আশ্রমদা থোকখিবা থৌদোক অসিনচিংবগী মরমদা পাউ তল্লকই, অদুগা মাগী মবুংনা আশ্রম অদুদা পূক্নীং চঙলক্তুনা শঙ্গাবগী থৌরমদা লাকপগী ৱাসু তল্লকই।

মদু তাবদা আশানা হরাউনা হায়রকই, "অওইৱা, ইন্দ্রাণী, নখোয়গী নবুং

ইবোচৌবনা ঐখোয়গী আশ্রমদা পূরক্লীং চঙলক্লে হায়বা? মদু য়াম্না নুংঙাইবা রানি। মহাক অহানবদদি ঐখোয়গী আশ্রম অসি পনবা ফাওবা য়ারমদে, নত্রা? ঐনা নোংমা মাগা উন্নদুনা আশ্রম অসিগী মরমদা ৱারী শাখি, ঐ অমুক্তংগা মাগা উন্নদুনা মসিগী মরমদা ৱারী শানীংখিবনি, অদুবু ঐ চৎপা ঙমখিদ্রে।"

"অওইবমক্কি, ইচে, মহাক হৌজিক্তি মসিগীদমক ফনবা খল্লে।"

ইবোচৌবগী ৱারী হৌদোক্লরকপা অদুদা আশানা খঙহৌদনা শারদাগী মরমদা নীংশিংলক্তুনা হায়রকই, "ঙাইখো, ইন্দ্রাণী. ঐ ৱা অমা হংগে। নখোয়গী ইনস্মা শারদাদু হৌজিক ইবোচৌবগী মনাক্তা লাক্লব্রা?"

"লাক্লে, ইচে. ইচে মালতীনা নোংমা তামো নাবা কান্দা মাৱ লৌরুবনি।"

"য়াম্না ফরে, মদু তশেংনা নুংঙাইবা রানি, " আশানা হায়রকই। মহাক মদুদা থাঙ্গেশেংনা মরনাইগী ওইবা অচৌবা থৌরাঙ অমা মায়পাক্লবগুম মায়খোঙদা পেম্না, নুংঙাইনা উরকই।

মখোয় অনী ঙহাক অমুক ভূমিন্না লৈনখ্রে। অদুদগী ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "ইচে. তামোগা ইনস্মা শারদাগদু নোংমা ঐগী ইনাক্তস্ লাক্লস্মী।"

"মখোয়না নঙোন্দা করি করি হায়রস্মী?"

"ঐবু য়ূমদা লাক্লবা ইনস্মনা কন্না হায়রস্মী।"

মদু তাবদা আশাদু ৱাখল খল্লরকপগুম উরকই. মহাক্লা হংলকই. "নহাক্তি করি হায়খ্রে?"

ইন্দ্রাণীদু লূকখদুনা অঈংবা মায়খোঙ অমগা লোয়ননা হায়রকই, "ইচে. ঐ আশ্রমদা অসুম লৈরগনি. য়ূমদা অমুক হল্লক্লরোই হায়খ্রে।"

আশাদু মঙোন্দা থৱায় খরা বানা য়েংলকই, অদুগা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, মখোয়না কৌবা লাক্লবদি য়ূমদা চৎপদি কৈদৌবগে?"

ইন্দ্রাণী মদুগী মতাংদা মপূক্লীংদা অনীংবা ৱাখল কয়া লৈ. মখোয়দু লোইনা ফোঙদোকপা তৌদনা মপূক্লীংগী ওইবা ৱাফম খরা থূপ্লুনা খল্লগা মহাক্লা অসুম্না হায়রকই, "ইচে. কৈদৌরুগনি ঐনা য়ূমদা অমুক হল্লগা ? ঐগী নুংঙাইবা অনৌবা পুন্সী কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই। ঐনা সিদা ময়ামগা লোয়ননা লৈবগী নুংঙাইবা অসি য়াম্না মরু ওইনা খল্লি। ঐ আশ্রম অসি থাদোক্তুনা কৈদৌঙৈদসু চৎনীংদ্রে।"

আশা ইন্দ্রাণীগী ৱাফম অদু মপূক্লীংদদি থাগৎলি, মহাক্লা ময়ামগীদমক কখোক্তুনা

হোৎনরিবা পুম্নমক অদু য়াম্নমক মমল য়াম্মী, অদুগুম্বা থবক তৌবগী নুংঙাইবা অদু থাদোক্লুনা ইন্দ্রাণীনা কৈদৌঙৈদসু চৎলু য়াগদবা মান্দে: অদুবু মহাক্না মপালথোংদদি হৌনবী ওইনা ইচম চন্না হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, য়ুম হায়বসি য়ুমনি, য়ুমগী মীগা নুংশিননা, চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা ফংলবদি অফবনি, মদুসু মরু ওইনা খনগদবা অমনি।"

"অদুবু, ইচে, ঐনা হায়খ্রবা অদুনি. ঐদি হল্লরোই হায়না খল্লে। মসিমক্তা ঐনা তামো অমদি ইনম্মগা মরী খুদিংমক তৎননা লৈবগী ৱাদি নত্তে। ঐ মরক মরক্তা মখোয়গী মনাক্তা চৎকনি, অদুগা মখোয়সু লাক্কনি। ইচে, পুন্সীদা নোংমা ঐগী অৱা-অনা তারকপা য়াই, অদুগা মখোয়গীসু : মতম অদুদদি মতেং পাংনগনি।"

"ফরে, ইন্দ্রাণী, নহাক্না পুক্নীংদা লেপ্পবনিনা কমদৌনি, ঐখোয় 'সিদা 'সুম ৱারবসু নুংঙাইরবসু লৈমিন্নবা তারে। ঐখোয়না হিংলিবমখৈদি আশ্রম অসিগী ফনবা থবক তৌরমখিসি। ঐখোয় করিসু কিন্নীংঙাই লৈতে. ঐখোয়বু ঈশ্বরনা লমজিংবীরিবনি. ঐখোয়বু মানা য়োকপিরিবনি।"

"ইচে, ঐখোয়গী তামোসু আশ্রমগীদমক অঙম্বা মতেং পাংগনি হায়না ঐঙোন্দা ফোঙদোক্লম্মী; অদুগা ইনম্মা শারদাবুসু ইচেগী থৌরাঙ অদুদা অমুক য়াওহনবীনবা ৱা হায়রম্মী।"

মদু তাবদা আশানা নুংঙাইবা উত্তুনা হায়রকই, "অওইব্রা, ইন্দ্রাণী? য়াম্না ফরে। মহাকসু হৌজিক্তি 'সিদা লৈরিবা ঐখোয় ময়ামগীদমক য়াম্না খল্লে। ঐ খঙই মানা আশ্রম অসিবু লান্না লৌরুরিবা অদু 'সিদা লৈবা মীওই খরনা মফম অসিবু চেম্বহনবদগী থোক্লিবনি।"

ৱারী অদু শারকপদা ইন্দ্রাণীনা শঙ্গাবা নুমিত্তা চান্দনীনা ষ্টেজদা তৌখিবা মতৌ অদু নীংশিংলক্তুনা আশাদা পাউ তমদুনা হায়রকই, "ইচে, চান্দনীনা শঙ্গাবা নুমিত্তা ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্না শকখিবা ঈশৈগী মরোল, তৌখিবা এক্তিং অদু হঙ্গোইনীংঙাইনি, ঐখোয় মী অতৈগী মমাঙদা তশেংনা ইকাইবা পোকই।"

"উম, মহাক ঐখোয়গী আশ্রম অসিবু চেম্বহল্লিবা খ্বাইদগী মথোঙ চাদ্রবী অমনি, ইকাইবা হায়বদু মশাদা মচেৎ অমতা পক্রবা।"

"অদুবু, ইচে, মহাক হৌজিক্তি 'সিদা লৈত্রে, চয়োলমুক্কী মমাঙদা আশ্রমদা ফত্তবা নূপা অমা পুশিন্দুনা ৱারী শারম্বদগী ইচে মালতীনা ফাদুনা মাবু তান্থোকখ্রে। মহাক হৌজিক উরিপোক্কী য়ুম অমদা নূপা অদুগা লোয়ননা ভাবাদা লৈরি হায়না তায়।"

"ও, মহাক চৎখ্রব্রা? য়াম্না ফরে। ঐখোয়গী আশ্রম অসি খরদি ঈংলগনি।"

খঙহৌদনা সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে। অঈংবা নুংশিংনা কাগী থোঙনাউদা তপ্না হুমজিল্লকই। আশা হৌজিক চৈনাখোল খরা অমুক ফাওবগুম তৌনা উরকই। ঙসায়মখৈদি চাখিবা হীদাক খরনা মাগী অনাবদু ফাথবগুম তৌরুবনি।

ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "ইচে, অমুক পোথারো, ৱা য়াম্না ঙাঙবা ফন্তে!"

আশাদু তূমিন্না অমুক লৈত্রে।

ইন্দ্রাণী তৌগত্তুনা টেবল মথক্তা লাংলিবা রাধা-কৃষ্ণগী মূর্তিদা ধূপ থারে। মদু লৌইরগা মহাক্না মৈ থানগৎলে। অদুদগী মহাক্না আশাগী কাঙখল অদু থাদুনা মাবু ফজনা পোথানবা হায়রকই।

ইন্দ্রাণী মপান্দা থোরক্তুনা নুংদাংগী অঈংবা নুংশিং অদু মশাদা রৈংহল্লকই। ঙসিদি আশ্রম অদু মাগী মমীত্তা থবায় অমুক পানবগুম উরকই, নহানমখৈ আশানা লৈতবা আশ্রম অদু মাগী মমীত্তা থবায় য়াওদবা ওইনা উরুই। মহাক আশানা শোক্তুনা লাকপা অদুগীদমক নুংঙাইহ্রবসু অমরোমদা মহাক লাকপা অদুদা পুক্নীং লুপ্পা নুংঙাইবা অমদি লৈ। ইন্দ্রাণী থাপ্পা চংথোকপদি তৌদ্না মখোয়গী কা মপাগী ভেরেন্দাদা থাবা ফাল অমদা তূমিন্না ফমদুনা লৈরে। আশ্রমগী লম্পাক্তা নূপী খরা ৱারী শাদুনা ফম্মী, কা খবদা লাঙবা, নোক-খেদুনা ৱারী শাবগী মখোল তায়। অদুবু মহাক মখোয়দুদা করিমতা পুক্নীং চঙলুদে। ঙহাক্কী মতুংদা সুনীতিসু মাগী মনাক্তা লাক্লুনা আশাগী ওইরিবা ফীবমগী মরমদা হংলরে। মখোয় অনীনা কাদা চঙলকপদা আশাদু ফমুংদা হাইনা হুম্না অনাবগী মৈচাক খাঙবগী মখোল তারকই। ইন্দ্রাণীনা কাঙখল হাইদোক্তুনা কৌরগা হংলকই, "ইচে, অমুক য়াম্না নাবা ফাওরকপ্রা?"

আশানা শোম্থাংননা ৱানা খুম্লকই, "উম, ইন্দ্রাণী, পূকসি অমুক য়াম্না নাবা ফাওরকই।"

ইন্দ্রাণীগা সুনীতিগদু তৌফম খঙদনা অমগা অমগা থবায় ৱানা য়েংনরকই। ইন্দ্রাণীনা সুনীতিদা হায়রকই, "ইচে, নহাক লৈরম্মু, ঐ ইচে মালতীদা অমুক্তং চত্তুনা পাউ পীরুগে।"

ঙহাক্কী মতুংদা মালতীগা ইন্দ্রাণীগা কাদুদা লাকমিন্নরে। মখোয়না আশাগী অশোকপা মফমদু হীগা য়ৈদুনা, সেবা তৌদুনা হোৎনরে, হীদাক-লাংথক্রচিংবা পীজরে। নুংদাংদ্র মালতীগা সুনীতিগনা মখোয়গী কাদগী হনখিবদু থেঙলে।

মথংগী নুমিত্তা আশাবু য়েংলিবা ডাক্তর অদুনা মাগী ফীবম অদু কূপ্না য়েংলগা মাবু হোসপিটালদা পুখত্তুনা য়েংনবা মত পীরে। মাগী পূক্নী শরূক্তা শোক্লিবা অদু মনুংদা ঈ থোকপা মফম য়াওরম্বা য়াই হায়দুনা ডাক্তর অদুনা মদু খরা হেন্না কূপশিন্না চেকশিন্না য়েংবা পাম্মী।

নুমিত্তুদা আশাবু হোসপিটালদা পুখত্তুনা লায়য়েংবা হৌরে। মালতীনা নন্দিনীদা পাউ পীদুনা নন্দিনীসু মরক মরক্তা আশাগী মনাক্তা লাকই। মহাক্না আশাবু শঙদুনা নুংথিল অথেঙবা ফাওবা লৈরম্লগা ময়ূমদা হনখিবা য়াওই। সুনীতিসু তোয়না লাক্তুনা আশাগী মনাক্তা অয়াম্বা লৈ। অসুম্না নুমিৎ খরনি লায়য়েংলবা মতুংদদি আশাগী অশোকপা অদু তপ্না তপ্না ফগৎলক্লে।

মালতীনা থৌদোক অদুগী মরমদা বারী শাবদা নন্দিনীদা অসুম্না হায়, "ঐদি শাউনীংদুনা থৌদোক অসিগী মরমদা পুলিসতা পাউ পীগে তৌবনি, অদুবু আশানা খামদুনা তোকপনি। মীবু অসুম্না থীনা ফূ-চৈবা তৌবা অসি তূমিন্না তোকপা পামদবনি, মখোয়বু চৈরাক খরদি ফংহন্নীংবনি।"

"অওইবনি, ইচে, মখোয় খরদি খঙহনগদবনি, মসি মীওইবগী শাজৎ নত্তে। মখোয়শিং অসি তশেংনা কিনীংঙাইনি।"

"নন্দিনী, অওইবমক্কি, মখোয়শিং অসি মী নত্তে, মখোয়ওম্বা কয়া সমাজদা লৈরকপসিনা ঐখোয়না ৱারিবনি।"

আশাগী ফীবমদু ফরকপা অদুদা মখোয় মদুগী মতাংদা অমুক কোন্না নৌহৌনা হৌদোক্লবদি তৌখিদ্রে।

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা আশা আশ্রমদা অমুক লাক্লে। মহাক হৌজিক ফীবম ফগৎলক্তুনা অফিস কাবা ঙম্লে অমদি আশ্রমগী থবক-থৌদাংশিংদা অমুক পূক্নীং চঙবা হৌরে। নন্দিনীসু হান্নগুম মাগী মনাক্তা মরক মরক্তা লাক্তুনা বারী শারৈ, অদুগা আশ্রমগী থবক-থৌরমশিংগী মতাংদা বা তান্নবনচিংবা তৌই। নোংমদি মখোয় অনী বারী শাবদা আশানা হংলকই, "নন্দিনী, নহাক্তি শারদাখোয়দা অমুক্তা চৎলুদরা?"

"নহান নোংমা চৎলুরে। ঐনা নহাক্কী মরমদসু বারী শাই, নহাক শোক্লুবগী পাউ অদু মখোয়দি তারমদে। ইবোচৌবগা মখোয় অনীসু নোংমা নঙগী মনাক্তা লাক্কনি হায়হৌই।"

আশানা মদু তাবদা পূক্নীং নুংঙাইনা উরকই। অদুবু মহাক্না মশাগী ওইবা

ৱাফম অদুদি ৱারী শারক্তনা হংলকই, "নন্দিনী, ইবোচৌবনা নঙোন্দদি করি করি হায়বগে?"

"করিবু হায়গনি, আশা? হৌজিক্তি মহাক ঐঙোন্দা য়াম্না ইকাইনা তৌই, ৱা ঙাঙবা ইঙম ঙমদে। মহাক্না নোংমা শারদাগা লোয়ননা লাক্লগা ঐঙোন্দা খুরুম্মী; মদুগী মতুং খরা লৈরগনি ঐনা মখোয়দা চংলুরিবদু। হৌজিক্তি ঐনসু মখোয়দা খোইনা করিসু অমুক হায়নীংঙাই লৈতে, ঐগী হায়ববু মখোয়গী তুংগী য়াইফনবগীদমক ভূমিন্না ঈশ্বরদা খুরুম্বা অসিনি।"

"য়াম্না নুংঙাইরে, নন্দিনী।"

নোংমা নীনিগী মতুংদা নুংখিল অমা ইবোচৌবগা শারদাগদু আশাগী মনাক্তা লাক্তুনা মাগী হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা হংদুনা ৱারী শাররে। ইন্দ্রাণীসু মখোয়গী মনাক্তা চঙলক্তুনা ৱারী শাবা অদু য়াঙই। মখোয় আশ্রমগী মরমদসু ৱারী শারকই। শরৎনা শাবা শঙ্ক অদু শঙ্গারবা মতুংদা আশ্রমগী লৈফম চন্দবগী সমস্যা অদু কোকখিবগী নুংঙাইবসু আশানা ফোঙদোরকই। অসুম্না মখোয় ঙহাক ৱারী শারবা মতুংদা ইবোচৌবগা শারদাগনা আশাবু নোংমা মখোয়দা চাক চামিন্নবা হায়রকই, অদুগা মখোয়না মালতীগী মনাক্তা চঙদুনা মাবুসু চাক চাবা অদুদা য়াওবীনবা হায়রম্লগা আশ্রমদগী হনখ্রে।

মখোয়না শরৎকী ময়ুমদসু চত্তুনা মাবুসু চাক চাবা অদুদা য়াওবীনবা হায়রম্মী।

ইবোচৌবনা মখোয়দা চাক্কৌবগী হায়রম্বা নুমিৎ অদু নোংমাইজিং নুমিৎ অমনি। নুমিত্তু নুংশা তরু তরু খোকই। শারদানা ঙন্তানা কৈরেল কাদুনা মদুগীদমক পোৎ-চৈনচিংবা লৈদুনা থৌবাঙ তৌরে। নন্দিনীগা শোভাগসু ঙন্থা লাক্তুনা থবক নোম্বা, শীল্লাঙবা য়াওররে।

মালতীগা আশাগসু ইন্দ্রাণীগা লোয়ননা মতম চানা লাক্লে। শারদানা মখোয়বু ফম্ফমকাদা পুশিন্দুনা ফমহল্লে। মহাক চন্দন তরু তরু থিল্লি, মুগাদি মতেক অমা ইল্লি, থবক-ইজ্বাং নোম্বগী থৌ চিন্না উই। মহাক মখোয়গী মনাক্তা ঙহাক ফম্লম্লগা অমুক থোকখ্রে।

ঙহাক্কী মতুংদা শরৎসু য়ৌরক্লে।

নুমিত্তু চাক চামিন্নবা লোইরগা মখোয় পুন্না ৱারী-ৱাতাই শাদুনা ফম্মিন্নে। ইবোচৌবনা ফোঙদোরকই মহাকসু আশ্রম অদুগী পেট্রোন মেম্বর অমা ওইরগনি,

অদুগা মদুগীদমক লূপা লীশীং য়াঙখৈগী শেনফম অমা কখোক্তুনা ট্রষ্ট ওইনা থম্লগনি : মদুদগী লাকপা শেন্দোইনা আশ্রমদুগী অফবা থবক-থৌরাঙশিংগীদমক শীজিন্নবা ফগুদা হাপচিনবীনবা মহাক্না মালতীদা হায়রকই।

মালতীনা মদু তাবদা হরাউনা ইবোচৌবদা আশীর্বাদকা লোয়ননা হায়রকই, "ইবুংঙো, য়াম্না নুংঙাইরে। অসিগুম্বা মবাইবক থীরবী নুপীশিংগীদমক্তা হোৎনবিরিবা অসি কৈদৌঙৈদসু লেম্না মাঙলোই। ঈশ্বরনা মদুগী মহৈদু নখোয়দা শোয়দনা পীবিরক্নি।"

নুমিত্তুদি মখোয় পূন্না আশ্রম অদুগী চাওখৎ থৌরাঙগী মরমদা ৱাফম কয়া খন্নদুনা লৈ। শরৎকা ইবোচৌবগসু মতম মতমগী ওইনা দরকার লৈরবা মতমদা মখোয়না আশ্রম অদুদা অহেনবা শেনফম কয়া মতেং পীবগা ৱাফম ফোঙদোরকই।

ৱারী শাবা অদু লোইরগা মখোয় চৎনবা থৌরাঙ তৌনরক্লে। ইন্দ্রাণীনা হৌগত্তুনা থোকখ্রগা চাকশঙদা পোৎ লোইশিন্দুনা লৈরিবী শারদাগী মনাক্তা চঙলক্লে অদুগা হায়রকই, "ইনম্মা, অদুদি ঐখোয় অমুক চৎলগে।"

শারদাদু পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা নোঙ্গদুনা লৈবক্সদগী ইন্দ্রাণীদা এনশিন্দুনা লেপ্লগা নুংঙাইতবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা মঙোন্দা য়েংলকই, অদুগা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক্তি চৎখ্রগনু, ঐখোয়গা লৈহৌরসি।"

ইন্দ্রাণীদু খঙহৌদনা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই। মহাক্না হায়রকই, "ইনম্মা, ঐনা নহানমুকসু হায়খ্রবদুনি ঐদি আশ্রমদগী য়ূমদা অমুক হল্লক্ররোই।"

"করি ৱানো, ইন্দ্রাণী? অদুক কন্না নপূক্নীংদা লেপ্লিবা করিগীনো? মীগী মমাঙদা ফজদে। নহাক্কী করম্বা অর্নাংবা ৱাখল অমা লৈবগে?"

ইন্দ্রাণীনা হায়রকই, "ইনম্মা, করিসু লৈতেদা, ঐনা চুম্না মফমদুদা লেপ্লগে খল্লুবতনি।" অদুদগী মানা খঙহৌদনা মনম্মবু কোন্দুনা থম্মোয় শোক্না কপ্পা হৌরকই। মহাক মদুগা মরী লৈননা মাগী নুংগী ওইবা ৱাখল কয়াদি পুন্সী চুপ্পা কৈদৌঙৈদসু ফোঙদোকপা ঙম্লরোই। শারদাসু মঙোন্দা কোন্দুনা মখোয় অনী ঙহক্কা কপমিন্নরকই।

তাঞ্জা অদুদা ইবোচৌবস্ কা অদুদা চঙলক্লে। মানা চঙলকপদা শারদাগা ইন্দ্রাণীগা কোন্নদুনা কপমিন্নবা উবদা মহাকসু মায়থোঙ মক্না লূকথদুনা লৈপ্রে। মহাক্না মীকূপ খরা ভূমিন্না লেপ্লুরগা হায়রকই, "ইন্দ্রাণী, নহাক্তি লৈহৌরো, আশ্রমদ অমুক চৎখ্রগনু, ঐনা শারদাদস্ মদুগী বা হায়রম্লবদাই?"

ঈশ্বরগী ওইবা নুংঙাইবা অমা ফংলবগুম তৌরকই। মহাক পুন্সী চুপ্পা অদুগুম্বা মমল য়াম্লবা নুংঙাইবগী মীকুপ অদুবু কৈদৌঙৈদসু অমুক কাউবা লৈররোই।



## অইবগী অতৈ লাইরিকশিং

*In the Depths of Our Hearts,* 1976, Short Stories

*পদ্মিনী,* ১৯৮১, নোভেল
*ইমুং অমগী ৱারী,* ১৯৮৪, নোভেল
*অমৃত,* ১৯৮৯, নোভেল
*ইথিল,* ১৯৯১, নোভেল
*পুন্সীগী মরুদ্যান,* ১৯৯২, নোভেল
*মাঙখ্রবা লম্বী,* ১৯৯৫, নোভেল
*নীংশিং ৱারী,* ১৯৯৮, ওতোবাইওগ্রাফি